# মৈত্রবাক্কী লৈহৌরোল য়ুম্ফী



মমল
লুপা ৫৫/

...প্রম চা হৈরাংঙৌ

# মৈত্রাবাক্কী মৈহৌরোল্‌ য়ুম্বা



অহৌবা ১নুং অকোঙ্‌বা—

অরাম্বম-চা হৈরাংঙৌ

ললায়ুং-[illegible] এস্‌. সি: [illegible]

অহানবা থুংলম সেপ্তেম্বর ১৯৯৩ ইং
কোপী মশিং ১০০০






মথুমগী শক্তম পুথোকপা —
শলশেন, বম-চা থোইবী
উরিপোক তোরাংবম লৈরক, ইম্ফাল।

মথুম য়েকপা —
তখেল্লম্বম-চা কুমার
আর: এম: সি: রোড,
তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

মথুম ১স্নুং লাইরিক্কী, ফোটো ব্লোক শাবা —
THE LITTLE INDUSTRIES
Vijoy Govinda, Imphal

নম্ফম :—
শ্রী প্রেস পাওনা বজার ইম্ফাল।

# কংচবা

হে তাইবংমপু শক্লাইদবা,
তেংবামববু নংনা শেম্বা,
অফা-ফংতা নংনা শেম্বা,
অফ-ফংতা নংনা ওইবা,
পুম্নমক নথন্তনা ওইবনি ।
ঐ-নং-মা হায়রিবস্তু নংনি ।
নংগী য়াথংনা ইজবা,
"মৈত্রাবাক্কী মৈহৌরোল য়ুম্বী"
মীওইবনা হৌরকঙৈ লাইরিকসি,
নংগী নত্তবা লৈতবা,
কংনিংঙাই ওইদবা নংঙোন্দা,
নংগী শিম্বা তুংইন্না,
কংচরি মৈত্রাবাক্কী মৈহৌরোল য়ুম্বী ।
থুরমজরি শকওনবা মপুও ।

-অইবা

# ৱাহৌদোক

"মৈত্রাবাক্কী মৈহৌরোল য়ুম্বী" হায়বা লাইরিক অসি ইরিবগী মরমদি :— "থিরেল লায়াৎ" হায়বা লাইরিক অসি ঐঙোন্দা অফোঙবা অমস্তুং ফোঙদ্রিবা লাইরিক ২/৩ লৈজে ; পাবস্তুং চহি খরা অছুম মরক-মরক্তা পাজৈ । অস্তুম্না তাং ২ । ১০ । ৮৫ ইং, লাংবল ২০ নি পান্বা, নুমিৎ অসিদা পাজরুবদা, লাইরিক অসিদা য়াওরিবা, খুনুংচক্কী অরোইবা শরুক, লাংবা চক্কীনা অহৌবা শরুক্তা ইরিবা — "মীরোল পোঙ্‌লোল থোক্কে হায়বগী মময় মনা কাঙ্‌লক্‌লে ।। লাংবা চক্তদি মীরোল্ থোক্কে ।।" হায়বা ৱাফম অসি খঙ্‌নিঙ্‌বগী ইচেল অমা ঐঙোন্দা নৌহৌনা লাক্‌খি । মতাং অদুদা ঐনা খন্‌খি, মাদুদি :— "খুনুং চক্তা ... ... ... মীরোল পোঙ্‌লোল থোক্কে হায়বগী মময় মনা কাঙ্‌লকলে ।। লাংবা চক্তদি মীরোল থোক্লে ।।" ( হুয়িচক্কী মনৈ শস্থরকপা, খুনুংচক্কী মীরোলশিং অদুনা মীরোল থোক্লবা মমিৎ-মনাশিংনা হোৎনরক্লে । লাংবা চক্তদি মীরোল থোক্লে । ) হায়-রিবনিনা হুয়িচক্তদি মীওইবশিং অসি মীরোল থোক্করি অসিনি ।

মথংদা খন্নজবনা - লাইরিক অসিগী অথৌবা লমাইদা — "পাখংবগী মতুং কুমসিং চাহয় ৪৫১ সুবদা, নিংথৌ নাউথিংখোংগী হাকথক্কি ৱাবু কুরুনা হায়রম্বা ৱানে" হায়না ইরি । ৱাফম অসিনা থংহল্লিবদি — হুয়িচক্তা মীওইবশিং অসি মীরোল থোক্করি হায়বা অসি নিংথৌ নাউথিংখোংগী মতমদগী খংলে, অসিনি । অস্তুম্না ঐগী থম্মোইদা থাজখি ।

অদুগা ৱারোল ১না — পুয়াগী ইচেন্না চাওবা, ইচেল কয়াৎোক্লা ফাংবা অমস্তুং ৱাহন্থোক্লগা লুখিবনা ইপা ইপুশিংগী লিক্লম লিখুন থিবদা ৱানরিবা ১দি ইতিহাস ইবদা লুনা লৈরিবা অসিগুম্বা কয়া অসি খন্নজরু-বদগী, হিরম অশোমদা থিজিল্লিবশিংদা খরদা ওইরবস্তু মতেং ওইনবা খঞ্জদুনা নুমিৎ অসিদগী ঐনা লাইরিক অসি ইনবা হোৎনজখি ।

হয়িচক্তা মীরোল থোক্লিবা মীওইবশিং অতনা লেল্লবা পুন্সিগী শক্তম অতুগা খুনুংচক্কী মতাংদা — মীওইবশিং অতুনা মরোল-মরি থোক্তনা লৈরবদগী "লোল" হায়বা অসি ওইরকপা ( পুথোক্লকপা ) অমসুং চৎনরক্-পগী মওং অতু য়াওরি।

মথা তারক্পদা লাংবচক্কী মীরোল থোক্লবা মীওইবশিং অতুনা মকোক মরু নাইনা পাল্লকপা, খুম্থোক্লবপগী ৱারোল য়াওরী। মরু ওইনা নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা পানখিবা তাউথিংমাং ফাওবা ইজবনি।

লাইরিক অসিগী ইচেলশিংদি, পুয়ানা য়ুম্ফম ওইবা মক্তনি।

লাইরিক অসি ইবদা শিজিন্নখিবা পুয়াশিং—

(১) - থিরেল লায়াৎ,

(২) - ,, ,, — ( অফোংবা ),

(৩) - পাখং থিরেল লায়াৎ,

(৪) - থিরেল নানম্বা,

(৫) - থিরেল মৈরম লিবা,

(৬) - ,, ,, — ( অফোংবা ),

(৭) - ইরেংবা পুৱারি ( লৈশেমলোল ),

(৮) - পাখংবা চুপসারোল,

(৯) - নুমিৎ থারোল নম্খাইরোল,

(১০) - য়াংবী থিরেল অপিসক,

(১১) - থিরেল য়াংবী,

(১২) - পাখংবা লাইহুই,

(১৩) - শাগৈ শলাইলোল — ( অফোংবা ),

(১৪) - সলাই য়ুমচংবা হাথরোল — ( অফোংবা ),

(১৫) - লয়হৌ নোংহৌ — ( অফোংবা ),

(১৬) - সাকোক ৱাকোক,
(১৭) - খুন্নুং লিচৎ শাজং — ( অফোঙবা ),
(১৮) - মাইবারোল,
(১৯) - খয়ুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া,
(২০) - তুতেংলোল,
(২১) - চকপা খুন্তা খুন্থোক,
(২২) - পাখংপা কয়াললোল,
(২৩) - সাকোক লমলেল অহানবা,
(২৪) - সাকোক লমলেল,
(২৫) - লাইসনা ফম্পাললোল,
(২৬) - কংলৈ নিংথৌ চহী,
(২৭) - অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস — (অফোঙবা),
(২৮) - On fixing the date of Cheiraoba - ''
(২৯) - হকসন,
(৩০) - কংলা মেপ,
(৩১) - চাদ লাইহুই,
(৩২) - চাদ লাইহুই — ( অফোঙবা ),
(৩৩) - পাখংবা নোঙ্গারোল - ( অফোঙবা ),
(৩৪) - ৱাঙপারোল খুনকুমলোল,
(৩৫) - ,, ,, ( অফোঙবা ),
(৩৬) - লোয়ন-শিনলোন, ( অফোঙবা ),
(৩৭) - কংলা লায়াৎ,
(৩৮) - মিয়াৎ,
(৩৯) - খম্মোই য়াংমোই ( খমৱাই য়াংৱাই ),
(৪০) - পোইরৈতোন খুন্থোকপা,

(৪১) - পোইরৈতোন খুন্থোকপা — ( অফোঙবা-২ ),
(৪২) - নুংলোল থম্বাল,
(৪৩) - নুমিৎ কাপ্পা — ( মখল খরা )
(৪৪) - নুমিৎ কাপ্পা — ( অফোঙবা ),
(৪৫) - চৈথারোল কুম্বাবা,
(৪৬) - চৈথারোল কুম্বাবা — ( অফোঙবা ),
(৪৭) - Mohemdan Law,
(৪৮) - শজিফু চৈরাওবনচিংবা।

লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা শিজিন্নখিবা, অফোঙবা লাইরিক অয়াম্বদি য়াইস্কুল য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা, ঐগী ইয়াম্বা শরুবা ময়েংবম তোমচৌ ( ওজা ) দগী ফংজবনি। ঐনা হংজরুবদা মশাদা লৈরমদবা লাইরিক ফাওবা থিবীরক্তনা ঐভোন্দা ফংহনবীখি। অসিগুম্নবা-পুকচেল চাওম্নবা, ইয়াম্বা তোমচৌবু ঐহাক্না হন্না-হম্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা ( ওইনবা ) হোৎনবদা অখঙ-অহং মরূপ-মপাং কয়াদগী মতেং ফংজখি অমসুং পুক্নিং থৌগৎপিখি ; মসিগী দমক, মরূপ-মপাং খিবিক্পুসু ঐনা তৌবিমল, খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্নবা শেলগী মতেং পীবিরকপা ইবুংঙো, ইবেম্মশিং :—

(১) - মোইরাংথেম-চা ইবোতোম্বী পণ্ডিত —
থাংমৈবন্দ, লাইজিংথৌ — লুপা ... ১০

(২) - শলশেন্বম-চা থোইবী —
উরিপোক, তৌরাংবম লৈরক - লুপা ১০০০

(৩) - ঙাঙোম-চনু একাশিনি — ললাম্বুং, — লুপা ১০০০

(৪) - অহৈবম-চা ইবোহল — নাগা মপাল,

চোংখাম লৈরক — লুপা ১০০০

(৫) - চিরোম-চা কোমোল — উরিপোক,

অচোম লৈকাই — লুপা ১০০০

(৬) - ময়েংবম-চা তোমচৌ — য়াইস্কুল, য়ুম্নাম লৈকাই লুপা ১০০০

(৭) - আরঃ কেঃ ইবোমনা — কৈশমথোং — ,, ১৫

(৮) - কাংজাবম-চা শ্যামকিশ্বর — কাংজবম লৈকাই ,, ১০০০

(৯) - ৱাংখৈরাকপম-চা কুমার — চিঙা মখক — লুপা ১০০০

(১০) - কোনসম-চা অচৌ — লাইফম খুনৌ — ,, ৫০০

(১১) - মাইস্নাম-চা বিদুর — কৈশামপাৎ — ,, ৫০০

(১২) - কৈশামথোং, লোংজম লৈরক মচিন্দগী

ইবুংঙো অমনা — ,, ১০০

(১৩) - সোরাম-চা রঘুমনি — নাগা মপাল,

সোরাম লৈরক — ,, ৫০০

অসিগুম্বা পুকচেল চাওরবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং পুম্নমক্কী তৌমিন্নরদুগী থাগৎপা কাওজরোই ; লোইননা ইকাই খুম্নবা উৎচরি ।

লাইরিক অসি নম্বদা-শ্রীপ্রেসকী শিনমীশিংনা থৱাই য়াওনা তৌবিখিবগীদমক থাগৎচরি ।

করিগুম্বা লাইরিক অসিদা — অথঙ-অহেশিং অমদি পাবীরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা অশোয়-অঙাম্ য়াওবম্বা থেংনবিদুদা তাকপিরক্লবসু য়াম্না নুংঙাইজগনি, মথংগী খুংনমদা য়াবমথৈ চুমথোক্লবা হোৎনজগনি ।

শজিফু ১৪ নি পানবা
তাং ২৯ । ৩ । ৯১ ইং

অরাম্বম-চা হৈরাংঙো
ললাম্বুং, ইম্ফাল ।

# হিরম তাকপা

হিরম লামাই
থামাঙয়ানবা — (ix)

## অহানবা পন্দুপ

হঙ্গি-চক অহানবা : — — ১

মীওইবশিংনা অতোপ্পা থবাইপানবপিংগা লৈমিন্নরম্বগী মওং — মীওইবশিংনা থাখল লৌশিং থোক্লকপা — মালেমগী শক্তম — মীওইবশিংগী চিঙ্গাক — লৈরম্বা থাক ।

খুনুং-চক : — — ১১

পোইতুনা-ফাইতুনা লৈবগুম লৈরক্লবা মীওইবশিং অতুনা পুনশিন্নবা, মকোক মরু নাইবা হৌরকপা — খুলশেম্বা, খুল্লিংবা হৌরকপা — মীওইবনা মীরোল থোক্লমদবদগী লোল শেমগৎলকপা ( লোল পুথোক্লকপা ) — মীওইবশিং অতুগী থাক ।

লাংবা-চক : — — ২৭

লাংবা-চক্তা মীরোল থোক্লবা মীওইবশিং অতুগী থাখল লৌশিংগী থাক — য়েক শলাই পুথোকপা হৌবা — কোইকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসরোং, উরেনপুবা, উরেন হনবা, ইরেম, খাবি অমস্তুং লংবগী মতাং — মখোইনা কাংলুপ শেম্নতুনা খুম্থোক্লখিবা, খুল্লিংনহৌবা — মতম অতুগী মী-ওইশিং অতুনা লৈরম্বা ফিভম ।

## অনিশুবা পন্দুপ

লাংবা-চক :

হিরম লামাই

লাংবা-চক লোইরমদাইগী মমিং মথা থোল্লবা মীওই খরগী মরম —

পোইরৈতোন অমসুং মহাক্কী মুপীশিং অমসুং মচাশিং খরগী মতাং —— ৪১

পোইরৈতোন্না লৈরম্বা মফম, খুন্দোক্লকপগী হৌরকফম —— ৪৫

পোইরৈতোন্না খুন্দোক্লকপগী মরম —— ৪৯

য়েংগদবা :

★ লাংবা-চক্তা লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোঙ্গা অরিবা ) না, কোন্না-চক্তা নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা পানখি । — ৫২

★ নোংদা লাইরেল পাখংবা নেংঙাবা ( শিবা ) —— ৫৮

★ নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথংদা পানখিবা নিংথৌ —— ৫৯

লোল্লাং পাখংবা : —— ৬১

লাংবা-চক্তা পাল্লম্বা-নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোঙ্গা অরিবা, লৈনুং লোনচা অলিপা ) গী মতমদা চৎনরম্ব', হুমিৎ-থা, চহিপাবা, শিবগী থৌরম, লাইনিঙ, লমচৎ, নিঙলম্বা লাই, চারম্বা চিঙ্গাক, ফিজেৎ অমসুং শিজিন্নরম্বা খুৎশু-খুৎলাই —— ৬১

শগোল কাঙজৈ : —— ৭৫

লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোনজা অরিবা ) গী মতমদা অহানবা ওইনা পুথোক্লকম্বা — (১) দা চহি পাবা, (২) দা তানগী পুংফুপ পুথোক্তুনা তানয়ৈবা হৌবা, (৩) দা — নিংথৌ অসিগী লৈঙাক্লোল —— ৭৬

য়োইমোংব', তাউথিংমাং পোকপা : —— ৮৬

## অহুমশুবা পন্দুপ

খুবাই নোংচেনবনা নিংথৌ ওইবা : —— ১০১

খুবাই নোংচেনবগী পুন্সিদা থোকখিবা, থেংনখিবা মরু ওইবা

থৌদোকবাথোক, শা-লাল : —— ১০১

হিরম লামাই

য়েংগদবা :

( পাম্থোইবীগী মমা অমসুং মপা ) — — ১৩৮

## মরিশুবা পন্দুপ

খাবা কাংলুপ্পা লৈথা তাবা — নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইবা । — — ১৪৯

ফম্বাল তোংবা — — ১৫০

চৈরাওবা : — — ১৫১

চাকচা-ফিসেৎ, লাইনিঙ, অমসুং শিবগী থৌরম : — — ১৫৭

লাইনিঙ, : — — ১৫৭

য়েংগদবা :

★ ঙরিবৈ মতমগী লাইনিঙ, — — ১৫৮

★ পাখংবা লাইনিঙ — — ১৬২

শিবগী থৌরম : — — ১৬৬

লৈঙাকলোনগী ফমথো ফম্বুপ — — ১৬৭

খোংলুপ : — — ১৬৮

ফম্লোল : — — ১৬৮

ফম্ফমগী মওং : — — ১৬৮

তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইবা : — — ১৬৯

য়েংগদবা : — — ১৭০

( হৌজিক লুরিবদি — নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইবদগীনা, হৌজিক ফাওবদা — চহি কয়া শুরে হায়বা পুথোকপা লুরি । )

# ব্রাম্মাও য়ামবা

ওন্নিথৈ মতমদা ( হৌরকফৈদা ) মীওইবা পুম্নমক মীরোল পোঙলোল খোক্লমদে ( মরোল-মরি খোক্লমদে ); পুয়ানা হায়রি ।

খুদমদি :—

চক মরি, হায়বদি — অহানবদা-হয়িচক, ২ শুবদা - খুনুংচক, ৩ শুবদা - লাংবা চক অমসুং ৪ শুবদা - কোম্নচক ; চক্ মরি অসিগী মনুংদা - ২ শুবা - খুনুংচক, ৩ শুবা - লাংবা চক, হায়ব্লিবা চক অনি অসিগী মতাংদা, "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বারোল অসি ইরি :—

খুনুংচক্তা — "মিরোল পোঙলোন থোক্কে হায়বগী মময় মনা কাঙলক্লে ।" "লাংবচক্তদি মিরোন থোক্লে ।"

অসুম্না ইরি ।

মরম অসি লৈরনা — অহানবা চক্ত হয়িচক্তদি ( হৌরকফৈদদি ) মীরোল পোঙলোন থোক্লমদে হায়বস্রি মশানা তাবা ব্রাফমনি ।

লাইরিক অসিদা — "হয়িচক অহানবদা নিংথৌ কাংবা লৈমা কাঙখম্না চাহয় ১০০০০ মা পানলমএ । লয়তাঙ পুক্নমলেনবু থাজা কুমজা হাঙদনা তাইচিকচাবা কাঙখম্না লায়খোং নিংথৌঙানে । লয়য়োই নোংওইবিনা নিংথৌ কোংঙাবনে । নোঙয়াইস্নুনা নিংথৌ ভারিনে । লয়মা তান্নুনা করৌরককী খমলাং ফাবনে । ... ... ... ... ... ... ... ... ... ।" অসুম্না মথং মথং ইরক্লি ।

ইরিবা অসি নিংথৌরোল নত্তে ; শাগে য়ুম্দারকপা মথং মথং পোক্লকপগী মওংসু নত্তে । মরমদি :—

হয়িচক্তদি মীওইবশিং অসি মীরোল-পোঙলোল খোক্তরি হায়না

পুয়া অসিমক্না খঙ্‌হল্লি। মীওইবনা মীরোল পোক্কিদৌদা ৱাহল্লোক লৈবা মমিং মথা থোন্দুনা নিংথৌ মথং মথং পাল্লকপা ওইথোককম থোক্কে। পুয়া অসিনা উৎলিবদি মিৎয়েং অমনি।

শন্না হায়রবদা — "থিরেল লায়াৎ" পু ইরম্মীবা মাইচৌ অতুনা উৎলম্লিবা ইচেল অতু, ঐথোয়না লাইরিক অসিবু (থিরেল লায়াৎপু) মতাং খঙ্‌না ৱাহল্লোক তৌরবদি খঙ্‌বা ঙমগনি।

ৱাফম ১ না—

"থিরেল লায়াৎ" কৌবা লাইরিক অসি ২/৩ থেংনজে। লাইরিক-শিং অসিদা চহি কুমশিং পীরিবশিং অতুদি অমদা ইরম্বগা, অমদা ইরম্বগা খেন্নবা য়াওরকই। অতুগা পীরিবা চহি মশিংশিং অসিসু অকক্না মশিং অগুক্কি হায়না হায়বদা চুনদবা, পাওরো ওইনা ইরম্বা মশিমক্তনি।

মরম অসিনা — চা-না হোবা মশিংশিংদা — চা-খরা, চা-কয়ামরুম ; লিশিংনা হোবা মশিংশিংদা — লিশিং-খরা, লিশিং কয়ামরুম হায়না মতাং মতাংগী য়েংনা ৱাহল্লোক তৌজরি।

———

# মৈত্রবাক্কী মৈহৌরোল য়ুম্বী

<u>অহানবা পন্দুপ</u>

## ।। হয়িচক অহানবা ।।

হয়িচক অহানবদা–মীওইবশিংনা মালেম অসিদা অতোপ্পা থবাইপানবশিংগা লৈমিন্নরম্বা মওং, মীওইবশিংনা রাখল লৌশিং থোক্লকপগী (ফংলকপাগী) মওং, মালেম অসিনা লৈরম্বা শকুম, মীওইবশিং অতূনা চারম্বা চিঙ্গাক অমসুং মীওইবশিং অতুগী থাক,–হিন্নমশিং অসিগী মরমদা "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্তা মখাগী বারোল অসি ইরি:–

(১) নিংথৌ কাংবা লৈমা কাঙখম্না চাহুয় ১০০০০ মা পানলমএ ।।

(২) লয়তাঙ পুরুমলেনবু থাঙ্গা কুমঙ্গা হাংদনা তাইচিকচাবা কাঙখন.না লায়থোং নিংথৌঙানে ।।

(৩) লয়য়োই নোংওইবিনা নিংথৌ কোংঙাবনে ।।

(৪) নোংখাইম্বনা নিংথৌ তারিনে ।।

(৫) লয়মা তান্নুনা করৌরক্কী খম্নাং ফাবনে ।।

(৬) তরঙ খোয়নুস্নুনা নোংদম হনবনে ।।

(৭) তরঙস্নুনা অকাবা ।।

(৮) মালং হুমওইবিনা নিংথৌ তরংবা ।।

(৯) কাতে নুবিনা অসাংবা ।।

(১০) নোংকাং কোয়বীনা অমুকাংসানাহানে ।।

(১১) কোরৌ নোংসাবীনা অঙাং ।।

(১২) নোংথাইস্নুনা অঙার ।।

(১৩) য়াইসনা য়াইকুবিনা তনৌঙাং ।।

(১৪) নোংসাবিনা তানৌচি ॥
(১৫) লয়খোমতাউবিনা কাকলেনসি ॥
(১৬) নোংকাংসুনা নিংথৌ মৈরোঙবা ॥
(১৭) সিমারিং নোংকাবিনা লয়থোংথঙ ॥
(১৮) থাপলৌ মরিন তিংবিনা নিংথৌ কোরৌহনবা ॥

অসিগী মথংদা ॥০॥ লমপু তুপু তরেৎ লাইকাম নেমতা সোইতানা পানলম্বা চাহয় ১৯০০০ (লাইরিক ১দনা লখা ১ লিশিং ৯) মাবু সনা মহিনা পানলমএ ॥ লয়পাক মমিংদি-লয়তাঙ কাঙওইপুং কৌএ ॥ সাদি সায়ান্দা, ঙাদি ঙায়ান উদা, চাক্তি খুরায় খুনফমলেন্দা চতুন পানলে ॥ সিঙপোৎ লাপোৎতি হোইরবগা মথম্না চৎলমএ ॥ সাদুঙ ঙাসুঙ মীসুঙ মরোন অমতা ওইনা পানলমএ ॥

---

নৈনবা-

(১)-হয়িচক—অহানবদা নিংথৌ কাংবা লৈমা কাঙথম্না চাহয় ১০০০০ মা পানলমএ ॥

নিংথৌকাংবা (নিংথৌপান্দবা, নিংবা পৌবা ৱাংপা, ৱাখল পৌবা ৱাংপা) ;
লৈমা (নিংথৌগী মুপী, ময়ুম পাল্লবা মুপী); মতাং অসিদদি-লৈমা (থৌনা য়াওদবা মুপীগুম্বা মীওই, মুপা থোক্তবা);
কাঙথন (মতিক ময়াই কাঙবা অতোপ্পা থরাইপানবশিংনা শোক্তনবা লোংপা) ॥

ৱাহন্থোক-

হয়িচক অহানবদা-নিংবা পৌবা ৱাংপা, থৌনা য়াওদবা (মুপীগুম্বা, মুপা থোক্তবা), মতিক ময়াই কাঙবা অতোপ্পা থরাইপানবশিংনা শোক্তনবা লোংপা মীওইশিংনা চহি লিশিং কয়া মরুম পাল্লম্মী ॥

(২)-লয়তাঙ পুরুমলেনবু থাজা কুমজা হাঙদনা তাইটিকচাবা কাঙথম্না লায়থোং নিংথৌঙানে ॥

লয়তাঙ (লৈবা+তাঙবা, তাঙনা লৈবা);
পুরুম্বা, (খুরুম্বা, নোঙবা); লেন (থরাইদগী হেনবা);

পুরুমলেল ( থোইদোক হেন্দোক্লা নোঙ্গবা );
তাইচিকচাবা ( ঈংনা তাইজবা, ঈংনা তাইনজবা );
কাঙগল্লা- মথক্কীদা হনখে ;
লায়পোং ( অরাইবা থোং, অরাইবা লাম্বোক্লবা পাম্বৈ );
নিংথোঙা ( নিংবা+থোবা+ঙাবা, হায়বদি—ৱাখল লৌশিং খরা থোরকপা );
ৱাহন্থোক -
তাঙনা লৈবা ( মশিং য়ামদনা লৈবা ), থোইদোক হেন্দোক্লা নোঙ্গববু ( না ) মতম পুম্নমক্তা ঈংনা তাইনজবা, মতিক ময়াই কাঙবা অতোপ্পা থবাইপানবশিংনা শোক্লনবা লোংপা মীওইবশিং অহুনা অরাইবা লাম্বোক্লবা পাম্বৈ থঙবা, ৱাখল লৌশিং খরা থোরকপা ওইএ ॥

(৩)- লয়য়োই নোংওইবিনা নিংথৌ কোংঙবনে ॥

লয়য়োই ( লয়-লৈ, য়োই- মুংঙাইবা, লৈবা মুংঙাইবা ); [য়েংগদবাঃ- নোং- অমম্বা ; য়াই—অঙানবা, হায়বনা "অমম নোংলোন" কৌবা পুয়ানা ৱাহন্থোক তৌই । য়োইবু য়োইহেন তানবা- অক্কা- মুংঙাই তানবা], নোংওইবিনা ( অমম্বা ওইবীনা ) ।

ৱাহন্থোক—
লৈবা মুংঙাইবা ( মুংঙাইথোকপা ), অমম্বা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা থোবা কোংঙবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ॥
(৪) নোংখাইনুনা নিংথৌ তারিনে ॥

নোংখাই ( নোং-অমম্বা, খাই-খাইবা ; অমম্বা খাইবা ; অমম্বা খোইদোকপা );
তারি ( তাবা+লিবা ; তাশিন লিশিনবা );
ৱাহন্থোক—
অমম্বা খাইদোকপা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা থোবা তাশিন-লিশিনবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ॥

(৫) লয়মা তাম্নুনা কোরৌরক্কী থম্লাঙ ক্কাবনে ॥
লয়মা ( মতাং অসিদদি- তপ্পা, ঈংবা );
লয়মাতাম্নু ( ঈংনা তাবা ওইবী );

কোরৌ ( নোংথৌ, অৱাঙবা ); খন্নাঙবা ( খন্না লাঙবা ) ;

**ৱাহন্থোক—**

ঈংনা তাবা ওইবী পুক্নিংনা অৱাঙবারক্কী খন্না লাঙ্‌বা ফাত্তিন্দুনা

থম্বা ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ॥

(৬)—তরঙ খোয়স্নুস্নুনা নোংদম হনবনে ॥

খোয় ( খোয়বা, কোনবা ); সু (সুবা, শুবা, থবক তৌবা ); নোংদম্না (অমম্না

তম্বা, অমম্বনা তম্বা, খঙহৌদনা ওইবা, খঙহৌদনা ফংবা ) ;

**ৱাহন্দোক—**

তরঙদা, অখোয়বা ৱাখল খনবা ওইবী পুক্নিংনা ( পুক্নিংদগীসু )

খঙহৌদনা ফংবা অহানবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ॥

(৭)—তরংস্নুনা অকাবা ॥

তরং ( তরংবা, তরং-তরংবা, তশেংবা, তশেং-তশেংবা );

**ৱাহন্থোক—**

তশেং-তশেংবা ৱাখন খনবা ওইবী পুক্নিংনা অকাবা ( হেনগৎপা )

ৱাখল লৌশিং পোকএ ॥

(৮)—মালং হুমওইবিনা নিংথৌ তরংবা ॥

**ৱাহন্থোক—**

মুংশিং শিংপগুম্ব হুমতুনা লৈবা ৱাখল ওইবী পুক্নিংনা নিংবা

থৌবা, তশেং-তশেংবা ৱাখল লৌশিং পোকএ ॥

(৯)—কাতেন্নুবীনা অসাংবা ॥

কাতে ( কাবা তেবা, হায়বদি- ৱাখল থোরকপদা ঈংথবা ওইবা ),

**ৱাহন্থোক—**

ৱাখল থোরক,পদা ঈংথবা ওইবী পুক্নিংনা অশাংবা ( শাংনা লৈগদবা

ৱাখল লৌশিং ) পোকএ ॥

(১০)—নোংকাংকোয়বীনা অমু কাংসানাহানে ॥

নোংকাং ( নোং - অমম্বা, কাং - কাংবা; অমম্বা কাংবা; অমম্বা য়াওদবা );
আমুকাংসা নাহা ( অমু + কাং + সা + নাহা; অমম্বা য়াওদ্রবা নৌনা শাগৎলকপা );

রাহন্দোক—

অমম্বা য়াওদ্রবা, কোয়না থিবা ওইবী পুক্লিংনা অমম্বা য়াওদ্রবা নৌনা শাগৎলকপা রাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১১)—কোরৌ নোংসাবীনা অঙাং ॥

কোরৌ ( নোংথৌ, অবাঙ্বা ); অঙাং ( মতাং অহিংদদি অনৌবা রাখল লৌশিং );

রাহন্দোক—

অরাঙবা রাখল, অমম্বদা শাগৎপী ( ঈংনা খনবা ) পুক্লিংনা অনৌবা রাখল লৌশিং পোকএ ॥

(১২)—নোংখাইস্থনা অচৌর ॥

নোংখাইস্থ ( নোং + খাই + স্থ, অমম্বা + খাইদো + স্থবা, অমম্বা খাইদোকপা ওইবা,);
অচৌর ( অ + চৌ + র ( বা ) অমা + চৌবা + বাবা, তথাপ্পা রাখল খনবা ডম্বা, অরুবা রাখল খনবা ডম্বা ) ।

রাহন্দোক—

অমম্বা খাইদোকপা ওইবী পুক্লিংনা তথাপ্পা ( অরুবা ) রাখল খনবা ডম্বা রাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১৩)—য়াইসনা য়াইকুবিনা তনৌঙাং ॥

য়াই ( অঙানবা ); য়াইসনা ( অঙানবা অতাঙবা, অতাঙবা মঙাল );
য়াইকুবি ( মঙাল পীবী ); তনৌঙাং ( তনৌ তনৌরিবা ঙাংনৈনবা য়াম্না নৌরিবা, তনৌ তনৌবা );

রাহন্দোক—

অতাঙবা মঙাল ওইবী, মঙাল পীবী পুক্লিংনা তনৌ-তনৌবা রাখল—( হায়বদি—অনৌবা, নৌনা পুথোকপা রাখল লৌশিং ) ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১৪)—নোংসাবিনা তানৌচি ॥

নোং ( অমম্বা, মতাং অসিদদি—ফোংদবা ); সাবি ( শাবা ওইবী );
নোংসাবি ( ফোংদনা শাগংপা ওইবী, তুমিন্না থ্ ুপ্না শাগংপী
তানৌচি ( তনৌ-তনৌবা চিরবা, নৌরবা চিরবা );

ৱাহন্থোক—

থ্ ুপ্না তুম্মিন্না শাগংপা ওইবী পুক্নিংনা নৌরবা চিরবা ৱাখল লৌশিং পোকএ ।।

(১৫)—লয়খোমতাউবিনা কাকলেনসি ।।

লয়খোম ( লৈবা খোম্বা, হায়বদি—খোমজিনবা ওইবা );
লয়খোমতাউবি ( খোমজিনবগী ৱাখন্দা তাউত্নুা লৈবা ওইবী );
কাকলেল [ থোইদোক হেন্দোক্লা হাংদোকপা ( ফোংদোকপা )];
সি ( মতাং অসিদদি - সি - শীবা, শীজিনবা, হাপ্পা );

ৱাহন্থোক—

খোমজিনবগী ৱাখন্দা তাউত্নুা লৈবা ওইবি পুক্নিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাখল ফোংদোকপা হাপ্পা (পীবা) ৱাখল লৌশিং পোকএ ।।

(১৬)—নোংকাংস্নুা নিংথৌ মৈরোঙবা ।।

নোংকাং ( অমম্বা কাংবা, অমম্বা কোক্লবা );
স্ু ( শুবা, থবক তৌবা, হোংনবা );
নোংকাংস্ু ( অমম্বা কোক্লবা হোংনবা );
মৈরোঙবা ( মতোল লোঙবা); মৈরোঙবা ( মতাং অসিদদি-মখল কয়া থোকপা ) ;

ৱাহন্থোক—

অমম্বা কোক্লবা হোংনবা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা থৌবা মখল কয়া থোকপা ( পুথোকপা ) ৱাখল লৌশিং পোকএ ।।

(১৭)—সিমারিং নোংকাবিনা লয়থোঙ্খঙ্ ।।

সি ( শীবা, শীজিনবা, হাপ্পা, হাপচিনবা );
রিং—লিং ( লিংবা ); নোং ( অমম্বা, মতাং অসিদদি ফোংদবা );
কাবি ( কাগংপা ওইবী, হাইগংপা ওইবী, );
লায়থোঙ্খঙ্ ( লৈনবা থোঙ খঙবা, লৈনবা মরম খঙবা ),

ৱাহন্থোক—

শীজিন-হাপচিনৰা ৱাখল লিংবা ওইবী পুক্লিংনা লৈনবা ( হিংনবা ) মরম খণ্ডবা ৱাখল লৌশিং পোকএ ।।

(১৮)—থাপলৌ মরিন তিংবিনা নিংথৌ কোরৌহনবা ।।

কোরৌহনবা ( নুমিৎ, মতাং অসিদদি—নুমিৎকুম মণ্ডাল চাওবা );

ৱাহন্থোক—

থাপনা লৌবা ( পাক্লা-চাউনা উবা ) মরিন তিংবা ওইবী পুক্লিংনা নিংবা থোৌবা, নুমিৎকুম মণ্ডাল চাওবা ৱাখল লৌশিং পোকএ ।।

অসিগী মথংদা ।।0।। লমপু তুরেৎ লাইকাম নেমতা সোয়তানা পানলম্না চহির ১৯০০০ ( লাইরিক ১দা না-লখা ১ লিশিং ৯ ) মাবু সনা মহিনা পানলমএ ।।

লমপু ( না ) ; তুপু ( তুখোংবু, তুরেলবু );

তুরেৎ লাইকাম ( লাইরেল, চিংলাই, লিন্নচিংবা );

নেমতা সোয়ত ( নেম্বা লৈতনা ) ; সনামহি ( অসিনা কৌবা লাই ):

প্রংগদবা:- "অসিনা" হায়বদি ঈশিংবু খংনৈ । [ লৈশেমলোল ]

ৱাহন্থোক—

অসিগী মথংদা ( হয়িচক্তা ওইরম্বা লৈবাক্কী ফিভম )—লম্বদা তুখোংবু ( খোং ১সুং তুরেলবু ) লাইরেল চিংলাই লিন্নচিংবা ( না ) নেম্বা লৈতনা ( ময়াইকান ) পাল্লম্বা চহি লখা ( লখ ) হেন্না ঈশিংনা পাল্লমএ ।। হায়বদি—

লম্নকতা, তুখোংদা, তুরেন্দা, চীংমান্দা লাইরেল চিংলাই লিন্নচিংবনা নেম্বা লৈতনা খেংনা, ময়াইকানা পাল্লম্বা ( লৈরম্বা ) চহি লাখা হেনববু, চীংয়া-তময়াগী অয়াম্বা শরুক ইশিংগী ঈশিং চাক্লা ওাইরম্মী ( ঈশিং মনুংদা লৈরম্মী ) ।। অসিনি ।

লয়পাক মমিঙদি—লয়তাঙ, কাঙওইপুং কৌএ ।।

লয়পাক মমিঙদি ( লৈবাক অসিদি ) ; লয়তাঙ ( লৈবা তাঙবা, তাঙনা লৈবা, লিক্লা লৈবা ) ; কাঙ্ ( কাঙ্বা, হায়বদি—শা, ঙা তিল কাঙনচিংবনা মতিক ময়াই কাঙবা ) ; ওইপুং ( ওইবা পুং ) ;

ৱাহন্থোক—

লৈবাক অসিদি ( অদুদি ) —মতম অদুগী মীশিং অদুনা, তাঙনা লিক্লনা মশিং য়ামদনা লৈবা, শা, ঙা, তিল কাঙনচিংবা মতিক ময়াই কাঙবশিংগী ওইবা পুং ( মফম ) ওইএ ( ওইনা লৈরে ) ।।

সাদি সায়ান্দা ঙাদি ঙায়ান উদা পানলে ।। চাক্কি খুরায় খুনফম লেন্দা চদুম, পানলে ।।

খুরায় ( খু্ খুবা, লাঙদবা, মতাং অসিদদি—লাপতবা ; রায়—লাইবা ;

খুরায় ( লাপতবা লাইবা, ইনকনকপা, ইরাপ লাপতবা ) ;

ৱাহন্থোক—

মতম অদুদি চিঙ্গাক ওইনরিবা শা, ঙা য়াম্দুনা লৈবগুম্না ফংলম্মি । ইরাপ-লাপতবা, লৈরিবা থোইদোকপা লম্দম অদুদা লৈরিবা, পাল্লিবা হৈরাংশিং অদুনা চিঙ্গাক ওইনা ( চাককুম্না ) চানরম্মি । অসিনি ।।

সিংপোৎ লাপোৎতি হোইরবগা মথন্না চৎলমএ ।।

ৱাহন্থোক—

শিজিন্নবা শিঙ, লা পুম্নমক, হোইরগা মথন্না চৎপগুম, মফম খুদিংদা ফংলম্মী ।।

সাসুঙ ঙাসুঙ, মীসুঙ, মরোন অমতা ওইনা পানলম্মএ ।

ৱাহন্থোক—

শাসুং ঙাসুং মীসুং পাংথক অমতা ওইনা পাল্লম্মএ ।।

## মথক্কী নৈনখি,বশিং অসিগী পুনশিল্লবা

### শক্তম

হয়িংক অহানবদা—নিংবা থৌবা ৱাৎপা, থৌনা য়াওদবা ( মুপীগুম্বা, মুপা থোক্তবা ), মতিক ময়াই কাঙবা অতোপ্পা থৱাইপানবশিংনা শোক্তনবা লোৎপা মীওইশিংনা চহি লিশিং কয়ামরুম পাল্লম্মী ।

( ২)—তাঙ,না লৈবা ( মশিং য়ামদনা লৈবা ), থোইদোক হেন্দোক্লা নোঙ্গনা, মতম পুন্নমক্তা ঈংনা তাইনজবা, মতিক মৱাই কাঙ,বা—অতোপ্পা থৱাইপানবশিংনা শোক্তনবা লোৎপা মীওইশিং অত্তুনা অরাইবা লাম্বোক্লবা পাম্বে খঙ,বা, ৱাখল লৌশিং খরা থৌরকপা ওইএ ।

(৩)—লৈবা মুংঙাইবা ( নুংঙাইথোকপা ), অমম্বা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা থৌবা কোংঙবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ।

(৪)—অমম্বা খাইদোকপা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা থৌবা তাশিন—লিশিনবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ।

(৫)—ঈংনা তাবা ওইবী পুক্নিংনা অৱাঙ,বারক্কী খন্না লাঙবা ফাজিন্দুনা থম্বা ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ।

(৬)—তরঙ,দা অখোয়বা ৱাখল খনবা ওইবী পুক্নিংনা ( পুক্নিংদগীসু ) খঙ,হৌদনা কংবা অহানবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ।

(৭)—তশেং তশেংবা ৱাখল খনবা ওইবী পুক্নিংনা অকাবা ( হেনগংপা ) ৱাখল লৌশিং পোকএ ।

(৮)—নুংশিং শিংপগুম হুমত্তুনা লৈবা ৱাখল ওইবী পুক্নিংনা তশেং-তশেংবা ৱাখল লৌশিং পোকএ ।

(৯)—ৱাখল থোরকপদা ঈংথবা ওইবী পুক্নিংনা অশাংবা ( শাংনা লৈগদবা ৱাখল লৌশিং ) পোকএ ।

(১০)—অমম্বা য়াওদবা, কোয়না খিবা ওইবা পুক্নিংনা অমম্বা

(১১)—য়াওন্নবা নৌনা শাগৎলকপা ৱাখল লৌশিং ওইএ (পোকএ)।
অৱাংবা ৱাখল, অমম্বদা শাগৎপী (ঈংনা খনবী) পুক্লিংনা অনৌবা ৱাখল লৌশিং পোকএ।

(১২)—অমম্বা খাইদোকপা ওইবী পুক্লিংনা অথাপ্পা (অরুবা) ৱাখন খনবা ঙম্বা ৱাখল লৌশিং ওইএ (পোকএ)।

(১৩)—অতাঙবা মঙাল ওইবী, মঙাল পীবী পুক্লিংনা তনৌ—তনৌবা ৱাখল (হায়বদি—তনৌবা, নৌনা পুথোকপা ৱাখল লৌশিং) ওইএ (পোকএ)।

(১৪)—থুপনা তুম্মিন্না শাগৎপা ওইবী পুক্লিংনা নৌরবা চিরবা ৱাখল লৌশিং পোকএ।

(১৫)—খোমজিনবগী ৱাখন্দা তাউহুনা লৈবা ওইবী পুক্লিংনা খোইদোক হেন্দোক্লা কোংদোকপা ৱাখল লৌশিং পোকএ।

(১৬)—অমম্বা কেক্রুবা হোৎনবা ওইবী পুক্লিংনা নিংবা থৌবা, মখল কয়া থোকপা (পথোকপা) ৱাখল লৌশিং থোকপা ওইএ।

(১৭)—শীজিন—হাপচিনবগী ৱাখল লিংবা ওইবী পক্লিংনা লৈনবা (হিংনবা) মরম খঙবা ৱাখল লৌশিং পোকএ।

(১৮)—থাপনা লৌবা (পাক্লা—চাউনা খঙবা) মরিন তিংবা ওইবী পক্লিংনা নিংবা থৌবা; নুমিৎকুম মঙাল চাওবা ৱাখল লৌশিং পোকএ। [অহুন্না মীওইবশিংনা শা, ঙা মরক্তা পন্সি লেল্লম্মী অমসুং লৌশিং ফংলম্মী]

লৈবাক্কী ফিভমদি—

লম্বক্তা, তুংখোংদা, তুরেন্দা, চীংমান্দা শাইরেল চিংলাই লিম্ন-চিংবনা নেম্বা লৈতনা, খেংনা, ময়াইকানা লৈরম্বা চহি লাখ হেনবনু, চীংয়া-তময়াগী অয়াম্বা শরুক, ঈশিং ঙাক্তা ঙাইরম্মী (ঈশিং মনুঙদা লৈরম্মী)।

লৈবাক অসিদি—মতম অতুগী মীশিং অতুনা তাঙনা• মশিং য়ামদনা লৈবা; শা, ভা, তিল ফাঙনচিংবা মতিক ময়াই ফাঙ,বশিংগী শুইবা মফম শুইনা লৈয়ে ।

মতম অতুদি—চিঙ্গাক ওইনরিবা শা, ভা য়ানতুনা লৈবগুন্না ফংলম্মী । ইরাপ-লাপতবা, লৈরিবা থোইদোকপা লমদম অতুদা হৌরিবা• পাল্লিধা হৈরাশিং অতুনা চিঙ্গাক ওইনা (চাক,কুম্না) চানরম্মী ।

শিক্তিম্ননবা শিঙ, লা পুম্নমক, হোইরগা মথম্না চৎপগুম, মফম খুদিংদা ফংলম্মী ।

শামু চাম্পুং মীস্তুং পাংখক অমতা ওইনা পাল্লমএ ।

[অসিনি "থিরেল লায়াৎ" না উৎলিবা হুয়িচক্কী শক্তম]

# খুনুংচক ॥

খুনুংচক্তা—মীওইবশিং অতুনা পুনশিন্নতুনা মৃকোক মরু নাইনা, ফদৈ নাইনা অম্যগা অমগা মতেং লৌনতুনা পাল্লকপা হৌবা, মখোয়না ৱায়েন থোদা তৌতুনা পাল্লম্বা অমস্তুং মীওইবশিংনা "মীওইবনা লৌন্নরিবা লোন" অসি পুথোক্লকপা—শেমগৎলকপাগী মওং—হিরম্শিং অসিগী মরম্দা "থিরেললায়াৎ" কৌবা লাইরিক্তা মখাগী ৱারোল অসিগী ইরিঃ—

(১)—খুনুংচক্তা পোয়রৈ লয়সাংথৌ অহনবনা নিংথৌ পোংবা তরামা কৌনা পানলমএ ॥

(২)—নিংথৌকাংবা অতুনা মরিয়া ফম্বাক্চা কৌনা চাহয় ৫০০ পানলমএ ॥

(৩)—লয়নুঙ থৌহু চেংচা নুংখঙবীনা পোংথাঙলেল পোংলিংহনবা কৌএ ॥

(৪)—থারোয় লোইন্নুম্নুনা নিংথৌ চেংঙাবা ॥
(৫)—ইমোয়ন্নুনা খোমা, য়োংঙা, ককসা, বানসা, হেপু কংচিকপা ঙাংচেং
লয়তকপনে ॥
(৬)—চাউতন্ন সাংবিনা মিরাবা ॥
(৭)—কুরুম ময়নাইদবিনা নুংকাঙ মহারাবা ॥
(৮)—তাউরিরোইনাইনা চিংয়াই খুন্দাবা ॥
(৯)—নোয়াই চারিওনবিনা চাওবা মপানথাবা ॥
(১০)—পিসিন্নুনা হুয়রোঙঙাং ॥
(১১)—ঙাংসাবিনা ঙাংনিংসিং ॥
(১২)—পিশিনখোম্বীনা ঙানবা নাহানে, লয়কোয়নে ॥
(১৩)—লয়চিকন্নুনা নোংদমলেল ॥
(১৪)—হাইন্নুনা কুরুম্বা ॥
(১৫)—লাহাইন্নুনা কুরুম সানায়বা ॥
(১৬)—লয়পুবিনা লায়বা নাহা ॥
(১৭)—অহুমন্নুনা তাউহুইরেং ॥
(১৮)—খিংখিং লাংসাবীনা নুংমুকাংবা ॥
(১৯)—অহোংঙন্নুনা নুংহুইরাং ॥
(২০)—থৌকাইবিনা নুংতারেল ॥
(২১)—য়ৌঙাইবিন্দা—মিচাকু ॥
(২২)—কৈনম লাঙবিনা লয়তাঙলা ॥
(২৩)—কোকচা লায়চানা ইখংথংকরি, লাইরেল পোংলিংহনবা ॥
(২৪)—য়ুসিন খোম্বীনা কোরৌ নোংকা পাম্বা ॥
(২৫)—লেন্নাম্নুনা থম্নাংবা ॥
(২৬)—পিসাতাউনা হিংঙানবা ॥
(২৭)—খোংঙাম্নুনা কৈফাবা ॥

(২৮)—চাংগোয়রন্না তায়বঙ চামবা ।।
(২৯)—ভারান্না মফোং ।।
(৩০)—খুমুইবানা নিংথৌ অপানবা ।।

মতম অতুদা -

লায়য়িংথৌ খানা চাউবদি কাসা কুক্‌মলেন লয়পুবা কৌএ ।।

চাহুয় কুমসিঙ ১৯০০০০ পানলমএ ।।

মৈরোল পোংলোন থোক্লে হায়বগী মময় মনা কাঙলকলে ।।

---

নৈনবা—

(১)—খুন্থুংচক্কা পোয়রৈ লয়সাংথৌ অহনবনা নিংথৌ পোংবা তরামা কৌনা পানলমএ ।।

পোয়রৈ ( পোয়বা লৈবা, পোইতুনা লৈবা, কাইতুনা লৈবা ); লয়সাং {লৈবা শাংবা, শাংনা লৈবা }; পৌ ( থৌবা, থৌনা ফাবা, হোইবা ); লয়সাংথৌ (শাংনা থৌনা ফানা লৈবা, ( লৈরক্লবা ) শাংনা হোইতুনা লৈরক্লবা }; অহনবনা ( মতাং সিদদি – নিঙ্‌হয়রবশিং অতুনা ); য়েংগদবাঃ – নিংথৌ পোংবা তরা – পুগ্রনবা, নোং-থোনবা, খুরাইরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, হিয়াংলোই হঙ্গবা, চোঙথানবা হঙ্গবা, ইমাঙলোয় হঙ্গবা, ইমিংলোই হঙ্গবা, ফমথকচা অমসুং লাইখুরাকপা, ফমনাইবা তরা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই । অতুগা "কংলা হৌবা" থৌবা লাইরিক অতুদদি লৈকাই লাকপা মরি, শঙ্‌লেন লাকপা অনি, শঙখুবা শঙ্‌লাকপা অনি, পুগ্রনবা, নোংথোনবা অসিবু নিংথৌ পোংবা তরা কৌই হায় । ["অরিবা মনিপুরী সহিত্যগী ইতিহাস" লামাই – ৩৬]

মতাং অসিদদি—( খুন্থুংচক্কী তাজিন অসিদদি ) · নিংথৌ পোংবা তরা হায়বদি – মকোক মথং নাইনা (ফম্বৈ নাইনা ) মতম অতুগী মীওইশিং অতুনা পুনশিন্নরকপা হৌববু হায়বা ওইগনি ( হায়বনি ) । মরমদিঃ – মীওইবশিং অতু ৱাথল লৌশিং অতুক হাক্লা থোক্লিবা মতমনি । অমারোমদা য়েংলবসু নৈনরিবা অসিগী মথা মথং মথং নৈনরকপদা মীওইবনা মরোল মরি থোক্লকপগী মতাং লাক্কদোরিবনি; শম্না হায়রবদা – মতাং অসি মীওইবনা মরোল মরি থোক্লমদাই থোকপা মক্তি থোক্তিগী মতাংনি ।

ৱাহন্থোক—

খুন্নুংচক্তা—পোইহনা লৈবা ( পোইহনা—ফাইহনা লৈবগুম্বা ).
শাংনা হোইহনা লৈরক্লবা ( মতম শাংনা—শা, ডা, হিন—কাং,নগিংবগী মখা পোন্না লৈরক্লবা ) নিংছন্নরবা মীওইশিং অহনা পুনাশিনহনা, মকোক মক নাইনা ( ফম্বে নাইনা ) অমগা অমগা মতেং লৌনহনা পাল্লমএ ( পানবা হৌরক্লমএ ) ।। [ সমাজ শেম্বা হৌবা ]

(২)—নিংথৌ কাংবা অহনা মরিয়া ফম্বালচা কৌনা চাহুয় ৫০০ পানলমএ ।।

নিংথৌকাংবা ( নিংবা থৌবা কাংবা, ৱাখল লৌশিং ৱাংবা );
মরিয়া ( মরি মথং-মথং য়াবা ); ফম্বালচা - ফম্নুপচা );
ফম্বালচা কৌনা ( ফম্বালচা হায়না, ফম্নুপচা হায়না );
মতাং অসিদদি—ফম্বালচা কৌনা ( ফম্নুপচা হায়না, ফম্নুপচা হাপত্না );

ৱাহন্থোক—

নিংবা থৌবা ৱাংপা মীওইশিং অহনা মরি মথং মথং য়াবা ফম্বে ফম্নুপচা হাপহনা ( ফম্বাল নাইনা ৱায়েন থৌদা তৌহনা ) চহি চা কয়ামরুম পাল্লমএ ।।

(৩)— লয়নুঙ থৌহু চেংচা নুংখঙবীনা পোংথাঙলেল পোংলিংহনবা কৌএ ।।

চেংচা ( চেংবা ওইনা ); মতাং অসিদদি—মনুংতাবা ওইবা;

ৱাহন্থোক—

মনুংগী থৌঅহু চেংনা ( মনুংতানা ) খঙবী পুক্লিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা মী মথং মথং থাঙদোক্লকপা, মীলিংহনবা ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোক্লকএ ) ।।

হায়বদি—মীয়াম পুন্না, পুল্লপ—পুল্লপ লৈববুদি মথং মথং খরা খরা থাইদোক্লহনা খুন্থোক—খুল্লিংবনা হেন্না অকবা ওইগনি খন্নহনা খুন্থোক—খুল্লিংবা হৌখিং অসিনি ।

(৪)—থারোয় লোইনুম্বনা নিংথৌ চেংঙাবা ।।

থারোয় ( থাবা লোইবা, শিংথাবা লোইবা ); লোইনু ( লোইবা ওইবী ); স্ব
( শুবা, থবক শুবা );
লোইনুস্ব ( লোইবা শুবা ওইবী, লোইনা শুবা ওইবী );
চেংঙাবা ( চেংনা ঙাবা, মমুংতানা হোৎনবা );

ৱাহন্থোক –

শিংথাবা লোইরবা, লোইনা শুবা ওইবী পুক্নিংনা নিংবা—থৌবা, মমুংতানা হোৎনবা ( তৌবা ) ৱাখল লৌশিং ওইএ ( পোকএ ) ।।

(৫)—ইমোয়নুনা খোন, য়োংঙা, ককসা, ৱানসা ; হেপু কংচিকপা ঙাংচে লয়ভকপনে ।।

ইমোয় [ই-ঈ, ঈ মথং ইথং লাক্লিবা-( মীরোল ); মোয়–মথোল, লাওবা খোংবা খোন্থোক ]; খোন ( খোম্মা—খোন্দা মাবা, খোমজিন–তাশিনবা ); য়োংঙা ( য়োংনা ঙাবা, য়োংনা ঙাবা, য়োংগী মতেং লৌবা ); মতাং অসিদদি- য়োংগী খোন্থোককুম্বা; ককসা ( কক্তুনা শাবা ); ৱানসা ( ৱানবা শাবা, ৱানশিন্দুনা শাবা ); কংচিকপা ( মরেক মহাও ৱাংনা তৌবা, মরেক মহাও খোক্তবা ওইবা ); পু ( পাথংকোক - পুথাংকোক );
লয়ভকপা ( অরৈবা ভকথোকপা, অফংবা পুথোকপা );

ৱাহন্থোক—

ঈ মথং মথং ( মীরোল মথং মথং ) লাক্লিবশিং অদুগী লাওবা —খোংবা ওইবী খোন্থোক্লা ( খোন্থোক্লগী ) খোমজিন—তাশিনবা ওইবা, য়োংগী খোন্থোকুম্বা, কক্তুনা শাবা, ৱানশিন্দুনা শাগৎপা, পাথংকোক পুথাংকোকশিং অদুগী মরেক মহাও খোক্তবা, শিগংনবা ( ঙাংবদা মপুং মরৈ ফাদবা ) অফংবা পুথোক্লকপা লোল ওইএ ।।

(৬)— চাউভল সাঙবিনা সিরাবা ।।

ৱাহন্থোক—

চাউবা ভলবা ( চাউবা থিনবা ), শাংনা লৈবা ওইবী খোন্থোক্লা

মমি লারবা লোল ওইএ ।।

(৭) —কুরুম ময়নাইতম্বিনা ঙুংকাঙ মহারাবা ।।

য়েংগদবাঃ - কুরুম লাউনা সানলকএ, অদুকী ক্রুম চিং কৌই । [ সাকোক বাকোক ] কুরুম ( গুরুং লাওনা চেম্বরকপা ইচেল ;

ঙুংকাঙ ( ঙুংকাঙবা, ঙুংগী কাঙবা ); মহারাবা ( মহা লাবা, খজিক্তুংলাবা );

বাহম্বোক —

গুরুং লাওনা চেম্বরকপা ( হায়জিল্লকপা ), মমৈ তাদবা ওইবা খোম্বোক্লা ঙুংগী কাঙথোক্লবা খজিক্তুং ল্যারবা লোল ওইএ ।।

(৮) —তাউবিরোইনাইনা চিংয়াই খুন্দাবা ।।

তাউবিরোইনাই ( তাওরিবী, লোইবা নাইবা ওইবী ),

চিং ( চিংবা ); য়াই ( অঙালবা, মঙাল );

চিংয়াই ( মঙাল চিংবা, মঙাল লৈবা, মঙাল ফংবা );

বাহম্বোক —

তাউরিবী, লোইবা নাইবা ওইবী খোম্বোক্লা মঙাল চিংশিনবা, খুন্দাবা ( মীয়াম্নাশিজিন্নবা ) লোল ওইএ ।।

(৯) — নোংয়াই চারি ওনবিনা চাওরা মপান থাবা ।।

নোংয়াই ( অমঙ্গা - অঙানবা ); মতাং অসিদদি - নোংয়াই ( মপুং ফাবোই —ফাদবোই তৌবা ); চারি ( চাবা লীবা, চানবা লীবা ); ওনবি ( অওনবা ওইবী );

চাওরা ( চাওবা, লাবা, চাওনা লারবা, চাওরবা ) ;

মপান থাবা ( মউলিংবা ); মতাং অসিদদি - চংনরবা ;

বাহম্বোক —

মপুং ফাবোই ফাদবোই তৌবা, চানবা, ( চুনবা ) লীবা, অওনবা ওইবী, খোম্বোক্লা চাওরবা লারবা, মউলিংবা ( চংনরবা ) লোল ওইএ ।।

(১০) —পিসিঙ্গুনা হয়রোংঙাং ।।

পিসি ( পীবা শীবা, মরোল মরোল হাপ্পা );

হয়রোংডাং ( হৈবা, লোডবা, ডাডবা; হৈশিংনা মখল মখল ডাডবা );

বাহংথোক —

মরোল মরোল হাপশিল্লকপা ওইবী খোন্থোক্লা হৈশিংনা মখল মখল ডাং,নবা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১১)—ডাংসাবিনা ডাংনিংসি ॥

ডাংনিংসি ( ডাঙ্ নিঙ্ বা + সি ( শীবা, —হাপচিনবা );

বাহংথোক—

ডাং,বা শাবা ওইবী খোন্থোক্লা ডাং,নিং,বা হাপচিল্লক,পা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১২)—পিসিন খোম্বীনা ডানবা নাহানে, কোয়লয়নে ॥

ডানবা নাহা ( মডাল ইন্ খৎলকপা, ইন্ খৎলকপা মডাল, নৌনা মডাল লাকপা ); লয়কোয় ( লৈবা কোইবা, লৈবাক কোইবা ); মতাং অসিদদি-লয়কোয় ( পাক্ শন্না শন্দোকপা )

বাহংথোক—

পিশিনবা গোমজিনবা ওইবী খোন্থোক্লা নৌনা মডাল লাকপা পাক, শন্না শন্দোকপা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১৩)—লয়চিকন্নুনা নোংদমলেন ॥

নোংদম ( অমগাদগী তম্বা, খঙ্ হৌদনা লাকপা );

বাহংথোক—

চিক্লা লৈবা ওইবী খোন্থোক্লা খঙ,হৌদনা লাকপা. থোইদোক-হেন্দোকপা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১৪)—হায়মুনা কুরম্বা ॥

বাহংথোক—

হায়দোকখিবা ওইবী খোন্থোক্লা গুরুং লাওনা চেম্থরক,পগুম ফংবা লোল ওইএ ॥

(১৫)—লাহাইনুনা কুকুম সানায়বা ।।

বাহস্থোক—

লানা ( ময়েক শেংনা ) হায়বা ওইবী খোন্থোক্লা গুরুং চেন্থরক,পগুন ফংবা, শকনায়বা ( মওংলেপ্পা ) লোল ওইএ ।।

(১৬)—লয়পুবিনা লায়বা নাহা ।।

বাহস্থোক—

লৈবা পুবা ( তরৈবা পুরিবা ) ওইবী খোন্থোক্লা অনৌবা ( নৌনা ইন,খৎলকপা ) অরাই লোল ওইএ ।।

(১৭)—অত্থমনুনা তাউহুইরেং ।।

তাউহুইরেং = তাউবা + হুইলংবা

= তাউরিবা অদু হুইনা লেংবগুম ফাবা;

বাহস্থোক—

হুমজিল্লকপা ওইবী খোন্থোক্লা ( খোন্থোক্কী ) তাউরিবা খোন্থোক অদু হুইনা লেংবগুম ফাবা ( ফাজিলহৌরগা ) লোল ওইএ ।।

(১৮)—খিংখিং লাংসাবীনা নুঙমুকাংবা ।।

বাহস্থোক—

খিঙনা ( চোকথদনা ) লাঙবা শাবা ওইবী খোন্থোক্লা নুংগী অমুবা অদু কাংবা ( লোলগী অবাংবা অদু ফাবা ) লোল ওইএ ।।

(১৯)—অহোঙনুনা নুংহুইরাং ।।

বাহস্থোক—

অহোংবা ( হোঙনা ফংবা ) ওইবী খোন্থোক্লা নুংদগী হুইথরকপা ( খঙলন,দবদগী পুথোক্লকপা ), লাঙলবা ( থোরাঙ, তৌরবা ) লোল ওইএ ।।

(২০)—থোকাইবীনা নুঙতারেন ।।

ৱাহন্থোক—

মথৌ কাইত্নুনা হোৎনবা ওইবী খোন্থোক্লা থং্নমদবদগী ফংলকপা থোইদোক হেন্দোকপা লোল ওইএ ।।

(২১)—য়ৌভাইবিনা মিচাকু ।।

ৱাহন্থোক—

য়ৌনা ভাইবা ওইবী খোন্থোক্লা মিরবা চানববা কুবিরবা ( কুবিবগুম্বা ফংবা ) লোল ওইএ ।।

(২২)—কৈনম লাঙবিনা লয়তাঙ্লা ।।

ৱাহন্থোক—

কৈদা থম্নগুম থম্লবা, লাংলবা ওইবী খেন্থোক্লা তাঙনা লৈবা, লারবা লোল ওইএ ।।

(২৩)—কোকচা লায়চানা ইথংথংকরি লাইরেল পোংলিংহনবা ।।

ৱাহন্থোক—

পোকথোক্লকপা চানরবা ওইবী, লায়রবা ( লুদবা ) চানরবা ওইবী খোন্থোক্লা ইখঙ—খঙনবা, মথং মথং কাখৎলকপা, লীত্নুনা থম্বা, থোইদোক—হেন্দোক্লা ল্যায়রবা, মীলিংহনবা ( মীনা চৎনহনবা ) লোল ওইএ ।।

(২৪)—য়ুসিন খোম্বীনা কোরৌ নোংকা পাম্বা ।।

নোংকা ( অমম্বা কাবা, খঙহোদনা হায়গৎপা );

মতাং অসিদদি- নোংকা ( লৈরমদবদগী লৈরকপা );

ৱাহন্থোক—

য়ুশিল্লক্লিবা ( চংশিল্লক্লিবা ) খোমজিনবা ওইবী খোন্থোক্লা অত্তাংবা, লৈরমদবদগী লৈরকপা, অপাম্বা লোল ওইএ ।।

(২৫)—লেরাঙ্গুনা থল্লাংবা ।।

ৱাহন্থোক—

লেরবা, লারবা ওইবী খেন্থোক্লা খম্না লাঙ্‌লবা লোল ওইএ ।।

(২৬)—পিসাতাউনা হিংডানবা ।।

ৱাহন্থোক—

পিবা শাবা ( পিপিনবা, শাগৎপা ) ওইবী, তাউনা ( মরাঙ্‌-কায়না ) লৈবা ওইবী খোন্থোক্লা হিংদুনা লৈবা, অডানবা ( অরাবা ) লোল ওইএ ।।

২৭)—খোংঙাম্নুনা কৈফাবা ।।

খোংঙাম্ ( খোংবা ঙাবী, খোংনা ঙাবী, খোং লাওদুনা লৈবা ওইবী );
কৈফাবা ( মবুক থলবা, ৱাত্তবা );

ৱাহন্থোক—

খোং—লাওদুনা লৈবা ওইবী খেন্থোক্লা কৈফাবা ( মবুক থনবা, ৱাৎত্তবা ) লোল ওইএ ।।

(২৮)—ঙাঙ্‌ঙোয়ন্নুনা তায়বঙ চাম্বা ।।

তায়বঙ চাম্বা ( তাইবংবু চাম্বা ); মতাং অসিদদি—
তায়বঙ চাম্বা = তাইবংনা পুথোক্‌না শিজিন্নবা ঙম্লোইদবা;

ৱাহন্থোক—

ঙাঙঙোয়দবা ওইবী খোন্থোক্লা তাইবংনা পুথোক্‌না শিজিন্নবা ঙম্লোইদবা লোল ( মরোল ) ওইএ ।।

(২৯) ঙারাম্নুনা মফোং ।।

ঙারাম্নুং ( ঙাবদা লায়বী, থেংনবদা লায়বী );

ৱাহন্থোক—

থেংনবদা লারবা ওইবী খোন্থোকক্লা ফোঙলবা ( থঙনরবা ) লোল ওইএ ।।

(৩০)—থৃমওইবীনা নিংথৌ অপামবা ।।

থৃম ওইবী ( থূম্বা ওইবী, অথূম্বা ওইবী );

ৱাহন্থোক—

অথর্ম্বা ( তাবদা নুংশিবা ) ওইবী খোন্থোক্লা নিংবা থৌবা ( হায়দোকপা পল্লবা ) অপানবা ( অরুবা ) লোল ওইএ ॥

মতম অতুদা—

লায়য়িংথৌ খানা চাউবদি কাসা কুরুমলেন লৈয়পুবা কৌএ ॥

লায়য়িংথৌ ( লাইবা, ইবা, থৌবা; ৱাখল লৌশিং লাক্লবা, ইংলবা থৌরবা ); খানা চাউবা, থাদনা চাউরবা, থাজিন্দুনা চাউবা ); মতাং অসিদদি—খানা চাউবা ( থৌদোক-ৱাথোকশিংদগী ফংলকপা.ৱাখল লৌশিং কয়ামরম খোমজিন্দুনা মপুং ফারক্লবা ); কাসা ( কাবা, শাবা; ৱাখল লৌশিং ৱাংথংলকপা ); কুরুমলেন থোইদোক—হেন্দোকপা, গুরুং লাওনা চেন্থরকপা ইচেল ); লয়পুবা ( লৈবা, পুবা; পুতুনা লৈবা; লৈবাক পুবা );

ৱাহন্থোক—

মতম অতুদা ৱাখল লৌশিং লাক্লবা, ঈংবা—থৌবা ওইবা, থৌদোক-ৱাথোকশিংদগী ফংলকপা ৱাখল লৌশিং কয়ামকম খোম-জিন্দুনা মপুং ফারক্লবা মীওইশিং অতুনা ৱাখল লৌশিং ৱাংখংলকপা, থোইদোক—হেন্দোকপা চেন্থরকপা ইচেল পুতুনা লৈবা ওইএ ॥

চাহয় মসিঙ ১৯০০০ পানলমএ ॥

ৱাহন্থোক—

অসুম্বা চহি কুমশিং লিশিং কয়ামকম পাল্লম্মী ॥

মিরোন পোংলোন থোক্কে হায়বগী মমৈ মনা কাঙলকলে ॥

ৱাহন্থোক—

মীরোল পোংলোন থোক্কে হায়বগী খুনুংচক্কী মমৈদা পোক্লবা মীরোলশিং অতুনা মম্ফিং মনাশিংনা নৈরক্কে ॥

[য়েংগদবাঃ— অকোনবগী ৱারোল অসিমদি লোল পুথোক,পগী অহানবা মতাং ওইবনা, মথাদা ইরক্কদৌরিবা অপুনবগী ৱাহন্থোক ইবগী মতাংদদি, লোল পুথোকপাগী অহানবা মথক্কদা ইরগনি । ]

## মথক্কী খুন্নুংচক্কী নৈনশিনবশিং অসিগী পুনশিল্লবা শক্তম—

(১)—খুন্নুংচক্কা—পোইতুনা লৈবা (পোইতুনা—ফাইতুনা লৈবগুম্বা), শাংনা শা, ঙা, তিন—কাঙনচিংবগী মথা পোন্না লৈরক্লবা), নিঙহন্নরবা মীওইশিং অতুনা পুনশিন্দুনা মকোক মরু নাইনা (ফমবৈ নাইনা), অমগা অমগা মতেং লৌনতুনা পাল্লমএ (পানবা হৌরক্লমমে)।। [সমাজ শেম্বা হৌবা]

(২)—নিংবা থৌবা ৱাংপা মীওইপিং অতুনা মরি মথং মথা য়ানা কন্নপ্না হাপতুনা (ফৈম্ব কয়াল নাইনা ৱায়েন থৌদা তৌতুনা) চহি চা কয়ামরুম্ম পাল্লমএ ।।

(৩)—মমুংগী থৌঅতু চেংনা (মমুৎতানা) খঙবা ওইবী পুক্লিংনা থোই-দোক—হেন্দোক্লা মী মথং মথং থাঙদোকপা, মী লিংহনবা ৱাখল ওইএ (পোকএ) ।।

হায়বদি—মীয়াম পুন্না পুল্লপ পুল্লপ লৈববুদি মথং মথং খরা খরা থাইদোক্লতুনা খুন্থোক—খুল্লিংবনা হেন্না অফবা ওইগনি খল্লতুনা খুন্থোক—খুল্লিংবা হৌখি, অসিনি ।

(৪)—শিংথাবা লোইরবা, লোইনবা শুবা ওইবী মীওইবশিং অতুগী পুক্লিংনা নিংরা—থৌবা, মমুৎতানা হোৎনবা (তৌবা) ৱাখল লৌশিং ওইএ (পোকএ) ।।

**লোল পুথোকপা—**

মীরোল পোংলোল থোকে হায়বগী খুন্নুংচক্কী মমৈদা পোক্লবা মীরোলশিং অতুনা মমিং মনাশিংনা লৈরক্লে ।। [অকোনবগী হাপচিল্লকপা শরুক]

(৫)—ঈ মথং মথং (মীরোল মথং মথং) লাক্লিবশিং অতুগী লাওবা—

খোংবা ওইবী খোম্থোক্লা ( খোম্থোক্কগী ) খোম্জিন—তাশিনবা ওইবা, য়োংগী খোম্থোক্কম্বা, কক্তনা শাবা, বানশিন্দুনা শাগৎপা, পথাংকোক—পুথাংকোকশিং অতৃগী মরেক মহাও থোক্কবা, শিগংনবা ( ভাঙবদা মপুং মরৈ ফাদবা ) অফংবা পুথোক্লকপা লোল ওইএ ॥

(৬)—চাউবা তলবা ( চাউবা থিলবা ), শাংনা লৈবা ওইবী খোম্থোক্লা মমি লারবা লোল ওইএ ॥

(৭)—গুরুং চেহ্নরক্লিবা ( হায়জিল্লক্লিবা ), মথৈ তাদবা ওইবী খোম্থোক্লা নুংগী কাংথোক্লবা খজিক্তং লাররা লোল ওইএ ॥

(৮)—তাউরিবী, লোইবা নাইবা ওইবী খোম্থোক্লা মঙাল চিংশিনবা, খুন্দাবা ( মীয়াম্না শিজিন্নরবা ) লোল ওইএ ॥

(৯)—মপুং ফাবোই—ফদবোই তৌবা, চানবা ( চুনবা ) লীবা, অওনবা ওইবী খোম্থোক্লা চাওরবা লারবা, মউলিংবা ( চংনরবা ) লোল ওইএ ( ওইরকএ ) ॥

(১০)—মরোল—মরোল হাপচিল্লকপা ওইবী খোম্থোক্লা ( খোম্থোক্কগী ) হৈশিংনা মথল—মথল ভাঙনবা লোল ওইএ ( পোকএ )

(১১)—ভাঙবা শাবা ওইবী খোম্থোক্লা ভাঙনিঙবা, হাপচিল্লকপা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১২)—পিশিন—খোমজিনবা ওইবী খোম্থোক্লা নৌনা মঙাল লাকপা ( মঙাল ইনখৎলকপা ), পাক—শন্না শন্দোকপা লোল ওইএ ॥

(১৩)—চিক্লা লৈবা ওইবী খোম্থোক্লা খঙহৌদনা লাকপা, থোইদোক—হেন্দোকপা লোল ওইএ ( পোকএ ) ॥

(১৪)—হায়দোকখিবা ওইবী খোম্থোক্লা গুরুং চেম্নরকপগুম ফংবা লোল লোল ওইএ ॥

(১৫)—লানা ( ময়েক শেংনা ) হায়বা ওইবী খোম্থোক্লা গুরুং চেম্নরকপগুম ফংবা, শা—নায়বা ( মওং লেপ্পা ) লোল ওইএ ॥

(১৬)—লৈব', পুবা (পুরিবা) ওইবী খোম্থোক্না অনৌবা (নৌনা ইনখৎলকপা) অরাইবা লোল ওইএ ।।

(১৭)-হুমজিল্লকপা ওইবী খোম্থোকক্না (খোম্থোক্কী) তাউরিবা, তারিবা খোম্থোক অত্থু হুইনা লেংবগুম ফাজিলহৌরগা, লোল ওইএ ।।

(১৮)—খিঙ্না (চোকথদনা) লাঙবা শাবঃ ওইবী খোম্থোক্না মুংগী অমুবা অত্থু কাংবা (লোলগী অৱাবা অত্থু ফবা) লোল ওইএ ।।

(১৯)—অহোঙবা (হোঙনা ফংবা) ওইবী খোম্থোক্না মুংদগী হুইথরকপা (খঙঙমদবদগী পুথোরক্লকপা), লাঙলবা (থৌরাঙতৌরবা) লোল ওইএ ।।

(২০)—মথৌ কাইত্থুনা হোৎনবা ওইবা খোম্থোক্না খঙলম্দবদগী ফংলকপা থোইদোক—হেন্দোকপা লোল ওইএ ।।

(২১)—য়ৌনা ভাইবী খোম্থোক্না মিন্নবা, লারবা চানরবা, কুবিরবা (কুবিৱগুম ফংবা), লোল ওইএ ।।

(২২)—কৈ-দা থম্বগুম থমবা, লাঙলবা (থৌরাঙ তৌরবা) ওইবী খোম্থোক্না তাঙনা লৈবা (মমল লৈবা), লারবা লোল ওইএ ।।

(২৩)—পোকথোক্লকপা, চানরবা ওইবী, লায়রবা (লুম্রবা), চানরবা ওইবী খোম্থোক্না ইখঙ-খঙনবা, মথং-মথং কাখৎলকপা, লীত্থুনা থম্বা, থোইদোক-হেন্দোক্না লাইরবা, মীলিংহনবা (মীনা চৎনহনবা) লোল ওইএ ।।

(২৪)—য়ুশিল্লক্লিবা (চংশিল্লক্লিবা) বু খোমজিনবা ওইবী খোম্থোক্না অৱাংবা, লৈরম্দৱদগী লৈরকপা, অপাম্বা লোল ওইএ পোকএ ।।

(২৫)—লেরবা, লারবা ওইবী খোম্থোক্না থম্না লাঙলবা লোল ওইএ ।।

(২৬)—পিবা-শাবা (পিশিনবা, শাগৎপা) ওইবী, তাউনা, মরাঙ কায়না লৈবা ওইবী খোম্থোক্না হিংত্থুনা লৈবা, অঙানবা (অরা-বা,) লোল ওইএ ।।

(২৭)—খোং—লাওডুনা লৈবা ওইবী খোঙ্গোক্লা কৈফাবা ( মবুকথনবা, বাংত্রবা ) লোল ওইএ ।।

(২৮)—ভাঙ্ভোয়দবা ওইবী খোঙ্গেক্লা ভাইবঙনা পুথোক্তুনা শিজন্নবা ঙমলোইদবা লোল ( মরোল ওইএ ) ।।

(২৯)—থেংনবদা লারবা ওইবী খোঙ্গেক্লা ফোঙলবা ( খঙনরবা ) লোল ওইএ ।।

(৩০)—অথুম্বা ( তাবদা নুংশিরবা ) ওইবী খোঙ্গোক্লা নিংবা থৌবা ( হায়দোকপা পম্রবা ); অপানবা ( অক্কবা ) লোল ওইএ ।।

মতম অতুদা—

বাখল-লৌশিং লাক্লবা, ঈংবা থৌবা ওইবা, থৌদোক-বাথোক-শিংদগী কংলকপা, বাখল লোশিং কয়ামকম খোমজিন্দুনা মপুং ফারক্লবা, মীওইশিং অতুনা বাখল লৌশিং বাংখংলকপা, থোইদোক-হেন্দোক্লা চেস্নরকপা ইচেল, পুতুনা লৈবা ওইএ ।। অস্নম্বা চহি কুমশিং লিশিং কয়ামরুম পাল্লমএ ।।

মথক্তা নৈনখ্রিবশিং অসিনা খুনুংচক্কী চাওরাকপা শক্তম অমা উৎলে ( খঙহল্লে ) । [ মসিনি "থিরেল" কৌবা লাইরিক্লা উৎলিবা খুনুংচক্কী শক্তম ]

× × × ×

## ॥ লাংবাচক ॥

লাংবাচক্কা লৈরম্বা মীওইবশিং অতুনা লৈরম্বা ফিভম অমসুং মৈত্রাবাক্কী পা-থাংকোক, পু-থাংকোকশিং অতুনা মনিং মখা থোম্না প্লাল্লক্‌বা মতমগী লৈরম্বা চাওরাকপা শক্তমগী নতাংদা "থিরেললয়াৎ" কৌবা লাইরিক্কা মখাগী ৱারোল অসি ইরি—

(i)—লাংবা-চক্তদি মীরোল থোক্রে ॥

(ii)—নোংলোন লয়ম। নোংখায়ম্না লয়ন্নুং তাঙক্রৎ সনসেনবা কৌনা ফাওরে ॥

(iii)—লাইসনানহাপিনা ( লাইসনাপিনা ) মুৱা নিংথৌ অপানবনা লায়য়িংথৌ অপানবা কৌনা থোক্লক্কনা অপানফমদা ( অপানবদা ) শিন্নরমগ ॥

(iv)—চাহয় লিশিং ১৫ নে ॥

(১)—উনা লাংখিনা চিংয়াই চিংমুনিংথৌবা ॥

(২)—খোম্নিংচওবি উনা লাংবিনা মিকোনহন ॥

(৩)—লংমাইহনবিনা সাককপা ॥

(৪)—তাম্বোং থুবিনা নিংথৌ ৱাংকাম্বা ( ৱানককপা, ৱাংকাবা ) ॥

(৫)—পিতোংভানা ককসুবা ॥

(৬)—সেনবুংফাবিনা তোনলোংবা ॥

(৭)—ভানসাবিমা (ভাংসাবিনা) পিতিংকোয় ॥

(৮)—তানথোং পুঙমায় চনুনা লামবিচা ॥

(৯)—উরেপ ( উরেক ) চনুনা নিংথৌ সাপায়বা ॥

(১০)—পোংম্নুনা থারি থারলপা ( থারেকপা ) ॥

(ক)—পাথংবৰু লাইয়িংথৌ থানা চাউথনা সনলৈতাং সুরুংলেম্বা কোন্দনা অঙাং, অসং, অমু অরাং মরিমা পোকএ ॥

(খ)—মুঙ,খংমুনা কুমবা নিংথৌ সোয়কম্বা কৌনা লয়তাঙদা য়ু কৌএ ॥
(গ) - লয়মরেন সিদবিনা নাপৎ খোংদা পিথেৎলয়মা কৌনা অঙোম পোকএ ॥
(ঘ) তুরায়খমদা — (1) কোইকোই (কোংকোই), (2)-তৈমা, (3)-য়াংমা (4)-তেসরোং, (5)-উরেনখুবা, (6)-উরেনহনবা (7)-ইরেম, (8)-খাবি অমসুং (9)-লংবা মাপলমা পোকএ ॥
তৈমানা ময়তৈমানবি ॥ তেসরোংনা তংখল পোকএ ॥
উয়েনখুবনা কুচু পাথান পোকএ ॥ উরেনহনবনা মোইরাং থোকচোম পোকএ ॥
ইরেম্না তুমি পাসা পোকএ ॥ খাবিনা খাবিগা চাইরেলগা পোকএ ॥
লংবনা লাঙতেগা মোইরাংগা পোকএ ॥ খণ্ড ॥০॥

(a)—হয়নিংপোক্তা মেনখোমতাউ কৌনা ইরাইনচিংবা তরেংমা পোকএ ॥
(b)—নিংঙেন তাইপঙখোংদা ( তাপঙখোংদা ) ফায়বিতেরা কৌনা কোক,খোম; লুকলেম, লমলেম, লোক্ত, খোংতু ( খোমদু ), হেপু কঙচিকপা ঙাংচং লয়তকপা কৌনা ( পোকহনলে ) ॥
(c) নাপৎতা খাকপা চম্ব কৌনা নোঙশা তরেং পোকএ ॥
(d)—কুমশিং চাহয় অচৌবা ৬৮০০০ নে ॥০॥

---

## নৈনবা—

(i) — লাংবা চক্তদি মীরোল খোক্লে ॥
(ii) — মোংলোন লয়না নোংখায়মনা লয়মুং তাঙক্রু সনসেনবা কৌনা ফাওরে ॥

নোংলোন ( অমম্বা মরোল ); নোংলোন লয়মা ( অমম্বা সরোল ওইবী )
নোংখায়মু ( অমম্বা খায়দোকপমু ওইবী ); লয়মুং ( মমুং );
তাঙক্রু ( অতাঙবা অথুপ্পা ); সনসেনবা ( শনবা, শেনবা; শন্দোকপা, শেন্নবা );
সনসেনবা কৌনা ( শন্দোকপা, শেন্নবা ওইনা );

বাইস্লোক—

অমম্বা ময়োঙ্গ ( লোনশিনবা ) ওইবী, অমম্বা থায়দোকপস্থ ওইবী, মতম অহুগী মীওইবশিং অহুগী পুক্নিংনা নুংগী অতাংবা অথুপ্পা শেন্নবা অমস্থং শন্দোকপা ওইনা ( ওইবা ) বাখল লোশিং পোকএ ( ওইএ ) ।।

(iii)—লাইসনা নহাপিনা ( লাইসনাপিনা ) মুবা নিংথৌ অপানবনা লায়য়িংথৌ অপানবা কৌনা থোক্লকনা অপানকমদা ( অপানবদা ) শিন্নরমএ ।।

লাইসনা নহাপি { লাই + সনা + নহা + পি ( পী )}; লাই ( লায়বা, লুদবা, অরাইবা ); সনা ( মতাং অসিদদি—মমল লৈবা অতাংবা ); নহা ( মতাং অসিদদি– অনৌবা ); পী ( পীবা ); লাইসনা নহাপি ( অরাইবা, অতাঙবা, অনৌবা পীবা, হায়বদি – অরাইবা ফাওবা অতাঙবা অনৌবা ওইবা );
লাইসনা নহাপিনা ( অরাইবা ফাওবা অতাঙবা অনৌবা ওইনা ); মুবা ( অমুবারা, অমম্বা বা ); নিংথৌ ( নিংবা থৌবা, নিংবা কনবা, বাখল থৌবা ); মুবা নিংথৌ ( অমম্বা বাদা নিংবা থৌবা );
মুবানিংথৌ অপানবনা {( অমম্বা বাদা নিংবা থৌনা অপানবা ( অরুবা ) ওইনা}; লাইয়িংথৌ অপানবা কৌনা ( লাইরবা, ঈংলবা, থৌরবা অপানবা ( অরুবা ) হায়না}; মতাং অসিদদি – লাইয়িংথৌ অপানবা কৌনা ( লাইরবা, ঈংলবা, থৌরবা অপানবা – অরুবগুম্না); অপানবদা শিন্নরমএ (পান্নিবা মীওইশিং অহুদা ওইরমএ, মতম অহুগী মীওইশিং অহুদা ওইরম্মে);

বাইস্লোক—

অরাইবা ফাওবা তাঙনা ফংবা অনৌবা ওইনা, অমম্বা বাদা নিঙবা থৌনা ( কন্না ), অপানবা–অরুবা ওইনা; লাইরবা, ঈংলবা, থৌরবা, অপানবা–অরুবা গুম্না থোক্লা, মতম অহুগী মীওইবশিং অহুদা ওইরম্মে ।।

(iv)—চাহয় লিশিং ১৫ মে ।।

মাহন্থোক—

অস্থুমা চহি লিশিং কয়ামরুম পাল্লমএ ॥
লাংবা-চক লোইমদাইগী
মীওই থরাগী মমিং—

(১)—উনা লাংবিনা চিঙয়াই চিঙমু নিংথৌবা ॥
(২)-খোঙ্নিঙচঙবি উনা লাংবিনা মিকোনহন ॥
(৩)—লংমাইহুনবিনা সাককপা ॥
(৪)—তাম্থোঙ্খুবিনা নিংথৌ ৱাংকাপ্পা ( ৱানককুপা, ৱাংকাবা )
(৫)-পিতোঙ্ঙানা কক্সুবা ॥
(৬)—সেনবুংকাবিনা তোনলোংবা ॥
(৭)—ঙানসাবিনা ( ঙাংসাবিনা ) পিত্তিঙকোয় ॥
(৮)—তানথোংপুঙ্মায় চল্লুনা লামবিচা ॥
(৯)-উরেপ (উরেক) চম্লনা নিংথৌ সাপায়বা ॥
(১০)—পোংম্লুনা খারি খারলপা ( খারেকপা ) ॥

(ক)-পাখংববু লাইয়িংথৌ খানা চাউবনা সনলৈত্তাঙ স্থুললেন্দা কোন্দনা অঙাং, অসং, অমু, অরাং মরিমা পোকএ ॥

পাখংবা ( মপা খঙ্বা, ইপা খঙ্বা );
ইপা—
"থিরেন লৈরম নীবা" কৌবা লাইরিক্তা অস্থুমা ইরি-"সিতপা সনা ইংপু পুথরকএ হাইপকি ইপু কৌএ ॥
পুথারকপা ই অতুপু কাউমএ হাইপাকি ইফা ( ইপা ) কৌএ ॥ ইফাতকি নেম্থখিতুনা ইমা য়োরে ॥ ইমাকি থা ১০ মাকি ইপু মাংহল্লে হাইপকি ইমাং কৌএ ॥
মরম অসিনা-ইপা খঙ্বা ( পাখংবা ) হায়বদি- ঈ মরি খঙ্বা ( পারি-পুরিখঙ্বা ) হায়বনি । পাখংববু ( পারি-পুরি খঙববু ); লাইয়িংথৌ

( লাইবা, ঈংবা; থৌবা; বাখল লৌশিং লাক্লবা ঈংলবা, থৌরবা ); খানা চাউবা ( খাহুনা চাউরবা, ফাজিনহৌহুনা মপুংফারবা ); লাইয়িংথৌ খানা চাউবা ( বাখল লৌশিং লাক্লা ঈংলবা থৌরবা, ফাজিনহৌহুনা মপুং ফারবা ); সনলৈত্তাঙ্ ( সনবা, লৈবা, তাঙবা; তাঙ্না শন্না লৈবা; তাঙ্না শনবা ওইবা ); সুরং (শুবা রং ( লুং ) বা, শুবা নোম্বা); সুরুংলেন্দা ( থোইদোক হেন্দোক্লা শুবা নোম্বদা ); সুরুংলেন্দা কোন্দুনা ( থোইদোক হেন্দোক্লা শু-নোমহুনা, থোইদোক হেন্দোক্লা কল্লা হোংনহুনা );

বাহন্থোক — অহুম পাল্লমচৈ — পারি-পুরি খঙববু, বাখল লৌশিং লাক্লবা ঈংলমা থৌরবা, ফাজিন্দুনা ( থোমজিন্দুনা ) বাখল লৌশিং মপুং ফারবা, মতম অহুগী মীওইবশিং অহুনা তাঙ্না শনবা ওইবা ( ওইনা ) থোইদোক্লা কল্লা নোমহুনা অঙাং, অসং, অমু, অরাং মরিনা পোকএ ।।

হায়বদি — অহুম পাল্লমচৈ-বাখল লৌশিং লাক্লবা ঈংলবা থৌরবা, ফাজিন্দুনা ( থোমজিন্দুনা ) বাখল লৌশিং মপুং ফারবা, মতম অহুগী মীওইবশিং অহুনা পারি-পুরি খঙবসু, তাঙনা শনবা ( শন্দোকপা ) ওইনা, থোইদোক দেন্দোক্লা কল্লা হোংনহুনা মঙাং, সরাং-লৈসাংথেন, খুমল, মোইরাং য়েক মরিনা পুথোকএ, অসিনি ।

য়েংগদবা:

(১) – অঙাংবন ; মঙাং পোকএ । মচুতি অঙাংপনে ।।

(২) — অসনবনা সরাং লৈসাংথেম পোকএ । মচুতি অসংপনে ।

(৩) – ইমুরাবনা খুমল পোকএ । মচুতি অমুপনে ।

(৪) – অরাংবনা মোইরাং পোকএ । মচুতি অরাংপনে । [ অপোকলোন ]

বাহন্থোক ১ না—

অহুম পাল্লমচৈ — লাইয়িংথৌ খাকা চাউবমা পাখংববু সনলৈত্তাঙ

সুরুংলেন্দা য়োকপি-কোনবিদনা, লাইয়িংথৌ খানা চাউবগী মতেং না পাখংনমা মভাং, সরাং-লৈমাংথেম, থুনল, মোইরাং য়েক মরিমা পুথোকএ ।।

(খ)—নুঙখংনুনা কুমবা নিংথৌ সোয়কম্না কৌনা লয়তাঙদা য়ু কৌএ ।।

নুঙথংনুনা ( নুংখঙনুনা, নুংগী মরোল খঙবা ওইবীনা ); কুমবা ( চহি পাবা, চহি মশিং থাবা ); নিংথৌ ( নিংবা থৌবা, নিংবা কনবা ); সোয়কম্না ( পোং চাবা ); সোইকম্না কৌনা ( পোংচাবা হায়না ); মতাং অসিদদি-সোয়কম্না কৌনা ( পোংচাবগুম্না ); লয়তাঙ ( তাঙনা লৈবা ); য়ু-কৌএ ( থৌনিএ );

ৱাহৈয়োক—

নুংগী মরোল খঙবা ওইবীরা চহি পাবা, নিংবা থৌবা, পাংচাবগুম্না তাঙনা লৈবা ( লাইনা ফংদবা ) থৌরমদা থৌনিএ ( থৌখিএ ) ।। হায়বদি—নুংগী মরোল খঙবা ওইবা, মতম অহুগী মীওইবশিং অহুনা চহি মশিং পানা ( চহি মশিংকন্না ), নিংবা কন্না, পাংচা-বগুম্না; তাঙনা লৈবা ( লাইনা ফংদবা ) থৌরম্ থিএ; অসিনি ।

(গ)—লয়মরেল সিদবিনা নাপং খোংদা পিথংলয়না কৌনা অঙোম পোকএ ।।

নাপং খোংদা ( হোংনবদা চেক্থরবা মতমদা ),

ংগদবাঃ-

মতাং অসি " খম্বোই ৱাংমৈরোল" কৌবা লাইরিক্তী লামাই ২৫৫ দা অমুম্না ইরি—"হুইমু লৈমনা খুমল লুরাং শাইরে ।। হুইমু লৈমনা মহক্ থেৎলে ।। পীথেৎ লৈমা কৌএ ।। অঙোম পোকএ ।।

ৱাফম অসি লৈবনা-লাংবা-চক্তা হুইমু লৈমনা অঙোম শালাইগী পুকোক পুরৈরোম্বা পোকখি হায়বা অসি খঙ্‌হল্লে ।।

বাহংখক

হোৎনবদা চোকথরবা মতমদা ( লৈবাক্কী ফিভম য়াম্না ফং-ত্রিৈংদা ) লুইমু লৈমনা অঙোমগী পুক্কোক পুরৈরোম্বা পোকএ ( পোকখি ) ॥

তুরায়থমদা – (১)-কোইকোই ( কোংকোই ), (২)-তৈমা, (৩)-য়াংমা, (৪)-তেসরোং, (৫)-উরেনখুবা, (৬)-উরেনহনবা, (৭) – ইরেম, (৮)-খাবি, (৯)-লংবা মাপলমা পোকএ॥ তৈমানা ময়তৈ—মানবি পোকএ ।। য়াংমানা ময়াং পোকএ ।। তেসরোংনা তখেল পোকএ ।। উরেনখুনবনা কুচু পাথান পোকএ ।। উরেনহনবনা মোইরাং থোকচোম পোকএ ।। ইরেমনা তুমি পাসা পোকএ ।। খাবিনা খাকিগা চাইরেনগা পোকএ ।। লংবনা লাঙতেগা মোইরাংগা পোকএ খঙও ।।

য়েংশিনদবা:-

" তৈমানা ময়তৈ মানবী পোকএ । য়াংমানা ময়াং পোকএ ॥ তেসরোংনা তখেল পোকএ । উরেনখুবনা কুচু পাথান পোকএ । উরেনহনবনা মোইরাং থোকচোম পোকএ। ইরেমনা তুমি পাসা পোকএ। খাবিনা খাকিগা চাইরেনগা পোকএ। লংবনা লাঙতেগা মোইরাংগা পোকএ খঙও। "

হায়রিবা অসিদি-শাগৈ য়ুমদারকপা, চাদা-নাওদারকপগী মথং ( রাকম ) নত্তে। শাগৈ য়ুমদারকপা, চাদা নাওদারকপা ওইরবদি-মশং মথং পারি পুরিগী লিখুন ইথরক্কদবনি; ইরমলিবা রারোল অসিদি - কাংলুপ শেম্বা, কাংলুপ খায়দোক্লক-পগী রাকমনি। হায়বদি –

তৈমনা ময়তৈমানবি ( মৈতৈ ) কৌবা কাংলুপ অমা পোকএ ( পুথোকএ,-শেম্মে )। য়াংমানা "ময়াং" কৌবা কাঙলুপ অমা শেম্লে। তেসরোংনা "তখেল" কৌবা কাঙলুপ অমা পুথোকএ। উরেন খুবনা "কুচু পাথান" কৌবা কাঙ-লুপ অমা শেম্লে। উরেনহনবনা "মোইরাং থোকচোম" হায়না খঙনবা কাঙ-লুপ অমা শেমলে। খাবিনা "খাকি" অমসুং "চাইরেল" কৌবা কাঙলুপ অনি পুথোকএ। লংবনা "লাঙতে" অমসুং "মোইরাং" কৌবা কাঙলুপ অনি

পুথোকএ, হায়বনি।

য়েংগদবা:—

হৌজিক্তি কাঙ্‌লুপশিং অসি ভুনা মৈত্রাবাক (মনিপুর) অসিদা লৈত্রে, অয়াঙনা খুম্মোক্লখে।

**বাহন্থোক—**

তুরায়খমদা (তুবদা লায়রবা চিরবা মতমদা, ফিভম য়ায়া ফংলক্লুবা মতমদা)-(১)-কোইকোই (কোংকোই), (২)-তৈমা (৩)-য়াংমা, (৪)-তেসরোং, (৫)-উরেনখুবা, (৬)-উরেহনবা, (৭)-ইরেম, (৮)-খাবি অমসুং (৯)-লংবা কৌবা মীওই ৯ থোরকএ (থোরকখি)।

তৈমানা ময়তৈ মানবি (মৈতৈ) কৌবা কাঙ্‌লুপ অমা শেমখি। য়াংমানা "ময়াং" কৌবা কাঙলুপ অমা পুথোকখি। তেসরোংনা "তখেল" কৌবা কাঙলুপ অমা শেমখি। উরেনখুবনা "কুচু পাথান" কৌবা কাঙলুপ অমা পুথোকখি। উরেনহনবনা "মোইরাং থোকচোম" হায়না খঙনবা কাঙলুপ অমা শেমখি॥ ইরেম্না "তুমি পাসা" কৌবা কাঙ্‌লুপ অমা পুথোকখি। খাবিনা "খাকি" অমসুং "চাইরেল" কৌবা কাঙ্‌লুপ অনি পুথোকখি। লংবনা "লাঙাত" অমসুং "মোইরাং" কৌবা কাঙলুপ অনি পুথোকখি।

(a)—হয়নিংপোক্কা মেনখোনতাউ কৌনা ইরাইনচিংবা তরেংমা পোকএ॥

হয়নিংপাক্কা (মতুংদা পোক্লবা মীরোল্দা); মেনখোমতাউ কৌনা (তাউরিবা, তরঙদা লৈরিবশিং অদু গোমশিন-মেন—শিনবা ওইনা);

**বাহন্থোক—**

তুংদা পোক্লবা মীরোলদা—তাউরিবা, তরঙদা লৈরিবশিং অদু

খোমশিন-মেনশিনবা ওইনা ইরাইনচিংবা মীওই তরেং খোক্লকএ (খোক্লকখি)।

(b)—নিংঙেন তাইপঙ্খোংদা (তাপঙখোংদা) ফায়বিতেরা কৌনা কোকখোম, লুকলেম, লমলেম, লোক্তুং খোংতু (খোমতু), হেপু কঙচিকপা ঙাংচে লয়তকপা কৌনা পোকইনলে ॥

ফায়বিতেরা { ফায়বা. বি, (পি) বা, তেবা, রা (লা) বা; ফায়বা ওইবা তেরব }; ফায়বিতেরা কৌনা (ফায়তুনা লৈবা তেরবা হায়না) মতাং অসি-দদি-ফায়বিতেরা কৌনা { ফায়তুনা লৈবা তেরবা (হৈনরবা) গুম্বা }; পু (পথাংকোক-পুথাংকোক);
কঙচিকপা (বানা চাব, অরৈবা গরনা হোংনবা); ঙাংচেং লয়তকপা (ঙাঙ বদামপুং মরৈ ফাদবা-অরৈবা হায়দোকপা);

মাহস্লোক —

নিংঙেন তাইপংখোংদা (তাপংখোংদা)-ফায়তুনা লৈবা হৈনরবাগুম্বা কোকখোম, লুকলেম, লমলেম, লোক্তুং খোমতু (খোংতু) হায়বা পথাংকোক-পুথাংকোকশিং অতুনা বানা চাবা ঙাঙ,বদা মপুং মরৈ ফাদবা, অরৈবা হায়দোকপাগুম্বা পালহল্লে (পাল্লে,-পাল্লম্মী)।

(c)—নাপংতা খাকপচনু কৌনা নোংসা তরেং পোকএ ॥

নাপংতা (হোংনবদা পংলবা মতমদা, হোংনবদা মরু কুম্নবা মতমদা); মোংসা (মতম থরগী ওইনা উংপা শাগে); থাক্‌পচনু কৌনা (থাকঅবী উইত্রবী ওইনা, মথাক লৈহোবী ওইনা);

মাহস্লোক —

হোংনবদা মরু কুম্নবা মতমদা-খাকঅবী-উইত্রবী ওইনা অমোংবাগুম্বা, মতম থরগী ওইবা শাগে তরেং খোক্লে (খোক্লকৃখি)॥

(d)—কুমশিং চাহুয় অচৌবা ৬৮০০০ নে ।।০।।

ৱাহন্থোক—

অসুম তৌনা লাংবা-চক্তা চহি কুমশিং অচৌবা লিশিং কয়া মরুম পাল্লমএ ।।

---

## মথক্কী লাংবা-চক্কী পুনশিল্লবা

### ৱাহন্থোকশিং—

(i)- লাংবা-চক্তদি মীরোল থোক্লে ।।

(ii)- অমম্বা মরোল ( লোনশিনবা ) ওইবী, অমম্বা খায়দোকপন্থ ওইবী, মতম অতুগী মীওইবশিং অতুগী পুক্লিংনা য়ুংগী অতাঙ্‌বা, অথুপ্পা শেম্নবা অমসুং শনদোকপা ওইবা ৱাখল লৌশিং পোক্ল-মএ ( ওইরমএ ) ॥

(iii)- অন্নাইবা ফাওবা ঙাঙ্‌না ফংবা, অনৌবা ওইনা, অমম্বা ৱাদা নিঙ্‌বা থৌনা ( কন্না ), অপানবা-অক্নবা ওন্না থোক্লা, মতম অতুগী মীওইবশিং অতুদা ওইরম্মে ।।

(iv)- অসুম্না চহি লিশিং কয়া মরুম পাল্লমএ ।।

লাংবা চক লোইরম্‌দাইগী মীওই খরগী মমিং—

(১)- উনা লাংবিনা চিঙ্‌য়াই চিঙ্‌মু নিংথৌবা ।।

(২)- খোঙ্‌নিঙ্‌চঙ্‌বি উনা লাংথিনা মিকোনহন ।।

(৩)- লংজাইহনবিনা সাকক্‌পা ॥

(৪)- তান্থোঙখুবিনা নিংথৌ ৱাংকাপ্পা ( ৱানকক্‌পা, ৱাংকাবা ) ।।

(৫)- পিতোঙ্‌ঙানা কক্‌সুবা ।।

(৬)- সেন্‌বুংফাবিনা তোনলোংবা ॥

(৭)- ঙানসাবিনা ( ঙাংসাবিনা ) পিতিঙ্‌কোয় ।।

(৮)- তানখোং পুঙ্‌মায় চন্থনা লাম্‌বিচা ।।
(৯)- উম্লেপ ( উরেক ) চন্থনা মিংথৌ সাপায়বা ।।
(১০)- পোংস্থনা খারি খারলপা ( খারেকপা ) ।।
(ক)- অসুম পাল্লমগৈ- থাখল লৌশিং লাক্লবা, ঈংলবা - থৌরবা, কাক্তিন্দুনা ( খোমজিন্দনা ) থাখল লৌশিং মপুং ফারবা, মতম অতুগী মীওইবশিং অতুনা পারি-পুরি খঙবনু, তাঙনা শনবা ( শন্দোকপা ) ওইনা, থোইদোক হৌন্দাক্লা কন্না হোৎনতুন; মঙাং, সরাং - লৈসাংথেম, খুমল, ম্যোইরাং য়েক মরিমা পু খো ক এ ( পুথোক্লমএ ) ।।

থাংহোক ১না—

অসুম পাল্লমগৈ—লাইয়িংথৌ খানা চাউবনা পাখংবনু সনলৈতাঙ সুরংলেন্দা য়োকপি-কোনবিদনা, লাইয়িংথৌ খানা চাউবগী মতেংনা পাখংবনা মঙাং, সরাং-লৈসাংথেম, খুমল, মোইরাং য়েক মরিমা পুখোকখি ।।
(খ)- মুংগী মরোল খঙবা ওইবা, মতম অতুগী মীওইবশিং -অতুনা চহি মশিং পানা ( চহি মশিং কক্লা ), নিঙবা কন্না, পাংথাবগুম্না তাঙনা লৈবা (লাইনা কংদবা ) থৌরম্বন থিরম্মী ।।
(গ)- হোৎনবদা চোকথরবা মতমদা ( লৈবাক্কী ফিভম য়াম্না কংত্রিগৈদা ) তুইমু লৈমনা অঙোমগী পুকোক পুরৈরোম্বা পোকখি ।
(ঘ)- তুবদা লায়রবা চিন্নবা মতমদা ( লৈবাক্কী ফিভম য়াম্না—কংলক্লবা মতমদা ) —

(১)- কোইকোই ( কোংকোই ),
(২)- তৈমা,
(৩)- য়াংমা,

(৪)- তেসরোং,

(৫)- উরেনখুবা,

(৬)- উরেনহনবা,

(৭)- ইরেম,

(৮)- খাবি অমসুং

(৯)- লংবা কৌবা মীওই মাপল থোরকখি।

তৈমানা "ময়তৈ মানবি ( মৈতৈ )" কৌবা কাঙলূপ অমা শেমখি। য়াংমানা "ময়াং" কৌবা কাঙলূপ অমা পুথোকখি। তেসরোংনা "তখেল" কৌবা কাঙলূপ অমা শেমখি। উরেনখুবানা "কুচু পাথান" কৌবা কাঙলুপ অমা পথোকখি। উরেনহনবনা "মোইরাং থোক-চোম" কৌবা কাঙলুপ অমা শেমখি। ইরেমনা "তুমি পাসা" হায়না খঙনবা কাঙলুপ অমা পুথোকখি॥ খাবিনা "খাকি অমসুং-চাইরেল" কৌবা কাঙলুপ অনি পুথোকখি। লংবনা "লাঙতে" অমসুং "মোইরাং" কৌবা কাঙলূপ অনি পুথোকখি॥

(a)- তুংদা পোক্লবা মীরোলদা- তাউরিবা, তরঙদা লৈরিবশিং অত্থ খোমশিন—মেনশিনবা ওইনা ইন্নাইনচিংবা মীওই তরেং থোক্লকখি।

(b)- নিংঙেল তাইপঙখোংদা ( তাপঙখোংদা ) - ফায়তুনা লৈবা হৈনরবাগুম্না কোকখোম; লুকলেম; লমলেম; লোক্‌ক খোমতু (খোংতু) হায়বা পথাংকোক- পুথাংকোকশিং অতুনা বানা চাবা, ভাঙবদা মপুং মরৈ ফাদবা, অরৈবা হায়দোকপাগুম্না পাল্লম্মী॥

(c)- হোৎনবদা মরুকুম্নবা মতমদা—থাকঅবী - উইত্রবী ওইনা, অমোংবাগুম্না ( মতম খরগী ওইবা ), শাগৈ তরেং থোক্লক্রে-( থোক্লকখি ) ॥

(d)- অসুম্না লাংবা-চক্লা চহি কৃমশিং অচৌবা লিশিং কয়ামকম পাল্লমএ !!

[ "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্কী লাংবা-চক্কী মতাংদি মতাং অসিদা খৈনরে। নৈনরিবা মতাং তসিনা লাংবা চক্লা লৈরম্বা মীওইশিং অতুনা লেল্লম্বা পুন্সি মরেল, লৈরম্বা ফিভমগী ওইবা চাওরাকপা শক্তম অমস্তু ময়েক শেংনা উৎলে। ]

# মৈত্রবাকী মৈহৌরোল য়ুম্বী

।। অনিগুবা পন্দুপ ।।

মথক্তা পনখ্রিবা লাংবা-চক্কী মীরোলশিং, হায়বদি –

(১)-উনা লাংবিনা চিঙয়াই চিঙমু নিংথৌবা ।।

(২)-খোঙ,নিঙ, চঙ,বি উনা লাংবিনা মিকোনহন ।।

(৩)-লংমাই হনবিনা সাকক্‌পা ।।

(৪)-তাম্হোঙ,খুবিনা নিংথৌ রানককপা (রাংকাপা, রাংকপ্পা) ।।

(৫)-পিতোঙ্,ঙনা কক্‌স্থবা ।।

(৬)-সেনবুং ফাবিনা তোনলোংবা (তোল্লোংবা) ।।

(৭)-ঙাংসাবিনা (ঙানসাবিনা) পিতিঙ,কোয় ।।

(৮)-তাম্থোং পুঙ,ম্যায় চঙনা লাম্বিচা ।

(৯)-উরেক চনুনা নিংথৌ সাপায়বা ।।

(১০)-পোংস্থনা খারি খারল্‌বা (খারেকপা) ।।

হায়রিবা মীরোলশিং অসি মীওইবনা মীরোল নিংথিনা লোল্ল-ম্‌দবদগী লোল চংনবা য়ানা মপুং ফাগংলক ।। অমস্তং মম্মিং মথা নিংথিনা থোন্নরবা মতমগী মীওইশিংনি; নিংথৌশিংনি ।
অতুগা রাফম অমনা হ'য়রিবা মীরোল অসি লাংবা-চক্কী লোই-রমদাইদা লৈরম্বা মীরোল ওাক্তনি । পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপস্থ মতম অতুরাইদনি ।।

মথক্তা পনথিবা মীরোলশিং .

(৩)- লংমাইহনবিনা সাকক্‌পা ।।

(৪)- তাম্হোঙখুবিনা নিংথৌ রানককপা ( রাংকাপা, রাংকপ্পা ) ।।

(৫)– পিতোঙ্‌ঙানা ককৃসুবা ॥

(৬)— সেনবুংফাবিনা তোনলোংবা ( তোললোংবা ) ॥

হায়না পল্লিবা মীওইশিং, হায়বদি— সাকক্‌পা, নিংথৌ বান-কক্‌পা ( বাংকাপা, বাংকপ্পা ), ককসুবা অমসুং তোনলোংবা ( তোল্লোংবা ), মরি অসি পোইরৈতোন্না খুম্বোব্রব্‌পদা কৌপা-কুং চীংদা পোক্লম্বনি ।

মতাং অসি "উমংলোল" কৌবা লাইরিক্তা মথাপ্পী বারোল অসি ইরি —

"সাচুংতা অতিয়ানা সাচুং লাংমৈলেম্পা কৌনা" পোইরৈতোলকা ওক্লারে ॥ লৈনাউভাপিকা হংনারে ॥ অঙাংবা চিংপু তাল্লো হায়ভনএ ॥ কৌপা চিং তাল্লে ॥ পোইরৈতোলনা কাংপা মুংসল তালপা কৌএ ॥ লৈনাউভাপিপু য়োইপুরোল তিমেলপা চনু কৌএ ॥ কাংপা মুংসল তালপা ( কাংপা মুংসল তালপানা ) ॥ নিংথৌ সাকক্‌পা ॥ বাকক্‌পাকা (বানকক্‌পাকা) ॥ ককসু তেংকোন (কক্‌সু তোল্লেংব ) পোকএ ॥ পোকলাপাকা মঙাং কৌএ ॥

কৌপা চিংতকি লমভেংতা লৈরে ॥ "লৈনাউভাপিনা সিংতা-পুং পোকএ ॥"

---

নৈনবা

"অতিয়া সাচুং লাংমৈলেমপা কৌনা"—হায়বদি, "অতিয়াগী মশক ওইরবা, সাচুং লাংমৈলেম্পানা" হায়গনি – মরম্দি :—

( ১ )– অতিয়া—

লৈশৈংদা য়াওবা লাইনি । অতুগা বাক্য অমনা অতিয়া হায়বদি-লৈচিনবু খংনৈ ।

[ ইরেং পুবারি লৈশেম্লোল ]

(২)- "পোইরৈতোল খুন্থোকপা" কৌবা লাইরিক্তসু, পোইরৈতোন্না খুল্থিরকপদা, সাচুংদা-সাচুংলাংমৈলেম্বগা থেংনত্থনা বারি-বাত্তায় কয়া শানখিবগী বারি লিখুল ইরি ॥ অত্থু "অতিয়া" হায়বা বাহৈ অসিমক মতাং অত্থুদা অমত্তা ইদে; "সাচুং লাংমৈলেমপা" হায়বা অসিদা "সাচুং নিংথৌ সকাং লাংমৈলেমপা" হায় ।

বাফম ১না—

"উমংলোল" কৌবা লাইরিক্লা – "পোইরৈতোলনা কাংপা নুংসল তালপা কৌএ ।। লৈনাউতাপিনা য়োইপুরোল তিমেলপা চানু কৌএ ।। কাংপা নুংসল তালপানা ।।
নিংথৌ সাককপা ॥ বাকক্পা (বানকক্পা) ।। ককসু তোংকোন (ককসু তোল্লোংপা) পোকএ ।। হায়রি ।

হায়বদি পোইরৈতোলগী মমিং অমসু কাংপা নুংসল তালপা কৌনা থোল্লে । লৈনাউতাপিগী মমিং অমনা য়োইপুরোল তিমেলপা চানু কৌরে । কাংপা নুংসল তালপা (পোইরৈতোন্না) নিংথৌ সাকক্পা, বাকক্পা (বানকক্পা), ককসু তোংকোন (ককসু-তোল্লোংপা) পোকএ; অসিনি ।

অত্থুগা "থিরেল লায়াৎ" কৌবা লাইরিক্লা—
(৩)- লংমাইহনবিনা সাকক্পা । (৪)- তাম্থোংখুবিনা নিংথৌ বানককপা, (৫)- পিতোঙ্ঙানা ককসুবা, (৬)- সেনবুং-ফাবিনা তোনলোংবা, হায়না ইরি ।

বাফম অনি অসিদগী ফংলিবদি—

ফাংপা নুংসল তালপা (পোইরৈতোল) না লংমাইহনবি পান্নদনা সাককপা পোকখি; তাম্থোঙখুবি পান্নদনা বানককপা (বাককপা) পোকখি; পিতোঙ্ঙা পান্নদনা ককসুবা পোকখি; সেনবুংফাবি পান্নদনা তোনলোংবা (তোল্লোংবা, তোংকোনবা) পোকখি; অসিনি ।

য়েংগদরা:—

"উমংলোল" দা "ককস্থ তোংকোন" হায়না ইরিবশি "নুমিং-থারোল মম্‌খাইরোল" কৌবা লাইরিক্তুদি—"ককস্থ তোল্লোংপ।" হায়না ইরি। অতুগা ককস্থ তোংকোন (তোল্লোংপা) হায়রিবা অসি মী অনিগী মমিংনি; মমাশু তোঙাল তোঙাল্লি; অমনা ককস্থবা, অমনা তোংকোনবা (তোল্লোংপা) হায়গদবনি হায়বস্থ "থিরেল-লায়াং" কী বারোল অসিনা খঙ্‌হল্লি।

বারম অমনা

করিগুম্বদা মাচল মনাও অনি পোকমিন্নবদা, অমা শিগ্রগা, লৈহৌরিবা অতুদা মখোয় অনিগী মমিং অতু পুন্না, ময়াম্না কৌশিন-বিবদগী মমিং ওইনা অতুম চংনখিবা, খঙ্‌নখিবা য়াওই। অসিগুম্না মথক্কী বাক্কম অসিস্থ ওইগনি।

---

**মথক্কী নৈনব্রিবা তাংকক, মতেক অসিনা উংলিবদি:—**

অতিয়াগী মশক ওইরবা, সাচুং লাংমৈলেম্বাগা পোইরৈতালগা সাচুংদা ওক্লরে (ওক্লখি)। লৈনাউতাপিগম্থ বারি-বাতায় খরা শানরে (শানখি)। মখোয় অনিবু অবাংবা চীংদা চংলো হায়-রমএ। পোইরৈতোল অমস্থং লৈনাউতাপি মখোয় অনিনা সাচুং লংমৈ-লেম্বনা হায়রবা মতুং ইন্না কৌপা চিং (কৌপাক্রু চীং)দা চংখ্রে, লৈখ্রে। পোইরৈতোন্না কৌপাক্রু চীংদা মমিং কাংপা মুংসল তালপা কৌখ্র, লৈনাউতাপিনা মমিং য়োইপুরোল তিমেলপা চনু কৌখ্রে।

কাংপা মুংসল তালপা (পোইরৈতোল) না কৌপাক্র চীংদা লংমাইহনবি পাম্নদুনা সাকক্‌পা পোকখি; তাম্মোঙখুবি পাম্নদুনা বানককপা (বাককপা) পোকখি; পেতোঙঙা পাম্নদনা ককস্থবা পোক্লখি; সেনবুংফাবি পাম্নদুনা তোংকোনবা (তোনলোংবা,—

তোল্লোংবা ) পোকখি ।

কাংপা নুংসল তালপা ( পোইরৈতোন ) অসি মচা মরি অসি পোক্লবগা মঙাং হায়বা মিং অসিমসু কৌখ্রে । মতুংদা কো-পক চীংদগী লমতেংতা ( লমদেংদা ) লৈখি ( হেংখি ) । লৈনাউভাপিনা মফম অতুদা লমদেংদা সিংতাপুং পোকখি; অসিনি ।

মরম অসি লৈবনা লাংবা-চক্কা পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লবপদা কৌপক চীংদা সাককপা, নিংথৌ রানকপা, কবুভবা অমসুং তোনলোংপা হয়রিবা মচিল মনাও মরিবু পোক্লম্বনি; হায়না মথক্তা হায়গিবা রাফম ভদু অচুম্বনি হায়বা খঙহল্লি ।

## পোইরৈতোন্না লৈরম্বা মফম, খুন্থোক্লপগী হৌরকফম —

পোইরৈতোন্না লৈরম্বা অসি, লৈম্নং থবাইরেল ( লৈম্নং-থোঙজরেল ) গী মনাক থয়ুংদনি । পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লবপসু থয়ুংদগীনি । খয়ুং হায়না শৈথারমলিবা লমদম অসি, মোংবী চীংম্বংহুৎকি চীংশাবুনি ।

মরমদিং — খানা চাউববু থবারেন ( থবাইরেন, থোংঙারেল ) কৌই । "শিরেল লায়োং" কৌবা লাইরিক্কী অহানবা লামাংদা-"নপা কাসারেন লায়রিংথৌ পোয়রে খানা চাউবা লাই নামুংগী" হায়না ইরি মথংদা "নপা কুরু লায়রিংথৌ খানা চাউবা" হায়রকই । মথং অমদা "নপা কুরু সিদবনা থবারেন সাবনা" হায়না শিজিন্নে । খরা অমুক চংথরগা "নবুথৌ খানা চাউবা" হায়রি । মথং অমদা "কুরু থবারেন" হায়না মীওই অমতাদা মমিং ময়াম অসি হায়রি, কৌরি । মরম অসিনা, অসি লৈবনা খানা চাউববু থবারেন ( থোংঙারেল, থবাইলেন ) কৌই । অতুগা খানা চাউবা থবারেল ( থোংঙারেল ) হায়নসু কৌই ।

হায়বা ৱাক্কম অসিনা খঙ্‌হল্লি।

খানা চাউবা (থোঙ্‌ঙারেল) না লৈরগা মফম (লাইফম) অসি খা মাইকৈ, শুগুনু মখা — মোংখী চীংনুংহুৎকী চীংশা অসিদী লৈরম্বনি। মফম অসি অখঙ্‌, অহৈশিংনা করি করিগুম্বদা খুক্কগা চৎনৈ। মফম অসি, শুগুনুদা লৈবা, সেরৌদা লৈবা, তাংজেংদা লৈবা অহয়ামনশিং, নহারোল বয়া অমাদ লৈবাক অসিগী অখঙ্‌ অহৈ ওইরিবা অহন্নমশিং, নহারোল বয়ানা খঙ্‌নৈ। হায়রিবা চীং অসিদা ৱাঙ্‌পারেলগী খুন্নম্‌ লৈ। মতাং অসি "চিংলোল লাইহুই" কৌবা লাইরিক্কী মখাগী ৱারোল অসি ইরি।

"হৌচিকতি।। ৱাঙ্‌পারেলকি খঙ্‌নবা ৱাপু হায়কে।। ৱাঙ্‌-পারেলকি চিঙ্‌তোনতা।। ৱাঙ্‌পারেলকি নুঙকি সঙ্‌কাই লৈপানে।। পুকখ্রি অনি লৈপানে।। চিংতোলতা মুঙ্‌কি সিংকাসোল লৈপানে।। মনাক্কা লাইকোয় অনা লৈপানে।। য়েংনা কোম খাপানে।। নুঙ্‌কা অসোল ৯না চপ মাল্লনাপানে।। ৱাঙ্‌পারেল আসোলতি।। মামৈ (মমাই) মৈরম পাংপানে॥ নুঙকি নমঙ্‌তা উচাল অচৌবা অম হৈপনে। নুঙ অসংপানা নমঙা ওইপানে।। মনাক অৱাংথংপাতা থোঙ্‌ থিং—লিপানে।। সনা পৌরোল।। সনা খাংঙেল।। নুপা মপাক।। লুপা ঙাক্লৌ।। য়াওনা থিংলিপানে।। সঙ্‌কাই মনাক্কা॥ নুঙ্‌ ও থারিপাতো।। অমুপা অনানপা অতুতি॥ ঙারেল পেকপা নুঙ্‌নে।। অঙৌপাকুম তারেং তারেংপা নুঙ্‌ অতুতি।। সারেং ঙাতেল ঙাহৈ পোকপা নুঙনে॥ অসং অঙাং নাপুকুম তাকুপ তাকুপ,পা। অতুতি।। অঙম্বা নুঙ অতুতি।। ঙাখি মুলাং লোনাই পেংপা লোয়াম পোকপা নঙনে।। ________________________________।।

সঙকাই মমাঙতা।। মুঙথোঙ অনি লৈপানে।। আসিথোঙ

অচঙ থোঙ, ২মানে ।। থোং, থিংলিপানে ।। মাপু লাংপাতি ।।
.......................................................................... ।। ৱাঙপা-
রেলকি ইরাং পোংয়াগুতি ।। ............................অসিনে ॥
লাইমিংতি ।। খাপুংলেল খমনিংথৌ কৌএ ॥ নিংথৈতি ।। খম-
চিংচি কৌএ ॥ ॰ ।।

মচা লোকপা নিংথৌ লৈপানে ।। নুংকি সংকাই লৈপানে ।।
নিংচেল খায়ে ।। খানা চাউপা কোপানে ।। ইরাংতি ।। অমত্তানে ।।
লাইমিংতি ।। খাহিং সনা সিংথিরেল কৌএ ।। মমিংতি নৌমুপা
মিহিংচি কৌএ ।।

মতাং অসিদা পল্লিবা ৱাংপারেল হায়রিবা অসিদি কৌপারুগী
মচানি কৌহ্না পেকপনে । মমিং ৱাংহুকলেল্ কৌরমই । মতুংদা
ৱাংপারেল কৌখিবনি । মপল পন্থৌগী য়াথং মতুং ইন্না, খা
অাইকৈ, মোংবি চীং, চীংনুংহুংকি চীংশা অসিদা কোন্না পুন্দাথিবনি ।
[ৱাঙপারেল খুনকুমলোন]

অতুগা মখা তারকপদা ইরিবা — "মাচা লোকপা নিংথৌ
লৈপানে ॥ নুঙকি সঙকাই লৈপানে ॥ নিংচেল খায়ে ॥ খানা
চাউপা কৌপানে ॥ "হায়রিবা অসিদা পল্লিবা "খানা চাউপা"
অসিগী খুভম মোংবা চীং, চীংনুংহুংকি চীংশা অসিদা লৈরিবনিনা,
খানা চাউবা (থোঙভারেল) না মোংবা চীংদা লৈরমই হায়বা
অসি ফাওবদি মরেক শেংলে ।

মপুং কাহল্লিবদি - "পাখংবা নোঙ্গারোল" কৌবা লাইবিক্তা
পোইরৈতোনগী মতাং অমা শৈথারক্পদা "থৌতু নুঙথোঙ চীংকী
লমহৌরকপা চীংখোঙ পোইরৈতোনকা" হায়না ইরি । "নুঙথোঙ"
হায়রিবা অসি — খা মাইগৈ-শুগুনুগী মখা, সেরৌগী খা-নোংচুপ

থংবা, মোংবী চীংগীনা অ বাং থংবা চীংখোঙ. তোর্বান মামনা চীংগী চীংশা ওইরিবা, ইম্ফাল তুরেলগী ঈয়াইদা নুঙ মপৈ অমা লৈরি । নুঙ মপৈ অদুগী মুঙ.লক্তা ঈরম অমা ফাংলি; অদুবুনি "নুঙথোঙ" (শুগুনু থোঙথোঙ) হায়নরিবা অসি । মফম অসি অখঙ-অহৈ কয়ানা চহি খুদিংগী ঈরাং থৌনি তৌনৈ । খুরম্না চংনৈ । মফম অসিদা লৈরিবা ইম্ফাল তুরেলগী ইচেলনা ভাহুনা চেল্লিবা চীং অসিবুনি, "থৌতু নুঙথোঙ চীং" হায়না শৈথারমইবা অসি । চীং অসি মোংবী চীংনুংহুংকী চীংশানি; মোংবী চীংনি ।

পোইরৈতোনবু শৈথারকপদা—"থৌতু নুঙথোঙ চীংকী লম—হৌরকপা চীংখোঙ, পোইরৈতোন" হায়রিবনিনা, পোইরৈতোনা খুন্থোক্লকপা অসি মোংবী চীং, চীংনুংহুংকি চীংশা অসিদগী ওইগনি ; মসি ময়েক শেংলবা বাফমনি । অদুগা চীং অসিদা খানা চাউবা (থোংঙারেল) না লৈরম্মী হায়বসু মথক্তা নৈনগ্রে ।

বাফম ১না—

"পোইরৈতোন খুন্থোকপা" কৌবা লাইরিক্কী মতুং ইন্না থোঙ ঙারেলনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্বা মফম (লুম্) অদুবু খমুং কৌই । অদুগা পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপসু থোংঙারেলগী পাউতাক্ মতুং-ইন্না খম্নুংদগী খুন্থোক্লকপনি ।

মরম অসিনা থোংঙারেল (খানা ভাউবা) না নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্বা, পোইরৈতোন্না লৈরম্বা মফম ১দি খুন্থোক্লকপগী হৌরকফম, খম্নুং হায়বদু, মোংবা চীংনুংহুংকি চীংশা অসিমক্তি ।

য়েংগদবা:—

খম্নুং কৌবা অশিবগী (শিরবা মীগী) লৈবাক অমা মালেম তাইবং অসিদা লৈতে । অদুগা অমরোমদা-খম্নুং কৌবা মফম

অনি হায়বদি–অমনা মথক্তা নৈনখ্রিবা মোংবী চীংনুংহুৎকি চীংশা খয়ুং হায়না খঙনরিবা অসিন; অনিদা কংলাদা লৈবা খয়ুং অমা। খয়ুং অনি অসিগী মতাংদা—
"সাকোক ৱাকোক" অমসুং "লয়হৌ নোংহৌ" কৌবা লাইরিক তানিনক্লা অসুম্না ইরি–

খয়ুং ময়োল অনিমা অসিপু, মীওইপা খৈপিক্লা মপুক্ হুংসি থোক্ননপা (হুংওন–নুংশিহন্নবা), খয়ুং লৈহনএ। খয়ুং লৈতে খংঙ।

ৱাফম অসিনা খঙল্লিবদি—

পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপগী হৌরকফম ওইরিবা "খয়ুং" অশিবগী লৈবাক নত্তে। অশিবগী লৈবাক খয়ুং কৌবসু লৈতে; মোংগী চীংনুংহুৎকি চীংশা অসিবু খয়ুং অমসুং কংলাগী মফম অমবুসু খয়ুং হায়না শৈথারবগী ৱাকনতনি।

## পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপগী মরম--

পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপা অসি—খয়ুং থোঙজারেলনা কংলৈগী নিংথৌ লোল্লোং পাখংবনা হিখাউ য়াইখাউ, খুংসু খুৎলাই, ফম্বাল পোং, মাগীদা লৈবা মীওইবনা হিংবদা চংবা মরম কয়া মরুম মতেং পিনবা, মী খরা থাইনবা, অমদি পোইরৈতোনবু মাগী (থোঙজারেলগী) মরমদা লেপ্পনবা, লোল্লাং পাখংবগা লোম্না লৌতুনরগা (ৱা তানরগা); পোইরৈতোন্দা নং নিংথৌ ওইরু হায়জিন্দুনা, থেমতুনা হায়রিবা মথক্তা পনখ্রিবা পোৎলমশিং অমসুং মীওই কয়া মরুমগা লোইননা পোইরৈতোনবু খুন্থোকহল্লকপানি।

অসুম্না পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপদা, লোল্লাং পাখংবনা থোঙজারেলগা ঊাঙনখিবা ৱাফম মতুং ইন্না, মাগী খোঙলোইশিংগা

লোইননা লম্মাখাঙ্দা থৎতুনা পোইরৈতোনগা লোইনরক্লিবা মৈনাউ-তাবী নত্তনা মীওই পুন্নমক, মপোং মচৈ পুন্নমক খোনখি, মুনখি। মতুংদা পোইরৈতোনসু থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক থোঙ্জারেলগী খুজিন্ থৌরাংনি হায়বা খঙখি।

মতাং অসি "থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা মখাগী ৱারোল অসি ইর —

"থোঙ্জারেল খমচিংকোলনা লোন্না হুইরিনা মিয়ানা তৌপাকুন॥ খোংখুল খংহলতানা হুনখংলুক্লে॥ থোঙ্জারেলনা পাখংপাপু কৌরে॥ হে পাখংপাও॥ নয়াম্মা লৈনুং খোংফাং অতোলপাপু তাইপঙ্পালতা নং নিংথৌ ওইরু হায়না হিখাউ য়াইখাউ॥ খুসু খুংলাই॥ মামি মাপোং॥ মরম লৈপাখৈপিক॥ চখোশ্না সিথোক্লক্কে॥ পাখংপা নতি অরৈ অরা কনা হিখাউ য়াইখাউ মামি মাপোং॥ খুংসু খুংলাই॥ মপোং মচৈ॥ ফনপাল পোৎনাচিংপা অয়ামপাপু উন্না খোমঙ্মও॥ হায়না খমচিংকোলনা পাখংপাতা লোন্না তাক্লমলে॥ অতুকিপু লোইরেল কৌএ॥ খমচিংকোলনা পাখংপাপু কৌতনা অরুবা ৱাপু তাক্লমএ॥ হায়পাকি কৌপারুও কৌএ॥ খমচিংকোলতি॥ অমরক লৈনুংতা হুলচিলখিরে॥ থোঙ্জারেল কৌনা লৈরুহিক্লে॥

থোঙ্জারেলনা হায়খিএ॥ ইমিও নতি সাপি সাও॥ খোংফাং অতোলপাকা॥ ইপিডানা ফমলিঙৈতা ইহমতা ফাউরকও॥ ঐনা করি পোৎনো হায়না হংলকপাকা তাইপ. পোংনে হায়না খুমও॥ তাইপংপাল অনা লৈপরা হায়রপাকা অনা লৈরে হায়না খুমও॥ অমা লৈয়ে হায়রপাতি করি করি পালপানো হায়না হংলপাকা নুনিৎ থা থৱালপিচাক খোংচোংনুপী সাচিক থাপা লৈমা তনু নিংথৌ কাংপা॥ তিন-কাং ৱাহি মুনু॥ ককচেং খোইয়া॥ ওকলেল

লাইরেল ।। সাতুক সাঙাং ।। মোরিয়া ফম্পালচানা ।। ইঙা কুমকা-ডম ।। ইঙেল কুমখাইননা পাল্লিয়ে হায়না খুমও ।। অতুনিকিতি অমরক হল্লুও হায়কে হায়খিয়ে ।। অতুকা সাপিতি লৈগুং চংখিরে ।। লৈনুং খোংফাং অতোলপা'কা খমচিংকোলকা অনিমা ফম্নানারি-ঙৈতা সাপিন্তি ইহমতা ফাউরকপা সারে ।। খমচিংকোলনা হায়-খিয়ে ।। সাপি-ও নংতি করি পোংনো হায়খিয়ে ।। সাপিনা তাই-পং পোংনে হায়না খুমএ ।। তাইপংপাল অমা লৈপরা হায়খিয়ে ।। অমা লৈয়ে হায়না খুময়ে ।। অতুনিকিনি ।। অমরক হল্লুও থাচতে হায়খিয়ে ।। অমরকস্তুং করি করিতি পাল্পানো হায়খিয়ে ।। লৈপা থৈপিক মরম চংখোম্না পালয়ে হায়না খুমএ ।। নিংথৌতি লৈমা তান্নু নিংথৌ কাংপা অনিমানা পাল্লিয়ে হায়না খুম্নপাকা অমুরক চংলুভনা হল্লকপা সারে ।।

খম্নুং মাকোনপি ।। মাসেরাং মামেললৈকা ।। তাইপং ইকোনপি ইমৈল্লৈ ইসেরাংকা ।। য়েংনখিয়ে ।। তাইপংপালনা পালম্না হেলয়ে হায়খিয়ে ।। খমচিংকোলনা ঐ খুলথোক্কে হায়পাপু ঐতি নিংথৌ ওইরে ।। থোকপা ভাম্নরোইয়ে ।। লৈনুং খোংফাং অতোলপা নংতুন তাইপাপাল্তা নিংথৌ ওইরুও ।। লৈমা তান্নু নিংথৌ কাংপা অনি-মান্তি ওইকরোইয়ে ।। হায়খিয়ে ।। লৈনুং খোংফাং অতোলপানা খুময়ে ঐতি ইতু ইচা ।। ইমি ইপোং লোইননপা লৈতে মাই হায়-খিয়ে ।। খমচিংকোলনা লাইখুরোমপিপু লোইনাখিও হায়পাপু ।। লাই খুরোমপিনা মাই হায়খিয়ে ।। অতুনিকিতি লৈনাউতাপিপু লোইনখিও হায়খিয়ে ।। লৈনাউতাপিনা পঙ্কা ফুইপি লিলনা ভালপি নিকিনা সংলো থৌরাংখিয়ে ।। অমুপা নংতি সনতং সেলচেমও ।। অঙৌপা নংতি হামেং সেলচেমও ।। থৌঙালপা নংতি থাংকোই

য়াংনম সেলচেমও ॥ মিয়ানু নংতি মিপাইচেমও ॥ থোংডানু নংতি য়েল পাইচেমও ॥ হিকাপ য়াইকাপপি নংতি হিকাপ চেমও । লৈফনপী লৈরামপি নংতি লৈফন লৈরাম চেমও ॥ হিসাপা নংতি সিংচঙ, য়াবা লেংতা থোংনা কাউসুম কাউথং চেমও ॥ খাপা লংথংচা নংতি মারোং লাংকাপ বা মঙা ফাংপাপ, ফান্নোক চেম্ও ॥ মরম খৈপিক ॥ মরম চামা চামা সুনা ফমপাল পোংনাচিংনা ঙন্না পতুনা থোক্লক্লে ॥

পাখংপানা ঙম্না খোম্মলে ॥ পোইরৈনোন্না হায়খিয়ে ॥ ঐকি ফমপাল পোংনচিংপা অয়ামপাপ, খোমখিপা নংপু কনানো হায়না পোইরৈতোম্না সাউরে ॥ সোক্লকে হায়না নিংলে ॥ খমচিংকোন্না পোইপৈতোম্না সাউপা অতু উরাতানা লাই খুরোমপিপু লাইসাবা (লাইসনা) কৌনা পুথোক্লকে । পাখংপাতা পিরে ॥ খমচিং—কোলনা পোইরোতোল নংনা সাউপা তি কবিফিনা হায়না হং—পপু ॥ পোইরেতোন্না খুএ ॥ ঐকি ফমপাল পোংন চপা অয়াম—পাপু ঙম্না খোমখিরে হায়রে ॥ খমচিংকোন্না হায়রে নাপোংপু হায়পারা ॥ ইতুতাহুং মুলখিয়ে ॥ হায়রাপাকা ॥ পোইরেতোনা নিংলে ॥ অসিপ, কুপ্পনা তৌহলপা মাওইরে ॥ "হায়না ইরি ।

অসুম তৌনা থোঙডাবেন্না পোইরৈতোনবু নং নিংথৌ ওইরু হায়হুনা থেম্নগা খুয়োকহল্লকখি; অহুগা মপোং মচৈ, মমি মপোং পম্নমকসু লোল্লাং পাখংববু মুলহলখি ॥

---

**য়েংগদবা :—**

মথক্কী নৈনবদা য়াওগিবা (পনখিবা) পাখংবা অসিনু শৈথারকপদা "খিরেল-নানম্পা" হায়রিবা লাইরিক্ অসিমক্তা অমুম্না ইরি—

"কুরুবা পাখংপকা লাই অনিমা লোল্নবা লৈরে হায়পকি লোল্লাং পাখংপা কৌএ।

লৈমোংকুমপা অরিপা লাইনে, অতুপু পাখংপাকি মপুক মমুংতা লৈরে হায়পকী, লৈমুং লোলচা অলিপা কৌএ ॥"

নৈনরিবা মতাং অসি লাংবা—চক্কী মতাংনি । "থিরেল নানমপা" গী ৱাক্য অসিনা লাংবা চক্কা পাল্লগা পাখংবা অদু করগা পাগংবনো হায়বা শঙ্ হল্লি । হায়-বদি লাংবা-চক্কা পাল্লগা পাখংবা অসি লোল্লাং পাখংবা কৌই; মমিং অমনা লৈমুং লোলচা অলিপা কৌই, অসিনি ।

অতুগা "মুমিং থারোল নমথাইরোল" কৌবা লাইরিক্তা অস্মুম্না ইরি—

"অরাংপা নোংলোল মরোল তরেং মাতকি হুমথালকুএ হায়পকি মমিং লুরাং নোংহুম সঙ্ কৌয়ে ॥ অসিতা নিংথৌ ওইনা পাল্মানাপাতি-লোল্লাং পাগংবনা নিংথৌ মরিকি মথক্তা পালএ ॥ নিংথৌ ককসু তোল্লোংপা । পানম নিংথৌ । কোরো নোংনিংথৌ । ইবুরা হোংনেম মুংপাল লুরাং নিংথৌ পুসিপা ॥ নিংথৌ কক্সু তোল্লোংপাতি । মাইকৈ ১২ মাতা চংশিতুনা লৈরুরে ॥"

মতাং অসিদা পল্লিবা হায়বদি—লোল্লাং পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লিউদা মহাক্কী ( লোল্লাং পাগংবগী ) মথা-পোল্ল, পাল্লখীবা নিংথৌ ককসু তোল্লোংব, হায়রিবা নিংথৌ অসি লাংবা-চক্কা পাল্লগনি, পোইরৈতোনগী মচানি । মতাং অসি মথক্কী নৈনবদা য়াওগে । মরম অসিনা লোল্লাং পাগংবনা (লৈমুং লোলচা-অরিবনা ) লাংবা—চক্কা নিংথৌ ওইনা পানগি হায়বা অসিমদি লেঙ্বা য়াওনা লৈরে ।

অতুগা "মিয়াং" কৌবা লাইরিক্তস্থ অস্মুম্ন ইরি—

"লাংবা-চকতা লোল্লাং পাগংবনা নিংথৌ ওইএ ॥ কোয়া-চকতা নোংদ্রেন ( নোংদোলাইরেল ) পাগংবনা নিংথৌ ওইএ ॥" হায়না ইরি ।

ৱাক্য অসিনস্থ লাংবা চকতা লোল্লাং পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পানথি, হায়না অসি তশেং তশেংনা হায়রে; লোইননা কোয়া-চকতা নোংদোলাইরেল পাগংবনা নিংথৌ ওইনা পানথি হায়বা অসিমস্থ শঙ্ হল্লে ।

## খঙ্ ক্লিন্দবা য়াদবা অমনা—

"থিরেল নানমপা"দা লাংবা-চক্কা পোইরৈতোম্না খুম্মোক্লক্-দা লোল্লাং পাগংবনা পোইরৈতালগী মপোং মচৈ মুনথিং লোইন্না মাগা লোইনরকপা মী ক ওবা গোমথি হায়বা মথক্কী নৈনবদা উংথে ।

অতুগা "পাখংবা নোঙ্গারোল" দনা-পোইরৈতোম্বা খুম্বোক্লকপদা, নোংদালাই-রেল পাখংবনা পোইরৈতোলগী মপোৎ মপৈ মুনখিং লোইননা মাগা লোই-নরকপা মী ফাওবা খোমখি হায়রি।

নৈনবা — লাইরিক অনি অসিদা, থোদোক অমতদা হায়বদি—

"থিরেল নানমপা" দা—পোইরৈতোম্বা খুম্বোক্লকপদা লোল্লাং পাখংবনা পোই-রৈতোনগী মপোৎ মচৈ মুনখি অমসুং মাগী মী ফাওপা খোমখি হায়রিবা অসি "পাখংবা নোঙ্গারোল" দদি—লোল্লাং পাখংবা হায়বা অসিগী মহুৎতা নোংদা—লাইরেল পাখংবা হায়না হৈরি।

ৱাক্ক অমনা—মথকতা নৈনখিবদা লোল্লাং পাখংবনা লাংবা—চকতা নিংথৌ ওইনা পানখি; অতুগা নোংদা লাইরেল পাখংবনা কোম্বা-চকতা পানখিবা নিংথৌনি হায়বসু লৈখে। অমরোমদা হায়রগা নোংদালাইরেল পাখংবা হায়রিবা মিং অসি নিংথৌ ওইরগা ফম্বাল তোংবদা থোনখিবা মমিংনি। মতাং অসি "বংনা লৈয়াং" কোবা লাইরিকতা অস্নম্না, হৈরি —

"লৈহুং থারুক অশৈবনা তুরীয়োই নোংদা, নোংদা লাইরেল পাখংবা মিং-থোল্লে ॥ ফম্বাল মিংহুল্লে ॥

হায়রিবা ৱাকম অসি "পাখংবা লাইহুই" কোবা লাইরিকতসু অদুম মহায়। মরম অসিনা "নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়রিবা মিং অসি নিংথৌ ওইরগা ফম্বাল তোংবদা থোনখিবা মমিংনি, অসিনি।

ৱারোল অমনা-নোংদা লাইরেল পাখংবা অসি নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ, ফম্বাল তোং-দ্রিঙৈগী মমাংদদি মমিং "পাখংবা লাইহুই" দা 'চিংগোং' হায়না হৈরি; অতুগা "থিরেল নানমপা" দনা কুপএং হায়না হৈরি। হায়বদি নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ, ফম্বাল তোংদ্রিঙৈদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমিং চিংগোং হায়নসু কৌরম্মী, কুপএং হায়নসু কৌরম্মী, অসিনি।

নৈনরক্লিবশিং অসিগী মতুং ইন্না— পোইরৈতোম্বা খুম্বোক্লকপা মতম লাংবা—চকতা ওইরি। লোল্লাং পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মতমসু লাংবা—চকতা ওইরি। অদুগা নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মতম্না কোম্বা-চক চংলকপাদনি। "নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়রিবা মমিং

অসিমক, কপাল তোংবদা খোনখিরা মমিংনি । নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ, কপাল তোংদ্রি - ঙৈদদি-মমিং চিংখোং কোরম্মী, কুপংরেং হায়নসু কোরম্মী হায়বা লৈখরে ।

মরম অসিনা — "পাখংবা নোঙ্গারোল" কৌবা লাইরিকতা হায়রিবা-লাংবা চকতা পোইরৈত্তোম্না খুম্মোক্লকপদা নোংদালাইরেল পাখংবনা মপোং মচৈ মুনখি অমসুং মাগা লোইনরকপা মী ফাওবা খোমখি হায়রিবা অসি চুমনিংঙাই ওইদে, লাল্লে । অতুগা "থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিকতা হায়রিবা-লাংবা-চকতা পোইরৈত্তোম্না খুম্মোক্লকপদা লোল্লাং পাখংবনা পোইরৈত্তোলগী মপোং-মচৈ মুনখি অমসুং মাগা লোইনরকপা মী ফাওবা খোমখিং হায়রিবা অসিনা অচুম্বনি, খুড়্‌হল্লি । শম্না হায়রবদা লাংবা-চকতা নিংথৌ ওইনা পানখিবা লোল্লাং পাখংবগী থোকখিবা থৌদোকতা, কোম্না-চকতা নিংথৌ ওইনা পানখিবা নোংদালাইরেল পাখংবা মকতা, থোকখিবা থৌদোক ওইনা উনবা ( নত্রগা খনবদগী ) "পাখংবা-নোঙ্গারোল" কৌবা লাইরিক অসিদা ইশিনখিবা ওইগনি ।

মথক্কী ঈচেল অসিগা মান্নবদা ৱারোল খরসু লৈরি ।

"পাম্হোইপী থোংকুল" দা —

"তমপা মৈপা হানতোংপীনা পাওলেল্লকয়ে ঈনু তেকআ-ও, কোরও অদি নোংপু তম্‌পা নহুয়রোল ঐতি নোংতালাইরেল পাখংপা খোনখং-লোং, পচেঙ্‌ চাচল লোং, চোমলাং খোঙ্‌খীল লোং, ফুমথী হামং-লেং, নাউৱা চেঙ্‌কোং-লোংপু লোংকাল্লুগে ।" অম্মা ইরি ।

মতাং অসিদা পল্লিবা-"নোংতালাইরেল পাখংপা খোনখং-লোং" হায়রিবা অসি পাম্হোইবীনা খাবাগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা মনেম্হোক তেকআদা লোং খোনবা চংকে হায়বগা লোইননা, লোংবু শৈথারকপদা পাম্হোইবীনা হায়খিবনি উংলি ।

মরম অসিনা লাইরিক কয়াদা ইরিবা, অম-অনিদং পঞ্জরিবা—

১দা —"কংলা লৈয়াং" কৌবা লাইরিক্তা-"তাওরোইনাইদা তোংবা মরম্না অঙাং খুইদা থাবনা ইন্‌সন্দ্‌না লাইসনানা কৌরাদা কৌ কৌববু, লিলনা কৌ চারে তাক্‌-পদগী লিল ওইনা লাকপা পাখংববু হাংলে । খুইনা মুংজেংদা থাদরে । লিল ওইনা লাকপা পাখংববু হাংলগা মুংজেংদা থাদখিবদা লাইসনানচিংবা লাইরেম্মা হেলোই তরেংমক্কা মুংশি মুংওন্না কপ্পা কপ্পা মপি তানা চেপখোল লোংবু খোনবদা লাইরেম্মা তরেংমক্কা মিচং মীথাই নাইদনা মনিং থুংনবগীদমক মীগী মশক অঙাং ওইনা সনাই

তরেৎকী অপোকপা খোনগৎলে। লাইরেম্মা তরেৎমক্তা অঙাং ওইনা তরেৎ পোকএ। পাখংবগী সলাই তরেৎ পোকলে। ৱঙাম নিংথৌজা ১ ॥ অঙোম ২॥ মোইরাং ৩ ॥ খুমল ৪ ॥ লুৱাং ৫ ॥ ঙানবা ৬ ॥ সরাং লৈশাংথেম ৭ ॥ অসি পোকএ ॥ লাইসনানা লোং খোনবদা অঙাং মচা ওইনা খোনগৎলগা খোম পিথকএ ॥ খোইয়োই তোম্পোক ( খুইয়োই তোম্পোক ) ওইরে ॥" ইরি।
২দা– "খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া, কুম্বাবা পুয়া' কৌবা লাইরিক্তা—

"নোংমা মমা ইবম্মা লাইসনানা শুমাংদা ফৌরাদা ফৌ ফৌদোকই। ফৌ অতুগী মথক্তা মতোক পানবা লিন অমা লাক্লগা ফৌ মথকতা লৈরে। লাইসনানা খোয়বা তোম্পোকতা লিন অমা লৈরে তাকপদা খোয়বা তোম্পোক্তা থাংজা তরেৎকী লোং পায়দুনা লিন অতুগী লৱাইদা থিন্দুনা হাৎলে।" ইরি।

মথক্কী ৱারোল অনি অসি থোদোকতি অমতনি। অহুম্না লাইরিক কয়াদা মওং কয়া থোক্লা ইরি। অসিগুম্বা, নোংদালাইরেল পাখংববু লাইসনা অমদি মাগী লোইনবীশিংনা লোংনা খোনগৎলি ইরিবা অসি, পাম্বোইবীনা মনেম্বোক তেকআদা লোংখোনবা চৎকে হায়বগী মমাংদা থোকখিবা থোদোক ওইকম খোকই।

মথক্কী ৱারোল পাম্বোইবীনা মনেম্বোকতা লোং খোনবা চৎকে হায়, হায়রিবা চক অসি লাংবা-চকতনি; হায়বদি "পাম্বোইবী খোংকুল" তা পাম্বোইবীবু অহানবদা নিংথৌ সাপায়বনা মাগী তালোই ওইনবা হায়নশিংনহল্লুবদা য়ানখিদে। মতুংদা খাদা তরম্ খোইহুচাগী হায়নরুববা য়ানদুনা, তরম খোইহুচাগা পাম্বোইবীগা লুহোংখিঃ হায়রি। মতাং অসিদা পনখ্রিবা, পাম্বোইবীবু অহানবা হায়রম্বী হায়রিবা নিংথৌ সাপায়বগী মতম অসি "থিরেল লায়াৎ" কী মতুং ইন্না লাংবা-চকতা ওইরি। সাপায়বগী মতাং অসি মথক্কী নৈনবদসু য়াঙগে।

মরম অসিনা ( ৱাফম অসিগী মতুং ইন্না )–

পাম্বোইবীনা মনেম্বোক তেকআদা লোং খোনবা চৎকে হায়বগা লোয়নন, লোংবু শৈথারকপদা "নোংদালাইরেল পাখংবা খোনখৎ লোং" হায়না হায়খিবা মতম অসি লাংবা-চক ওইকম পোকলি।

## নৈনরিবা অসিদা—

( ক )–"নোংতা লাইরেল পাখংপা খোনখৎ লোং" হায়বদি- নোদালায়রেল পাখংববু মচা হুপা খুইনা ( খুইয়োঙ্গ তোম্পোকনা খুয়োঙ্গ তোম্পোকনা ) হাৎলগা

হুংচেংদা থাদবাদগী, লোংনা থোনগংথি, হায়বগী পাম্বোইবীনা লোংবু শৈথারকপদা "নোংতা লাইরেল পাথংপা থোনখৎ লোং" হায়না শৈথারম্মী হায়বগী মওংদা "পাম্বোইগী খোংকুল" বু ইরম্মীবা অয়িবনা শৈথারম্মনি ।

( খ ) – মৈনরিবা অসিগী মতুংগ্না—পাম্বোইবীনা লৈরম্বা মতম (পাম্বাইবীগী মতম) লাংবা-চক্তা ওইরি ।

( গ )— লাংবা-চক্কী মমাং, অমদি লাংবাংচক্তা নোংদালাইরেল পাখং কৌবা নিংথৌ অমতা পানখিদ্রি, অমদি নোংদালাইরেল পাখংবা কৌবা মীওই অমতা লৈবাক অসিদা লৈখিদ্রি । নোংদালাইরেল পাখংবা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা মতমদি কোম্না-চক্তনি । "নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়রিবা মমিং অসিমু নিংথৌ ওইরগা ফম্বাল ্তাংবদা থোনবা মমিংনি । [ মথক্তা মৈনগে ]

মরম অসিনা—কোম্না-চক্তা পাল্লম্বা নোংদালাইরেল পাখংববু, হনগংনা লাংবা-চক্তা নোঙাবা ( শিবা ) ওইবা হৌমদবনিনা, লাংবা-চক্তা পাম্বোইবীনা লোংবু শৈথারকপদা—"নোংতালাইরেল পাখংপা খোনখৎ লোং" হায়না শৈথারম্মী উংলিবা ৱাফম অসি য়ুমফম য়াওদে, ওইবা য়ারোই ।

অমরোমদনা—

লাংবা চক্তা পাল্লম্বা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা নোঙাবা ( শিবা ) গী মতাং অসি "খিরেন নানমপা" দা অয়ুম্না ইরি –

"মিংতাপুংতি ॥ পাখংনকি মচা ওইনা পোক্লরে ॥ পোক্লপা অঙাং অতুনা পাখংপাপু হাংলে ॥ মফমতি নাইসরা ( লাইসনা ) ফৌ কোফমনে ॥ পাখংপাপু হুংচেংতা চল্থারে ॥ অতুকি নোংচেং হুল্নরম কৌয়ে ॥ ঙাচিংনা লাইসরাতা ( লাইসনাতা ) থৎহন্নে ॥ লাইসরানা পাখংপাপু খোলখংলুরে ॥ —— — ... —— — — — ... .... অসাইকি অঙাং অতুতা কুরুনা লৈনাউতাপিপু নোংলোলতাকি পুথারকপাসানা, নোংমাইহু কৌনা পিরে ॥ অঙাং অতুনা নিংথৌ ওইরে ॥ মমিংতি থাইয়ে হায়পাকি থাপা কৌয়ে ॥ থাপা কংলৈ লৈপাক মপা কৌয়ে ॥ খুৱাই নোংচেংপম পিপাহুং কৌয়ে ॥"

ৱারোল অসিদনা লাংবা চক্কী নিংথৌ লোল্লাং পাখংববু মচানিপা খুৱাই নোংচেলবনা ( থাপানা ) হাংলগা হুংচেংদা থাদখি । অদুগা লাইসরানা ( লাইসনানা ) লোল্লাং পাখংববু খোলগংপি হায়রি । ৱাফম অসিনা অচুম্বমু ওইগনি ।

শম্না হায়রবদা – মথক্কী নৈনবদা য়াওখিবা-পোইরৈতোম্না থুম্বোক্লকপদা লোল্লাং পাথংবনা পোইরৈতোমগী মপোৎ-মচৈ অমস্থুং মহাক্কা লোইনরকপা মী ফাওবা থোমখি হায়রিবা ৱারি লিখুন অতুবু লোল্লাং পাথংবগী মহুৎতা নোংদালাইরেল পাথংবা হায়না ইশিন্দুনা কক্ডাওহনবগুম, তশেংবমক লাংবা চকতা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা লোল্লাং পাথংবগী নোঙ্গাবদা ( শিবদা ) থোকখিবা থৌদোক অতুমক, কোম্না চাকত্রা পানখিবা ফঙ্গালগী মিংহুন্না নোংদালাইরেল পাথংবা কৌবা নিংথৌ অসিগী নোঙ্গাবগী শিবগী থৌদোকমক ওইনা উনবা নত্রগা শনবদগী লাইরিক কয়াদা ইশিন-খিবা ওইগনি ।

হায়বদি - লাংবা-চকতা নিংথৌ ওইনা পানখিবা (পাল্লোম্বা) লোল্লাং পাথংববু মচাম্নুপা খুৱাই নেংচেনবনা হাংলগা মুংজেংদা থাদবদগী লাইসনানা গোনগংখি, হায়রিবা ৱাফম অসিদা-লোল্লাং পাথংবগী মহুত্তা নোংদালাইরেল পাথংবা হায়না ওস্থোকপা; অতুগা খুৱাই নোংচেনবগী মহুত্তনা খুই ( খুইয়োই তোম্পোক, খুয়োই-তোম্পোক, থাবা তৌম্নুবা ) হায়না মহুৎ শিনজিন্দুনা লাইরিক কয়াদা অরানবা ৱাফম অসি মওং কয়া থোক্লা ইশিনখিবা ওইগনি, অসিনি । মরমশিং অসি লৈবনা – "পাম্থোইপী গোঙ্কুন" কৌবা লাইরিকতা—পাম্থোইবীনা থাবাগী য়ুমদা লৈরিডৈ, মনেম্বোকতা লোংথোনবা চংকে হায়বগা লোয়ননা লোংবু শৈথারকপাদা নোংতালাইরেল পাথংপা থোনগংলোং" হায়না শৈথারম্মা উৎলিবা অসি, "লোল্লাং পাথংপা থোনগংলোং" হায়না হায়রম্বা ওইকম থোকই (হায়গদবনি), অসিনি ।

## নোংদালাইরেল পাথংবা নোঙ্গাবা ( শিবা ) –

নোংদালাইরেল পাথংবা নোঙ্গাবা ( শিবা ) গী মতাং অসি তশেং-তশেংনা "পাথংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিকতা অস্থুম্না উৎলি-নোংদালাইরেল পাথং-বনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২ ( তরানিথোই ) পাল্লম্নগা মশাগা পুন্সি চেংজেল লোমতুনা নোঙ্গাখি ( শিখি ), 'অসিনি । হায়রিবা ৱাফম অসিনা অশেংবা ৱারি লিথুলমক ওইক্কম থোকই । মরমদি:—

নোংদালাইরেল পাথংবা নোঙ্গাবগী ( শিবগী) মতাং অসি-অনি থোক্লা লৈরিবা অসিদা, মচানা হাংলি হায়বা অসিদি-লাল্লে শঙলববিনা, "পাথংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিকতা উৎলিবা-নোংদালাইরেল পাথংবা মশাগী পুন্সি চেংজেল লোম্নগা শিখি হায়বা ৱারোল অসিনা অচুম্বা ওইগনি, অসিনি । [পাল্লম্বা চহিগী মতাংদি—

মথা নৈনরকপদা য়াওরক্কনি । ]

## নোংদালাইরেল পাথংবগী মথংদা পামখিবা নিংথৌ—

"পাথংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্তা—নোংদালাইরেল পাথংবগী মথংদা তাউথিংমাংনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনা চহি ১০০ (চামা) পামখি হায়রি, উংলি । হায়রিবা ৱাফম অসিমক অচুম্বা ওইগনি । মরমদিঃ—

লাইরিক কয়াদা নোংদালাইরেল পাথংবগী মথংদা নোংদালাইরেলগী মচানুপা, লাইসনানা পোকপা, খুয়োই তোম্পোক্পা নিংথৌ ওইনা কংলৈপুং ময়োন্দা পানখি হায়তুনম্মু, খুয়োই তোমপোক্নী হৌরকলোল্ থিবদা—

( ১ )—মথক্কী নৈনবদা লাংবা-চক্তা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা লোল্লাং পাথংববু মচানুপা থুৱাই নোংচেনবনা হাংলগা মুংজেংদা থাদবদগী লাইসনানা খোনগংখি, হায়রিবা ৱাফম অসিদা--লোল্লাং পাথংবগী মহুত্তা নোংদালাইরেল পাথংবা হায়না ওন্থোকখিং অতুগা থুবাই নোংচেনবগী মহুত্তনা থুই ( খুইয়োই তোমপোক, খুয়োই-তোমপোক ) হায়না ওন্থোকখি হায়বা উংগে ।

মতাং অসিদা য়াওরিবা খুয়োই তোম্পোক ( খুইয়োই তোম্পোক ) অসিদি —লোল্লাং পাথংবা তোঙ্গাবদা, নোংদালাইরেল পাথংবা নোঙ্গাবনি হায়নবা হোংনবদা, খয়োই তোম্পোক কৌবা অমা ৱাগম্মা শাগংলগা পুথোকখিবনি । হৌরকফম লৈতবা খুয়োই তোম্পোক্নি ।

( ২ )- "পাথংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্কী মতাং অমদা, খুইয়োই তোম্পোক হায়রিবা অসিবু শৈথারকপদা, মথাগী ৱাফম অসি ইরি—

"মৈতিংগু খুইয়োই তোমপোক্তি ॥ পলেম নাকলৌ
ফিয়ানতা । খোয়চি মিতমতা ।। থাংগা মিহুনতা ॥
লাইচা যিতা পোইতানা ॥ য়িমু মাচেঙ খোমতানা ॥
তুপিয়োই নোংতা ॥ নোংতা লাইরেন পাথংপাক্নী ॥
টাংড়ু মসাওল ॥........................ ॥

মতাং অসিনম্মু খুইয়োই তোমপোক হায়রিবসি মমানা নাকলৌ ফিয়ান্দা, খোয়জি মিতমদনা ( মীরোলনী ওইদনা, মীরোদনা ) পোকপা মচানি উংলি । হায়বদি-মমা য়াওদনা পোকপা মচানি হায়বনি । লোয়ননা ঈমু মচেঙ খোম্মা লাইজ ইশিংদা পোইদনা লৈরম্বা, নোংদালাইরেল পাথংবগী সাওল ( শায়োন ) ওইবা খুইয়োই

তোমপোকনি, উৎলি।

মতাং অসিন্থু ওইথোকপা য়াররোইদবা, য়ুমফমদা শাগৎলক্পা, খুয়োই (খুইশাই) তোমপোক্কী হৌরকলোল ওইরি।

( ৩ )—ৱাকম অসিগা মরি লৈনবদা—"কংলা লৈয়াং" কৌবা লাইরিককী মতাং অমদা মথাগী ৱাকম অসি ইরি—

"লাইসনানা লোং খোনবদা অঙাং মচা ওইনা খোলগৎলগা গোম পিথকএ॥ খোইয়োই তোমপোক্ (খুয়োই তোমপোক, খুই-য়োই তোমপোক ওইরে॥" [ মথক্তস্থু য়াওথে ]

"কংলা লৈয়াং" কী ৱারোল অসিদি, শন্না হায়রবদা নোংদালাইরেল পাখং-বগী মথংদা খুই ( খুয়োই তোমপোক ) হায়বা হৌরকফম লৈতবা অসিবু, নিংথৌ ওইথি হায়বা য়ানবা, ওইথোকফম থোক্তবা মওংবা শাগৎলন্বা ৱাকম অমনি।

মরমশিং অসি লৈবনা "পাখংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্তা হায়রিবা, উৎ-লিবা নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা কংলৈপুং ময়োন্দা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইনা পানথি হায়রিবা ৱাকম অসিনা চুমফম থোকই, অসিনি। চহিগী মতাংদি মথা লৈনবদা পন্দুপ ওদা উৎচগনি।

নিংশিংজবা—

"নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়বা মিং অসি কপান তোংবদা খোনবা মিংনি। অদুবু লাইরিক অয়াম্বদা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদগী ' নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়না, ইদুনা শিজিন্নবা অদুদা লৈনজরিবা ঐহাকস্থু, লৈনবদা হুংডাইনবা, নোংদালাইরেল পাখংববু নোংদালাইরেল পাখংবা কৌদ্রিঙৈগী মমাংদস্থু "নোংদালাইরেল পাখংবা" হায়না ইজরে।

# ॥ লোল্লাং পাখংবা ॥

লাংবা-চক্তা – লোল্লাং পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা ( ইম্ফাল কং-জাদা ) নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী । লৈমদি-পোইরৈতোন্না খুম্বোক্লবপদা নিংথৌ অসিনা ( লোল্লাং পাখংবনা ) পোইরৈতোনগী মপোক মচৈ অমসুং পোইরৈতোলগা লোইনরকপা মী খোমথৈদা, খমচিংকোন্না নিং-থৌদা ( লোল্লাং পাখংবদা ) পীরম্বা লাইসনানা কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী লৈমা ( নিংথৌগী তালোই ) ওইরম্মী ।

লোল্লাং পাখংবা নিংথৌ অসি য়াম্না খুৎকন-পাঙ্গলনা পানবা নিংথৌ ওইরম্মী । মতম অতুদা লৈবাক অসিদা ( মৈত্রাবাক অসিদা ) মহাক্কী মখাপোম্না- ( ১ )-নিংথৌ ককস্থ তোল্লোংবা, ( ২ )-পানবা নিংথৌ, ( ৩ )-কোরৌ নোংনিংথৌ ( পুরৈরোম্বা ) অমসুং ( ৪ )-ইউরা হোং-নেম ঙংপাল্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা; হায়রিবা নিংথৌ মরি অসিসু পাল্লম্মী । ( মথক্তা নৈনবশু )

য়েংগদবাঃ – কোরৌ নোংনিংথৌ হায়রিব অসি পুরৈরোম্বাবুনি ।
"নোংনিংথৌদি পুরৈরোম্পানে" হায়না "খুনুংলোল সিঙখাই" কৌবা লাইরিকতা ইরি ।

**লাংবা-চক পাল্লম্বা-নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুংলোকা অরিবা ) গী মতমদা চংনরম্বা, নুমিং-থা-চহি পাবা, শিবগী থৌরম লাইনিঙলমচং, নিঙলম্বা লাই, চারম্বা চিঙ্জাক ফিজেং অমসুং শিজিন্নরম্বা খুৎশু-খুলাই :–**

---

"নৈনবা"

১ । "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্তা - চক্ মরিগী মমিং ইবদা হয়িচক, খুনুংচক, লাংবা চক অমসুং কোন্না-চক হায়না ইরি ।

২ । "সাক্কোক লমলেন" কৌবা লাইরিকতনা, চক মরিগী মমিং ইবদা হয়িচক

( হয়িলাংবা-চক ), হয়ালাংবা চক লাংবা-চক, অমসুং কোয়া-চক হায়না ইরি ।

বাক্ম অনি অসিগী লিখুনা —

"থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্কী নৈনবদা, হয়িচকতা মীওইবশিং অসি মীরোল থোকখ্রি । মীসু, শাসু, ঙাসু পাংথক অমত্তা ওইনা পাল্লমী ।

খুদুংচকতা মীওইবশিং অসি মীরোল থোক্লবা ( মরোল মরি থোক্লবা ) হোংনরক্লে । লাংবা-চক্তি-মীওইবশিং অসি মীরোল ( মরোল ) থোকলে । অহানবা মকুতদা লাংবা চক্কী মীরোল ইরকপদা —

( ১ )—উনা লাংবিনা, চিঙ্‌য়াই চিঙ্‌মু নিংথৌবা ।

( ২ )—খোঙ্‌নিঙ্‌ চঙ্‌বি উনা লাংবিনা, মিকোনহন ।

( ৩ )—লংমাইহনবিনা সাককপা ।

( ৪ )—তাম্মোঙ খুবিনা-নিংথৌ রান্‌ককপা ( রাংকাপা,রাংকপ্পা )।

( ৫ )—পিতোঙ্‌ঙানা-কক্সুবা ।

( ৬ )—সেনখুং কাবিনা-তোন্‌লোংবা ( তোল্লোংবা ) ।

( ৭ )—ঙাংসাবিনা ( ঙানসাবিনা )-পিথিঙ্‌কোয় ।

( ৮ )—তাম্মোং পুঙ্‌শায় চমুনা-লাম্পিচা ।

( ৯ ) উরেক চমুনা নিংথৌ সাপারবা

( ১০ )—পোঙ্‌সুনা-থারি থারল্‌বা ( থারি থারেকপা ) ।

মীওই তরা অসি ইরি । মীওই তরা অসিগী মমুঙ্‌দা অহুমশুবা মশিংগী সাককপা, ৪ শুবা মশিংগী রান্‌ককপা, ৫ শুবা মশিংগী কককুবা অমসুং ৬শুবা মশিংগী তোনলোংবা হায়রিবা মীওই মরি অসিদি পোইরেতোয়া খুম্মোক্লকপদা কৌগদা চীংদা পোক্লম্বনি ।

মতম অতুদা মতম অতুগী লৈবাক মীয়াম্না হোংনবদা চোক্‌থরবা মতম, লৈবাক্কী কিতম কংথ্রিন্দা তুইমু লৈমনা পুরেরোপ্পা পোকখি । লোইননা তুবদা লাইরবা খুদোংথিবনা পন্দোল লোম্লবা মতম অতুদা কোংকোই, তৈমা, য়াংমা, ডেসরোং, উয়েনখুবা, উরেনহনবা; ইরেম থাথি, জংবা কৌবা মীওই মাপল থোক্লকখি । অসুম্না কাংলুপ শেম্লগা মথোয় মথোয়না খুন্দাক্লবদা মুংঙাইগদবা য়েংনদুনা অয়াম্বনা চংনখি, উংলি । অতুগা মথক্তা পনখিবা মীওইশিং অসি লাংবা চক্কী লোইরম-দাইগী মীরোলমক্লনি । ( মথকতা নৈনখে )

অতুগা "হকসেন" কৌবা লাইরিকতসু মথাগী বাক্ম অসি ইরি —

"থমচিঙ্‌কোল্‌নে ॥ থোঙ্‌ঙারেলনে ॥ পোইরৈতোলনে ॥ পাখংপানে লাই ৪ মানে ॥ লাইনুপী ৪ মাতি ॥ পিয়াইনুনে ॥ লাই খুরোমপিনে । লৈনাউতাপিনে ॥ লাই সারানে ॥ সুপ্পা লাই ৮ ॥ মানে ॥ অসিতি মীকিতি মকোকনে ॥ লাইকিতি মামৈনে ॥ মখোই ৮ মাকি মকমপু মীনা সিলহৌপানে ॥"

হায়রিবা মতম অসিদি—মীওইবনা য়ুমশা লোইরক্লবাঃ থাং, শিংজং শিজিন্নরক্লবা, য়ুমলিং –তুম্লিংলক্লবা, নিংথৌ পাল্লক্লবা, ক্ষিজেং-চাকচা মঙং তারক্লবা, নিংথৌনা ফন্নাল পোংনচিংবা শিজিন্নরক্লবা, চাকথোংতুনা চারক্লবা, চাবা থকপা মঙং তারক্লবা মতমনি হায়বা মথক্তা নৈনশ্রিবা পোইরৈতোল খুম্ফোক্লকপাগী মতাং অড়না থঙ্‌-হল্লি । অসিগুম্বা মতম অসিদা-থমচিঙকোন (থমচিংকোন), থোঙ্‌ঙারেল, পোইরৈতোল অমসুং পাখংবা মীওই মরি; অমদি-নুপী কাংলুপ্পা পিয়াইনু, লাই-খুরোমপি, লৈনাউতাপি অমসুং লাইসারা ( লাইসনা ); পুন্না মখোই ৮না "মীগীদি মকোকনে ॥ লাইকিতি মামৈনে ॥ মখোয় ৮ মাকি মকমপু মীনা সিলহৌপানে" ॥ হায়রি —

মখোই নিপান অসিনা অহানবা মীওইবশিংগী মরকতা মীনি হায়না শিংথাবা য়ায়বা মীওইশিংনি । মখোগা থক্তা হৌখিবা মীরোলদগীনা শমথরকপা মমৈদা পোকপা মীওইশিংনি । মখোই ৮না চংলম্বা শাজং-লিচং, চংনরোল পৌরোলবু মখোইগা লোইনরম্বা অমদি তুংদা পোক্লবা মীরোম্না চংনহৌবনি হায়বা উংপনি । মদি মশানা তাবা ৱাক্কমনি ।

মথক্কী নৈনাখ্রবা ৱারোল অনি অসিনা উংলিবা শকতমদি— হরিচকতা মীওইবশিং অসি মারোল মরি (মীরোল) থোকতরি । খুনুং-চক্তা মীওইবশিং অসি মরোল মরি ( মীরোল ) থোক্লবা হোংনরক্লে ।

লাংবা-চকতা মীওইবশিং অসি মরোল মরি (মীরোল) পোকলে । লাংবা চক্কী অয়াংবা মতমস্তু মীওইবশিং অসি শা, ডাক্কিংগী সিচং শাজংকী মঙংদগী অতুক য়াম্না হক্লা পংহোং হোংদ্রিবা মঙংদা নৈরম্মী ।

কাইনথংদা, লাংবা চক্কী লোইরমদাইদা নুপা মরকতা থমচিংকোল, থোঙ্‌-ঙারেল, পোইরৈতোল অমসুং পাখংবা ( লোয়াং পাগংবা , লৈনুং লোঙ্গা অরিবা ) মরি অসিঃ নুপী মরকতা পিয়াইনু, লাই খুরোমপি, লৈনাউতাপি অমসুং লাইসনা ৪মাঃ পুন্না মখোই নিপান অসিনা, অহানবা—মীনি হায়না শিংথাবা য়ায়বা মীওই-

শিং ওইরম্মী। মখোই নিপাম্না হৌদোক্লম্বা চংলম্বা শাজং-লিচং, চংনরোল থৌরোলবু মখোইগা লোইনরম্বা মীওইশিং অমদি তুংদা পোক্লবা মীরোম্না মথং-মথং চংনখি, অসিনি।

অহানবামক্তাদা লাংবা- চক্কী মীরোল ইরকপদা ইরিবা -
মীওই ১০গী মনুংদা – সাককপা, রানককপা, ককশুবা অমসুং তোম্লোংবা কোবা মীওই মরিদি-পোইরৈতোম্না খুম্থোক্লকপদা কৌপরু চীংদা পোক্লম্নি।

মতম অতুদা. লৈবাক্কী ফিভম য়াম্না কংত্রিঙৈগী মতমদা হুইনু লৈমনা পুরৈরোম্বা পোকখি। লোইননা তুবদা লাইরবা, খুদোংথিবনা পন্দোল লোম্লবা অতুগুম্বা মতম অতুদা-কোংকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসরোং, উরেনখুবা, উরেনহনবা, ইরেম, থাপি অমসুং লংবা কৌবা মীওই মাপল থোক্লকখি। মাপল অতুনা মাগী, মাগী কাংলুপ শেম্নখি। মীওই অমনা কাংলুপ অনি পুথোকপা কাওবা য়াওখি। অমুম্না কাংলুপ শেম্নরগা মখোয় মখোয়না খুন্দারুবদা হুংঙাইগদবা য়েংনদনা অয়াঙনা চংনখি। মসি-নি নৈনরিবা অসিনা উংলিবা শক্তম।

য়েংগদবা—"থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা-গম্চিংকাল অমসুং থোঙ্রা-রেল মীওই অমতগী মমিংনিঃ অতুগা লাইখুরোম্পি অমসুং লাইসারা (লাইসনা) মীওই অমতাগী মমিংনি হায়বা উংলি।

অমরোমদা—

"সাকোক লমলেন" কৌবা লাইরিক্তা মপাগী রাক্সম অসি ইরি -

"হৌজিক্কি লৈপাক অতুতা লাইকা সম্ননা পাল্লমপা নিংথৌরেল হাইথরক্কে। হয়িচকতা পাল্লমপা নিংথৌতি সিনপি লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চান্নপা পোকপা নিংথৌ কাংপা কাংখল লৈমাতি তারিনু কৌয়ে॥ নিংথৌ লৈমা অসিনা পোক্লমপাতি – কোংকোই। তৈমা। য়াংমা। তেসারোং। উরেনখুবা। উরেনহনবা। ইরেমা। থাপি। লংপা ৯মা অসিনে॥" রাক্সম অসি "কাংপারোল" কৌবা লাইরিকতসু ইরি।

নৈনবা –

নিংথৌকাংপা কাংখল অমসুং তারিনু. নিংথৌ, লৈমা অনিনা, লৈমা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী মখোই অনিনা, – কোংকোই, তৈমা য়াংমা, তেসরোং, উরেনখুবা, উরেনহনবা, ইরেম, থাপি অমসুং লংপা কৌবা মচা মাপল পোকখিঃ হায়রিবা

মতম অসি হয়ি-চক নত্তে, লাংবা-চক ওইগনি ।
"থিরেল লায়াং" তা -কোংকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসরোং, উরেনখুবা, উয়েন -হনবা, ইরেম, খাপি ( খাবি ) অমসুং লংবা মখোই মাপালগী মতম অসি লাংবা চক্রনি, উংলিবা অসিনা অচুম্বা ওইগনি । মরমদি:—

হয়ি চক্রদি—মীওইবশিং অসি মরোল মরি ( মীরোল ) থোক্করি । ( মথকতা নৈনখরে )

মীওইবনা মরোল মরি থোক্লিন্নবদা মমিং-মথা থোন্দুনা লৈমা নিংথৌ ওইনা পানবা, মচাগী মমিং থোনবা ওইখোকনিংঙাই ওইদে । মতাং অসি অইবনা লাংবা-চক্কী ৱাক্সু কারন্নবা হয়ি-চকতা পুখৎলম্বা ওইগনি ।
মরমশিং অসি লৈবনা নিংথৌকাংপা কাংখল অমসুং তারিহু, নিংথৌ লৈমা অনিনা মচা মাপল পোকতুনা পাল্লম্মী হায়রিবা মতম অসি হয়িচক নত্তে, লাংবা চক্রনি । মসি মশানা তাজবা ৱাফমনি ।

অতুম অতুম ওইনমক, "সাকোক লমলেম" দা ইরিবা—
( ১ ) - হয়িচক ( হয়িলাংবা চক ), (২)-হয়া লাংবা-চক, ( ৩ )-লাংবা-চক অমসুং ( ৪ ) - কোন্না-চক; হায়রিবা চক মরি অসি "খিরেল লায়াং" তা ইরিবা—
( ১ )—হয়িচক, ( ২ )-খুনুং-চক, ( ৩ )-লাংবা-চক অমসুং ( ৪ ) কোন্না চক; হায়রিবা চক মরি অসিমক্কি । মরমদি:—
"থিরেল লায়াং" তা, হয়িচক্কী অরোইবা শরুকতা—
"অসিগী মথংদা লমপু তুপু তরেং লাইকম নেমদা সোয়তানা পানলম্বা চাহয় ১৯০০০মাপু সনামহিনা পানলমএ । লয়পাক মমিঙ্দি লয়তাঙ কাঙওইপুং কৌএ । সাতি সায়ানতা, ঙাতি ঙায়ান উতা পানলে । চাকতি থুরায় খুনুকমলেন্দা চতুম পাল্লে । সিঙ্পোংলাপেংতি হোইরবগা মথম্মা চংলমএ । সাসুং ঙাসুং, মীহং মরোন অমতা ওইনা পানলমএ ।" হায়না ইরি ।

ৱাহন্থোক—

মতম অদুদা—লম্পু, তু-খোংবু লাইরেল চিংলাই লিন্নচিংবনা নেম্বা লৈতনা ( ময়াই কানা ) পাল্লম্বা চহি লিশিং কয়া মরুমু- ঈশিংনা পাল্লমএ ( চীংয়া তময়াগী অয়াম্বা শরুকৃতা ঈশিংগী ঈশিং ঙাকতা ঙাইরম্মে ) ।
লৈবাকী শকতমদি;—

মতম অদুগী মীওইবশিং অদুনা তাঙ্না ( লিক্লা ) লৈবা; শা; ঙা, তিল-কাঙন-চিংবা মতিক ময়াই কাঙবশিংগী ওইবা মফম ওইনা লৈএ ( লৈরম্মে ) । মতম অদুদি – চিঙ্গাক ওইরিবা শা, ঙা উদা পানবগুম, য়ানদুনা লৈবগুম ফংলম্ই । চাক থোংদুনা চাবা খঙ্ দ্রি । ইরাপ লাগনা লায়না ফংবা, লৈরিবা থোইদোকপা, লম-দম অদুদা হৌরিবা, পাল্লিবা হৈরা অচা অথকশিং অদুনা চিঙ্গাক ওইনা (চাক্কুম্না) চানরম্মী ।

শিজিন্ননবা শিং, লা পুম্নমক মফম খুদিংদা ফংলমএ ।

শাম্মুং, ঙাম্মুং, মীম্মুং পাংথক্ অমতা ওইনা পাল্লমএ; অসিনি ।

য়েংগদবা:—

সনামহি=অসিবা; "অসিবা" হায়বদি "লৈশেম্রোল" দা ঈশিংহ্ খঙ্লৈ । বাহম্বোক অসিগী অকুপ্পা নৈনবদি মথক্কী হয়িচক্কী মীওইবনা হিংলগা শক্তম নৈন-বদা উৎখে্র ।

অমরোমদা—

বাকম অসি "সাকোক লম্লেন" দা, হয়িচক্কী (হয়িলাংবা-চক্কী) তাকক্ অমদা-"চাপা চিনচাক্তি চাতুম চাইয়ে ।। চাতুম পানবা লৌফমতি চাক,সৌপুংতনে ।। য়ুম্মুং খোং ওইনা চেল্লময়ে ॥ খোং মহাকতি য়ুসৌপুংনে ॥ খুরাই খুনফম মরি মাতা পাল্লময়ে ॥ থুমতি থুম্নমপিতা পাল্লে ॥ সাতি সায়াল উতা পাল্লে ॥ ক্তিতি চিংপাথিতা পাল্লে ॥

লাইপু নিঙ্পা লমচংতি অরেপ্পপু লাইনিং ওইনৈয়ে ॥ লাইতি সনা মহিনে ॥" হায়না ইরি । নৈনরিবা হয়িচক্কী তাকক অসিদি মীওইবনা মরোল মরি থোকত-রিবা মতমনি । ( মথকতা নৈনখে্র )

মতাং অসিদা য়াওরিবা—"লাইপু নিঙ্পা লমচংতি অরেপ্পপু লাইনিং ওই-নৈয়ে ॥ লাইতি সনামহিনে ॥" হায়রিবা বাকম অসি "থিরেল লায়াং" কী হয়ি-চকতা ইরিবা—

"লমপু তুপু তরেং লাইকম নেমদা সোয়তানা পানলগা চাহয় ১৯০০০ মাপু সনা-মহিনা পানলম্এ ॥"

বাহম্বোক—

লমবু তু - খোংবু লাইরেল, চিংলাই, লিম্নচিংবনা নেগা লৈতনা ( ময়াই কায়না )

পাল্লগ্গা চহি লিশিং কয়া মরুমবু ঈশিংনা পাল্লমএ ( চীংয়া-তময়াগী অয়াঙ্গা শরুক্তা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা ঙাইরমএ ) ।

হায়রিবা বাফম অসিদগী ওন্থোক্তুনা, শেমদোক-শেন্জিন তৌতুনা ইরগ্গা ওইগনি ( ইরগ্গনি ) । মীওইবনা মরোল মরি খোকত্রিঙৈদা "সনামহি" হায়না খঙনবা ( কৌবা ) খোইয়ুম্ লাই অমা নিঙলগ্গা ওইখোক্লিংঙাই ওইদে ।

নৈনরিবা অসিদা – "থিরেল লায়াৎ" তা ইরিবা হয়িচক্কী মতাং অমগা, "সা-কোক লমলেল" দা ইরিবা হয়িচক্কী ( হয়িনাংবা চক্কী ) মতাং অমগা চাংদম্নতুনা মপুং ওইনা য়াম্না খেন্নুনা উবা তাংকক অমগী মতাংদা শেংদোকখ্রে । হৌজিক লেমহৌরিবা শরুক অসিদি, বাহৈ বাতাদা খরা মান্নদনা উবাগুম্বা, হায়বদি-'সাতি সয়ানতা" হায়বা অসিদা, অমদনা "সাতি সায়ান উতা পাল্লে" হায়না ইবা, মনুংগী ইচেন্দদি খেন্নদবা, অতুগা অমদা য়াওবা বাফম, অমদা য়াওদবা, অতোপ্পা অমদা য়াওদবা বাফম্না অমতুদা য়াওবা নত্তনা খেন্নবা লৈত্রে ।

মরম অসিনা -"থিরেল লায়াৎ" তা য়াওরিবা "হয়িচক্" হায়রিবা অসি "সা-কোক লমলেল" দা য়াওবা "হয়িচক ( হয়ি লাংবা-চক )" হায়রিবা অসিগা অমতনি, মতম অমতগী বাফমনি ।

## খুনুংচক = হয়া লাংবা চক্

মথংদা—

"থিরেল লায়াৎ" তা খুনুং-চক্কী অহৌবদা—

"অতুদগী খুনুং-চক্তা পোয়রৈ লয়সাংথৌ অহনবনা নিংথৌ পোংবা তরামা কৌনা পানলমএ । নিংথৌ কাংবা অতুনা মরিয়া ফম্বালচা কৌনা চাহয় ৫০০ পানলমএ ।" হায়না ইরি ।

বাহম্থোক –

অতুদগী খুনুং-চক্তা – পোয়তুনা লৈবা ( পোইতুনা ফাইতুনা লৈবগুম্বা ), শাংনা হোইতুনা লৈরক্লবা ( মতম শাংনা-শা, তিন-কাঙদচিংবগী মখা পোম্না লৈরক্লবা ), পুক্লিং হল্লবা মীওইশিং অতুনা পুনশিন্দুনা মকোক-মরু নাইনা অমগা-অমগা মত্তেং লৌনতুনা পাল্লমএ ( পানবা হৌরক্লম্মে ) ।

নিংবা-থৌবা বাংপা মীওইশিং অতুনা, মরি মথং-মথং য়াতুনা, ফমবৈ ফম্বাল নাইনা ফম্গা হৌতুনা, চহি চা কয়ামরুম পাল্লগএঃ অসিনি । ( বাহম্থোক্কী অকুপ্পা মরোল

নৈনবদি– মথক্তা খুন্নুংচক্কী নৈনবদা য়াওথরে । )

অমরোমদনা—

ৱাকম অসি "সাকোক লমলেন" দা —হয়ালাংবা চক্কী তাংকক অমদা — "চক অসিস্তুং মীগা লাইগা সন্নরিয়ে ॥ চক অসিতা পাল্লমপা নিংথৌতি মোরিয়া ফমপানচা কৌনা পাল্লমএ ॥" হায়না ইরি ।

মতাং অসিদা পল্লিবা "চক অসিতা পাল্লমপা নিংথৌতি মোরিয়া ফমপানচা কৌনা পাল্লময়ে ॥" হায়রিবা অসি, মথক্কী "থিরেল লায়াং" কী নৈনবদা খুন্নুং-চক্কী মতাংদা –

"নিংথৌ কাংবা অদুনা মরিয়া ফমপানচা কৌনা চাহয় ৫০০ পাললমএ ।"

ৱাহন্থোক—

নিংবা থৌবা ৱাংপা মীওইশিং অদুনা মরি মথং মথং য়াদুনা, ফৈ-ফয়াল নাইনা ফম্বা হৌদুনা চহি চা কয়া মরুম পাল্লমএ ¦ হায়রিবা ৱাকম অসিদগী শেমদোক শেমজিন ( ওন্থোক-ওনশিন ) তৌদুনা ইবা ( ইথিবা ) ওইগনি । ৱাকম অসিনা মরিয়া ( মোরিয়া ) ফানচা কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী হায়না য়াংরাই ।

নৈনরিবা তাংকক্ অসিস্তু, মীওইবনা মরোল নিংথিনা থোক্তরি । ( অকুপ্পা-মরোল্দি, খুন্নুংচক্কী নৈনবদা য়াওথরে ) । নৈনরিবা ৱাকম অনি অসি থৌদোকস্তু অমতনি । অদুগা চক্স্তু অনিশুবা চক মক্তনি । মরম অসিনা "সাকোক লম্লেন" দা য়াওরিবা, অনিশুবা চক "হয়ালাংবা-চক" হায়রিবা অদু "থিরেল লায়াং" তা য়াওরিবা, অনিশুবা চক "খুন্নুং-চক" হায়রিবা অসিগা অমতনি । অনিশুবা-চক অসিবু খুন্নুং চকস্তু কৌবা, হয়ালাংবা চকস্তু কৌবতনি ।

## ॥ লাংবা- চক্ ॥

লাংবা-চকক্কী লোইরমদাইদদি—মীওইবনা মরোল মরি কাজনা পোকলে । মমিং মথা থোম্নরে । "সাকোক লম্লেন" কৌবা লাইরিকতা, লাংবা-চকক্কী মতাংদা — "অসিগী মতুংদা লাংপা চক কৌবা চক ফাওরক্লে ॥ চক অসিতা পাল্লমপা নিং-থৌতি ॥ নিংথৌ ককস্তু তোনস্লোনপা ।। নৈমতি উরুম থৌচোনপিনে ॥ চহি থা হৌতারিয়ে ॥ লমচং মতৌ হোংভরিয়ে ॥ ফিচেংতি তাপুননে ॥ লাইতি কৌপা-রুনে ॥" হায়না ইরি ।

ৱাক্ম অসিনা উৎলিবদি — লাংবা- চকতা, নিংথৌ ককস্থু তোনকোনবা ( তোল্লোংবা কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমী; লৈমনা উক্ম খোচোনপি কৌরমই। নিংথৌ অসিগী হাকতকতা মুমিং-খা পাবা, চহি পাবা খঙ্লমগ্রিং অসিনি।

"লমচং মতৌ হোংতরিয়ে" হায়বদি—মথকতা, হয়া-লাংবা-চকতা (খুনুং-চকতা) চংনরম্বা –

"সাকৈ সিঙ্গোং পাইতরিয়ে ॥ সিরগা লৈপাকতা পোংলোইপা হৌনরময়ে ॥ মংনাই থানাইরে ॥ তাংচা লুকোরে ॥ পায়োং খোপথিল্লে ॥ লাইথোং (লোই-থোং) সাহল্লে ॥ খুনুং পাউতাকলে ॥ থানিং মীকোন সক্করক্লে ॥ মুমসেং না-হৈরে ॥ পাংচা সিন্নাইতি উরেক উসা অসৈবনে ॥ লুকৌপাতি কোরৌ মুমিং (নিনে ॥ লাইনিং লমচংতি অচেংপনে ॥ অচুমপানে ॥ অচুমপা কৌপতি থৱাই খঙ্পাপু "কৌয়ে ॥ হায়রিবা অসিমক লাংবা চক্তা পানখিবা নিংথৌ ককস্থু তোনকোনবা ( তোল্লোংবা ) গী মতমদস্থু চংনরি, অসিনি। অদুগা "ফিচেংতি তাপুননে" হায়রিবা অসিদি, "সাকোক লন্নেল" হায়রিবা লাইরিক অসিদা, ফিজেংকী মতাংদা, মথাগী ৱাক্ম অসি ইরি –

হয়িচকতা ( হয়িলাংবা চকতা ) – "ফিতি চিংপাখিতা পাল্লে ॥ ফিসেংতি-লোল্লেনে ॥" হয়ালাংবা-চকতা ( খুনুং-চক্তা )—"ফিসেংতি মৈমু তোমসোরে ॥"

লাংবা–চক্তা—

"ফিসেংতি তাপুন্নে ॥ " হায়না ইরি। মতাং অসিদা উৎলিবা, ফিজেংকী মতাং অসিদি, ফি শাতুনা শিজিন্নবা ফিজেং নত্তে। ফি শাবা হৈজিঙৈ, খঙ্ভ্রিঙৈ মতমগী ৱানি। তাংকক্ অসিদা পাল্লিবা – "ফিতি চিংপা খিতা পাল্লে ॥" হায়ব-দি চীংদা পানা (মরাংকাইনা) কংবা—উরি-ৱারি, উকু-ৱাকু, উনা-ৱানা অমদি শা মউন অসিনচিংবশিং অসিনা ফিজেং ওইনরম্মী হায়বনি ( উৎপনি )। হয়ি-চক্কী ( হয়িলাংবা-চক্কী ) ফিজেং—

"ফিসেংতি লোল্লেনে ॥" হায়রিবা অসিদি—মতম অদুগী মীওইশিং অদুনা ইকাই ৱাক্লবগী মশক ওইনা উকু-ৱাকু, উরি–ৱারি, উনা-ৱানা শা মউন অসিন-চিংবা, অকং-অফংবা থরনা ফিজেং ওইনরম্মী, অসিনি।

হয়ালাংবা–চক্তা ( খুনুং-চক্তা )—

"ফিসেংতি মৈমু তোমসোম্লে ॥" হায়রিবা অসিদি—মতম অতুগী-মীওইশিং অতুনা মখোইনা থিরুবদা ফংলকপা উকু-ৱাকু, উরি-ৱারি, উনা-ৱানাশিং অতু, মতোল মৈ মতুনা ( মৈথাতুনা ) খুইথহল্লগা ( পংথহল্লগা শোলহল্লগা ) ফিজেৎ ওইনরম্মী, অসিনি ।

অতুগা লাংবা-চক্কা —

"ফিসেংতি তাপুম্লে ॥" হায়রিবা অসিদি- লাংবা-চক্কী মীওইশিং অতুনা, মখোইনা থিরুবদা ফংলকপা, উকু-ৱাকু, উনা ৱানা, উরি-ৱারিশিং অতু পুনশিন তাশিন্দুনা শেম্লগা ফিজেৎ ওইনরম্মী, অসিনি । অসুম্না লাংবা-চক্কী মীওইশিং অতুনা মখোইনা থিরুবদা ফংলকপা উকু-ৱাকু, উনা ৱানা, উরি ৱারিশিং অতু পুন-শিন-তাশিন্দুনা শেম্লগা ফিজেৎ ওইনরব্বা অতুবু "সাকোক লম্লেল" কৌবা লাইরিক অসিদা" ফিজেংতি তাপুম্লে" হায়না ইরম্নি ।

য়েংগদবা: —

নৈনরিবা অসিনা, লাংবা-চককী মীওইশিংনা শেংলব্বা ফিজেংতি তাপুন ( উকু-ৱাকু, উনা ৱানা, উরি-ৱারিশিংনা পুনশিন-তাশিনবা ) নি, হায়বা খঙ্হল্লে ।

অতুবু অমরোমদা মথক্কী নৈনবদা, লাংবা চককী লোইরমদাইদা খুম্থোকখিবা, পোইরৈতোল খুম্থোকপগী মতাং নৈনবদা, পোইরৈতোল্লা খুম্থোক্লকপদা ফি মথল থরা শেংলে, নিংথৌ অমসুং লৈমানা ফম্বাল তোংবদা শিজিন্নবা ফম্বাল পোংন-চিংবা পুথোক্লকলে হায়বা য়াওথরে ।

ৱাকম অনি অসিদগী ফংলিবদি - লাংবা-চককী অয়াম্বা শরক্তি, মীওইবশিং অসিগী ফিজেৎ তাপুন শেংলম্মী । কাইনখংদা, লাংবা-চককী লোইরমদাই অতুৱাইদা, লৈপাক অসিগী মীওইশিং অসি, মরাং কাইনা কংবমক নংত্রবসু ফি মথল থরা মথৌদি শিজিন্নরক্লে, লোইননা নিংথৌ ওইবনা ফম্বাল তোংবদা শিজিন্নবা, নিংথৌ লৈমা অনিগী ফম্বালগী ফিজেৎ চাকচা, ফম্বালগী পোংলম অসি থৈবিক শিজিন্নরক্লে, অসিনি ।

ৱাকম অমনা—

'সাকোক লম্লেল" কৌবা লাইরিক্তা, লাংবা-চক্কা-ককুসু তোনকোনপা ( তো-ম্লোংবা ) কৌবা নিংথৌ অমা পাম্লম্মী । মতম অতুদা নিঙ্লব্বা লাইদি কৌপা-

রুবু নিঙ্‌লন্মী হায়রি । অদুগা "খিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিকী নৈনরক-পদা লাংবা চক্কা - কংলৈ পুং ময়োন্দা লোল্লাং পাথংবনা পানখিবা মতম অদুদা মহাক্কী মথা পোল্লা - নিংথৌ ককৃস্থু তোল্লোংবা ( তোনকোনপা ), পানম নিংথৌ, কোরৌ নোংনিংথৌ ( পুরৈরোম্বা ) অমসুং ইউবা হোংনেম মুংপাল লুরাংনিংথৌ পুনসিপা; মখোই মরিস্থু নিংথৌ ওইনা পানখি, হায়বস্থু মথক্কা নৈনখরে। অদুগা লোল্লাং পাথংবা অমসুং কৌপাক্ক মতম অমতদা লৈমিন্নরম্বা মী ঙাক্তনি ।

( মথা নৈনরকপদা য়াওরক্কনি। )

মরম অসিনা "সাকোক লম্লেল" দা য়াওরিবা ' লাংবা চক" অসিমক "খিরেল-লায়াং" তা য়াওরিবা "লাংবা চক" অদুমক্কি । অদুগা নৈনখি বা অসিদগী, নিং-থৌ ককৃস্থু তোল্লোংবা ( তোনকোনপা ), লোল্লাং পাথংবা অমসুং কৌপাক্ক মতম অমতদা লৈমিন্নরম্বা, হিংমিন্নরম্বা মীওই ঙাকতনি হায়বস্থু খঙ্‌লে ।

মরম অসিনা ( মরম অসি লৈদনা ) "সাকোক লমলেম" কৌবা লাইরিকতা--লাংবা-চকতা নিংথৌ ককস্থু তোনকোনপা ( তোল্লোংবা ) গী মতমদা নিঙ্‌লম্বা "লাইতি কৌপাক্কনে" হায়রিবনিনা, লাংবা-চক্কা - মতম অদুগী মীওইশিং অদুনা মখোইগা লোইমনা হিংমিন্নরিবা কৌপাক্কবু লাইনি হায়না লাংলমই ( নিঙ্‌লম্মী ) হায়বা অসিমস্থু খঙ্‌হল্লি । মসি মশানা তাবা রাক্মনি ।

রারোল ১না -

"সাকোক লম্লেল" কৌবা লাইরিকতা - লাংবা-চকতা নিংথৌ ককৃস্থু তোনকো-নপা ( তোল্লোংবা ) গী মতমদা "চহি থা হৌতারিয়ে" ( মুমিং থা পাবা,চহি পাবা খঙ্‌লমদ্রি ) হায়রি । অদুগা অমরোমদা—নিংথৌ অসিগী মতমদা কংলৈপু ময়ো-ন্দা পাল্লম্বা নিংথৌ লোল্লাং পাথংবগী মতমদা, মুমিং থা,চহি পাবগী কাংলোল লৈরে, শিজিন্নরে; নিংথৌ অসিগী মতমদা ভানয়বা হৌদোকখি হায়বস্থু মথাগী নৈনরকপদা য়াওরক্কনি ।

রাকম অনি অসিদগী কংলিথদি—

লাংবা চক্কা নিংথৌ অনি অসিনা পুন্না হিংদুনা লৈরিঙৈ মতম কাওবদি, মুমিং থা পাবা, চহি পাবা খঙ্‌লমদ্রি । নিংথৌ ককৃস্থু তোনকোনপা ( তোল্লোংবা ) লৈখিদ্রবা, খুপ্‌খরবা মতুংদা, লাংবা-চক অসি মক্কদা, কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাথংবগী মতমদা কংলৈপুং ময়োন্দা, মুমিং-থা পাবা, চহি পাবা অমসুং তানয়সং

লিংবা, লৈবাক অসিগী অহানবা ওইনা হৌদোকখি, হায়বা অসি খঙ্‌হল্লি, অসিবি ।

॥ কোম্না চক্‌ ॥

মথক্কী নৈনবদগী – "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা, চক ৭গী মমুংদা-হয়িচক, খুমুংচক অমসুং লাংবা-চক, চক অহুম অসি, "সাকোক লম্লেল" কৌবা লাইরিকতনা-হয়ি চক (হয়িলাংবা-চক), হয়ালাংবা-চক অমসুং লাংবা চক হায়না ইবনি হায়বা খঙ্‌লে ।

মরম অসিনা—"সাকোক লম্লেল" দা ইরিবা—হায়িচক ( হয়ি লাংবা-চক ), হয়ালাংবা-চক, লাংবা-চক অমসুং কোম্না চক; হায়রিবা চক মরি অসি, "থিরেল লায়াং" তা ইরিবা-হয়িচক, খুমুং-চক্, লাংবা-চক, অমসুং কোম্না চক হায়রিবা চক মরি অসিমক্কি । মসি মশানা তাজবা ৱাফমনি ।

---

মথক্কী নৈনখ্রিবশিং অসিগী মতুং-ইন্না, লাংবা চক্তা পাল্লম্বা নিংথৌ পাখংবগী ( লৈনুং লোঙ্গা অরিবগী ) মতমদা চংনরম্বা—

( ১ )—মুমিং-থা-চহি পাবা—

লাংবা-চক্তা-লোল্লাং পাখংবনা ( লৈনুংলোঙ্গা অরিবনা ) নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা মতমগী অহানবা তাজিন্দম্দি, মুমিং, থা, চহি পাবা খঙ্‌-লমদ্রি । কাইনথংদা, নিংথৌ অসিগী মতমদা, অহানবা ওইনা, মৈত্রা-বাক্কী মুমিং-থাপা, চহি পাবা হৌদোকখি; লোইননা তানয়্যৈসং লিং-ছুনা তানয়্যৈবসু ( পুংজা য়্যৈবসু ) হৌদোকখি ।

( ২ )—শিবগী থৌরম—

হয়া লাংবা-চক্তা ( খুমুং-চক্তা ) চংনরম্বা, লাংবা-চক্তা পাল্লম্বা, নিংথৌ ককসু তোনকোনবা ( তোল্লোংবা ) গী মতমদসু চংনরিবা—

"সিরগা লৈপাক্তা পোংলোইপা হৌনরময়ে ॥ মংনাই থানাইরে ॥ তাঙ্‌চা লুফোয়ে ॥ পারোং থোপথিল্লে ॥ য়াইথোং ( লাইথোং ) সাহুল্লে ॥ খুমুং পাউতাকলে ॥ খানিং নিকোন সরুরক্লে ॥ য়ুমসেং-

নাহৌরে ।। পাৎচা সিম্নাইতি উরোক-উনা অসৈবনে ।। লুফৌপাতি কোরৌ নুমিৎ ৫নিনে ।।" হায়রিবা অসি লোল্লাং পাখংবগী মতমদা চৎনরম্বা অতুমক্তি । মরমদি :—

লোল্লাং পাখংবা হায়রিবা নিংথৌ অসি, নিংথৌ ককস্থু তোনকোন-বগী ( তোল্লোংবগী মমাংদা হান্না কংলৈপুং ময়োম্মা পাল্লম্বা নিংথৌনি । মতুংদা নিংথৌ ককস্থু তোল্লোংবনা ( তোনকোনবনা ) নিংথৌ ওইনা পাল্লমবস্থ লোল্লাং পাখংবগী মথা পোন্না পাল্লখনি । (মথক্তা নৈনগ্রে) ।

মরমশিং অসি লৈবনা, লোল্লাং পাখংবগী মতমদা চৎনরম্বা অতুমক্তি হায়জবনি ।

অতুগা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী মতম অতুদা মীওইবনা শিরগা লৈপাক্তা ফুম্বতা নত্তনা, মৈথাবা ( মৈগী পোৎলোইবা ) স্থ চৎনরে । খুদমদি: —

"পোইরৈতোল খুম্বোকপা" কৌবা লাইরিক্তা পোইরৈতোন্না মথং মথং খুল্লাল্লক্পদা মী আশিবা পোৎলোইরম্বা ( মৈথারম্বা ) থেংনবগী বারম ইরি ।

বাক্কম অমনা-পোইরৈতোন্না মাগী মীশিংগা লোইননা খুম্বোক্লক্পদা কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগা থেংনবগী বারোল মথক্কী নৈনবদা য়াওগ্রে । মরমশিং অসিনা, লাংবা-চক্তা পাল্লবা কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী মতমদা মী শিবগী পোৎলোইবা অসি, লৈপাক্তা ফুম্বতা নত্তনা মৈ থাবস্থ চৎনরে; অসিনি ।

( ৩ )—লাইনিং লমচৎ—

নৈনরিবা অসিগী মতুং ইন্না; লোল্লাং পাখংবগী মতমগী লাইনিং লমচৎতি—"অচেৎপানে ।। অচুম্বনে ।। অচুমবা কৌবদি-থবাই খঙববু কোয়ে ।।" অস্থুম্না চৎনরম্মী ।

( ৪ )—নিঙলম্বা লাই—

লোল্লাং পাখংবগী মতমদা নিঙ্‌লম্বা লাইদি-লোল্লাং পাখংবগা মতম অমতদা পুন্না হিংমিন্নরম্বা ( মতম অমতগী মীওই ) কৌপাক্রুবু, কৌপাক্রু মশামক হিংলিবৈদা লৈবাক মীয়াম্না লাইনি হায়না নিঙ্‌নরম্মী ।

( ৫ )—চারম্বা চিঙ্গাক—

লোল্লাং পাখংবগী মতমদা, চাক থোংতুনা চানরে । ফৌ মখলদা-তোংনু, লীকশি খামেন, য়াইশেল-য়াইকৌ,চচাক-চাহৌর্নাচিংবা মখল ফনা য়াম্না লৈরে । থোংতুনা চাবা, হিংনা চাবয়াবা মরম অয়াম্বা খঙ্‌নয়ে ।

( ৬ ) — ফিজেৎ—

মথক্কা নৈনখ্রিবা অসিগী মতুং ইন্না, লাংবা-চক্কা পাল্লম্বা লোল্লাং পাখংবগী মতমদা, মতম অদুগী মীওইশিং অদুনা শিজিন্নরম্বা ফিজেৎতা তাপুন ( উকু-বাকু, উনা-বানা উরি-বারিশিংনা পুনশিন-তাশিন্দ্‌না শেম্লগা ফিজেৎ ওইনা ) শেৎলম্মী । কাইনথংদা লৈবাক - অসিগী মী-ওইশিং অসি, মরাং কাইনা ফংবমক্‌ নৎত্রবস্থু ফি মখল খরা মৈং দি শিজিন্নরক্লে, লোইননা নিংথৌ ওইবনা ফম্বাল তোংবদা শিজিন্নবা, নিংথৌ-লৈমা অনিগী ফম্বালগী ফিজেৎ চাক-চা, ফম্বালগী, পোৎলম অসি খৈবিক শিজিন্নরক্লে । ( মথক্কা নৈনখ্রে )

( ৭ ) — খুৎশু খুৎলাই —

লোল্লাং পাখংবগী মতমদা-য়োৎনা শাবা খুৎশু খুৎলাই শিজিন্নরে । শীজং, থাঙ্‌-তা, থাঙগোল, লিকং-তেম্নচিংবা খুৎস্থু খুৎলাই কয়া শিজিন্নরে ।

য়েংগদবা :—

মথক্কী মশিং ৫ অমস্থং ৭ কী মতাং অসি, "পোইরৈতোল খুন্থোকপা" কৌবা লাইরিক্লা শিবনি । পোইরৈতোল অমস্থং লোল্লা পাখংবা মতম অমতগী মীওই ঙাক্তনি ।

# ॥ শাগোল কাঙজৈ ॥

লোল্লাং পাখংবা অমস্তুং লাইসনা, নিংথৌ লৈমা অনিগী মতমদা "শগোল কাং,জৈ" শান্নরে । কংলাগী মেপতা — "অনৈ চাক্কা (চাকচা) য়ুকৌপুং— মফম অসি কংলৈ খুনশেমভৈদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা লাই-শিংদা অচা-অথক অৱাংপা লৈতনা পীজ-পীথক্ন্না লৈফমনী ।

লাংবা-চক্কা-লৈসনা ( লাইসনা ) মহারানিনা উমংলাইশিংবু শগোল কাঙ,জৈ শান্নবা লোইরগা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা চাহৌ পোক্‌ইরেতোন য়াম্ শুরগা শংগোম, চুহী, লফোই য়াওনা থীতলগা (থৌংলগা) পীথকখি ।" ইরি !

মরম অসিনা লাংবা চক্কা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা অমস্তুং লৈমা লাইসনা অনিগী মতমদা শগোল কাং,জৈ শান্নরে, খঙ,-হল্লি ।

অতোপ্পা বাফম অমনা — তাং ২৬ । ৯ । ৯০ ইংগী "প্রজাতন্ত্র" চে-ফোংদা, এল জয়চন্দ্র সিংহনা ইরকপা—সেরিজ নম্বর ৩, "লন্দন্দা মনি-পুরগী অরিবা রেকোর্দ খুৎই চিঠী, ফোটো, ময়াম থেংনরে" হায়বা চেরোলগী তাংকক্ অমদা মখাগী বারোল অসি ইরি —

"অতোপপা রেকোর্দ অমদনা শগোল কাংজৈ শান্নবা অসি নিংথৌ পাখংবনা হৌদোক্লমবনি" হায়না ইরি ।

রেকোর্দ অসিমক লৈরগদি, লাংবা-চক্কা কংলৈপুং ময়োন্দা পাল্লম্বা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী হাক্তকতা, নিংথৌ মশামক্তা, অহানবা ওইনা শগোল কাঙ,জৈ শান্নবা হৌদোকখিবা ওইফম থোকলি । মরমদিঃ—

( ১ )—মথক্তা নৈনখিবদা—লাংবা-চক্কা-লোল্লাং পাখংবনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখি, কোন্না-চক্কা-নোংদা লাইরেল পাখংবনা কং-লৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখি হায়বা উৎপ্রে । হায়রিবা নিংথৌ অনি

অসি নৎতনা পাখংবা কৌবা নিংথৌ অমতা লৈবাক অসিদা পানখি-দরি ।

( ২ )—নৈনরিবা তাংকক অসিগী মমাংগী চেরোন্দা—

নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইত্রিবৈগী মমাং, লাংবা-চাক্কা-পানখিবা লোল্লাং পাখংবগী মতমদা শগোল কাঙজৈ শান্নখি হায়বসু লৈখ্রে । মরম অসিনা—

"শগোল কাঙজৈ শান্নবা অসি নিংথৌ পাখংবনা হৌদোক্লম্বনি" হায়বা রেকোর্দ লৈরগদি=লাংবা-চক্কা, কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইরম্বা, লোল্লাং পাখংবগী মতমদা, নিংথৌ মশামক্না শগোল কাঙজৈ শান্নবা অসি অহানবা ওইনা হৌদোকখিদা ওইগনি ওইফম থোকই, অসিনি ।

**লোল্লাং পাখংবা( লৈনুং লোঙ্জা অরিবা ) গী মতমদা অহানবা ওইনা পুথোক্লম্বা -( ১ )-চহি পা; (২)-তানগী পুংলুপ পুথো-ক্না তানয়ৈবা হৌবা, তানয়ৈ শং সিংবা অমসুং (৩)-নিংথৌ অসিগী লৈঙাক্লোল—**

---

# ॥ নৈনবা ॥

**লাংবা-চক্কা পানখিবা কংলৈ পুংময়োলগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লো-নজা অরিবা ) গী মতমদা লৈবাক অসিগী ( মৈত্রাবাক্কী ) অহানবা ওইনা তানয়ৈবা হৌখি অমসুং তানয়ৈশং লিংখি । মতাং অসি "কংলৈ নিংথৌ চহি" অমসুং "শজি-ফু চৈরাওবা" কৌবা লাইরিক অনিদা য়াওবা তানয়ৈরোলগী, অরোইবা তাংকক্কী, অহৌবদা মথাগী বারোল অসি ইরি—**

**"তানয়ৈবা হৌগিনবদি—হায়রিবা পুংলুপ শেমখিবা মতম অসি, লৈনুংলোনজা অরিবগী মতমদগী, অতিয়া শিদবগা, মালেম লৈয়েনহনবী মমাগা, চিংঙু খোইয়ুম অনিমক্না চৎন হৌনরকপগী লাইরম তিন্নম কায়দনা, নিংথৌ মরোল খুদিংগী ওসি ফাওবদা কায়দনা চৎনরিবা তানয়ৈশং লিংলিবনি ।"**

{ তানয়বা হৌখিবদি - হায়রিবা পুংলুপ শেমখিবা মতম অসি লৈনুং লোংজা অরিবগী ( লোল্লাং পাখংবগী ) মতমদগী, ভেংবানবা অসি হৌরকপগী হৌনা-লোনচং, মহৌশাগী খুংশেম কায়দনা, নিংথৌরোল খুদিংগী ওসি কাওবদা কায়দনা চংনরিবা তানয়েশং লিংলিবনি । }

ৱাক্ অসি লৈবনা, লাংবা চক্তা পানখিবা কংলৈপুং মরোলগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুংলোনজা অরিবা গী মতমদা মৈত্রাবাক্কী অহানবা ওইনা তান-য়বা হৌখি অমসুং তানয়েশং লিংখি, অসিনি । মসি মশানা তাজবা ৱাকমনি । য়েংগদবাঃ—

মথক্কী নৈনখি বা "নিংথৌ চহী" অমসুং "শজিফু চৈরাওবা" কৌবা লাইরিক অনিমক্তা য়াওরিবা "তানয়েরোল" গী অহানবা হৌবামক্তদা, লাংবা চক্তা কংলৈপু মরোন্দা পানখিবা লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুংলোঙবা অরিবা ) গী মতমদা হৌদোক্লনা, চংনরক্লা নুমিং-থা-চহি পাবা ইরি; মথংদা লৈঙাকলোল ইরি; মথংদা তানগী পুংজা য়েবগী মরোল ইরি । অদুবু নৈনবদা মুংঙাইনবা, অহানবদা নুমিং-থা চহি পাবা মথংদা তানগী পুংজায়েবা, মথংদা লৈঙাক্লোল থমজরে ।

---

## ( ১ )—লোল্লাং পাখংবা (লৈপুং লোঙ্গো অরিবা) গী মতমদা হৌ-দোক্লম্না চংনরম্ব নুমিং-থা-চহি পাবগী মতাংদা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"তাইবংপানবগী মপুনা মিকুপ, নাহুম, পুংলুপপু শেমহনা অহিং মুংথিল খাইরগা নোংমবু কোরৌ কৌহনা, কৌরো নুমিং মিংথোল্লগা, নুমিং চয়োল তরেৎ খাইরগা চয়োল মরিনা লোইদাম থাজা মপুং শেমলে । থাজা থাখায় অনিনা থবিলোইদাম থাসু থাশিং পাখংলে । লোয়দাম থাজা তরানিথোই মানা লাংহৈ কুমশিং চিঙঙ্ মকুম শারে । অদুম্না পুমুং কুমগা শাবা অসিনা লোইদাম থাজা তরানিথোই মাবু কুমশা কুমওল্লকপা খুদিংগী লাংহৈ কুমশিং চহৈ অমদা কৌরো নুমিং শিংবুম মঙানিগা বাংলেন পুংলুপ তেঙ্গোৎ ইরিক-কাংগল মাবু বাংলেন পুংথো ইয়ে হায়বাগীবু লাংহৈ কুমশিং তরুক শুররকপা খুদিংমক্তা-উনথম, কান্বী

কুমখাই কুমদম শোইনখিগনি হায়বগীবু লোইদাম সচি-চিনকাই থাজ্জা মাবু থারোন থাচৎনখিয়ে হায়দবরা । লাংহে : মশিং তক্লক শু।-কপদা কুমজ্জা লাকয়েন তাইববু তনা উহে হৈশোয়দনা, পাগেল তাও-জিং হৈকাংফদনা, শিঙেল লৈশাং লৈতুং ইম্না, লৈরাং লৈমি মিতম পাং-শোইদনবগীবু থাজ অহল মাবু থারৌদনা লোইদাম অকোনববু থাচৎ-খিয়ে ।" মতাং অসিনা উৎলিবাদি —মিকুপ, নাক্তম, পুংলুপপু শেমলে ।

অহিং অমগা শুংথিল অমগনা কোরৌ নোংমা ওই । নুমিৎ তরেংনা চয়োল অমা, চয়োল মরিনা থ. অমা, থাখায় অনিনস্থ থা অমা, ও। ১২না চহি অমা শাই । অতুগা থা ১২না চহি ওইরকপা খুদিংগী নু মৈৎ ৫গা পুং-লুপ তেঙ্গোৎ ইরিক কাংগল অমা হাপচিল্লি । উনথম, কামবী কুমথ ই শোইনদনবা চহি ৬.৬ শুরকপা খুদিংগী শজিফু থাদা থারোম্নবা (মলমাস) লৈ হায়রি ।

মাফম অসিদা—চহি ৬ খুদিংদা থারোন্নৈ হায়রিবনিনা, পীরনলিবা চহি অসি, থাগী চহি, নুমিৎ ৩৫৪ রোম্না শারিবা অসিগা, নুমিৎ ৫নিগা, পুংলুপ তেঙ্গোৎ-ইরিক কাংগল অমগনা চহি অমা, শাবা চাহনি ।

উনথম, কাম্বী কুমখাই কুমদম হায়বা অসিদি নুমিৎকী চহি [ Solar-year ], নুমিৎ ৩৬৫¼ রোয়া শাবনা পুরকপা মরম্না, চৎনরিবা চহি অতু অইং-আশা কুম্বী-কালেন চাননবা চহি ৬.৬ খুদিংগী শজিফু থাদা থা-রোম্নবা [ মলমাস ] থমতুনা শীজিন্নরম্বনি ।

হায়রিবা চহি অসি, পাবগী কাংলোল অসিদি, চপ লেপনা থা অসিদা, থাবাম্না অমুক্রি পানবদা চহি হৌগনি হায়বগী কাংলোল য়া-ওদে । হায়বদি—

শজিফু নোংমা পানবদা চহি হৌঙ্গে হায়না লৌরসি । চহি শাবদা থাগী চহি নুমিৎ ৩৫৪.৩৭ কা, নুমিৎ ৫, পুংলুপ তেঙ্গোৎ-ইরিক কাংগল অমগনা চহি অমা শাখিবনা, মথংগী চহিদদি শজিফুগী ৬নি পানবা,

অতুৰাইদা চহি হৌগনি । অনুমনা মথং, মথং হোংনা চহি হৌগনি । খারোন্নবা চহিদনা-থা অমা হায়বদি-নুমিৎ ৩০ নি নত্রগা নুমিৎ ২৯নি হেনগৎনা চাহি শাগনি । লোইননা-চাহি হৌবগী থাবান হোংবদা নত্তনা চহি হৌবা থাম্ভ হোংলকপা লাক্কনি ।

য়েংগদব:

লোল্লাং পাখংবগী মতমদা পুথোকখিবা, নুমিৎ-থা-চহি পাবগী কাংলোল অসিনা মৈত্রাবাক্কী ওইনা অহানবা পুথোকপা, নুমিৎ-থা.চহি পাবগী কাংলোন্নি । মসিগী মমাংদা নুমিৎ থা-চহি পাবা শঙলমদ্রি । ( মথক্কা নৈনত্রে )

# (২)- ॥ তনগী পুংলুপ ॥

( চৎনরম্বা পুংশিং অমম্তুং তান পুংজা য়ৈবা )

লাংবা চক্কা কংলৈপুং ময়োম্বা পানখিবা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈম্নুং লোঙ্গা অরিবা ) গী মতমদা চৎনরম্বা পুংশিং অমম্তুং তানগী পুংজা য়ৈবা -

তানয়ৈবোম্বা য়াওবা, ফমথৌ কমলুপ ইবগী অরোইবা শরুক্কা-"পুথ্র- নবা, নোংথোনবা, খুরাইলাকপা, বাংখৈলাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কু- ললাকপা অসিনা পুং তরুক পঙ্গ্রে । পঙং হুমফু তরুক মঙাইরে । ফমথৌ অপানবা মঙানা পঙং মঙা অমুক পঙ্গ্রে ।" হায়না ইরি ।

মথা তারকপদা-"পুং ৬১ না মপান্দা চৎনরিয়ে । অসিনা শরোই ৬১ কৌএ । পঙং ৬৪ না নোংমা শাবগীবু ফংফৌ ৬৪ হায়রে । তিন লাইগী থবক তৌবদি য়াদে । বাংলেন পঙংলুপ ৭২ অমনা মনুংদা খোই- য়ুম লাইনা পঙং পত্নুন । য়ৈরিয়ে । পঙংপুপ ৭২ অমনা লাইশোল ওইনা লৈরে । মীওইবগী পঙংলুপনা অমনে । লাইগী পঙংচৎনা অমনে । মনুংদা চৎপা পঙংদি খংনদে, চৎনদে । মপান্দা চৎপদি পঙং ৬৪না চৎতুনা নুমিৎ ৩০ নিনা অথোই অহেন নাইনা লোয়দাম থাজা অমগী মপঙং শাইয়ে ।" হায়না ইরি ।

{ পঞ্জনবা, নোংখোনবা, খুরাইলাকপা, ৱাংখৈরাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুললাকপা অসিনা পং তরুক পঞ্জে । পং হুমফু তরুক মঙাইরে । ফম্থৌ অপানবা মঙানা পং ৫ অমুক পঞ্জে ।

পং ৬১না মপান্দা চৎনরিবনে । অসিনা শরোই ৬১ কৌএ । ৱাং- লেন পং ৭২ অমমা মনুংদা খোইয়ুম লাইনা ( ফমথৌ লুপনা ) পং পঞুনা য়ৈরিয়ে । পংলুপ ৭২ অমনা লাইশোল ওইনা লৈরে । মী- ওইবগী ( লৈবাক্কী ) পংলুপনা অমনে । লাইগী (ফমথৌ লুপকী) পং- চৎনা অমনে । মনুংদা চৎপা পংদি খংনদে, চৎনদে । পং ৬৪না নোংমা শাবগীবু ফমথৌ ৬৪ হায়য়ে । তিন লাইগী থবক তৌবদি য়াদে । মপা- নদা চৎপদি পং ৬৪ না চৎতুনা নুমিৎ ৩০নিনা অথোই অহেন নাইনা লোইদাম থাজা অমগী মপং শাইয়ে । }

থকী ৱারোল অসিদা — "পঞ্জনবা, নোংথোনবা, খুরাইলাকপা, ৱাংখৈরাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইস্কুললাকপা অসিনা পং তরুক পঞ্জে । পং হুমফু তরুক মঙাইরে ।" হায়রিবনিনা, পীরম্মীবা পংলুপ অসি ৬৬+৬=৭২ না শাবনি ।

পুংলুপ ৭২ অসিদগী-পুঞ্জনবা, নোংথোনবা, খুরাইলাকপা, ৱাংখৈ- রাকপা, খ্বাইরাকপা, য়াইসকুললাকপা ৬না, পং ৬ পরিবা অসি লৌ- থোকখ্রগা পং ৭২-পং ৬=পং ৬৬ লৈরি । পং ৬৬ অসিদগী ফমথৌ অপানবা মঙানা পরিবা পং ৫ অসি লৌথোকখরগ, পং ৬৬-পং ৫= পং ৬১ লৈরি । পংলুপ ৬১ অসিনা মপান্দা চৎনরি । অসিদগী লৌ- তুনা ফম্প শরোই ৬১ পথোকখি, অসিনি ।

মথংদা উৎলিবনা—

ৱাংলেন পংলুপ ৭২ অসিদি-ফমথৌশিংনা মনুংদা কুপনা শিজিন্নখি । পংলুপ ৭২ অসিবু ফমথৌশিং অতুনা লাইশোল ওইনা (লাইনিং ওইনা) নিংতুনা লৈরম্মী । লৈবাক মীয়ামনা শিজিন্নবা পংচৎনা অমা ওইরম্মী । ফমথৌশিংনা শিজিন্নবা পংচৎনা অমা ওইরম্মী ।

লৈবাক মীয়াম্না চংনবা ( শিজিন্নবা ) পুংলপ্তি, পুং ৬৪না নোংমা শারম্মী। অতুদগী লৌতুনা ফমথোক্নু ৬৪ হাপ্লম্মী। পুং ৬৪না নোংমা শাবা পুংলুপ অসিদি-লাই তিনগী থবক তৌবদদি শিজিন্নরম্দে। ফমথোক্শিংনা নুংদা শিজিন্নবা, পুংলুপ ৭২না নোংমা শাবা, পুংলুপনা শিজিন্নরম্মী।

মপান্দা চৎপদি পুং ৬৪না চৎতুনা নুমিৎ ৩০ নিনা অথোই অহেন নাইনা, হায়বদি-নুমিৎ ৩০ নিনা থা ১ শাবগী মনুংদা, অচৌবা অথো-ইবা মশিং ওইনা, অতুগা নুমিৎ ৩০ নিনা, থা ১দগী অহেনবসু ওইনা ( থাগী খোংচত্না থা অমা হায়বা অসি নুমিৎ ৩০ নি অমসুং ২৯ নিনা শারিবা অসিমক ) লোয়দাম থাক্না অমগী মপুং শারম্মী, অসিনি। ( অসিনি, মথক্কী ৱারোলগী শক্রম )।

অসুম্না নোংমা হায়বা অসি, পুং ৬৪ না শারম্মী। পুং ৮না য়ুথক অমা শারম্মী ; পুংথি, খেনথি ৱাৎফদনা ৱাংলেন পুংলুপসু য়ৈরমই।

নোংঙান পুংদগীনা য়ুথক অনিদা নুমিৎয়ুংবা, নুমিৎ য়ুংবদগীনা য়ুথক অনিদা য়াচং পুং য়ৈরম্মী; য়াচং পুংদগীনা য়ুথক অনিদা, নোংয়াই পুং য়ৈরম্মী। নোংঙান পুং য়ৈবগী পুংলোনগা, য়াচং পুং য়ৈবগী পুংলোনগা, অনি-অসিগী পুংয়ৈবগী পুংলোন অসি মরোল মান্নবা য়ৈরম্মী; পংলোন্দি দং-দা, দং দা ৩না লোয়রগা, দং-দং-দং-দং মরিদা লেপ্নমমি। নুমিৎ য়ুং-বগী পংলোনগা, নোংয়াইগী পংলোনগা, অনিমক্কি, পংলোন মান্নবা য়ৈরম্মী। পংলোন্দি-দং-দং অনিদা হন্দোক্লগা ৩২গী লোম্বদা দং-দং-দং অসিনা লোইরম্মী। পংশিং খঙনবা কাংলোন—

ঈশিংদা মখুল অমা হুৎপা তেঙ্গোৎ থাদরগা, তেঙ্গোৎনা লুপ্পদা পং অমা শারম্মী। পং ৩২ না অহিং অমা, অতুগা পং ৩২ অমনা নুংথিল, পম্না পংলপ ৬৪না নোংমা শারম্মী। নিংথমগী পংলপনা ঈশিং কাং-গল অমা লৌথোক্লম্মী। কাম্বীগী পংলপনা ঈশিং কাংগল অমা হাপ-

চিল্লম্মী, অসুম্না থাংগু থাপংগী শেম্লম্মী । মসিদা মুপা অহম্না অহিং-নুং-থিলদা পং পতুনা ( পংশিংবু শেমতুনা ) পংয়ৈচৈ অনিনা পংলপ খু-দিংগী পং খৌগল তৌরম্মী ( পং য়ৈরম্মী ) । অসিগুম্বা লোইশং অসিবু সনা কোনুংগী তাং য়ৈশং কৌরম্মী ।

তানয়ৈশং লিংতুনা তানয়ৈবা হৌদোক্লম্মীবা অসি, লাংবা-চক্কা কং-লৈপং ময়োন্দা পানখিবা, নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোঞ্জা অরিবা ) না হৌদোক্লম্বনি ।

[ "কংলৈ নিংথৌ চহী" অমসুং "শজিফু চৈরাওবা" ]

# (৩) ॥ লৈঙাক্লোল ॥

লাংবা-চক্কা, কংলৈ পং ময়োন্দা পানখিবা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোঞ্জা অরিবা ) গী লৈঙাক্লোল হৈবদা অহৌবা মক্তদা "কংলৈ নিংথৌ চহী" অমসুং "শজিফু চৈরাওবা" কৌবা লাইরিক অনিদা য়াও-বা "তানয়ৈরোন্দা" মখাগী ৱারোল অসি হৈরি—

"অতিয়া শিদবগী মিৎ য়েত্তগী মুৱা নিংথৌবু পথোকএ । ওইদগী লাইয়িংথৌহনবা পথোকএ । নাকোং য়েত্তগী মোংবাহনবা পথোকএ । ওইদগী নাওকন পথোকএ । নাতোন য়েত্তগী চাখাবা পথোকএ । ওইদগী কৌবারেন পথোকএ । য়াদগী খয়াংবা থোকএ । ঈশিং থোং-দগী লুৱাং পনেসিববু পথোকএ । পেং থোংদগী মারাচিং থোকই অসুম্না উমংলাই ৯ অমবু পথোক্লবা তুংদা নুমিৎ চয়োল ৭মবু পথোকএ । অতিয়া সিদবগী মিৎ য়েত্তগী লংমাইচিং থোকএ । ওইদগী নিংথৌকাবা থোকএ । নাকোং য়েত্তগী লৈপাকপোকপা থোকএ । ওইদগী য়ুমশ-কেশা থোকএ । নাতোন য়েৎতগী শাগোলশেন থোকএ । ওইদগী ইরাই থোকএ । য়াদগী থাংজা থোকএ । অতুগা খোয়দগী মতমবু পথোবলে । অসুম্না চয়োল নুমিৎ৭ পথোক্লগা উমং লাই ৯ পথো-

ক্লিবসিদি পাখংবগী ফমলুপনে। অতুগা নিংথৌ পোংবা তরা কৌবস্থ অসিদগী থোরকএ"।

মতাং অসি "লাইসনা ফমপাল লোল" কৌবা লাইরিক্তা ইয়্যনা "কুরুকি মিৎ য়েংনকি মুবা নিংথৌ থোকএ।। মিৎ ওইদগা লাইয়িং-থৌহলপা থে কএ।। ... ... ... ... ... ... ।। ... ... ... ... ... ।। উমংলাই মাপলমক অসিতি পাখংপকি মরূপ নিংথৌ পোংপা হে তরা কৌপতি অসিনে।।" মরক্কীদি থোইনা পংখেন খেন্নদে, খেন্নদবাগুম্ব-নি। মথক্কী ব্রাকেট অনি অসিনা উৎলিবদি—

লোল্লাং পাখংবগী (লৈনুং লোঙ্গা অরিবগী) লৈঙাক্লোল অসিদি-ভেংবানবগী শক্তম লৌনা, শক্তম অতুস্থ মিৎ—২, নাকোং—২, নাতোন মথল-২, য়া, ঈশিংথোঙ, অমস্থং অমাংথোঙ, পানবা, তাইবং খবাই পানবা অমগুম্না উৎলি। হকচাংদা হকচাংগী থোঙ, ৯না মাগী-মাগী মথৌ তৌতুনা, অহিংবা খবাই পানবা অমা ওইনা হিংতুনা লৈহনবগুম, লোল্লাং পাখংবগী (লৈনুং লোনজা অরিবগী) লৈঙাক্লোন্দস্থ, হকচাংগী থোঙ, ৯না মাগী-মাগী মথৌ তৌবগা পাংথক ওইনা, (১)—মুবা-নিংথৌ, (২) - লাইনিংথৌহনবা, (৩)—মোংবাহনবা, (৪)—নাওকন, (৫)—চাখাবা, (৬)—কৌবারেল, (৭)—খম্নাংবা, (৮)-লুবাং পৎন্সিবা অমস্থং (৯) মারচিং, হায়রিবা অহল ৯ অসিনা লোল্লাং পাখংবগী (লৈনুং লোনজা অরিবগী) লৈঙাক্লোন্দা, মপৎং ওইনা লৈঙাকপগী মথৌ পৎরম্মী।

অহল ৯ অসিনা পাইরম্মীবা ফম্নুপ অসিবু উমংলাই ৯ গী ফম্নুপ কৌরম্মী; নিংথৌ পোংপা তরা হায়নস্থ খঙনরম্মী, অসিনি।

## ।। ফথৌ ফমন্নুপ।।

অহলল ৯ অসিনা ওইরম্বা ফমশিং:—

(১)—লাইয়িংথৌহনবনা-খুরাইলাকপা ওইরম্মী।

( ২ )—মোংবাহনবনা-বাংখৈরাকপা ওইরম্মী ।

( ৩ )—চাখাবানা-পঞ্চনবা ওইরমম্মী ।

( ৪ )—খমলাংবনা-নোংথোনবা ওইরমম্মী ।

( ৫ ) - নাওকন্না-খ্বাইরাকপা ওইরমম্মী ।

( ৬ )—মুবানিংথৌনা-য়াইস্কুললাকপা ওইরমম্মী ।

( ৭ )—লুবাং পঞ্চিবনা-অহল্লুপ লাকপা ওইরমম্মী ।

( ৮ )—মারচিংনা-ছিয়াংলোইহনবা ওইরমম্মী ।

( ৯ )—কৌবারেলনা-চোংখানবা হনচাবা ওইরমম্মী ।

খুনফাংথৌ ৯ গী মকোক খুরাইদি লাইফমনি । বাংৈন খাবমনি । অসিনচিংবা পানা খাইরমম্মী ।

মফমথৌ ফমলুপ ৯ অসিগী মথং তারকপা ফম্মোল—

নৈনরিবা লাইরিকশিংশি মক্তদা, মথাগী বারোল অসি ইরি—

"পোইরৈ খুনফাংথৌ ৯গী মথংদা ইরেম থাবা নিংথৌ ১০ অমদি লুবাং শালাইনে । থামং থাবা নিংথৌ তরানা শরাং লৈশাংথেমনে । লোকমাই থাবা নিংথৌ তরা অমদি খুমল শলাইনে । অতুগা বাংবা থাবা নিংথৌ তরা অমদি অঙোম শলাইনে । বাফম অসিনা উংলিবদি, ফমথৌ ফমলুপ ৯ গী মথংদা—( ১ ) —লুবাং শলাইগী মীওইতনা ওইবা "ইরেম থাবা" কৌবা ফমলুপ অমা, ( ২ )—শরাং লৈশাংথেমগী মীওইদনা ওইবা "থমং থাবা" কৌবা ফমলুপ অমা, ( ৩ )—খুমল শলাইচাশিংদনা ওইবা "লোকমাই থাবা" কৌবা ফমলুপ অমা অমসুং ( ৪ ) অঙোম শলাইগী মীওইদনা "বাংবা থাবা" কৌবা ফমলুপ অমা, অসুম্না ফমলুপ ৪ অমসু ফমথৌ ফমলুপ ৯গী মথংদা লৈরমম্মী ।

মথক্কী ফমলুপশিং অসিগা থানা, লোল্লাং পাথংবা ( লৈনুং লোঙ্গাঅরিবা ) গী ফমথৌ ফমলুপ অসি পঞ্চা ৬৪ ওরমম্মী । "শরোই ৬১" হায়বা মীওই ৬১না শাবা ফমলুপ অমসু লৈরম্মী । ( ফমথৌ ৬৪-

অসুম্বং শরোই ৬১গী ফম্ন্ৱকী মতাংদি—তান্ পৱংলুপকী নৈনবদা য়াওখ্রে । )

## ।। লৈবাকপু ঙাক শেনবা ।।

নিংথৌ লোল্লাং পাখংবা (লৈনুং লোঞ্জা অরিবা) না লৈবাক্তা য়েক্ল-তিংখং চংলকপা ঙমদনবা য়েক শলাইচশিংদা পৱংশিং কক্লা· অহিং নুং-থিল চুপনা লৈবাকপৱ ঙাক শেলহল্লম্মী ।

পৱং ৬৪না নোংমা ওইবগী পৱংচক্তা, নুমিৎ তারকপগী য়াচং পুং য়ৈবদগী পৱং ৮ চুপনা খাবা-ঙানবশিংনা লৈবাক্তা য়েক্ল-তিংখং চংলকপা ঙমদ-নবা লৈবাকপৱ ঙাক শেল্লম্মী ।

মথংদা পৱং ৮ অমনা ( নোংয়াই ফাওবা ) লুবাংচাশিংনা অমুক ঙাক শেল্লম্মী । মথংদা পৱং ৮ অমনা শরাং লৈশাংথেমশিংনা লৈবাকপৱ ঙাক-শেল্লম্মী । মথংদা পৱং ৮ অমনা ( নোংঙান পৱংয়ৈবা ফাওবা ) হাও-রোক কোন্থৌনা লৈবাকপৱ ঙাক শেল্লম্মী । শাগৈ মরি অসিনা অহিং চুপনা পৱং ৮/৮ পৱনতুনা লৈবাকপৱ ঙাক শেল্লম্মী ।

নোংঙান পৱং য়ৈবদগী পৱং ৮ চুপনা মঙাংচাশিংনা অমুক লৈবাকপু ঙাক শেল্লম্মী । মথংদা পৱং ৮ অমনা ( নুমিৎ খুংবা ফাওবা ) মোইরাং-চাশিংনা লৈবাকপৱ ঙাক শেল্লম্মী । মথংদা নুমিৎ খুংবদগী পৱং ৮ চুপনা অঙোমশিংনা লৈবাকপৱ ঙাকশেল্লম্মী । মথংদা পৱং ৮ অমনা ( নুমিৎ তারকপগী য়াচং পৱং য়ৈবা ফাওবা ) খুমল শলাইচাশিংনা লৈবাকপু ঙাকশেল্লম্মী ।

অসুম তৌনা য়েক শলাইচাশিং অসিনা ওমা-ওমা লৈবাক্তা য়েক্ল তিংখং চংলক্লনবা লৈবাকপৱ ঙাকশেল্লম্মী ।

অহিংদা লৈবাকপৱ ঙাকশেনবা শাখাই মরিবু তানথোং-ময়ুং কৌরম্মী । নুংথিলদা লৈবাকপৱ ঙাকশেনবা শাখাই মরিবু লেনথোং মকৈ কৌরমমী ।

অসুম তৌনা লোল্লাং পাখংবা ( লৈনুং লোঙ্গা অরিবা ) না ফমথৌ ৬৪ অমসুং শরোই ৬১ কৌবা ফম্‌ুপকা লোইননা লৈবাকপু ভাক শেল্লমম্মী ।

[ "কংলৈ নিংথৌ চহী" অমসুং "শজিকু চৈরাওবা" ]

# ॥ য়োইমোংবা, তাউথিংমাং পোকপা ॥

অসুম্না ইম্ফাল কংলৈদা লোল্লাং পাখংবনা, নিংথৌ ওইনা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লিবৈ মতম অহুদা, লোল্লাং পাখংবগী তালোই, লৈমারেল ফমথোল কারিবী, লৈমা ওইরিবী লাইসনানা অরোনবদা – কৌপারুগা মরি লৈনবদগী (লৈনহুনা ) য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনি কাইবোক পোকখি । বাফম অসি অরোনবা ওইনা লৈখি । অঙাং পিশক ওইরিবা পোকপদা ভাইরিবা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিবু মপা কৌপারুনা য়োকখি । মতাং অসি "থরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি –

"অতিয়াতি কৌপারু সারে ।। কেকারু পান্থা লাইসারাকা কিকোং লোৎপা সারে ।।" অসুম্না ইরম্মগা, চেনা থরা চংথরগা অসুম্না অমুক ইরি—

"অসাইতা লাইসারাকা কৌপারুকা কিকোং সালুনবৈতা লাইসারানা চারোং পানপিতা লোৎলে ।। কৌনা থিপাপু খঙতরে ॥ কৌপারুনা কেকাককি উথং মনুংতা লোৎলে ।। মরুম অনি থরে ।। লাইসারানা থিপাপ খঙলে ।। থোরকও হায়পপ নুপীকি মরোতো ।। উতনা উইয়ে হায়রিকনে হায়না চেংনা খঙলে ।। লাইসারানা ঐনা উয়ে হায়পাপ থাচভে হায়না মমৈ লারুা চিংপাপ ফোইথোকলে ।। মমৈ ফোইদো-কপনা কাকলেল ওইনা পাইখিয়ে ।। মরুম য়েৎনা য়োইমোংবনে ।। ওইনা তাউথিংমাংনে ।। ২মা পোকয়ে ।। লাই অনিমাতা লৈমারে-

লনা ॥ লৌসিং তাক্লনা কাকলেলপু ফাইয়ে ।। মফমতি য়ুমচাউ মনাক্লে ।।"

।। নৈনবা ।।

( ১ )—মথক্কী পাওরৌ অসিনা উৎলিবা – "কিকোং লোংপা" শান্নবা হায়রিবা অসি লাইসারাগা ( লাইসনাগা ), কৌপারগা অরোনবদা মরি নৈনদুনা মচা অনি-য়োইমোংবা অমতুং তাউথিংমাংবু ফাইবোক ওইনা পোক্লবগা, ফোংদোকপা লুবা ফিভমদা নৈননা - মপা, মমা, মচা-২ঃ মরিমক্কী, মরি লিখুন লোংপাবু "কিকোং-লোংপা" শান্নবা হায়বনি ।

( ২ ) – "লাইসারানা চারোং পানপিতা লোংলে ॥"

চারোং—মচা লোংপা ' মচাবু লোম্না থুপনা থম্না );

পানপিতা লোংলে—মচাগী হৌরকক্ষম ওইবা মপাদা মচাবু লোম্না য়োকহনলে;

বাহন্তোক –

লাইসারানা ( লাইসনানা ) কৌপরুগা অরোনবদা মরি নৈনদুনা মচা পোকথো-ক্লগা, মপুরোইবা লোল্লাং পাথংবা কিবদগী মচাবু লোম্না থুপনা মচাগী হৌরকক্ষম ওইবা, মপা কৌপারুদা য়োকহল্লে ( য়োকহনথি )।

( ৩ ) "কৌনা থিপাপু খঙতারে ॥"

বাহন্থোক—

কৌপারুনা মচা পোকমিন্নরিবী লাইসনাবু মচাগী ( অঙাংগী ) মমানি ফোংদো-কপা ঙম্নবগী লম্বী থিবা খঙদরে ( খঙথিদে )।

( ৪ ) – "কৌপারুনা কেকারুকি উথুংতা লোংলে ॥"

কেকারু—কে+কা+রু (কে-"কে" লাওবা মথোন, কা-কাবা, রু-লুবা ). ॥

হায়বদি—হাংদোকপা লুবা, ফোংদোকপা লুবাঃ

উথুং – ( উবা-থুংবা, উবা ঙম্বা );

বাহন্থোক—

কৌপারুনা মচাবু লোংপদি – ফোংদোকপা লুবা, উবা ঙম্বা ( অমনম্নু অমনম্নু-ইউ-উবা, ইখঙ-খঙবা য়াবা ) মফুংদা ( ফিভমদা ) লোংলে ( লোংথি )।

( ৫ ) – "মারুম অনি থুরে ॥"

**ৱাহন্থোক —**

মচা অনি ক্বাইবোক পোকএ ( পোকপি )। অদুবু মচা অনি অদুবু পোকই়বী মমা অদু ফোংদোকপা য়াদবা ( ঙমদবা ) মতাং ওইবনা কৌপাক্ননা মরুম অনি থুরে হায়না পাওরো তৌরগনি।

( ৬ ) —"লাইসারানা থিপাপু খঙলে ।। থোরকও হায়পাপু ।। মুপীকি মরৌতে উত্তনা উইরে হাইরিকনে হায়না চেৎনা থাঙলে ।।"

**ৱাহন্থোক—**

লাইসারানা ( লাইসনানা ) কৌপাক্নদা - নংনা অঙাংবু লোংলিবা খুংলোং অদু. লৈবাক্কা খঙলে, উরে কান্নরোই মওং তাদ্রে থোরকও ( ফোংদোকও ) হায়ববু, কৌপাক্ননা মুপীগী মরৌনি, উদনা উই, খঙদনা খঙই হায়রিবনি থনদুনা চেৎনা থাঙলে ( থাঙখি ), হায়নবা য়াদ্রে ( য়াখিদে )।

( ৭ ) —"লাইসারানা ঐনা উয়ে হায়পাপু থাচতে হায়না মামৈ লাক্কা চিংপাপু ফোইথোক্লে ।।"

**ৱাহন্থোক —**

লাইসারানা ( লাইসনানা ) মহাক্কা উরে, খুংশিল থৌরাং পুন্নমক খঙলে, মাড়না কান্নরোই হায়ববু থাজদে হায়না, কৌপারুগী মা মৈ তাবা ৱাখলগী ফিরেপ অদু লৌথোক্লবা কন্না হোৎনববু ( হোৎনদুনা ) লৌথোক্লে ( লৌথোকখি )।

( ৮ ) —"মামৈ ফোইথোকপনা কাকলেন ওইনা পাইখিএ ।।"

কালেন—কাক + লেন (কাকপা + অথোইবা ওইবা), হাংথোকপদা অথোইবা ওইবা, ফোংদোকপদা অথোইবা ওইবা; পাইখি—শন্দোকখি।

**ৱাহন্থোক—**

কৌপারুগী মামৈ তাবা ৱাখলগী ফিরেপ লৌথোকখিবনা ( হোংখিবদা ), ফোং-দোকপদা অথোইবা ওইনা শন্দোকখি।

( ৯ ) —"মরুম য়েৎনা য়োইমোংপানে ।। ওইনা তাউথিংমাংনে ।।"

**ৱাহন্থোক—**

লোত্তুনা থন্নুরিবা মচিন মনাউ অনি অদু য়োইমোংবনা অহন্নি ( মন্নাগনি ), তাউথিংমাংনা মনাওনি।

( ১০ ) —"অনিমা পোক্‌এ ।"

**বাহস্লোক —**

কৌপাক্ক অমসুং লাইসনা অনিমক্কা মচা অনিবু ( য়োইমোংবা, তাউথিংমাং অনিবু ) মখোই অনিগী মচানি হায়না কোংদোক্লে ।

**বাক্ষম ১না —**

য়োইমোংবা কোঙ্‌বগী মতাংদা "পাখংবা লাইহৈ" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বারোল অসি হরি —

"লাইসনা হেলোয় তরুকমা নংকা থানা তরেংমা চিংনু, থ্‌মনু, আহমনু, অরৈনু, থেরেলোংপম চনু, লৈমাতানু নত্তা তরুকমাক. বেমনৈ ঙাতাবুকও হায়না বাহ-ম্নাপাকা । লাইরেল মশাপিতি নোংথিল খোইয়ুম লাই ওইখিয়ে ॥ খোইয়ুম মহা-কশাংপু ঙাইলোইননা চিংঙ্‌ মালোয় তরুক মানা তুপিয়োই নোংতাকি নেংথিল খোইয়ুম লাই ওইরকপা মশানো হেলোই তরেং মাদা নমওক হাথারিউঁদা পম্বৌ মতোমপোক পলেম মতোমপোক হুইতাও নিংথৌ থাপা তৌসুপানা তুপিয়োই নোংতানা চিংনা খোইয়ুম তরেং মাপু চেংলো সক থঙলাপাকি । লাইসনা কৌ কৌক্‌মতা তৌলেল খুংতা সুনা ঙাইথমলে ॥ মপা য়োকমাপা য়োকপা সাইপা সারে ॥ লাইসনানা নুংচাও ঙাতম্‌কম্ পুরুম চকথোং পাংতা কেনথালুরাপাকা ॥ লাইসনা হেলোয় তরেংমা লেমলৈ ঙাতাপীসিংও । পাথাংসিনপী পলেম মৈতে লৈমাও চক তাংচা লিল ওইশা অহুমমানা চিংনা খোইয়ুম লাইক্লপ তরেংমাসু তৌলেল খুত্তা সুনা ঙমপাওলাপাকা নুংচেং নংখোইগী ঙাতা পাংতা হুবারপানে হায়না পাওতাক্লপাকি । খিক্লেল থাবু কম্না লাইচা চেনকোং লোংপু লোংকা তাল্লে।। লৈকু লৈয়ারেল চহু লাইসনানা পাখং য়োইরেলপাপু থোনখংলে ॥ তায়ান তাওচং মাপু ওইনা খোয়াং তাচিন ইনৌ পুল্লে ॥ লাই ইপা অহুম মানা লোল্লুম খোল্লে ॥ তাওরোইনাই য়োইমোংপাপু সানকোথলে ॥"

মতাং অসি লোল্লাং পাখংববু মচাহুপা থুবাই নোংচেনবনা লাইসনা কৌ কৌক-মদা হাংলগা নুংজেংদা থাদখিবা বারি শিগুন অহু লৌরক্ক নোংদালাইরেন্দা পান-শিন্দ্‌না, থরা শেমদোক শেমজিন তৌল্লনা ইশিনখিবনি । মতাং অসিদা পল্লিবা তুপিয়োই নোংতা ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) হাবরিবা অসি লোল্লাং পাখংবা

হায়গদবনি । তুপিরেসা নোংতা (নোংদালাইরেল) নত্তে । নোংদা লাইরেল পাখংবদি–মশাগী পুন্সি চেংজেল লোয়গা শিখিবনি । বাকম অসিগী নৈনবা মথক্তা য়াওখ্রে । লাইহরিক কয়া অরানবা—চুমদবা মওংদা ইশিনখিবগী মরম মথা চংথরকপদা নৈনরক্খিনি । অদুগা মথক্তী বারোল অসিদা য়াওরিবা—

"লৈকু লৈয়ারেল চয় লাইসনানা পাখং য়োইরেলপাপু খোনথংলে ॥ তায়ান্ তাওচংমাপু ওইনা খোয়াং তাচিন ইনৌ পুরে ॥ লাই ইপা অহম মানা লোয়্ খেরে ॥ তাওরোইনাই য়োইমোংপাপু সানকোংলে ॥"

বাহন্থোক—

লাইসনানা মপুরোইবা শিরবা পাখং য়োইরেলবা (লোয়াং পাখংবা) বু লৌখংলে । মতাং অদুদা মহাক্তী ( লাইসনাগী ) খোয়াং ইহৌরক্রে । অহল ওইরবা অহয়া মরুমদা লোংপা ( অরোনবা ) অদু লৌখোক্রে ( কোকহনখি ) । তাউরোইনাই য়োইমোংবাবু কোংদোকএ ( কোংদোকখি ), অসিনি ।

হায়বদি—

মথক্তা পনখিবা কৌপারুগা লাইসনাগা অনিনা অরোনবদা মরি লৈনজুনা মচা অনি ( য়োইমোংবা, তাউখিংমাং অনি ) কাইবোক পোক্লগা, লাইসনাগী মপুরোইবা লোয়াং পাখংববু কিবদগী পোকপদা ডাইরিবা য়োইমোংবা, তাউখিংমাং অনিবু মপা কৌপারুনা লোয়া য়োক্তুনা থমখিবা, মতুংদা লোয়াং পাখংববু মচানা হাত্তুনা মুংজেংদা হুম্খি, লোইননা লাইসনানা লৌখংখি হায়রিবা, মতাং অদুদা–লাইসনানা য়োইমোংবা অমসুং তাউখিংমাং মচা অনিগী বাখল থনবদগী, মশাগী খোয়াং ইহৌরকখি । মতৌ অদু উবদা অহল ওইরবা অহয়া কৌপারু অমসুং লাইসনা অনিগী অরোনবা লোত্তুনা থমলিবা বাকমশিং অদু লৌখোকখি ( কোকহনখি ) । অসুম তৌনা তাউরোইনাই য়োইমোংববু লাইসনা অমসুং কৌপারু অনিমক্তা, মখোইনা পোকপা মচানি হায়না কোংদোকখি হায়বনি ।

মরম অমনা য়োইমোংবাবু শাকোংএ হায়রিবা অসি য়োইমোংবা অমসুং তাউখিংমাং অনিবু শাকোংবা ওইগনি । মরমদি—য়োইমোংবা অমুক কোংপা অদুগা তাউখিংমাংবু অমুক কোংবগী মরি শিখুন লৈবা ওইখোকন্নিংডাই ওইদে ।

ৱাফম ১না—

লোল্লাং পাথংববু মচাম্নুপা খুৱাই নোংচেনবনা হাংখি হায়ৰিবা অসিমক খুৱাই নোংচেনববু পোকপী মমা লাইসনাগী খুজিল খোৱাং ওইগনি। খুদমদিঃ—"থমুং ইভাল লৈশেম্বা পুয়া, কুম্বাবা পুয়া" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী ৱারোল অসি ইরি –

"নোংমা মমা ইবেম্মা লাইসনানা শুমাংদা ফৌরাদা ফৌ ফৌদোকই। ফৌ অদুগী মথক্তা মতোক পানবা লিল অমা লাক্লুনা ফৌ মথকতা লৈরে।

লাইসনানা খোয়বা তোম্পোকতা লিল অমা লৈরে তাকপদা খোয়বা তোমপোক্লা থাংজ তরেংকী লোঙ পায়দুনা লিল অদুগী লৱাইদা থিন্দুনা হাংলে।" হায়না ইরি।

মথকতা নৈনখিবগী মতুং ইন্না, মতাং অসিদা "লিল" হায়ৰিবা অসি লোল্লাং পাথংবনিঃ অদুগা "খোয়বা তোম্পোক" হায়ৰিবা অসিনা, খুৱাই নোংচেনবামক্লি। হায়বদি--"থমুং ইভাল লৈশেম্বা পুয়া, কুম্বাবা পুয়াগী ৱাফম—"লাইসনানা খোয়বা তোম্পোকতা লিল অমা লৈরে তাকপদা খোয়বা তোম্পোক্লা থাংজ তরেংকী লোঙ্‌ পায়দুনা লিল অদুগী লৱাইদা থিন্দুনা হাংলে।" হায়ৰিবা অসি, অসুম্না লাক্কনি—

"লাইসনানা খুৱাই নোংচেনবদা লোল্লাং পাথংবা লৈরে তাকপদা, খুৱাই নোংচেনবনা থাংজ তরেংকী লোঙ্‌ পায়দুনা লোল্লাং পাথংবগী লৱাইদা থিনদুনা হাংলে।" হায়ৰিবা ৱাফম অসি ওইরি।

মথক্তি নৈনবদা, হায়বদি—লোল্লাং পাথংবগী মুপী লাইসনানা কৌপাক্লগা অরোনবা মরি লৈনদুনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং ফাইবোক পোক্লগা, মপুরোইবা লোল্লাং পাথংবা কিবদগী মচা অনিবু (য়োইমোংবা, তাউথিংমাং অনিবু) লোম্না থুপনা কৌপাক্কু য়োকহনখি। অদুগা লোল্লাং পাথংবা, মচাম্নুপা খুৱাই নোংচেনবগী মখুত্তা নোঙ্গখিবগা (শিখিবগা), কৌপাক অমসুং লাইসনানা অনিমক্লা, য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাংবু, মখোই অনিগী মচানি হায়না কৌথদোকখি, হায়বগী ৱাফমসু লৈখে (উৎখ্রে)।

ৱারোল অমনা—মতম ইকুই কূদনা লাইসনানা নোংদালাইরেল পাথংবদা লৈখি

( ওংখি, ময়ুমপানখি ) । ( মথা নৈনবদা য়াওরকনি )

মরমশিং অসি নৈবনা - লোল্লাং পাখংববু মচা মুপা খুব্রাই নোংচেনবনা হাংখিবা অসি, খুব্রাই নোংচেনববু পোকপী মমা নৈসনাগী খুজিল থৌরাং ( থৌইনশিন ) ওইগনি ( ওইকম থোকই ) ।

হায়বদি - লাইসনানা কৌপারুগা অরোনবা মরি থমজুনা য়োইমোংবা অমসুং ভাউথিংমাং অনিবু কাইবোক পোক্লগা, মপুরোইবা লোল্লাং পাখংবা কিবদগী মচা অনিবু য়োকচবা ফংখিদবা, মরুওইনা ফোংদোকপা ঙমখিদবদগী মচাবু ফোংদোকপা ঙমনবা, অমদি - অনৌবা মপুরোইবা ওইগদৌরিবা, নোংদালাইরেল পাখংবদা ময়ুম পাল্লকপদা, অচৌবা অপনবা থোক্তনবা, লাইসনানা মচামুপা লৌরিবা, লৌশিং ৱাংলিবা খুব্রাই নোংচেনবদা ইনশিনজুনা, খুব্রাই নোংচেনবনা মপাবুং লোল্লাং পাখংববু হাংখিবা ওইগনি ( ওইকম থোকই ) । মসি মশানা তাবা ৱাকমনি অসিনি ।

(১১)—"লাই অনিমানা নৈমারোলনা লৌসিং তাক্তনা কাকলেলপু কাইয়ে । মকমতি য়ুমচাউ মনাকনে ॥"

নৈনবা—

মতাং অসিদা "নৈমারেল" হায়রিবা অসি "থিরেল য়াংবী" "নৈহৌ নৌংহৌ" অমসুং "সাকোক ৱাকোক" কৌবা লাইরিক অহুমদা, মতাং অসিমক্তদা "নৈমারেল" ইবগী মহুত্তা "থৌতু মুঙথেল নৈমা" হায়না ইরি ।

কাকলেল —

মতাং অসিদা - "কাকলেল" হায়রিবা ৱাহৈ অসি অইবনা শক্তম অনিদা শিজিন্নরি—

১না—কোঙদোক্লবা হোংনবদা অথোইবা ওইনা শিজিন্নখিবা থবক থৌওংবু "কাকলেল" ( কোঙদোক্‌পদা অথোইবা ওইবা ) হায়না উংলি ।

২দা—কোঙদোক্লবা হোংনবদা অথোইবা ওইনা শিজিন্নখিবা থবক থৌওংদা, পেন্নখিদবা মীওই কয়ানা মথোইগী য়েক্লবা কাংলুপ অমা ওইখিববুসু "কাকলেল" ( কোঙদোক্‌পদা অথোইবা ওইবা ) হায়না উংলি ।

হায়বদি—কৌপারু অমসুং লাইসনা অয়োনবদা মরি নৈনজুনা, লাইসনানা

য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং অনিবু ফাইবোক ওইনা পোকখি। লাইসনাগী মপুরোইবা দংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংববু হিবদগী, কৌপাক্ল অমসুং লাইসনা অনিনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাউ অনিবু মখোই অনিনা পোকপা মচানি হায়না ফোংদোকপা ঙমখিদে। কৌপাক্লনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচা অনিবু কনা খঙ্হন্দনা য়োকখি। ( মথক্তা নৈনখরে )

মতুংদা লোল্লাং পাখংবগী মচা খুরাই নোংচেনবা, লাইসনানা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং অনিগী মখংদা পোকখি। ( থিরেল মানমপা )

মতুংদা মনা লাইসনানা ইনশিনদুনা, লৌরিবা ৱাখল পল্লেপকম খঙ্দ্রিবা, লৌশিং মপুং ফারিবা খুরাই নোংচেন্বনা মপানুং লোল্লাং পাখংবনু হাংখি। মতুংদা মতম ইকান-কান্নদনা, লাইসনানা নোংদালাইরেল পাখংবদা ময়ুম পানখি (ভংখি)। মথক্কী তাংকক অসিদা উংলিবা—

লাইসনানা মপুরোইবা লোল্লাং পাখংববু হাংননবা শিনখিবগী মরু ওইবদি—মহাক্না কৌপাক্লগা অরোনবদা মরি লৈনরগা পোকখিবা, কৌপাক্লনা য়োকখিবা, মচা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং অনিবু মচানি হায়না ফোঙ্দোক্লবা, অমদি নোংদালাইরেল পাখংবদা ময়ুম পানবা য়ানবা শিনথিবা থৌওংনি। (মথক্তা নৈনখ্রে)

অসিগুম্বা তমথিরবা থৌওং অসি থোকনবা, ফোংদোকপদা অখোইবা ওইনা ( কাকলেল ওইনা ) শিজিন্নখিবা তমথিরবা শাজং অসিদগী, থমোয় শোকখিবা লোল্লাং পাখংবগী য়াম্না নক্লবা—চান্নবা মীওই কয়ানা, মখোইগী মাইয়োক্তা মপাঙ্গল কল্লবা কাংলুপ অমা ওইরকপবুসু, ৱারি শিঙ্গল অসিবু ইরম্মীবা অয়িবা অসিনা "কাকলেল" ( ফোংদোকপদা অখোইবা ওইবা ) হায়না পাওরৌ ওইনা ইরগনি। "লাই অনিমানা লৈমারেলনা লৌসিং তাক্লনা কাক্লেলপু ফায়ে। মফমতি য়ুমচাউ মনাকনে ॥"

হায়বদি—

"য়াংপী থিরেল অপিসা"নচিংবা লাইরিক খরদা ইরিবা—" য়োইমোংপানা কাকলেল ফাকে হায়তানা, লাংচি অমনা য়িমচাওকি লাংচৈতা য়াল্লে ॥ লাংচি অমনা তুরেল ৱাংমা থাংহুং ৱাতা য়াল্লে ॥ ময়াইতা য়েনওপা শাপা শান্নায়ে ॥ কাক্লেলনা লংথারকলে ॥ য়োইমোংপাপু য়োংখিরে ॥ লৈমারেলনা ( খৌতু হুঙথেল

লৈমানা ) তাউথিংমাংও নাম্বাম্বা য়োইমোংপাপু থাঙ্ মুঙ্সমপাপু কাওকুনো হায়রে হায়তানা ।। তাউথিংমাংনা থাঙ্ মুঙ্সমপাপু কাওকুনো হায়রাপাতা ।। য়োইমোংপানা থাঙ্ মুঙ্সমপানা কাক্লেল নাকল ফাংতোক্লতানা য়োইমোংপা থোরক্লে ।। কাক্লেল্কি মকোকমুং তুপলে ।। কাক্লেল্তি সিলনাইপা সং মনাক য়িরেলতা তারে ।। মতোংতি থারম লোই পুম্নামাতা পিচায়ে ।। মকোক্কা কংলাকি ফানখোং মখাতা থমলে ।।”

হায়রিবা অসিদি – য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাংনা তু – তেংলকপাদা, অসি-গুম্লবা কাক্লেল হায়রিবা কাংলুপ অদু থেংনরুবদা, য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাওনা লাকশিন্নবা হোংনরুবদা, মথোইনা ( কাক্লেলনা ) য়োইমোংববু ফারগা য়াম্না তমথিবা মওংদা ওংথিববু, কাক্লেলনা য়োইমোংববু য়োংখি হায়বনি । য়োইমোংবা য়াম্না তমথিবা মওংদা ওংথি হায়বগী মরমদি-য়োইমোংবা থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা চুপশাথি । (“মাইপারোল” অমসুং “পাখংবা চপসা” ) ( অদুগা করি, করম্না থৌদোকপু চুপশাবগে, হায়বদু মখা নৈনরকপাদ, পন্দুপ অহমদা য়াওরকনি । )

অদুগা থৌতু মুঙ্থেল লৈমাগী পাউতাকপু, তাউথিংমাংনা য়োইমোংবদা হায়-দুনা, য়োইমোংবনা মথোইগী ( কাক্লেল হায়না পাওরো ওইনা ইরম্মীবা কাংলু-পকী ) মথুত্তগী নাম্বোক্কুনা মথোইবু থুতুম চনখি, মাইথিবা পীখি – মফমদি ইম্ফাল কংলাগী য়ুমচাউ মনাক্কনে, উংপনি ।

থৌদোক অসিবু “থিরেল নানমপা” কৌবা লাইরিক্তা – “ লাই অনিমানা লৈমা-রেলনা লৌসিং তাক্তনা কাকলেলবু ফায়ে ।। মফমতি য়ুমচাউ মনাকনে ।। ” হায়বনি ।

**বাফম ১না—**

থোকথ্রীবা থৌদোক অসিগী মফম অসি অনি থোক্লা লাইরিকশিংদা ইবা থেংনৈ । ১না—ইম্ফাল কংলাগী মমুং য়ুমচাউ মনাক অসিমা; ২দা – “তু-তেংলোল” কৌবা লাইরিকতনা, মখা লমদা থোকথিবনি উংলি । বাফম অনি অসিদা—

( ১ )—“মফমতি য়ুমচাউ মনাকনে” হায়রিবা অসি, বাফম অসিবু য়াওরিবা “থি-রেল নানমপা”, “সাকোক বাকোক”, “লৈহৌ নোংহৌ”, “য়াংপীথিরেল অপিসা”, “থিরেল য়াংপি”, “মুঙলোল”, “মুঙলোল থম্বাল”নচিংবা লাইরিকতা কাকলেল

কাখিবা মকম, হায়বদি—কাকলেল কাবা হায়বা পাওরৌ অসিগী থোকখিবা থোথোক মকম, অসি ইম্ফাল কংলাগী মমুং ময়চাউ মনাকানি হায়বা খঙ্‌হল্লি।
(২)—"তু-তেংলোল" কৌপা লাইরিক্না মখা লমদা থোকখিবনি, উৎলি।

অতুম ওইনমক, অশেংবামক্তি থোকখিবা থোদোক মকম অসি ইম্ফাল কংলাদা ওইকম থোকই মরমদি—কাকলেল (কোংদোক্‌পদা অথোইবা ওইবা) হায়না পাওরৌ তৌরম্মীবা কাংলুপ অসি কৌপারু অমমুং লাইসনা অনিগী লমচং কত্তববু খঙ্‌বা, অমদি লাইসনানা নহা ওইরিবা, লৌশিং হাক্না লৈতরিবা মচা খুবাই নোংচেন্‌বাদা ইনশিনদুনা, খুবাই নোংচেনবানা মপাবুং লোল্লাং পাখংববু হাংখিবা অতুদগী, মুংঙাইখিদবা, লোল্লাং পাখংবগী য়ায়া নরুবা মহাকপু মুংশিবা মীওই কয়ানা ওইখিবা কাংলুপনি। (মথক্তা নৈনখ্রে)

মরম অসিনা, "তু-তেংলোল" কৌবা লাইরিক্তা, মখা লমদা য়োইবোংবা অমমুং তাউখিংম্যাং মচিন মনাওনা কাকলেল কাখি, হায়বাদি—কাকলেল কাবা হায়বা পাওরৌ অসিগী থোকখিবা থোদোকতু থোকখি, হায়বা অসিদগী, হায়রিবা থোদোক অসি, লোল্লাং পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লবা মরুমক্তু ওইরিবা, ইম্ফাল কংলাগী মুমচাউ মনাকতা থোকখিবনি উৎলিবা অসিনা মরম চাম্বা হেল্লিঃ অচুবা ওইগনি।
য়েংগদবাঃ—

মথকী নৈনবদা য়াওরিবা "কাকলেল" হায়রিবা অসি, কাকলেল কৌবা উচেক অচৌবা অমা ওইথোকনিংঙাই মরম অরুল থৈতে। মরমদিঃ—

কাকলেল অসিগী হৌরককম তাকপাদা "খিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা, মথকতমু নৈনবদা য়াওখিবা—"লাইসায়্লানা (লাইসনানা) ঐনা উয়ে হায়পাপু থাচতে হায়না মামৈ (কৌপারুগী মমৈ) লাক্লা চিংপাপু কোইথোক্লে॥ মামৈ (কৌপারুগী মমৈ) কোইথোক্‌পানা কাকলেল ওইনা পাইখি॥" হায়রি।

মভাং অসিদা পল্লিবা কৌপারু হায়রিবা অসি তাইবং মীনি (মীওইবনি) মহাকী চাদা নাউদাদগী (মচা-মতুদগী) মথং মথং ওইখিবা মমনাক সার্গে কয়া হৌজিক-হৌজিক লৈরি। অসিগুবা মীগী মমৈনা কাকলেল কৌবা উচেক অচৌবা অমা ওইখি হায়বা অসি ওইথোকপা য়ারোই।

অতুগা হায়রিবা কাকলেল অসিগী মভাংদা "তু-তেংলোল" কৌবা লাইরিকতা

মখাগী ৱাকম অসি ইরি—

"ডাংডোহ য়োইমোংপানা পাউইংলকএ ॥ ইমু হাউৱাম মারৈ মাপিও ॥ অসি কোরৌ হুমিংতি ॥ কাকলেন মীওমপাতি ॥ মাহৈকে কাতাহনবা হয়েল লাল-তাখিপামো ॥ হায়না পাউইংলকএ ॥ মামু হাউৱাম মারৈমাপী অহল মতম ওইর-পিনা ॥ পাউথুরকএ ॥ অসি কোরৌ হুমিংতি ॥ থোংনাং মোংপা চিঙ্‌হুং-হুংতা ॥ লেমলৈ ডাখোঙ্‌লোলনা ॥ লাল তাখিএ ॥ হয়েং লাইরেল ইমুং সোহ-পাতি ॥ নামু পোংতা তারকডেনে ॥ — – ... — — ॥

— — — — ॥ অসি কৌরৌ হুমিংতি ॥ মেল্লা মাখিক কাংলাকে ॥ হায়না থাঙ্‌লেল চেপনা চপ্‌না ॥ সাৱা তুরক খায়না ॥ পোলপি মাখিক কালু-পাপু ॥ কাকলেল পিপুক হুংতা ॥ হাউৱাম অচংপা ১০০ ( চামা ) ॥ লোইপি অসিপা ১০০ ( চামা ॥ লৈরমএ ॥"

মতাং অসিনা উৎলিবনা—কাকলেল মীওম্না নোংমা মী চাই; নোংমনা ঙা চাই, অতুগা কাকলেল মীওমনা মী চাবা হুমিং থোক্লবগী মী চানবা পাইথারকপাদা য়োইমোংবা, ডাউমিংবাহ মচিল মনাওনা লাংথ কতুনা কাকলেলবু কায়গা, মীয়াম চংনা কাকলেলগী মাখিক কাংলুবদা ( থাঙনা মাখিক থারাংলুবদা ) কাকলেলগী মপুক মহুংদা মী অচংবা ১০০ ( চামা ), অশিবা মী ১০০ ( চামা ) লৈরমী হায়রি।

হায়রবি—নোংমনা মী চাবা; নোংমনা ঙা চাব কাকলেল অসিনা, নোংমা অমা মী চাখ্‌গা, মথং হুমিং অমনা ঙ চারগা হয়নি তুবা হুমিংতা মী চাবা পাইথর-কপদা য়োইমোংবা অমসুং ডাউমিংবাং মচিল মনাওনা থাকপা লাংদা থ্‌বদগী মীয়াম চংবা থাঙ্‌বা কাকলেলগী মাখিক কাংডোক্‌বদা কাকলেলগী মপুক মহুংদা, হৌখিবা কাকলেলনা মী চাবা হুমিংতা কাকলেল অসিনা নোংখিবা, অচংবা মী ১০০ ( চামা ); অশিবা মী ১০০ ( চামা ) লৈরমী, হায়বনি।

ৱাকম অসি মৈহৌরোলগী ( হৌরিহানকী ) তারুক অমা ওইরিবনি অদুবু পা-উরৌ ওইমা থ্‌পানা থবা ওইবনা ওইরোকনিংঙাই ওইবা ৱারি ওইরা উৎলমনি।

শম্না হায়রকপা মৈয়রিবা অসিগী মাওরিমা "কাকলেল" হায়রিবা অসি কাকলেল কৌবা উচেক অমু নত্তে। য়োইমোংবা অমসুং ডাউমিংবাহ মচিল মনাও অসিনা কাকলেল মাখি হায়রিবা অসি মৌদে ক অমদা পাওরৌ ওইনা ইরমনি। মসি

মশানা তাবা ৱাকমনি । অতুগা পাওরৌ অসিগী ৱাহৈয়োকসু মথক্কী নৈনবদা য়াংথে । 

---

## মথক্কী নৈনখ্রিবা পাওরৌ অসিগী পুনশিন্নবা ৱাহৈয়োক—

( ১ )—পাওরৌ অসিনা উংলিপা-কিকোং লোংপা শান্নবা হায়রিবা অসি লাইসারাগা ( লাইসনাগা ) কৌপাক্নগা অরোনবদা মরি নৈনহুনা মচা পোথোকক্নগা ফোংদোকপা লুবা ফিভমদা লৈবনা মপা, মমা অমসুং মচা অনি, ৪ ( মরি ) মক্কি, মরি লিখুল লোংপাবু কিকোং লোংপা শান্নবা হায়বনি ।

( ২ )—লাইসনানা কৌপাক্নগা অরোনবদা মরি নৈনহুনা মচা পোকথোক্নগা, মপুরোইবা লোল্লাং পাখংবা কিবদগী মচাবু লোন্না থপ্পনা মচাগী হৌরকফম ওইবা মপা কৌপাক্নদা য়োকহনখি ।

( ৩ )—কৌপাক্ননা মচা পোকমিন্নরিবা লাইসনাবু মচাগী (অঙাংগী) মমানি হায়না ফোংদোকপা ঙম্নমগী লম্বী থিবা খঙখিদে ।

( ৪ )—কৌপাক্ননা মচাবু লোৎপদি ফোংদোকপা লুবা, উবা ঙম্বা ( অমনসু-অমনসু ইউ-উবা, ইখঙ-খঙবা য়াবা ) মঙ্গুংদা ( ফিভমদা ) লোৎখি ।

( ৫ )—লাইসনানা মচা অনি ফাইবোক পোকখি ।

( ৬ )—লাইসনানা কৌপাক্নদা নংনা অঙাংবু লোংলিবা খুৎলোৎ অতু লৈপাক্না খঙগ্রে, উগ্রে, কান্নররোই, মওং তাদ্রে, থোরকও ( ফোং-দোকও ) হায়ববু ( হায়খিববু ), মুনীগী মরৌনি, উদনা উই, খঙদনা খঙই, হায়রিবনি খন্দনা কৌপাক্না চৈংনা খাঙখি, হায়নবা য়াখিদে ।

( ৭ )—লাইসনানা মহাক্না উরে, খুংশিল থৌরাং শুঙ্গমক খঙলে, মাহুনা কান্নররোই হায়ববু খাজদে হায়না, কৌপাক্নগী মা-মৈ তাবা ৱাখলগী ফিরেপ অতু লৌথোক্নবা কন্না হোৎনহুনা লৌখাকখি ।

( ৮ )—কৌপাক্নগী মামৈ তাবা ৱাখলগী ফিরেপ লৌথোকখিবনা ( হোং-

খিবনা ), ফোংদোকপদা অথোইবা ওইনা শদোকখি ।

( ৯ ) – লোক্তনা থমুরিবা মচিল মনাও অনি অতু য়োইমোংবনা অহল্লি ( ময়াম্বনি ), তাউথিংমাংনা মনাওনি ।

(১০)—কৌপাক্ল অমসুং লাইসনা অনিমক্না মচা অনিবু ( য়োইমোংবা, তাউথিংমাং অনিবু ), মখোই অনিগী মচানি হায়না ফোংদোকখি ।

(১১) – থৌতু মুঙথেল লৈমাগী পাওজাক্না, য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মাচল মনাওনা কাকলেল হায়না পাওরৌ ওইনা ইরম্মীবা কাংলুপ অতুবু খুত্থম চনখি । মফমদি ইম্ফাল কংলাগী য়ুমচাউ মনাক্তনে । ( মতাং অসি ফাওবনা ৱাহন্থোককি তাংকক্লি । )

নৈনরক্লিবশিং অসিগী মতুংইন্না-কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ লোল্লাং পাখঙবগী চুপী ( তাল্লোই ) লাইসনানা কৌপাক্নগা অরোনবদা মরি লৈনহুনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মমাও অনি ফাইবোক ওইনা পোকখি । মপা কৌপাক্কনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিবু কনা খঙহন্দনা য়োকখি ।

মতুংদা কংলৈপুং ময়োমগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী মচা খুৱাই নোংচেনবা ( খাবা কংলৈ লৈপাক মপা ), লাইসনানা পোকখি ।

মতম থরগী মতুংদা, লাইসনানা য়োইমোংবা অমসুং তউথিংমাং মচা অনিবু, মপুরোইবা লোল্লাং পাখংবা কিবদগী মচানি হায়বা ফোংদোকপা ঙমখিদবা অতু, ফোংদোক্লবা; অর্মদি নোংদালাইরেল পাখংবদা ময়ুম পানবদা অকনবা খুদোংথিবা থোক্তনবা মচা মুপা নৌরিবা, লৌশিং ৱাংলিবা, খুৱাই নোংচেনবদা ইনশিন্দনা, খুৱাই নোংচেনবনা মপাবুং লোল্লাং পাখংববু হাংখি । লোইননা খুৱাই নোংচেনবা (খাবা) না কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখি । ( খুৱাই নোংচেনবনা নিংথৌ ওইখিবগী মতাং অসি মখা নৈনরকপা পন্দপ্রে ৩দসু য়াওরকনি । )

কৌপাক্ল অমসুং লাইসনা, মখোই অনিস্থু লোল্লাং পাখংবা নোঙ্গা-

খিবগা, মতম অমুক শাংথাবা তৌদনা, মখোই অনিনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচা অনিবু মখোই অনিগী মচানি হায়না ফোঙ- দোকখি ।

থোকখিবা থৌদোকশিং অসিগা মতম ইরাপ লাপনদনা লাইসনানা নোংদালাইরেল পাখংবদা ওংখি ( ময়ুম পানখি )।

"থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা—

মতম অতুবাইদা,-য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেল অনিবু তু-তেংখি । মখো- ইনা ইম্ফাল কংলা য়ৌরকপদা, হৌখিবা থৌদোক, লোল্লাং পাখংবা শিবগী থৌদোক্তা কৌপাক অমসুং লাইসনা অনিবু য়েংথিখিবা, লোল্লাং পাখংবগী য়াম্না নকুবা, চান্নবা মীওই কয়ানা মখোইগী (কৌপাক অমসুং লাইসনাগী ) য়েক্কবা ওইখিবা কাঙলুপ অতুগা থেংনখি ।

য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিনা অতুগুম্বা কাঙ- লুপ অতুবু খুতুম চন্নবা হোৎনকবদা, কাঙলুপ অতুনা য়োইমোংবাবু কা- তুনা য়াম্না তমথিবা মওংদা ওংখি । মতুংদা থৌতু মুঙথেল লৈমানা তাক্লকপা মতুং ইম্না তাউথিংমাংনা য়োইমোংবদা হায়তুনা, য়োইমোংবনা মখোইগী মথংতগী নাম্থোকখি । মথংদা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিং- মাং মচিল মনাও অনিনা মখোইবু খংদম চনখি, মাইথিবা পিখি, উংলি; অসিনি । মসি মশানা তাবা বাক্মনি ।

নিঙশিংজবা: -

নৈনজখিবা তাংকক অসি, "কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী তালোই ওইরিবী লাইসনানা অরোনবদা কৌপাক্কা মরি লৈনদুনা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং, মচিল মনাও অনি কাইবোক পোকখি । বাক্ম অতু অরোনবা ওইনা লৈখি। পোকপদা ভায়রিবা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিবু মপা কৌপাক্কনা য়োকখি ।" হায়বা বাক্ম অসি উৎনবা, অসি কাওবদনি । অতুবু তাংকক

অদুবু অতুমক অসি কাওবদা নৈনবদা, কোংদোকনিঙ্ঙিবা অসি, মপুংকানা উৎনবা হোৎনবদা তঙাইফদনা, নৈনবা মতাং চাদ্রিবা, মতাং য়োদ্রিবা কাওবা, হেন্দোক্লা নৈনজখিবনি।

মতাং অসিদা—

মথা ইথবা য়ানবা (ইথনবগীদমক), "য়োইমোংবা অমত্তুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিবু মপা কৌপাক্লনা লোল্লা থুপনা য়োকথি।" হায়বা উৎলবা, অসি কাওবদৎ মিৎয়েং থম্জরি।

-(0)-

।। তশুবা পম্বুপ ।।

## ।। খুবাই নোংচেনবনা নিংথৌ ওইবা ।।

লাংবা-চক্পা-কংলৈপুং ময়োম্দা, লোল্লাং পাখংবনা নুংঙাই য়াই-ফনা পাল্লবদগী ওংহোকপা মতৌ অমা ওইরক্লম্মী । মচা নুপা খুবাই নোং-চেনবনা পাখং কারকপা মতাং অদুবাইদা, নিংথৌগী লৈমা ওইবী, খুবাই নোংচেনববু পোকপী, লাইসনাগী থৌইনশিন্দগী মচা নুপা খুবাই নোংচেন-বনা মপাবুং লোল্লাং পাখংববু হাংখি ।

মপাবুং লৈখিদ্রবা মতুংদা খুবাই নোংচেনবনা ইম্ফাল কংলৈগী ( কংলৈপুং ময়োনগী ) নিংথৌ ওইখি । মহাক্না লৈনাওতাবীবু লৌখি । লৈনাওতাবীনা খুবাই নোংচেনবদা ওংলপ্পদা মমিং নোংপোইনু হায়না হোংখি । ( মথক্তা নৈনগ্রে )

খুবাই নোংচেনবা নিংথৌগী মতমদা চৎনরম্বা—

লৈঙাক্লোল, লাইনিং-লাইশোল, নুমিৎ-থা পাবা, চহি পাবা, অপোক অশি থৌরম, ফিজেৎ-চাকচা, থবক থৌরম খুদিংমক, মপাবুং লোল্লাং পাখংবনা চৎনরম্বশিং অদুদগী থোইদোকপা হোংদোকখিবা লৈখিদে । মপাবুংনা চৎ-থরম্বা কাংলোল অদু কাইদনা অদুম চৎনরম্মী ।

### খুবাই নোংচেনবগী পুন্সিদা থোকখিবা, থেংনখিবা মরুওইবা থৌদোক বাথোক, সা-লাল :—

"খিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা মখাগী বারোম অসি ইরি-"সিংতাপুংতি পাখংপাকি মচা ওইনা পোক্লরে ।। পোক্লপা অঙাং অতুনা পাখংপাপু হাংলে ।। মক্মতি লাইসারা ( লাইসনা ) কো ফৌক্মনে ।। পাখংপাপ নুংচেংতা হুল্থরে ।। অতুকি নোংচেং হুল্নারম কৌএ ।। ঙাটিংনা লাইসারাতা খঙহল্লে ।। লাইসারানা পাখংপাপু খোলখৎলুরে ।। খমচিংকোলত্তি লৈন্নুংতকি হুল্খৎলক্লে ।। লাইসারানা (লাইসনানা)

পাখংপাপু থমচিংকোলতা পিরে ॥ থমচিংকোলনা লুবাং পুতাংবোক সারে ॥ লুবাং পুতাংকোইনা পাখংপাপু নোংলুম ওইনা মুমিংকী মখোইতা থম্লরে ।। পুতাংকোই অমরক হল,থরক্লে ॥ অসাইকি অঙাং অতুগা কুরুনা লৈনাউতাপিপু নোংলোল,তকি পুথারকপা সানা নোংমোইমু কৌনা পিরে ॥ অঙাং অতুনা নিংথৌ ওইরে ।। মমিংতি-থাইয়ে হায়পাকি থাপা কৌয়ে ।। থাপা কংলৈ লৈপাক মপা কৌয়ে ।। খুবাই নোংচেংপম (নোংচেনপম) পিপাম্ভ কৌয়ে ।। থাপানা মুমিংকি মখোইতা পাখংপাপু লৈ হায়পা খঙ,লতুনা কাপখাইকে হায়না নিঙলতুনা ।। থমচিংকোলনা অতুপু উরতুনা ।। পাখংপা নোংলুমপু থাতা থৈরে ।। থায়াল কৌয়ে । থাপা খুবাই নোংচেলপনা ।। মুমিংপু কাপ্লে ।। অতিয়ানা মথাক্তাকি নোংপোক পুথোক্লে ।। অতিয়ানা হায়খিয়ে হে নোংপোক নংতি মুমিং থাকি মচিতাকি নোংলুমপু উম্থরুও ।। মমিতা থমতানা কোল,ও হায়খিয়ে ।। নোংপোক্তি নোংলোলতা হুল,থংখিরে ।। হুলথংপা মফমতি হুম্‌সংনে ।। নোংলুমপু উমথালক্লে ।। অতিয়ানা নোংপোকপু হংয়ে ।। খুমখিতে ।। অতিয়ানা হায়য়ে ঐনা হংপাপু খুমতে ।। নারৈলোময়ে হায়পাকি পুরৈরোমপা কৌকে হায়খিয়ে ।। কোলতানা কোক্লে হায়পাকী কোকসং কৌএ ।। নোংলুমপু য়ারমএ হায়পাকি য়াপিরোক কৌএ ।। মরুম অতুনা কোব্‌পতি ।। কুপতারেং ।। সেল,তারেং অনিমা পোকএ ।। অমতি কুপতারেংনা পাখংপানে ।। সেলতারেংনা পুরৈরেমপানে ।। ”

---

নৈনবা—

খুবাই নোংচেনবনা মপাবুং লোম্লাং পাখংবা হাংথিবগী মতাংদি মথক্তা নৈনখ্রে।

নোংলুম,—

অমম্বা মরুম, হায়বদি—অমম্বা ওইবা, হোৌরককম খঙ্‌দবা, পা ওইবনা, পী ওইবীদা শিম্নরগা (পীরগা) তাইবং থবাই পানবা ওইগদৌরিবা, অদুগুম্বা পাগী ঈরিক অদুবু নোংলুম কৌই।

[ য়েংগদবাঃ— লোং. অমম্বাঙ্ক হায়না "অমম লোংলোন" কৌব' লাইরিক্কা ৱাহোক তৌই । ]

মথক্কী ইরিবা—"নোংলুমপ৲ য়ারমএ ॥ হায়পাকি য়াপিরোক কৌএ ॥" হায়বদি— তাইবং চাদা-নাওদনবগী পী ওইবীনা পা ওইবগী থৌজাল ফংবাবু য়াপিরোক কৌই, হায়বনি । মসি ইন্নুংলোনগী ৱানি ।

"থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক অসিদা উংলিবা—

"নোংপোক্কা নোংলুমপ৲ উমথালক্রে ॥ কোল্‌তানা কোক্রে হায়পাকি কোক৲সং কৌএ ।। নোংলূমপ৲ য়ারমএ হায়পকি য়াপিরোক কৌএ ।। মাক্কম অতুনা কোব্‌পন্তি ।। কুপতারেং ।। সেল৲তারেং অনিমা পোকএ ।। অমত্তি কুপতারেংনা পাখংপানে ।। সেল৲তারেংনা প৲রৈরোমপানে ।।"

হায়রিবা অসিগী ৱাহংথোক্তি অসিনি—

নোংপোক্কী ইরিকপু ( মশাগী ঈরিকপু ) পলেম ওইবি অমদা শিন্নরে । ঈরিক অদুনা কাইবোক ওইনা কুপতারেং, অমসুং সেলতারেং অনিমা পোকএ । কুপতারেংনা পাখংবনি ( নোংদালাইরেল পাখংবনি ) । সেলতারেংনা পুরৈরোম্বনি ।

হায়বদি নোংপোক্কী থৌজাম্না ( ঈনা ) পলেম ইমা অমনা কাইবোক ওইনা কুপতারেং অমসুং সেলতারেং অনিমা পোকখি । কুপতারেংনা নোংদালাইরেল পাখংবা হায়না খঙ্‌নরিবা অসিনি । অদুগা সেলতারেংনা পুরৈরোম্বা হায়না খঙ্‌নরিবা অসিনি ।

মতাং অসিদা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা কাইবোক পোকখি; মথোই অনিবু পোকপা মপামা নোংপোক (নোংপোক নিংথৌ) নি হায়বা অসি খঙ্‌হল্লি ।

য়েংগদবাঃ—

হৌজিক নৈনরিবা মথক্কী "থিরেল নানমপা" গী নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা পোকপগী ৱাফম, অমদি লাইরিক কয়াদা য়াওরিবা, নোংদালাইরেল পাখংবা পোকপগী ৱারি লিখুন অতুদগী পুথোক্লকপা, মিৎয়েং অকুপ্পদি নত্তবা লাইরিক কয়াদা, "য়াবিরোক্লা নোংদালাইরেল পাখংবা পোকখি ।" হায়না ইন্নি ।

অদুবু মথক্কী নৈনখিবা অসি য়েংনা অশেংনা হায়বা তারবদা—য়াবিরোক কৌবী মূপী অমনা নোংদালাইরেল পাখংবা পোকখি, হায়বা অসি, ওয়োক্লা ওয়-তৈনবা মিৎয়েংনি, খঙ্‌হল্লি ।

## নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা অনিগী মমা—

"খম্নোই য়াংমোই" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"হুইমু লৈমানা খুমল লুবাং খায়রে ।। হুইমুলৈমানা মাহাক থেংলে পিখেং লৈমা কৌএ ।। অঙোম পোকএ ।।"

মতাং অসিদা য়াওরিবা—"হুইমু লৈমা" হায়রিবী অসি লুবাং সলাই শন্দোক্লম্বা, সুংপাল পামিংনবগী তালোই হুইমু লৈমা অদুমক ওইগনি। মথংদা নোংপোক্কী থৌআম্না (ঈনা) নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা পোকৃখিবা ওইগনি। মরমদিঃ—

"শাগৈ শলাইরোল" কৌবা লাইরিক, অমদি সাগৈ সলাইগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়াদা—

পোইরৈতোম্না লৈনাউভাবী পান্নদুনা, লৈনাউতাবীনা সিংতাপুং পোকখি। সিংতাপুংনা সম্বোং পুনেম্বা চন্থু পান্নদুনা, সম্বোং পুনেম্বা চন্থনা পামিংনবা অমসুং অরোং মচিল মনাও অনি পোকখি।

পামিংনবনা লুবাং সলাই ওইখি। মহাক্না হুইমু লৈমা পান্নদুনা, হুইমু লৈমানা লুবাং খুনথিবা (পোম্বী লুবাওবা) পোকখি। অসুম্না পামিংনবগী মচা মওশিংনা লুবাং সলাই হায়বা অসি ওইখি। অদুগা মনাউ সুপা অরোংনা খুমল ওইখি। অরোংগী মচা মওশিংনা খুমল সলাই হায়বা অসি ওইখি। অসুম্না পামিংনবা অমসুং অরোং মচিল মনাও অনি অসিদগী লুবাং অমসুং খুমল সলাই অনি অসি থোকখি।

মরম অসিনা মথক্কী বারোল্দা—"হুইমু লৈমানা খুমল লুবাং খায়রে" হায়রিবনিনা, মতাং অসিদা পল্লিবা "হুইমু লৈমা" হায়ল্লিবা অসি সুংপাল পামিংনবগী তালোই, মহাক্কী মচা মওনা লুবাং সলাই হায়বা অসি ওইখিবা, লুবাং সলাইগী অহানবা মৌ, হুইমু লৈমা অদুমক ওইকম থোকই, অদুমক্কি, অসিনি।

অদুগা মথংদা—"হুইমু লৈমানা মাহাক থেংলে, পিখেং লৈমা কৌএ, অঙোম পোকএ" হায়রি।

মাহাক থেংপা (মশা বাইশংদবা, মীরোলবা);

বাইস্তোক—

হুইলৈমামু মশা বাইশংদরে, মীরোলবী ওইরে; মহাক্না অঙোম সলাইগী পুকোক

পুরৈরোম্বা পোকএ, অসিনি।

মতাং অসিদা, হায়বদি—হুইমু লৈমনা পুরৈরোম্বা পোকখি, উংলেঃ অতুগা মথক্কী নৈনবদা—হুইমু লৈমা, মুংপাল পামিংনবগী তালোই ওইরম্মি উংখে। লোইননা পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা মখোই অনি, নোংপোক্কী থোজাম্না পলেম ওইবী অমনা ফাইবোক ওইনা পোকখি হায়বস্তু লৈখে।

মরম অসিনা হুইমু লৈমনা মুংপাল পামিংনবদা ওংতুনা লুবাং খুম্বিবা পোক্লগা মথংদা হুইমুলৈমনা নোংপোক্কা ( নোংপোক নিংথোদা ) ওংতুনা, পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনি ফাইবোক ওইনা পোকখিবা ওইকম থোকই, পোকখিবনি। মরম অসি লৈবনা—নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বগী অপোকপী মমা হুইমু লৈমনি, অসিনি।

থাকম অমনা—

লোল্লাং পাখংবা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মতম অমতগী মীরোল ওইগনি। মরমদি :-

"হুমিং থারোল্ নমখাইরোল" কৌবা লাইরিক্তা—

"খিরেল নানমপা" দা—কুপতারেং অমসুং সেলতারেংবু ( নোংদালাইরেল পাখংবা ১সুং পুরৈরোম্বাবু ) লোল্লাং পাখংবগী লাংওল্লি উংলিবা; হায়বদি—লোল্লাং পাখংবনা শিখরগা মহাক্কী থবাই অদুনা কুপতারেং অমসুং সেলতারেং ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) ১সুং পুরৈরোম্বা ) ওইনা পোকখি উংলিবা তাংকক অসিদি মৈরোরোল ( ইতিহাস) ওইবা য়ারোই। ( মতাং অসি মওং থরা হোংদোক্লা লাইরিক থরাদস্তু ইবা থেংনৈ )

অমরোমদনা—

"হুমিং থারোল নমথাইরোল" কৌবা লাইরিক্তনা—

লোল্লাং পাখংবনা নিংথৌ ওইতুনা, লৈবাক থায়েন থোদাতুনা পাল্লিউে মতম অদুদা, পুরৈরোম্বসু নিংথৌ ওইদুনা পানখি; অসিনি। থাকম অসিগী নৈনবা মথক্তা ফাওথরে।

নৈনরক্লিবগি অসিগী মতুংইন্না—পুরৈরোম্বা ( সেলতারেং ) গা, নোংদালাইরেল (কুপতারেং ) গা ফাইবোক ওইনা পোকখি উংলিবা মরমনা লোল্লাং পাখংবগী মতমদা নোংদালাইরেল ( কুপতারেং ) সু লৈরে হায়বা অসি মশানা তাবা থাকম ওইরি। নোংদালাইরেল পাখংবা, পুরৈরোম্বা অমসুং লোল্লাং পাখংবা মতম অমতাদা লৈম্লিরবা

মীওইডাক্তা ওইৰদ থোকই। হায়রিবা ৱাকম অসিনা অশেংবা ৱারি লিখুন ওইগনি।

ৱারোল ১না—

"থিরেল নানমপা" গী তাংকক অমদা, মথক্তা পনখি্রবা—

"খাপানা যুমিংকী মথোইতা পাখংপাপু লৈ হায়পা খঙ্‌লাতুনা ।। কাপখাইকে হায়না নিঙ্‌লাতুনা ।। খমচিংকোল্‌না অতুপু ঁরতুনা ॥ পাখংপা নোংলুমপু থাতা থৈরে ।। থায়াল কৌএ ।। খাপা খুৱাই নোং-চেল্‌পানা যুমিংপু কাপলে ।।"

হায়রিবা ৱাকম অসিদা--"পাখংপা নোংলুম" হায়না পল্লিবা (য়াওরিবা) অসি নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিবুনি। মরমদি:—মতাং অসিদা—"পাখংবা নোংলুম" হায়রিবা অসি, অসিবু কৌই হায়বা ৱাকম মথক্কী নৈনবদা উৎথরে; অমনা—হায়রিবা পাখংবা নোংলুম অসিনা, নোংদালাইরেল পাখংবা ১সুং পুরৈরোম্বা ওইনা পোকখি হায়বসু লৈখরে। অদুগা নোংদালাইরেল পাখংবা, পুরৈরোম্বা অমসুং লোল্লাং পাখংবা মতম অমতগী মীরোল্লি হায়বসু উৎথরে।

নৈনরিবা মতাং অসিনা লোল্লাং পাখংবা নোক্লাপ্‌রবা (শিথ্‌রবা) মতুংগী ৱারোল্লি। মরম অসিনা - পাখংবা নোংলুম হায়রিবা অসিগী মতম নত্তে। হায়রিবা, পাখংবা নোং-লুম অসিনা ওইখরিবা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগী মতমনি।

মরম অসিনা - মতাং অসিদা, "পাখংপা নোংলুম" হায়রিবা অসি পাখংপা নোং-লুমগী মতম নত্তবা, নোংদালাইরেল পাখংবা ১সুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগী মতম ওইবনা "পাখংপা নোংলুম" হায়না পল্লিবা অসি নোংদালাইরেল পাখংবা ১সুং পুরৈ-রোম্বা মচিল মনাও অনিবুনি অসিনি। মসি ময়েক শেংলবা ৱাকম ওইগনি।

ৱারোল ১না—

"যুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্তা হায়রিবা—যুমিং মচিল মনাও অনি—ভাউহইরেং অহনপা অমত্তং রোইমায়াই সনা থোম্বাতোল হায়রিবা অদু, নোংদালাইরেল পাখংবা ১সুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিবু হায়বনি। মরমদি:—

"থিরেল নানমপা"দা—খাপা খুৱাই নোংচেল্‌পনা যুমিং কাপ্পাগী মতাং ইরিবা অসিগা, "যুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিকী ৱাকম অদুগা, ৱাকম অনি অসি চাংদমদুনা

য়েংবদা—

থিরেল নানমপাদা—

খুৱাই নোংচেল্‌বনা হুমিংকি মখোইদা "পাখংপা নোংলুম" লৈরি খন্দনা হুমিংপু কাপথি উৎলিং; হায়বদি নোংদালাইরেল পাখংবা ১ংস্থ পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনি হুমিংকী মখোইদা লৈরি খন্দনা হুমিংপু কাপথিবনি। মতাং অসিদা থাপা খুৱাই নোংচেলপানা হাংকে হায়না তেমশিংনকরিবা অসি নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্থং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিবুনি; হায়বদি - থাপা খুৱাই নোংচেলপাগী য়েক্লবা ওইরিবশি নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিবুনি।

অতুগা "হুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্তা—

খুৱাই নোংচেলপানা হুমিংপু কাপ্পাদি—খুৱাই নোংচেল্‌পানা হুমিং মচিল মনাও অনি (তাউহুইরেং অহনবা ১স্থং য়োইমায়াই সনা খোমাতোল) গী মনাই ওইবনা, মতু মচাশিংবু চিকোন নাওকোনবা ঙমদবদগী শাওরক্তুনা মপু অনিবু (হুমিং ২বু) হাংনবা হোৎনথি। হুমিং তাউহুইরেং অহনপাপু খুৱাই নোংচেল্‌পানা তেন্না কাপথি. অসিনি।

লাইরিক অনি অসিদা ইরিবা—হুমিং কাপ্পাগী ইচেল অনি উৎলিবা অসি. থৌদোকতি অমতদা ইবনি। মরম অসিনা "হুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিকতা ইরিবা - খুৱাই নোংচেল্‌পাগী য়েক্লবা ওইরিবা, হুমিং মচিল মনাও - তাউহুরেং অহনপা অমস্থং য়োইমায়াই সনা খোমাতোল হায়রিবা অসি, "থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্কী হুমিং কাপ্পগী মতাংদা নৈনথিবা, খুৱাই নোংচেলপাগী য়েক্লবা ওইরিবা, নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্থং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনি অসিমক ওইগনি। য়োইমায়াই সনা খোবাতোল হায়বনা নোংদালাইরেল পাখংবাবুনি অতুগা তাউহুইরেং অহনবা হায়বনা পুরৈরোম্বাবু হায়বনি। মসি নৈনম্রিবা অসিগী মতুং ইন্না, মশানা তাজবা ৱাফমনি।

ৱাফম অমস্থ লৈরি—

মথক্কী নৈনবদা—হুইমু লৈমানা নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্থং পুরৈরোম্বা ফাইবোক ওইনা পোকখি, হায়খে।

অতুগা "হুমিং কাপ্পা কৌবা, [ইউনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন্না কোংদোকপা] লাইরিক্তা হুইমু লৈমা সাকাপীনা কোরৌ অমদা মপারি মঙা পোকখি (মচা মঙা ফাইবোক পোকখি)। মচা মঙাতুগী মমুংদা অহুম শিথ্রগা অকোনবগী মচা অনি, তাউহুইরেং

অহনবা অমস্নুং য়োইমায়াই সনা খোমাতোল হিংখি উৎলি।

মরম অসি লৈবনা—"হুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্কা উৎলিবা, হুইমুলৈমানা কাই-বোক ওইনা তাউহুইরেং অহনপা অমস্নুং য়োইমায়াই সনা খোমতোল পোকখি হায়রিবা অসিমকনা. মথক্কী নৈনবদা উৎখি্রবা—হুমিৎ মচিল মনাও অনি, তাউহুইরেং অহনপা ১স্নুং য়োইমায়াই সনা খোমাতোল হায়রিবা অদু, নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্নুং পুরৈ-রোম্বা মচিল মনাও অনিবু হায়বনি হায়খি্রবা অদুমক, অমুক্কা হেন্না অচুম্বা ৱাকমনি হায়বা ময়েক শেংনা ইরাই লাইনা খঙ্‌হল্লি।

হায়বদি—মথক্কী নৈনবদা "হুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্কা, হুমিৎ মচিল মনাও অনি (য়োইমায়াই সনা খোমাতোল অমস্নু তাউহুইরেং অহনবা) হায়রিবদু, নোংদা-লাইরেল পাখংবা অমস্নুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাওবুনি উৎখরে। অদুগা মথাগী নৈনরিবা অসিদনা অপোকপী মমাগী মমিংস্নু চানারে. অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহল্লে। মরম অসিনা, হুমিৎ মচিল মনাও অনি হায়রিবা অসি নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্নুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিবুনি হায়বসি অচুম্বনি হায়বা ময়েক শেংনা, লাইনা খঙ্‌হল্লে, অসিনি।

## নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্নুং পুরৈরোম্বা অনিগী হৌরকফম লমদম—

নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্নুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগী অপোকপা মপা নোং-পোক নিংথৌ নোংমাইচীং (লংমাইচীং) দা পাল্লম্মী (লৈরম্মী)। ৱাকম অসি "চীং-লোল লাইহুই", লংমাইচীং চীংকোইরোম্নচিংবা লাইরিক কয়াদা হায়রবা ৱাকমনি। অদুগা মথোই অনিবু পোকখিবদা মমা হুইমুলৈমা, "হুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্ অসিদা "কোরৌ নোংমাইহনপী" হায়না শৈথারি। মরম অসিনা নোংদালাইরেল পাখংবা ১স্নুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগী হৌরকফম লমদম নোংমাইচীং (লংমাইচীং) হায়রিবা চীং অসিমক ওইগনি। হায়রিবা অসি মশানা তাবা ৱাকমনি।

**ৱারোল ১না—**

খুবাই নোংচেলপা (খুবাই নোংচেলপম পিপা),

থাপা কংলৈ লৈপাক মপা, মপাবুং লোল্লাং পাখংবগী হেক্ মথংদা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখিবা, মপাবুং লোল্লাং পাখংবনা পানবা মতমদম্বু, নিংথৌ মঙা পানম্মিরবগী মতুংদা নিংথৌরেল ওইদুনা নিংথৌ মরি মথা পোন্না থমখিবা, অসিগুম্বা নিংথৌরেলগী

মচা নিংথৌরেল অসিবু "মুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্তা মুমিং অনিগী ( পুরৈরোম্বা ১মুং নোংদালাইরেল পাথংবা অনিগী ) মীনাইগুম ইরি । লাইরিক অসিগী ইচেন্দা—

মপু অনিগী মনাই ওইবনা, মতু মচাশিংবু চিকোন নাওকোনবা ঙমদবদগী শাওরক্লুনা মপু অনিবু ( মুমিং অনিবু ) হাংনবা হোৎনরকপাগুম্মা উৎনবা হোৎনৈ । ময়াম্বা তাউ· ছইরেং অহনববু খুবাই নোংচেলপানা তেম্না কাপখ্রবদা য়োইমায়াই সনা খোমাতোম্না কিবদগী মোইরাংগী লোইরেল খুনপীলোক্তা লোৎতুনা লৈখি । মতুংদা-নিংথৌ পোংবা ১০না তন্ফা ( তমপা ) বাংঙমলোন থাবী লেংনাউ মোম্বীদা ( পাম্বোইবীদা ) য়োইমায়াই সনা খোমাতোনবু ( নোংদালাইরেল পাখংববু ) থেমগৎহলবদা য়োইমায়াই সনা খোমা-তোল থোরকখি । য়োইমায়াই সনা খোমাতোল ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) চুপসাখি । অমুম্না কোংদোক্লবা হোৎনখি ।

**মতাং অদি অমুম্না ইরি —**

"থাপী অনি চৈওম্না । মুমিং অনি লেংসিলননা প্যাল্লম্লৈ । খুবাই নোংচেলপম পিপাতি । তায়ম · মীকি মনাই ওইপানিকি । থবক সংচা নাইতারে । মপারি হাউতংখু ! মমোম হাউতংলালু লাংকোল ঙমতার-পাকি । য়োইপুনাই হাউমু সম্নামুও । নপাম বা নপাম খোঙখোং কারল বাপু । বা নিরুপাপু বা পীনরক্কে । মপল্ম বা সেল্লোই লংমাই বা । মতোল বারোই মৈকেল্তা । ময়াই কৌচেং চঙ্তাপা । লাংলেল লিবা তাংচুম বাপু বা নিরুপতি । বা পীনলক্লে । অউপপা লিকা ওই । অরোংপা তেল্কা ওইনা । কোরৌ মুমিং মঙাতা । লিসেম-তেলসেম । লিসা-তে-লসা লোইরপতা । কোরৌ মুমিং ৬নি সুরাপাতা । সেলতাং খরা পাল-তোংপাপু । পাতম্পাপু পাচুরে । কোরৌ মুমিং ৭নি সল্রপাতা । লম্ খুমু লমলৈমাপু । লাংলেল বাসা খলপৈথক্কী কাপথারে । কোরৌ মুমিং ৮ নি সল্রাপতা । পুল্লাং লুরোই খোংপল্ । পাতমপাপু পাচল্রে । কোরৌ মুমিং ৯ সল্রাপতা । মপুনাইকি চোম্নাং মানা সিপু । পাতম্পাপু পাচল্রে । কোরৌ মুমিং ১০ নি সল্রাপতা । লংসল্ খোংকা তিংপাপু । পাতমপাপু পাচুরে । কোরৌ মুমিং ১১ নি সল্রাপতা । বাহি-মুমু ! ককচেং খোইয়া পুম্নামাকি ।

মশিং লৌনা হুতৈ তেল সাএ । কোরৌ হুমিৎ অমাত্তি । মপু নাইপু । য়াবা ফম্‌ত্তিলতানা । মতোম য়াতাএ । অহিং ইন্নুং সোইয়াইমাতা । য়োইপৎ নাইও । নঙতি নাত্তা খুলপোইকুনো । সমচেৎ তোলনালতা । সুনা হা-উতৈ কাঙ, । লংচাক চিল,নাইমেল । লংলা মারোল থিকুনো । খোইমোম লাইপু নিংলম্‌ও । নসাতি ঐপি । ওকলেল লাপা লৌচংপা । লাইরেল লাপা লৌতাপপু লৈএ । হায়না মপুনাইপু । থেংনা কোইনা সংথিএ । থেংঙ্গা লম হুংসিও থোল,নায়ে । সিংঙোৎ নয়াহেপ । সাতু নয়াই খাই । পামেল উয়া য়েপনা । কাংফম য়াত্তা চিক্লা । তাউহুইরেং অহল,পাপু । ঙাইখম্‌খিএ । কৌপা চিঙ,নুংসোই । চিঙ,নুংসোই । চিঙ,থৈ লৈনাহুল, । সাতু কোল,লোই ঙাল্লাপতা । কাইরৈ চিঙ,সোং কাপিনা । চেক্লা মাথোং হাং থুরুক মালপল, হৌপালম । অবাং কোরৌ নোংনা নেম্পা । লাইচা ঈনা থোইপা । মালেম লৈনা থোইপা লমপু হুলখৎলক্লে । নিংথৌ খাকি নাহা সাফাবানা । সনা হংচৈ হাইপা লমপু । হুলখৎলক্লপবা । সোইথক্ লুখমঙ্গৈ । সনা মপ্পাল সাপা লুপা মহৈ য়াল্পা লমপু হুল,খৎলক্লে । চাকা রাচা পোলচেম্পা মখুলোম্ম । নোংয়াই অতে নারলচা । মারেপ য়াংলৈ তাউপা হুইনা হেলপা । খোক্লাং মচিল লম তেল,মেল মসোল লমপু সোলখৎলক্লে । লৈহৌমপাৎ কাউরেল সল খোংখুলপু । লৈনা কংসি-ল্লক্লাপনা । খুবাই নোংচেলপম্ম পিপাত্তি । লেন্নুং হিকাপ য়াইকাপ লিপৎ । লিরি খেলচোংতং । লাকা তেলমৈ চপ । তলপা মখা চিক কপ্পাক সেং-চৌন্না । সায়েং প্পালকা ত্তিংনা । তেল থারাপাকি । তাউহুইরেং অহ-লপাকি । সামু ময়াংলেল,ত্রা । খোইমা লাংমৈ থেৎকুম চৈপিরে । নাউবা খোইচু তেলনা বাইরা নম্‌কাপনখিপত্তি । লাংকোই থান্নুং খিৎলে । তাউহুইরেং অহলপাত্তি । ত্রাই তারৈ তালকএ । মৈ পাংও থোলনাএ । খোইমোম লাইনা তৌপ্পাকুম তারকএ । লাইপাত্তা লমহুংসিও থোলনাএ । খোইমোম লাইপৎ তাংচা ইকাইপাক্লি । কোরৌ নোংলম পাইখৎখি ।

বাংপল অখোলনাএ । লাংকোই মখুনেৎতি । হাউরৈ খানা পাংনা পাই-থাগিএ । খোংচোল লমন্নংসিও থোলনাও । সায়ি লৈতা তাপানা : পামেল উতা পক্লৌপাতি । পামেল সায়ি লৈ । চকমোম খামপি মৈখাঙ, লৈপ, ওইখি । লাংকোই মখু নেৎতি । মরিং খুলপিলোক । পালপা কৈরেল লোকতা লুতুরে । মরিং অমোখোই কাইপা । কাইপা চিলকাই-পানা । হাল্না মিৎকোই সালফোংলুই । মরিং হাউমু লাপানা লৎপাইএ । হাউমুনা লৎপ, । হাউতোলনা লালচাইএ । হাউতোলচানা নিংখম লাল চাইএ । হাউখোকসাংনা সৌপোল য়াইরেল থাং । হেম্পা কৈখা মাঙ্তা থাঙচি মিতম লেল, । সংকাই মখোক চেং । সাকু বালোংথল । বালেল নিংকোই থৌনা । সারেল সা চানারে হাইতাপারা । খুবাই নোংচেলপম পিপা য়েকমা হাউতংলা । নমু পোংঙা লাচা অতলপাতি । সেললোই নাক-পক্মাকি সায়ি লৈতাপাপ, ইলনা । মরিং খুলপি মচিঙ, খংনাতপাপ, ইলতাললক্লে । মরিং হাউসি পলথোংথৈপিতা পাউহংখিয়ে । নয়ুম মরিংনা সানৈপা অসিপ, । বাইরা ঐকি তেলপাল সানে : হায়না পাঙমেল-পাপ, । ইনোংয়াই খাপা তেলহৈপাও । য়াংলি য়াংথাসা । নুংপি সানল সানে হায়বা পাউখুম পাপ, । ইপেল হনু মাগৈ কাপিও । নফমলেল অবাং-পাপ, । লোইপি চিঙ্ঙম্ কাকুম্নাবি । তরা খুপল্ল হুপপাপ, । তেকপি খাচম চাপি চাকহপনরাপি । নঙনা সারেল সাতুন মাতাকি । মাই মৈচিল ওনপানো । কোরৌ অখাকপা বাংপল অরাউপাপ, । সোংকিতরপারা ।

হৌরেল সারেল সায়েলপানা সা থৎতারপাকি । ইনোংয়াই খাপা তেলহৈপাও । বাইরা নংকি তেলপাল সানে । খুবাই নোংচেলপম পিপাতি লোইপি চিঙতাকা । বাইরা ইতেল চাকা তাঙচা লৎরেলতোলপ, হলবা-ইগিও । হায়না বাহমপাপ, লাংকোই তাঙচা লৎরেলতোলসুঙ । বাইরা নাতেল্চাসুঙ, হলবাই ঙমলোই হাইরপাকি । খুবাই নোংচেলপম পিপাসুঙ হলবাইলক্লে ।

পোইরৈ মসল লৌকুমতা । অমমসিফা নিক্লে । লৈমা পোংপা তরামা । নিংথৌ পোংপা তরামানা । য়োইমায়াই মারা মখোংথুল থিরব্পাতা । হাইনু লৌকুমপিনা । হাইচেল লৌতাপিতা বাইমখিএ । লমলেল খুল-পিখাই লম্লাই লোক্তা । লোকলেল মঙাল নাইপা অসিপু । করি মৈনো । ইতা-ও । করি লম্পু-তুপু মৈপু নংতে । য়োইমায়াই সনা খোমাতোলনে হাইরপাকি । য়োইমায়াইপু পাউথেম্মাপা । চকপা লমলাং মাইপি । সঙথি মঙলাং চুমপি । মংপোৎ চাতং য়ালপি । চকপা সেকবাই তাপিপু থৌনে-ক্লুই । ফৈরোই মঙতালুক্তা । চমলৌ খোপচলয়ৈ । চেংঙৌ ফাহাপনা সিং অনি লাকা য়োম । তরেং সেলতি ময়ি নাই । নোইনু থমতি কাকুপনা । ফিমু লৈরুম খুম্না । থোমলেল মঙচঙখিএ । য়োইমায়াই নঙপু খেলকারসে । চকপা লম্নাং মাইপিও । নাউবা খোইচু তেলপু সোংকিয়ে । হায়না বাহুম্-পাকি । খোমলেল মঙফাউসক্লে । নিংথৌ পোংপা তরামা-ও । য়োই-মায়াইপু পাউথেমপাপু পাউয়াতে । হায়রপাকি ।

কোরৌ নিংথৌ মাইপিহলপিপু থৌনেকখিএ । য়েলপা খুরৌ সৌনা । মাপল লাইরেল তাউরোইনাইপু । প্রুম্নপাকা । য়োইমায়াই নঙপু । খে-লকারসে হায়রাপতা । থাপি ময়াথংপু । মাই লৌকন ঙমতানা । থাপি খেলকালক্লে । মারাক মাকারক্লে । কাইরৈ য়েলখোং অমরক্লা । চিঙখে লৈনা হুললক্লে । য়োইমায়াই খেলকালক অঙাল খেলচোলক্লপাকি । লোইপি চিঙপু লোইপাসিংনা । লেংনা কাইনা ঙাইংমমই । হাউরেং কাইপা চিঙও । থোনায়ে । চৈপনা পৈনা প্রুম ঙমএ । প্রুম তাইপিলোকও থোলনাএ । থাপি খেলকালপাকি । অমমসিকা কোক্লে । মীসল লৌকু-মলে । পোলপি চাকতালে । হায়তাপারা । নিংথৌ পোংপা তরা মানা । য়োইমায়াই অসিপু থাপি মমাই মরক্রে । মুমিৎ মমাই তাইলক্লে । থাপি মচপ্সাপু সাথোকসে হায়পাকিতমক । নোংতালাইরেল পাথংপাকি মমা-ইপা । কোনতে নাকথং মাইতি য়েৎপা ফম । খুয়োল মমাইপানা ওইতা

কমনা য়োইমায়াইপু প্রুম ঈ সালতেংখিএ । চিঙয়াই সালতেং ঈ । কেকে লাই খুরোম্মপি খুরাল ঈ । মোইরাং লাইসল থালপি থাল্লৌ ঈ । করেক অনি কোকসোক ঈ । নালতা অনি চৈচিং ঈ । চেক্লা পোল্পি থিক্কিরি অমুপিনা । খুফাং লৈচেঙ্ ফান্না হোংনা । লাইচা ঈথং-খোং । নোংয়াই হৈচ্পি হৈচ্পা ফানা ঈ! মমাই অবাং লাইনা পাংনা চেলথৎঈ । কাইরৈপা য়েল্লম । য়েলপং ফাইপং পুংফাই তোল্য়াম । লৌহিং নাহক সিতা নাতা । খোকমনা তাই-রেল খুৎতা পাইনা । লাইচা ঈরিকলাই সেংথোইপানা । সালতেংলপাকি থাপিকুম মসোং চাউরে । হায়পাকি মোংসোং মাউপিলোকও থোল্নায়ে । ”

শম্না হায়রবদা—“পুমিৎ কাপ্পা” হায়রিবা লাইরিক অসি মৈহৌরোল ( ইতিহাস ) দদি য়াম্না শাথিনা কায়রবা, নোংদালাইরেল পাথৎবগীদা য়েংতুনা ইবা লাইরিক্কি ।

## য়োইময়াই সনাখোমতোন ( নোংদালাইরেল পাথৎবা ) না লোংতুনা লৈরম্বা মফম :—

মথক্কী ইরিবা “পুমিৎ কাপপা” গী মতাং অসিদনা য়োইমায়াই সনা খোমাতোন্না লোংতুনা লৈরম্বা মফম অসি—“লম্লেল খুলপিথাই লম্লাই লোক” হাইনা ইরি ।

অতুগা অরেংবা—ওইনাম ভোগেশ্বর হায়না থাবা “পুমিৎ কাপপা” কৌবা অক্ষোংবা লাইরিক অমদমা—য়োইমায়াই সনা খোমাতোন্না লোং-তুনা লৈরম্বা মফম অসি—“লোইরেন খুনপী লোক” হায়না ইরি ।

নৈনবা—

মথক্তা পনুথিবা ( হায়থিবা )—লমলেল খুলপিথাই লম্লাই লোক হায়রিবা অসি—লোইরেল খুলপিলোক হায়রিবা অসিবুনি, অসিমক্তিং মতুংগী ইচেন্দা চপ মান্নে। মরমদি—“থিরেল মৈরমলিবা” কৌবা লাইরিক্তা মথাগী ৱাফম অসি ইরি—

‘ লোমলে লাইরেল কৌএ । মখুল অতুদগী তাইবং থাবাই পান্নবা খৈবিকপু পি-থোক্নে হায়বগী খুলপিলোক কৌএ ।” ৱাফম অসি “লোইরেল খুলপিলোক” কী ৱাহ-ঙ্খোর্কনি ।

অতুগা অমরোমদনা—

শম্না হায়রবদা, তাইবং থবাইপানবা মথং-মথং থোরক্লগা থুম্লিংলিবনি । মথং · মথং থাইদোকথ্রগা থুল কম্না ওইখি্রবনি । বাকম অসিবুনি "থুলপিথাই" হায়রিবা অসি । „লম্নাইলোক" হায়বদি—তাইবংনা লমদা থোরকপগী থোঙ্ ওইববু হায়বনি । ইঙ্গংলোনগী বানি । মরম অসি লৈবনা—

"লোইরেল থুলপিলোক" হায়রিবা অসিগা, "লমলেল থুলপিথাই লম্নাই লোক" হায়রিবা অসিগা বাকম অমতনি; হেন্দোক থোকদোক নাইনা মমিং অনি থোক্না পীরম্বনি, হায়বা অসি থঙ্হল্লি । অসিমক ওইবনা "মুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাইরিক থরদা—য়োইমায়াই সনা খোমাতোল ( নোংদালাইরেল পাথংবা ) না লোংলম্বা মকম অসি, লাইরিক অমদনা "লোইরেল থুপিলোক" হায়না হরিগা, অতুগা অমদনা "লমলেল থুলপিথাই লম্নাইলোক হায়না ইরম্মী । [ য়েংগদবা – "লোইরেল থুলপিলোক" কী বাহংম্বোক অনি লৈ । অতুবু মতাং অসিগীদি হল্লিবা বাহম্বোক অসিনা চানবনি । ]

বাকম ১না—

"লোইরেল থুলপিলোক" কৌবা মকম থরা য়াম্মী । অতুবু য়োইমায়াই সনা খোমাতোল ( নোংদা লাইরেল পাথংবা ) না লোংতুনা লৈরম্বা "লোইরেল থুলপিলোক" তি মোইরাংদা লৈবা লোইরেল থুলপিলোক অতুমক্তি হায়বা "মোংসাবা লাইহুই" কৌবা লাইরিক্তা উৎলি । বারোলদি:—

"কেগে লৈ তরেৎ য়াংতৈথা মোইরাং য়াংখোংচাম্বা থুলফমলেন সম্বোং মোরিবালম, সম্বোং পুনেম্বা মাচঙলেল, সম্বোং বাখাই চেংখাইচেং অহলবা মচিঙলেল, লোইরেল থুলপিলোক, লোইরেল সনাপুং পুরুম তাইপিলোক, য়োইমায়াই তাউদনবা, তাউরোইনাই অঙানবা সনা খোমাতোলগা, তাউহুইরেং অহলবাগা নখোয় অনিমক, থবাই নোংচেলপম, পিপা থাপা ফালতোংপাবু সোংকিববু, সোংকি বাকি, মাসেম লৈখারোল লোইরেল থুলপি লোক্তা সানথপ নোংদা, য়োইবু বাঙমলোল পাম্বোইবি সকলেল, মঙাল নাইপ, চেংলৌ মিংপু ঙকপি, চিংথৈ লৈমা পালতমকুম, কুপফেৎতাকুপ্লকপদা পোক খোয়বা য়াসহৌবি, মৈরা ফানিক্লা, য়িরিক কানকনাবি

লিলতু অচংবা থাংনপনা, থারো মাইথা থানবি, কোরো নোংমাই হলবি, মালেম লৈমাই হলপি, লাকশাবনা লাক মঙাশা, গোপশাবনা থোপ মঙাশা, কাইরৈ অঙৌবাবু শামু নাক্কা য়েপনা, য়োইমায়াই অঙানতবু পাউথেন্নমই ॥

মথক্কী ৱাক্ষম অসিনা খঙহল্লিবদি—

য়োইমায়াই সনা খোমাতোল ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) না লোংতুনা লৈরম্বা মফম অসি মোইরাংগী লোইরেল থুলপিলোক্তনি, খঙ্হলবগা লোইননা - য়োইমায়াই সনা খোমাতোল ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) না লোংপা মতম অতুদা ময়াম্বা তাউহুইরেং অহলবা ( পুরৈরোম্বা ) শু মনাওগা লোইননা লোংমিন্নতুনা লৈরমই হায়বা অসিমসু খঙ্হল্লি ।

## নুমিং কাপ্পা মফম ( কংলৈগী নিংথৌ খ্বাইনোংচেলবনা পুরৈরোম্ববু তেন্না কাপথিবা মফম ), লালফম—

' নুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক্কি মতুং ইন্না, খুবাই নোংচেলবনা নুমিং তাউহুইরেং অহলববু ( পুরৈরোম্ববু ) লংমাইচীংদা কাপখি উংলি । মরোলদি মথাগী অসি ইরি—

"ইনুং কৌবা শোইরক্লবদা খ্বাই ( খুবাই ) নোংচেলবম নাইচা য়েকমা হাওদং লানা লীরুং খক্তা শু তেম্বোং নমদা পোনা মরান থৌচংখিএ । শেল্লোই চীংশামা লংমাই নাপোম্মাদা শানথপখিএ । য়োইমায়াই মশাবি তাওহুইরেং অহনবদি লৈমুরাবা মশোংচাও, লৈহৌলাবা মঙান নাইনা খিং খিং খেনকারক্লবা কোংয়াং ৱাতোন লোমকুমলক্কে তৌকুমলক্লবদা খ্বাই নোংচেলবম নাইচা য়েকমা হাওদংলানা লিরি থমোইতিং লকা তেনমৈ লাক্লা পান্দম্বব য়োইমায়াই মশাবি তাউহুইরেং অহনবদি য়োইয়েল্লে ।।" অসিনি ।
["খুনুং লিচং শাজং" তা য়াওবা, "নুমিং কাপ্পা" দগী ]

অদুগা লয়হৌ নোংহৌ, সাকোক ৱাকোক অমসুং য়াংবী থিরেল অপিশক অমসুং থিরেল য়াংবী লাইরিক মরিমক্তানা কংলাদা কাপখি উংলি । লাইরিকশিংশিগী মতাং অসিদা ইচেনসু অমতনি । "লয়হৌ নোংহৌ" দা—মথাগী ৱারোল অসি ইরি—

"খুবাই নোংচেলবম পীবানা তাউহুইরেংবু কাপপজি কুচন্দা কাপএ । তাউহুইরেংনা থোক্পদি য়াউরৈবিদা থোকএ ।"

অসুম্না লাইরিক মরিমক্তা—খুৱাই নোংচেল্বনা তাউহুইরেং অহনববু কংলা মমুংদা কাপথি উংলি ।

অতুগা "মুঙ্লোল থম্বাল", "মুঙ্লোল" নচিংবা মুঙ্লোলগী মরমদা ইবা লাই-রিকশিংদসু খুৱাই নোংচেলবনা তাউহুইরেং অহলববু কংলাদা কাপথি উংলি ।

"মুঙ্লোল থম্বাল" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী ৱারোল অসি ইরি—

কুচু তুরেল মপালগী তুথুপ অতুদি থাবানা ( খুৱাই নোংচেলবনা ) মুমিং কাপক-মনে ।। খুতুপ অহুমলুনা মুঙ্ অমা লৈবনে ।।"

অসুম্না "মুঙলোন" মুঙগী মরমদা ইরিবা লাইরিক অয়াম্বদা—খুৱাই নোংচেলবনা তাউহুইরেং অহলবু কংলা মমুংদা কাপথি উংলি ।

নৈনবা—

মুমিং কাপ্পা মফম অনি—অমনা লংমাই চীংদা, অমনা কংলাদা কাপথি পীরিবা, অনি অসিগী মমুংদা অকোনবগী কংলাদা কাপথি উংলিবা অসিনা অচুম্বা ওইগনি । মরমদি—"মুমিং কাপ্পা" হায়রিবা লাইরিক অসি কংলৈগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেল্বগা নোংদালাইরেল অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগা শোক্লপিবা লালগী মরমদা ইবনি । ( মথক্তা নৈনখে )

কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেলবা হায়রিবা নিংথৌ অসি, মপাবুং লো-ল্লাং পাখংবা নিংথৌগী হেক মথংদা পানখিবা নিংথৌনিং অতুবু "মুমিং কাপ্পা" হাবরিবা লাইরিক অসিদদি মুমিং অনিগী ( নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা হগী ) মিনাইগুম্না ইরি ।

অসিগুম্বা "মুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক অসি ইখ্রাবা মতুংদা—লাইরিক অসি ( "মুমিং কাপ্পা" কৌবা লাইরিক অসি ) উররগা, পাররগা, তুংগী মীরোলশিংনা অশেংবা তাংদাঙবা মুমিং কাপকম হারবদি—খুৱাই নোংচেলবনা তাউহুইরেং অহলববু (পুরৈরোম্ববু) তেন্না কাপখিবা মফম, লাল শোক্লখিবা মফম, তশেংবা অতু খঙনবা, অচুম্বা ৱারি লিখুন থিরকপদা থরদা ওইরবসু মতেং ওইনবা, মথকতা পানখিবা লাইরিকশিং অসিদা—মুমিং কাপফম হায়বদি-কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেলবননা পুরৈরোম্ববু তেন্না কাপখিবা মফম, লালফম অতু ইম্ফাল কংলা ময়োল মফমদনি হায়বা অসি উংলমনি ওইগনি, অসিনি । মসি মশানা ভাবা ৱাকমনি ।

ৱাকম ১না—

শোক্লখিবা লাল অসিনা ইম্ফালগী থংলা মনুংদা শোক্লখিবা ওইরবনিনা, অসিগুম্বা লাল অসি কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেলবগী মথকতা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা লান্দারকখিবনি হায়বা অসিমক্তু থঙহল্লি। মসি মশানা তাধা ৱাকমনি।"

লালক্কম অসিদা—মতিক চাওবা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেল্বগা, অঙোম নিংথৌ পুরৈরোম্বগা অনিগী অকন্বা লাল্কমদা পুরৈরোম্বনা চেনবদগী খুৱাই নোংচেলবনা পুরৈরোম্বগা ময়াংলেন্দা তেন্না কাপখিখি। খুদমদি—মথক্কী "হুমিং কাপ্পা" ইথিবা অতুগী মতাং নমদা পল্লিবা—

"খুৱাই নোংচেল্পম পিপাতি ॥ লৈনুং হিকাপ য়াইকাপ লিপু ॥ লিরি খেনচোংভিং ॥ লাকা তেলচৈ চপ ॥ তল্পা মখাচিক কপ্লাক সেংচৌনা ॥ সায়েং পাল্কা তিংনা ॥ তেল্ থারাপাকি ॥ তাউহুইরেং অহল্পাকি ( পুরৈরোম্বগী ) ॥ সামু ময়াংলেলতা ॥ খোইমা লাংমৈ থেংকুম চৈপিরে ॥"

হায়রিবা অসিনি। চেনখিবা ওইবনা ময়াংলেম্মদা পানবনি।

মরু ওইনা লালক্কম অসিদা—খুৱাই নোংচেলবনা মহাক্কী মপাতোল ওইরিবা নোংদালাইরেল পাখংববু লাল্দা মাইথিবা পীবদা নংতনা, মপাতোল নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং অপোকপি মমা লাইসনা অনিবু য়াম্না তনখিবা মওংদা ওৎনৈবা, মখোইগী মপা মপু চেঙ্গনবা ওইবা, শিবগা মান্নবা চোপ্পা নংবা কংহনখি। অসিনা মরম ওইদুনা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লাইসনা অনিমক চংনা ( শিদ্রিঙৈনা ) চুপসা মোইথেংথি মসিগী খুদমদি

"হুমিং কাপ্পা কৌবা লাইরিকতা—হুমিং সনা খোমাতোমবু ( নোংদালাইরেল পাখংববু ) চুপসা মোইথেনখি হায়রিবা অতুমক্তি।

মতাং অসি য়াম্না মপুং ফানা "পাখংপা চুপসা" কৌবা লাইরিকতা মখাগী ৱাকম অসি ইরি—

"লাইহলনোং হায়িঙৈ ॥ তুপ্পিয়োই নোংতা নোংতালাইরেল পাখংপকা ॥

মাক্লমপী লা ই স রা ( লাইসনা ) কা অনিমানা ।। লোইরেল লোক খুলপি লোক্লা ।। থাগোইনা নুমোইনা ।। মপায়োল মপুয়োল ।। পা-য়োৎনা পা-সাইনা নাপাপু থোক্লাপাকি ।। ইয়েং পোইরে চাতোলতা হৌনা তানাপাপু ।। মাচুপ সাপু সাথোকখিত্র ।।"

অসুম তৌনা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লাইসনা অনিমক মপা মপু চংবা ওইবা থৌদোক থোক্লুবগী চুপ শাখি উৎলিবা অসিনি । নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লাইসনা অনিনা মমাই খুরুম্নিবা অসি খুরাই নোংচেলবগী মখুৎতনি । "নুমিৎ কাপ্পা" হায়না ইরিবা, লাল্ফম অদুদা থোক্খিবনি ।

য়েংগদবা—

ওল্লিভৈ মতমদদি কনাগুম্বা মীওই অমনা শিবগা মান্নবা চোপ্পা-নংবা তৌরবদি—মাদুগুম্বা কত্তবা থৌদোক অদু মাগী মচা মশু, সাগৈ-নাভৈদা অমুক তেকশিন—হৃক্লিন্দ-নবনি হায়দুনা অথঙ্বা অমাইববু চুপসা মোইথেম তৌহল্লম্মি ।

অদুগা কনাগুম্বা মীওই অমা মীশি চাদনা শিরবা, হায়বদি—ঈশিংদা তাদুনা শিবা, চাওনা ফৈন্দ শিবা, উদা-বাদা তাদুনা শিবা, থৌরি য়ান্দুনা শিবা, গাড়িনা তক্লুনা শিবা অসিনচিংবা, অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদা শিরবদি—মাদুগুম্বা কত্তবা থৌদোক অদু মাগী মচা মশু, সাগৈ-নাভৈদা অমুক তেকশিন-হৃক্লিন্দনবা হায়দুনা অথঙ্বা অহৈবা অমাইববু চুপসা মোইথেম তৌহন্নে । মসি ওল্লিভৈ মতমদগী হৌজিক ফাওবা মৈত্রাবাক অসিদা চৎনরি । [ চুপ সারোল ]

বারোল ১না—

নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লৈসনা অনিনা চুপসাখিবগী, মথক্কী বাকম অসিদগী নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা অনিনা মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোক্লা লোৎপা মতমদা লাইসনাম্বু য়াওনা লোংমিন্নরবনি হায়বা খঙহল্লি ।

থোকখিবা থমোই কায়বা থৌদোকশিং অসিদগী, মতুংদা নোংদালাইরেল পাখংবনা, কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুরাই নোংচেলববু অক্নোনবগী লান্দা হাত্তুনা, নোংদালাইরেল পাখংবা মশামক্লা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইরবদা, থোকখিবশিং নিঙশিংলুবদা পেন্দবদগী, ১দি ইকাইবদগী, অচুম্বা বারি লিখুল অদু মুংখিনবা, তুংগী মীরোলশিংনা খঙ-দনবা কন্না হোৎনখি । মহাক্কী য়েংনা ইরবা, মশাগী কনবদা হায়রবা অরানবা লাইরিক

কয়ামরুম পুখোকখি । মসিগী খুদমদি :- "চাদ-লাইহুই" কৌবা লাইরিক্তা মখাগী ৱাকম অসি ইরি—

"খাবা নোংজেংথক অশৈ তেরান হৈতাবাই, খোয়বী নানম্ ননবাই, হৈচেং লোইনাই নচা কমবাই, তাংলম লোইনাই নয়ু শিনবাই, মচেঙ্ কাইরৈন্নু মানবনা শরেন শাশিন বাই, লেমলৈ ঙানা কোরৌ নোংবু পাংনা য়েংলমএ, অদু নোংগীবু ঙমু পালংমৈ-ও তৌনা কোএ।"

বাহন্থোক—

"খাবা নোংচেংথক অশৈ তেরান হৈতাবাই"—

খাবা নোংজেংবগী (খুবাই নোংচেলবগী) মথক্তা (মরমদা)- মহাক্কী বারি লিখুন অশেংবা পুখোকপা অধিংবা লৈখিবনা শৈথাবা হৈতবা ওইরবা, "খোয়বী নানমননম্বাই"—চুম্দবা বারি লিথন কয়া মথং মথং পুখোকপা ওইথ্রবা,

"হৈচেং লোইনাই নচা কমবাই" - হৈশিংনা খরদং মওং অমা তানা, অচুম্বা বারি লিখুন পুখোক্লুবদা নচা (মচা) হাংপা ওইবা,

"তাংলম লোইনাই নয়ু শিনবাই"— বারি লিখন অদুগী তাংকক অমতং পুখোক্লুবদা, নবুধোগী (মবুধোগী, মপা-মপুগী) মশিন্দা অকাহবা অশোকপা ওইবা,

"মচেঙ্, কাইরৈন্নু মানবনা শরেন শাশিন বাই"—

য়েলবী মাল্লবা (য়েলবীগী মতৌ লোরবা)। অচুম্বা বারি লিখুন পুখোক্লুবা মীওই অদুনা লাইদা কংনবা শারেল শাগী মহুৎশিনবা শা ওইবা,

"লেমলৈ ঙানা কোরৌ নোংবু পাংনা য়েংলমএ"—

লেমলৈ ঙানা মশা হিংনবা ঈশিং লৈত্রবদা কোরৌ থক্তা পাইবা নোংবু য়েংবগুম অদুগুম্বা মীওই অদুনা মহাক্কী মশা কমবা পাম্বৈ থিবদস্লু থোক্লমএ;

"অদু নোংগীবু ঙমু পালং মৈ-ও তৌনা কোএ"—

অদু নোংগীবু অদুগুম্বা ঙমুগা (লেমলৈ ঙাগা) পাংথক ওইরবা, লংলবা (শাথিরবা) অরাবা মৈচাক ফংলবা মী হায়না কোএ (খঙ্ডি, খঙ্নরম্মী)।

অসুম তৌনা খুবাই নোংচেলপগী পুন্সিদা থোকখিবা বারি লিখন অচুম্বা পুখোকপা য়াথিদবা, অমরোমদা অরানবা বারি শিংগুন কয়া শেমজিনখিদনা, হায়রদি—অরানবা

লাইরিক কয়া পুথোমখিবনা, হৌজিক-হৌজিক্তা অচুম্বা বারি লিখুন থিবদা বানরিবনি ।

শম্লপনা হায়বরদা—"মুমিৎ কাপ্পা" হায়রিবা লাইরিক অসিস্তু লোল্লাং পাখংবনা মচাম্নুপা খুবাই নোংচেলবগী মখুংতা লৈখিত্রবদা, লোল্লাং পাখংবগী ভালোয় লাইসনানা নোংপোককি মচা হুইমুলৈমনা পোকপা নোংদালাইরেল পাখংবদা ওংখিবা ( মযুম পানখিবা ), মতুংদা নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ লাইসনানা পোকুম্বা খুবাই নোংচেলবগী মথকতা, কংলৈগী ক্বাল ( নিংথৌ খুভম ) মুম্লনবা লাল শিংনরুবদা ( লাল্দারুবদা ), কংলৈগী নিংথৌ খুবাই নোংচেলবনা ( খাপা কংলৈ লৈপাক মপানা )—নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং পুরৈরোম্বা অনিবু লান্দা মাইথিবা পিখিবা, মরু ওইনা খুবাই নোংচেলবনা মপাতোল নোংদালাইরেল পাখংবা অমদি অপোকপি মমা লাইসনাবু য়াম্না তমখিবা মওংদা ওৎ নৈখিবা, থমোই কায়বা থৌদোক কয়া মরুম থোকহনখিবা, মতুংদা নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং মহাক্কী খোংলোই খরা চহি কয়া চুপনা মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোক্তা লোংতুনা লৈখিবা,

মতুংদা নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তু পুরৈরোম্ব মচিল মনাও অনিনা অমুক হন্না খুবাই নোংচেলবগী মথক্তা লান্দারকুনা কংলৈগী নিংথৌ খুবাই নোংচেলববু হাংলগা, কোন্না চক চংলকপা মতমদা নোংদালাইরেল পাখাবনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইরবদা, মাঙলমচংতা খুবাই নোংচেলবগী মখুংতা মাইথিথিবা-থোকখিবা থৌদোকশিং শিংশিংলুবদা পেন্দবদগী অমদি ইকাইবদগী, অচুম্বা অশেংবা ওইবা বারি লিখুলশিং অদু তুংগী মীরোলশিংনা খঙদনবা, মুংথংনবা কন্না হোৎনখিবা, লোইননা মশাগী য়েংনা ইরবা, মশাগী কনবদা হায়রবা, অরানবা লাইরিক কয়ামরুম পুথোকখিবা মাদুগী মতুংদা "মুমিৎ কাপ্পা" হায়বা লাইরিক অসিস্তু অমনি ।

বাফম ১না—

খুবাই নোংচেলবগা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিগা লাল্ শোক্লখিবগী মতাং অদু খরা শেমদোক শেমশিল তৌনা, নোংদালাইরেল পাখংবগী য়েংনা "মুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাইরিক অমা ইখিবগুম; থৌদোক অদুমক "চকপা খুন্তাখুম্বোক" কৌবা লাইরিকতস্তু নোংদালাইরেল পাখংবগী ক্বানবা মওংদা শেমদোক্তুনা মখাগী বারোল অসি ইরি –

"কোন্নচক কৌপা চুক অসিতা পানপা নিংথৌতি মুমিৎকী মখোয়তকী কুম্নকতুনা মিংপু পাখংপা ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) কৌনাতি নিংথৌ ওইরুরে ।

পাখংপা কৌপা সাইক্কী নিংথৌ অসিগী মঙাল মশা চাওথোইপাকী মৈ অৱাপা কুমপা অতুপু উরতুনা মমাংঙৈতা পাল্লমপা নিংথৌশিংতো পাখংপা কৌপা নিংথৌ অসিকী মমাংতা খাংবা ঙমতরে । নিংথৌ ওইরম্প্া মাখোই অতুপু সরারেন অহুম্মা কৌএ । সরারেল অহুম্মা অতুনা কোইনা চাইথোক-থিরে হায়পাকিপু চাইপীখুম্স্তা পুংও হায়না কৌএ ।। ০ ।। অসিগী মতুংতা লাইয়িংথৌ পাখংপানা ফম্‌পান তোংতুনা খোইমোম লাইন: শাপী লাইস-নাকা পানমানাএ । লাইসনাকা তুওই-ৱাওইপা তম্পা হৌএ ।। নোংথিন্তি লোইরেলতা লাই ওইতুনা লাইকী খৌ তৌরুইএ । অসুম তৌনা কুমশিং য়ায়া পাল্লপতা অসিকী মতুংতা খাপা নোংচেল্‌পাকা ৱারোংনতুনা লাল্‌ শোক্লপাপু খাপানা ঙম্নতুনা খাপানা নিংথৌ ওইনা পাল্লে ।।০।। লাইয়িংথৌ পাখংপতি মোইরাংকী লোইরেম্তা থৈরে । চহি কুমশিং য়ায়া লাইকি চহৈ-তা ১০০ (চামা) স্থনা পাল্লিঙৈতা পাখংপানা মোইরাংকী লোইরেলতা হাথরমপা ঈতি মুংয়াং চাওপকা তাঙ্‌কারুম লুময়িপাকা অনিমা হাথরম্মে । অতুকীতমক মোইরাংপু লোইরেল সনাপুংও খাপাতি অসিকীনে ।।০।।

অসাইকী লাইয়িংথৌ পাখংপানা পোকপা মুংয়াংচাওপানা সরারেনগী মচা অতো-নপী কোরৌ অখোং নিংঙোল চনু ৱাংপন অরাই লৈমাপু পান্নএ ।

অসিকী মতুংতা লাইয়িংখৌ পাখংপানা চহৈ কুমশিং চামা সুরাপাতা চুক কুমসিং হেনক্দবা মতাং খোকলক্লবগী তাউরোইনাইকী চিরেল লাংয়েল থকতা তোংনা পোইরে সনা পুংতা অমরক খুনবারকএ । লাই পাখং তয়েংমকসু লাই মুরা তরেংমাসু তিল্লুপ লাইনুপ পুমনামানা লাইগী ইসৈ মুংসিংবা শকুলকতুনা পাখংপাতি মোইরাংকি লোইরেল সনা পুংতকি লমহৌরকতুনা লাংসং সঙ্‌লাং চানতবু ৱাইথুংলরে । অতুকা লাইয়িংথৌ পাখংপাকা লাইসনাকা অনিমকতি তুপি ফম্‌মোইমিং ফমলে । লাইরেল ফোল্লাংমৈ তোংলে ।

খাপা নোংচেল্‌পাপুতি কে কে মোইরাং চাওপা মেল্লৈপা সাপোন সানৌপানা লিরি থম্মোই ন্তিং লকা তেনমৈ লাক্সা ৱাইরা তেঙ্গা অমদা নোং-মনহল্লে । খাপা লৈখোঙ্‌ কাইল্লেং য়াংপা মখৈ ফংনা তুমহল্লপতা খাপা

মরুপ অমতি অঙৌপা পুরৈলোমপাতা চেনচিনখিরে । খাপা মরুপ অমতি তাংখুন মচিপাপু ওইখিরে । খাপা মরুপ অমতি নোংচুপলম চেনখিতুনা কপুই মুংনাং ওইখিরে । খাপা মচেৎ অমতি মখারমক্তা চেনখিতুনা মাহৌ লোনতাই ওইখিরে । খাপা মচেৎ অমতি অৱাং লমতা চেনখিপাতা কৌ-পারু লাইখাতা খাপা উন্‌লেল ওইখিরে । খাপা নোংভান্‌পাতি লাইয়িং-থৌকী ফানখোংতা চেনচিনতুনা কনপিরে ।।০।।

অসিকী মতুংতা লাইয়িংথৌ পাখংপানা চহি কুমসিং ১২০০ পাল্লে ।।"

মতাং অসিদা পল্লিবা পাগংবা অসি নোংদালাইরেল পাখংবনি । ইরিবা ৱারি লিখুন অসিসু খরা থৈদোক থৈজিন তৌনা ইবনি । হায়বদি—মথক্কী নৈনবদা কংলৈগী নিংথৌ লোল্লাং পাখংববু মচা মুপা লাইসনানা পোকপা খুৱাই নোংচেলবনা হাংলগা কংলৈগী নিংথৌ ওইখি । মতুংদা—নোংদালাইরেল পাখংবনা খুৱাই নোংচেল্‌বগী মমা লাইসনা(লোল্লাং পাখংবগী মুপী) লৌখিবগা লোইননা, ময়াম্বা পুরৈরোম্বা য়াওনা, কংলৈগী কম্বাল, নিংথৌ খুভম মুন্নবা, খুৱাই নোংচেলবগী মথক্তা লান্দাখি । লাল অসিদা মাইথিবদগী নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরৈরোম্বা মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোক্তা লোংতুনা চহি মতম শাংনা লৈখি । মতুংদা—পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনিনা লুচিংতুনা অমুক হন্না কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুৱাই নোংচেলবগী মথক্তা লান্দাখি । লানফম অসিদা, কংলাগী মুংচেং পুকখি মপান্দা, মাইয়োক্লবা লান-ফমদা, খুৱাই নোংচেলবা মথন্তগা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে মোইরাং চাওপা মেল্লৈপা, সাপোন সানৌপা মখোই অনিগা শোক্লবদা -নোংদা লাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে মোইরাং চাওপা মেল্লৈপা সাপোন সানৌপা মখোই অনিগী মখুংতা খুৱাই নোংচেলবা নোক্লাখি । মথংদা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিমক কংলৈপুং ময়োল অসিগী নিংথৌ ওইনবা হোংনরম্মী । মতুংদা মরৌশিংনা নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখি হায়বা উংখে ।

অদুবু "চকপা খুন্তা খুম্বোক" হায়রিবা লাইরিক অসিদা নোংদালাইরেল পাখংবনা হান্না কংলৈগী নিংথৌ ওইতুনা লৈরম্ববু খুৱাই নোংচেলগম পিপানা লান্দারকুনা কংলৈগী নিংথৌ খুভম মুনখিবদগী মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোক্তা নাথৈদুনা লৈরুরগা লাইগী চহি ১০০ ( চামা ) গী মতুংদা অমুক হন্না কংলৈগী নিংথৌ ওইরবগুম্না ইরি । মতুংদা

খুব্রাই নোংচেলববু কেকে মোইরাং চাউপা মেল্লেপা সাপোন সানোপানা হংখি উংলি ।

শম্না হায়রবদা, ব্রাফম অমতং থমজরিবদি—"চকপা খুন্তা খুন্তোক" কৌবা লাইরিক্তা নত্তনা হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না খেংনরিবা লাইরিক অয়াম্বা, মথক্কী নৈনবদা য়াওখ্রিবা, অশেংবা অচুম্বা ব্রারি লিখুন পুথোকউবনা ফংখিবা চৈরাক, অতুগুম থোক্কনি, খনবদগী (কিবদগী), খরা-খরা থৈদোক-থৈজিল (শেমদোক-শেমজিন) ইনখিবা মক্তনি, অসিনি ।

## ।। পাম্থোইবীনা থাবাগী কোন্নুং, কংলৈপুং ময়োন্দা লৈরম্বা মতম ।।

খুব্রাই নোংচেল্বা হায়রিবা নিংথৌ অসি "পাম্থোইপী খোঙ্কুল" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা, পাম্থোইবীগী মকুবোক "খাবা সোকচোংপা,কংলৈ লৈপাক মপা" হায়রিবা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ অতুমক্কি । খুদমদি:—

পাম্থোইবীনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ থাপা সোকচোংপাগী মচা মুপা তরম খোইমুচাদা ৬ংলগা, মনেম্নোকতা লোংখোনবা চংকে হায়খিবা মতম অসি. লোল্লাং পাখংবা নোঙ্গথ্বা (শিগ্বা) মতুংদনি হায়বা মথক্কী অনিশুবা পন্দ্পকী নৈনবদা উংথে ।

অতুগা লাংবা-চকতা পাল্লম্বা নিংথৌ, লোল্লাং পাখংবগী মথংদা, কংলৈপুং ময়োল অসিদা, লোল্লাং পাখংবগী মচা মুপা, লাইসনা পোকপা খুব্রাই নোংচেলবনা, লাংবা-চক্কী লোইরমদাইদা নিংথৌ ওইনা পানখি । মথংদা নোংপোক নিংথৌগী মচা হুইমু লৈমনা পোকপা নোংদালাইরেল পাখংবনা কোন্না-চক চংলকপাদা নিংথৌ ওইখি । মথংদা কৌপাক্রুগী মচা মুপা লাইসনানা পোকপা তাউখিংমাংনা নিংথৌ ওইনা পানখি । (মথক্তা-নৈনখে)

অতুগা "থিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা—খুব্রাই নোংচেলবগী মমিং "খাবা" হায়নস্থ কৌই ; "খাপা কংলৈ লৈপাক মপা" হায়নস্থ কৌই হায়না উংলি (ইরি) ।

মরমশিং অসি লৈবনা—লোল্লাং পাখংবগী মথংদা লাংবা—চক্কী লোইরমদাইদা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইনা পানখিবা, লোল্লাং পাখংবগী মচামুপা লাইসনানা পোকপা খুব্রাই নোংচেলবা হায়রিবা নিংথৌ অসি "পাম্থোইপী খোঙ্কুল" দা ইরিবা পাম্থোইবীগী মকুবোক "থাবা সোকচোংপা কংলৈ লৈপাক মপা" হায়রিবা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ অতুমক্কি; হায়জবনি । মসি মাশনা তাবা ব্রাকমনি ।

নৈনরক্লিবশিং অসিগী মতুং ইন্না খুব্রাই নোংচেলবা (খাবা কংলৈ লৈপাক মপা) গী

মচা হুপা তরম খোইহুচা পোকপা, তরম খোইহুচানা পাখং মথোক কাররক্তুনা ( পাখং-ফাররক্তুনা ) পান্থোইবীবু লুহোংবা অমদি পান্থোইবীনা খাবা তরম খোইহুচাবু থাদোক্ল-মতুনা নোংপোক্তা ভংথিবা মতম অসি, নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থং পুরৈরোম্বা মচিল মনাওনা হংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুবাই নোংচেলবগী মথকতা লান্দাফবদা মাইথিতুনা মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোকতা নাথৈতুনা লোংতুনা লৈথিবা মতম অতুগী মতুংদা লাংবা-চক্কী লোইরমদাইদা থোকখিবা ওইকম থোকই, থোকখিবনি ।

অতুগা নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমস্থং পুরৈরোম্বা, মথোই অছুম্বা মোই-রাংদা লোংতুনা লৈরম্বা মতম অসি, নোংদালাইরেল পাখংবগী মচা মুংয়াং চাউবা অমস্থং তাঙ্কারুম লুময়িবা অনি পোক্লগা, মচা অহল মুংয়াং চাউবনা অরাইলৈমা লৌতুনা ময়ুম মকৈ পানবা ফাওবা মোইরাংদা লৈরম্মী । [ মথক্কীদা য়াওখ্রে ]

## ।। খুবাই নোংচেনবগী মথক্কা অমুক হন্না, লাল তারক্লবগী থৌরাং তৌবা ।।

অমুক হন্না নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা খুবাই নোংচেনবগী মথক্কা লান্দারক্পাগী মতাংদা, খরা নাথৈনা "নুমিৎ কাপ্পা" কৌবা লাই-রিকতা মথাগী বাক্ম অদি ইরি—

"নুমিৎ সনা খোমমাতোন অতোনপতি ( নোংদালাইয়েল পাখংবদি ) ।। খুবাই নোংচেংপম (নোংচেন্পম) নাইচাকী ।। নাবা খোইচং মাতেনচাকী ।। তেনপানখোন্পু সোঙ্কিরাপাকী সান্থ্রপখিরে ।। য়োংকাপ তেনপু সো-ঙ্কিরাপাকী তামক ।। লোইরেল খুনপিলোক্তা ।। তুপ ময়ান্নং ।। লাইরেল মকোম্বংতা সানথ্রপখিরে ।। অঙানপা কোরৌ নোংসামৈনে হা-য়না ।। হায়পু লৌকুমপীতা ।। হায়চেল লৌতাপীনা পাউকাক খোনপু ।। নিংথৌ পোংপা তরামাতা ।। থিংলৌ নিঙনা তেনা হুলবাইরকলে ।। য়ো ইময়াই তাউতন্পাপু পাউথেম্নাপা । লৈমা তরামানা থোম্লাঙ্খিরে ।। নিংথৌ পোংপা অরামানা ঙমতমখিরে ।।"

[ নিংথৌগী অঙম্বা ফম্নাইবা লুচিংবা মাপলবু "নিংথৌ পোংবা তরা" কৌই ! উমংলাই হায়নস্থ কৌই—"লাইসনা ফম্বাল লোল" ]

মতাং অসিদা উংলিবা, হুমিং সনা খোমমাতোন ( নোংদালাইরেল পাখংবা ) গী খোংগুল লিরকইবা "নিংথৌ পোংপা তরা" হায়রিবা অসি লংমাইচীংদা পাল্লবা পুরৈরোম্বা নিংথৌগী ক্ষমথৌ ক্ষম্নুপকী লুচিংবা, নিংথৌ ভম্বা অভম্বশিং অতুমক ওইগনি। মরমদি-কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুব্বাই নোংচেনবাগী মথক্তা নিংথৌ পুরৈরোম্বা অমসুং মনাও নোংদালাইরেল পাখংবা অনিনা লুচিংতুনা লান্দারুবদা, লান্দা মাইথিবদগী নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মোইরাংগী লোইরেল খুনপিরোকতা লোংতুনা লৈথি হায়বা মথক্কী নৈনবদা য়াওগরে। অতুগা অসিগুম্বা লালক্ষম অসিবু "হুমিং কাম্বা" হায়না খরা শেমদোক শেমজিন তৌনা ইথিবনি হায়বসু উংখরে। মতম অতু নোংদালাইরেল পাখংবদি নিংথৌসু ওইদরি। মরম অসিনা মতাং অসিদা ইরিবা, য়োইময়াই সনা খোমাতোনবু ( নোংদালাইরেলবু ) থিরকৃলিবা "নিংথৌ পোংবা তরা" অসি, লংমাইচিংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বগী ক্ষমথৌ লুপ, লুচিংবশিং অতুমক ওইবা মশানা তাবনি। অতুগা মখোইনা থিরকলিবা অসিসু, লানগী শেম্বা শাবা লোইরগা মখোইগী লুচিংববু থিরকপনি। মরমদি—অহানবদা য়াদ্রগা অনিরক শুনা হায়নবদা য়ানতুনা হুমিং সনা খোমমাতোন থেঙ্গারক্লে উংলিবা ( হায়রিবা ) মতাং অতুনা খঙ্হল্লি। হুমিং সনা খোমমাতোম্ম থেঙ্গারকৃপা হায়রিবা অসিমক লান্দারকপনি।

বাক্ষম অমনা—

মতাং অসিদা পল্লিবা "নিংথৌ পোংবা তরা" অসিনা থিরকৃলিবা অসি মরুওইবদি মখোইগী নিংথৌ পুরৈরোম্বাবু থিরকৃপা ওইক্ষম খোকৃপনি অতুবু "হুমিং কাম্বা" কৌবা লাইরিক অসিদদি য়োইমায়াই সনা খোমমাতোনবু ( নোংদালাইরেলবু ) থিরকপনি উংলি।

মতাং অসিনা মথাগী বাক্ষম অসিদগী শেমখিবা ওইগনি, মাতুদি:—

অমুক হন্না কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ, খুব্বাই নোংচেনবগী মথকতা লান্দারকৃপদা, খুব্বাই নোংচেনবনা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে চাউবা যেল্লৈবগী মখুত্তা মাইথিরবা-শিরবদা, কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনবা অসি, নোংদালাইরেল পাখংবসু ওইনিংঙমই অতুগা পুরৈংরাম্বাসু ওইনিংঙমই। অতুবু নোংদালাইরেল পাখংবগী মরৌশিংনা, কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ, পুরৈরোম্বানা ওইক্ষম খোকপদা ওইবা কংথিদে; নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইথি। মতাং অসি "থিয়েল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বায়োল পাওরৌ অসি ইরি—

ইকম থোকপা কয়া ইদদা য়াওরি হায়বা অসিদি, মথক্কী নৈনখি্রবশিং অসিদগী থঙ্লবা বাকমনি ।

শম্মা হায়রবদা—

খুবাই নোংচেনবগী মথকতা অমুক হন্না লাল তারক্লবগী থৌরাং তৌবদি—নিংথৌ পোংবা তরানা হায়বদি—লংমাইচিংদা পান্লবা নিংথৌ পুরৈরোম্বাগী কম্মাইবা লুচিংবা মাপন্না থৌশিল থৌরাং তৌখিবনি ।

## খুবাই নোংচেনবা (খাবা কংলৈ লৈপাক মপা) নোঙ্গাবা (শিবা)—

খুবাই নোংচেনবা ( খাবা কংলৈ লৈপাক মপা ) না নোঙ্গাবা ( শিবা ) গী মতাং অসি "থেঙ্গৌরোল", "সাতিঙ সাকোক" অমসুং "খিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক-শিংদা নোংদালাইরেল পাখংবনা থাঙ্না মকোক কক্তুনা হাংখি উংলি । অদুগা "চাদ লাইহুই" অমসুং "চকপা খুন্তা খুম্মোক" কৌবা লাইরিক অনিদনা কেকে মোইরাং চাউবা মেল্লৈপা, সাপোন ( সৌপোন ) সানৌপানা তেন্না কাপতুনা খুবাই নোংচেনবাবু হাংখি হায়রি ।

**বারোল অমনা—"সাকোক বাকোক" কৌবা লাইরিক্তা হায়রিবনা—**
**"খাপা নোংচেনপাকা ।। পাখংপাকা ( নোংদালাইরেল পাখংবগা ) চাউপা সাকোল ঙমপাকা ( চাউবা সৌপোন ঙম্বাগা ) কাপনাপাতি নোংনোংচেংতানে ।। "**

বাফম অসিমক ইরি ।

মরমশিং অসি লৈবনা, খুবাই নোংচেন্‌বনা নোঙ্গাখিবা ( শিখিবা ) অসি, ইম্ফাল কংলাগী নোংচেং ( মুংচেং ) দা, খুবাই নোংচেনবা মথন্দগা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে চাউবা মেল্লৈবা, মখোই অনিনা মীচং ওইরগা শোক্লবা লীকং তেনগী লানফমদা, কেকে চাউবা মেল্লৈবা, সৌপোন, সানৌবগী তেন্না খুবাই নোংচেনবদা পান্দুনা শিবা য়ানা শোক্লবা, শিবগা পাংথক ওইরবা, অশিবাগুম্মা লৈবাক্তা তুহুনা লৈরবা মতুংদা, নোংদালাইরেল পাখংবনা মখুংসু থাঙ্লেল পাইদুনা খুবাই নোংচেনবগী মঙক লুরেল কক্তুনা হাংখিবা ওইগনি । হায়বদি—লানফম অদুদা কেকে চাউবা মেল্লৈবানা কাপ্লকপা তেন্না খুবাই নোংচেনবদা পান্দুনা, খুবাই নোংচেনবা হিংলরোইদবা ফিভমদা লৈখিবা ওইবনা "কেকে চাউবা মেল্লৈবা সৌপোন সানৌবনা খুবাই নোংচেনবাবু তেন্না কাপতুনা হাংখি ।"

হায়না লাইরিক কয়াদা ইরম্বনি ।

অতুগা কেকে চাউবা মেল্লৈবগী তেন্না পান্দুনা শিবগা পাংখক ওইরবা খুরাই নোং-চেনবাবু নোংদালাইরেল পাখংবনা থাঙ্লেল মখুংস্থু পাইদুনা খুরাই নোংচেনবাগী মঙক্লুরেল ককপাগী "নোংদালাইরেল পাখংবনা মখুংস্থু থাঙ্লেল পাইদুনা খুরাই নোংচেন-বাবু মঙক্লুরেল কক্লুনা হাংখি" । হায়না লাইরিক কয়াদা ইরম্বনি. অসিনি ।

শম্না হায়রবদা—

মাইয়োক্লবা লানফমদা, ইম্ফাল ক'লাগী নোংচেং ( মুংচেং ) দা, খুরাই নোংচেনবাবু নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং কেকে মোইরাং চাউবা মেল্লৈবা সৌপোন সানৌবা মখোই অনি চংদুনা হাংখিবা ওইগনি । ইরম্মীবা রারোলশিং অসিগী মতুং ইন্না, মসি মশানা তাবা রাফমনি ।

## ।। নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা চহি মশিং ।।

( ১ ) –"চকপা খুন্তা খুন্থোক" কৌবা লাইরিক্না পীবনা, নোংদালাইরেলে পাখংবনা খুরাই নোংচেনবাগা শোক্লখিবা লান্দা মাইখিবদগী মোইরাংগী লোইরেল খুলপিলোক্না নাথেদুনা লাইগী চহি ১০০ ( চামা ) লৈরুরগা, মতুংদা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২০০ ( লিশিং অমা চানি ) পানখি হায়রি ।

( ২ ) –"চৈথারোল কুম্বাবা" অমস্তুং লাইরিক অয়াম্বদনা—নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইনা পানখিবা চহি মশিং অসি ১২০ ( চামা কুল ) ইরি ।

( ৩ ) –অতুগা "পাখংবা নোংকারোল" কৌবা লাইয়িক্তনা নোংদালাই-রেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা অসি শুপনদগী চহি ১২ ( তরানিথোই ) দনি, মথংদা তাউখিংমাংনা কংলৈপুংগী নিংথৌ ওইনা চহি ১০০ ( চামা ) পানখি, উৎলি ।

নৈনবা—

( ১ )--মীওইবগী পুন্সিদা লাইগী চহি অমা পুন্সিবা ওইথোক্নিংঙাই ওইদে ।

লাইগী চহি অসি মরোল অহুম থোক্না চৎলি । মরোল অমনা—"চহৈ অক্ ৩কা, চহৈ লাখা ৮ ( ৩ ) গানা চহৈ ১তা ওইনৈয়ে ।।"

২শুবা মরোলনা—

"চহৈ লাখা ৩গা, লিসিং ৬ কানা চহৈ ১তা ওইনৈয়ে ।।"

৩শুবা মরোলনা—"চহৈ লাখা ১, লিসিং ৮না চহৈ ১তা ওইনৈয়ে ।।" অসুম্না ইরি । [ "লৈসেমলোল" লামাই—৯, ২৭, ২৮, ৪৯ ]

শম্না হায়রবদা—মীওইবা অমগী পুন্সিদা লাইগী চহি অমা পুন্সিবা, ওইথোক্লিংঙাই ওইদে ।

অদুম ওইনমক "চকপা খুন্তা খুম্থোক" কৌবা লাইরিকপু ইরম্মিবা মাইচৌ অদুনা লাইরিক অসিদা পল্লিবা মতম অদুগী মীওইশিং অদু, থোইয়ুম লাইমক্কি হায়নিংবনা, নোংদালাইরেল পাথংবনা মোইরাংদা মতম থরা শাংনা, হায়বদি—মচা অনি পোক্না মচা মুপা অহন মুংয়াংচাউবনা ময়ুম-মকৈ পানবা মতম অদু ফাওবা লৈরম্বা অদুবু "নোংদালাইরেল পাথংবনা মোইরাংদা লাইগী চহি ১০০ ( চামা ) থৈদুনা লৈখি" হায়না শৈথারম্বনি ।

অদুগা নোংদালাইরেল পাথংবনা মোইরাংদা মতম শাংনা লৈরুরবগী তুংদা, কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২০০ ( লিশিং অমা, চানি ) পানখি হায়রিবা অসিসু ওইথোক্লিংঙাই ওইদবা চহি মশিংদা, ইচম চম্না লাইনি হায়বগী মীৎয়েংদা শৈথারম্বনি ।

বারোল ১না—

মতম অদুগী মীওইশিং অদুনা পুন্সিরম্বা চহিগী মতাংদা অসুম্না ইরি—

"লাংপা চক কৌপা চক ফাউরক্লে ।। চক অসিতা পাল্লমপা নিংথৌতি ।। নিংথৌ ককস্থ তোন্কোনপা ।। লৈমাত্তি উরুম খোচোনপীনে ।। চহি থা হৌত্তারিয়ে ।। লমচৎ মতৌ হোংতারিয়ে ।। মীগী মপুন্সিদি চহি ২০০ ( চানি ) কক্লময়ে ।।" [ সাকোক লম্লেল ]

মতাং অসিদা পল্লিবা—নিংথৌ ককস্থ তোনকোনপা (তোল্লোংবা) হায়রিবা নিংথৌ অসি, নোংদালাইরেল পাথং বগা মীরোল অমা ফানা কায়বা, লাপনবা মতমগী মীওই নত্তে । মরমদিঃ—

পোইরৈতোন্না খুন্থোরকপদা- লম্মাখাংদা লোল্লাং পাখংবনা পোইরৈতোনগী মপোৎ মচৈ অমদি মহাক্কা লোইনরকপা, মহাক্কী মী কাওবা মুলখি, খোমখি হায়রি।

থৌদোক অসিগী মতুংদা পোইরৈতোন্না কৌপারু চীংদা নিংথৌ কক্সু তোনকোনপা ( তোল্লোংবা ) হায়বা নিংথৌ অসি পোক্লম্বনি। ( মখক্তা নৈনখে )

ৱারোল ১না—লোল্লাং পাখংবা, পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা মতম অমতগী মীরোলনি। ( মখক্তা নৈনখে )

মরমশিং অসি লৈবনা—নিংথৌ কক্সু তোনকোনপাগা ( তোল্লাংবগা ), নোংদালাইরেল পাখংবগা মীরোল অমা ফানা কান্নবা, লাপনবা মতমগী মীরোল নত্তে হায়বা অসি মশানা তাবা ৱাকমনি।

নিংথৌ কক্সু তোনকোনপাগা ( তোল্লোংবগা ) অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবগা মীরোল অমা ফানা হন্নদবা হায়বদি—অমনা হিংলিডৈদা অমসু হিংবা য়াবা ওইবনিনা, নিংথৌ কক্সু তোনকোনবগী মতমদা মীওইবগী পুন্সি চহি ২০০ ( চানি ) পুন্সিরমই হায়রিবনিনা, নোংদালাইরেল পাখংবগী পুন্সিহু চহি ২০০ ( চানি ) দগী পংহেন হেন্না পুন্সিনবা য়ারোই, চহি ২০০ ( চানি ) গীময়া, খরা হেনবা নত্তগা খরা ভাবা, অসুম্না ওইবা তাবনি। মরম অসিনা নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা চহি মশিং "চকপা খুন্তা খুন্থোক" কৌবা লাইরিক্তা পীরিদা চহি অসিনা ওইরা য়ারোই।

( ২ )—"চৈথারোল কুম্বা" অমসুং লাইরিক অয়াম্বদনা নোংদালাইরেল পাখংবনা পানখিবা চহি মশিং অসি ১২০ ( চামা কুল ) ইরি।

নৈনবা—

নোংদালাইরেল পাখংবনা পোকপাদগীনা, নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ খুন্নাই নোংচেনবা ( কংলৈ লৈপাক মপা ) গা লান্না শোন্নবদা মাইথিবদগী মোইরাংদা চহি কয়ামরুম, হায়বদি—মোইরাংদা মচা মুপা অনি পোক্লগা, মচামুপা অহন্না ময়ুম-মকৈ পানবা কাওবা লোত্তুনা লৈরম্বা মতম অমদি মতুংদা নোংদালাইরেল পাখংবনা খুন্নাই নোংচেনবাবু লান্দা মাইথিবা পিদুনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২০ ( চামাকুল ) পানখিবা ওইরম থোক্নি।

( ৩ )—মরম অমনা "পাখংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্তনা নোংদালাইরেল পাখংবনা

কংলৈপুং ময়োনগী নিংথো ওইনা পানখিবা অসি চহি ১২ ( তৱানিথোই ) ওইরি; মথংদা তাউখিংমাংনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনা চহি ১০০ (চামা) পানখি, হায়রি।

নৈনবা —

তাউখিংমাং হায়রিবা নিংথৌ অসি লাইসনানা থুৱাই নোংচেনবা পোকপাগী মমাংদা, লাইসনামক্ত পোকখ্রবনিং মপানা কৌপারুনি । মসি মথক্তা নৈনখ্রবা ৱাকমনি।

মরম অসিনা তাউখিংমাংনা পুন্সিখিবা অসি--তাউখিংমাংনা পোকপাদগীনা, থুৱাই নোংচেনবগা নোংদালাইরেল পাখংবগা লাল শারুখিবা মতম+নোংদালাইরেলনা থুৱাই নোংচেনবগী মথুংতা মাইথিবদগী মোইরাংদা লোংতুনা মচা অনি পোকপা, মচা মুপা অহন্না মমুম পানবা কাওবা নৈরম্নগা অনুক হন্না লান্দাত্নুনা থুৱাই নোংচেনবাবু মাইথিবা পিথিবা মতম+নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা চহি ১২ (তৱানিথোই) নত্রগা চহি ১২০ (চামাকুন)+তাউখিংমাংনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা চহি ১০০ (চামা),পুন্নমক অসিনা পুনশিল্লগা তাবা চহি মশিং অদু, তাউখিংমাংনা পুন্সিখিবা চহি ওইকম থোকই।

শন্না হায়রবদা - মথক্কী নৈনখিশিং অসিগী মতুং ইন্না, নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২০ ( চামা কুন ) পানখিবা ওইরবদি, তাউখিংমাংগী পুন্সি অসি চহি ২০০ ( চানি ) গী মথক্ ফানা য়াম্না হায়গংনা, চহি চত্নমগী ময়া ওইগনি।

অদুগা "পাখংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্তা পিরিবা - নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২ ( তৱানিথোই ) পানখি, হায়রিবা ৱাফম অসিনা য়ুক্ষম ওইরবদি, নাওখিংথোংগী মপুন্সি অসি চহি ২০০ ( চানি ) গী মমুং ওইগনি।

ৱাফম অমনা - হৌজিক নৈনরিবা মীওইশিং অসিনা, পুন্সিরম্বা চহি অসি ২০০ ( চানি ) রোম পুন্সিরম্বী হায়বসু মথক্তা উংথে।

মরম অসি লৈবনা—নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২০ ( চামাকুন ) পানখি হায়না লৌরবদি, নিংথৌ তাউখিংমাংগী মপুনসি, পুনসিকম থোকপা চহিদগী হেন্না শাংলকপা মরম্না নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা পানখিবা অসি "পাখংবা নোংকারোল" কৌবা লাইরিক্তা য়াওরিবা, নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈগী নিংথৌ ওইনা চহি ১২ ( তৱানিথোই পানখি হায়রিবা অসিনা অশেংবা ওইগনি।

য়েংগদবা —

নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইনা পাল্লবা চহিগী মতাং নৈনরিবা অসি,

থেংনজবা লাইরিক থরা অসিগী মহুৎতদা মৈনজবনি ।

---

## মথক্তা নৈনখি,বশিং অসিগী পুনাশিল্লবা শম্নপ্পা বারোল—

মথক্কী নৈনখিবশিং অসিদা অহানবা মক্তদা নুংপাল পামিংনবাগী নুপা হুইমুলৈমানা লুবাং খুন্থিবা পোক্লম্মগা মথংদা অমুক হুইমুলৈমানা নোংপোক্তা (নোংপোক নিংথৌদা) ওংতুনা নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনি ঙাইবোক ওইনা পোকখি হায়বা উংঙ্খে ।

অতুগা লোল্লাং পাখংবা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থুং পুরৈরোম্বা মতম অমতগী মীরোক্নি; হায়বদি—অমনা হিংঙিঙৈদা অমস্থু / অমস্থু হিংতুনা লৈরম্বা মীরোম্নি, উৎখ্রে ।

"নুমিৎ কাপপা" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা নুমিৎ মচিল মনাও অনি, তাউহুইরেং অহনবা অমস্থুং য়োইমায়াই সনা খোমাতোল হায়রিবা অতু, তাউহুইরেং অহনবা হায়রিবা অসিনা পুরৈরোম্বানি, অতুগা য়োইমায়াই সনা খোমাতোল হায়রিবা অতুনা নোংদালাইরেল পাখংবা মক্নি । "নুমিৎ কাপপা" কৌবা লাইরিক অসিদা ইরিবা—খুবাই নোংচেনবানা নুমিৎ তাউহুইরেং অহনবাবু তেন্না কাপখি উৎলিবা থৌদোক অসি—নোংদালাইরেল পাখং-বনা খুবাই নোংচেনবাগী অপোকপি মমা লাইসনা লৌখিবগা, লোইননা নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্থুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা খুবাই নোং-চেনবাগী নিংথৌ খুভম মুন্নবা, খুবাই নোংচেনবাগী মথক্তা লান্দারুবদা, ময়োক্নবা লানক্লমদা পুরৈরোম্বানা চেন্‌বদগী খুবাই নোংচেনবানা কাপ্লকপা তেন্না পুরৈরোম্বাগী ময়াংলেন্দা পানখি । হায়রিবা থৌদোক অসিবু খুবাই নোংচেনবানা তাউহুইরেং অহনবাবু তেন্না কাপখি হায়বনি হায়বা মথক্কী নৈনবদা উৎখ্রে ।

নোংদালাইরেল পাখংবসু লালক্সম অতুদা, খুবাই নোংচেনবগী

মখুৎতা মপা-মপু চেন্থবা, মপা-মপু য়োনবা, মপা-মপু চাবা শক্পা, অসিগুম্বা তমথিরবা শক্তমগী মাইথিবা ওইবা, মাইথিবা অতু ফংখি। খুবাই নোংচেনবাবু পোকপি লাইসনাসু, মচানা (খুবাই নোংচেনবানা) মহাক্কী (লাইসনাগী) লমচৎতা পেন্নবদগী, নোংদা লাইরেল পাখংবনা ফংখিবা মাইথিখিবা মওং অতুগুম থোকখি।

অসিগুম্বা লানফম অসিদা—মাইথিবদগী, নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরেরোম্বা মখোই অহুমুক মোইরাংগী লোইরেল খুনপিরোক্পা লোত্তুনা নাথেৎতুনা লৈখি।

নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরৈরোম্বা মখোই অহুম্মা মোইরাংদা লোত্তুনা লৈরিঙৈগী মমুং, মতম অতুদা—

কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবা (খাবা কংলৈ লৈপাক মপা) গী মচা নুপা তরম খোইনুচা পোকপা, তরম খোইনুচানা পাখং ফারক্লতুনা পান্থোইবীগা লুহোংবা, অমদি—তরম খোইনুচাগী নুপি পান্থোইবীনা খাবা তরম খোইনুচাবু থাদোক্লমতুনা নোংপোক্তা (নোংপোক নিংথৌদা) চেনখিবা, ময়ুম পানখিবা অসিনচিংবা থৌদোক কয়ামরুম থোকখি, উৎখ্রে।

অতুগা নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরৈরোম্বা মখোই অহুম্মা মোইরাংদা লৈরম্বা অসি, নোংদালাইরেল পাখংবগী মচা মুংয়াং চাউবা অমসুং তাওকারুম লুময়িবা অনি পোক্লগা, মচা হুপা অহল মুংয়াং চাউবনা ময়ুম-মকৈ পানবা ফাওবা মোইরাংদা লৈরম্মী হায়বসু য়াওখ্রে।

মতুংদা—লংমাইচীংগী "নিংথৌ পোংপা তরা" হায়বদি—লংমাইচীংদা পাল্লম্বা নিংথৌ পুরৈরোম্বগী ফম্নাইবা লুচিংবশিং অমদি পান্থোইবী য়াওনা লৈমা লুচিংবীশিং পুম্নমক্কী খুজিল থৌরাংনা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা লুচিংতুনা কাংলুপ কয়াগা লোইননা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী (খাবা কংলৈ লৈপাক মপাগী) মথক্তা অমুক হন্না লান্দাখি।

লালফম অসিদা — ইম্ফাল কংলাগী নুংচেং পুব খ্রি মপান্দা, খুরাই নোংচেনবাবু নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে চাউবা মেল্লেবা, সৌপোল সানৌবা, মখোই অনি চঙ্‌তুনা হাৎখি ।

লাল লোইখিবা মতুংদা — নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরেরোম্বা মচিল মনাও অনিমক কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনবা হোৎনরম্মী । অদুদা নোংদালাইরেল পাখংবগী মরৌশিংনা, কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ, পুরেরোম্বনা ওইফম থোকপাদা, ওইবা ফংখিদে; নোংদালাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইখি । নোংদালাইরেল পাখংবনা চহি ১২ পানখি । মথংদা কৌপাক্লগী মচা, লাইসনানা পোকপা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি; চহি ১০০ পানখি, অসিনি ।

**মথক্কী পন্দুপ অনিশুবগী, অরোইবা শরুক্কী নৈনবদা—**

লাইসনানা মপুরোইবা লোল্লাং পাখংববু হাৎনবা, মচা নুপা খুরাই নোংচেনবদা ইনশিনবদগী, খুরাই নোংচেনবনা পাবুং লোল্লাং পাখংববু হাৎখি । লোল্লাং পাখংবগী মথংদা — মচানুপা খুরাই নোংচেনবনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইখি । মতুং, মতম অদুবাইদা, য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিনা তুদেংখি, উংথে ।
মতাং অসিদা, মথক্কী নৈনখি বশিং অসিগী শম্নপা বারোলগী পনখৈ অমা লৈরে ।

**বাফম ১না—**

য়োইমোংমা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাওনা তুত্তেংবাংগীনা কংলৈগী নিংথৌ খুরাই নোংচেনবাগা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কেকে চাউপা সৌপোল ঙমপা মখোই অনিগা শোল্লখিবা অকোনবগী লান ফাওবা "সাকোক বাকোক" কৌবা লাইরিক্তা, কংলাগী লাইফম তাক্লকপা মতাংদা, থৌদোকশিং অদুগী মথং মনাও কাইদনা হুরি । বারোলদিঃ—

"য়োইমোংপানা কাকুলেল ফাপা মফমতি ।। মোংপি চিঙতা লৈয়ে ;
লাইচাউ মমাংকি হিগারম অতুনে ।।........................................................।।

মোংপি চিঙ কৌপাতি কংলানে........................................................................।।

আতুকা য়োইমোংপানা য়িমচাউ সারে ।। — — ... ... — ... ... ।। ..... ..... ................ ।।" ।। সোরারেলকা য়োইমোংপাকা ।। য়োইমোংপানা মাচল মেমু লৈতাপাপু ।। মাচল মেমু সাতানা ।। লাংমৈ-পুংলেল চিল্না ।। য়িসিংতা চোংথাখিয়ে ।। মহাক্তি লুপলুখিয়ে ।। মারাং-মৈতি তাউথোক্লকয়ে । অতুকি লাংমৈপুং কৌএ ।। ... .. ... ... ।। খুবাই নোংচেনপম পিপানা ।। তাউহুইরেংপু কাপপাতি কুচুতা কাপয়ে ।। তাউহুইরেংনা থোকপাতি ।। য়াউরৈপিতা খোব্এ ।। ... ... ... — ।। খুবাই নোংচেনপম পিপাতি খাপানে ।। ... ... .. ... ।। পান্থোইপিকা হৈরেম কাংহৈনুকা ।। ঙা থিঙৈতা ।। হুয়েং মারক হলনা থিরাসে হায়না বা খাইনা খললমএ ।। অতুকি কংলৈ বাখাইকোল কৌরমএ ।। — — ।। কংলৈ বাখাইকোনতা পান্থোইপিনা খাপাতা ঙঙপাপু নোংপোকনা হায়-চয়ে ।। ... ... ... — ... ... ।। ... ... — ... ... ... — ।। বাংকোল কৌপাতি ।। নোংপোকা পান্থোইপিকা ওক্লফমনে ।। পান্থোইপিপু বাংকোল লাইরুবা কৌএ ।। নোংপোকপু বাংকোল লাই পাখং কৌএ ।। বাং-কোল কৌপাতি অতুকিনে ।। মফমতি সংলাংমৈকি মথং ।। ফৌকৈকি মমিংনে ।। ["য়াংপি থিরেল তাপিসক", "থিরেল য়াংপি" অনিদদি নোংপোক্লা পান-থোইবী পুখিবা ফাওবা য়াওই ] ... — ... ।। খাপা নোংচেনপাকা ।। পাখংপাকা ।। চাউপ্পা সৌপোল ( সাকোল ) ঙমপাকা ।। কাপনাপাতিং ।। নোংচেংতানে (মুংচেংতনে ) ।।

অসুম্না য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাও অনিনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেল তেংলকপদা, কংলা য়োরক্লপদা "কাকলেল ফাবা" হায়বা পাওরো ওইনা ইরিবা থৌদোক অদু থোকখিবা, মথংদা য়োইমোংবনা যুমচাউ শাবা, মথংদা য়োইমোংবনা মচল মেচু লৈতবাবু, মচল মেচু শারুবগী সোরারেলগা ( সলাইরেলগা ) য়োইমোংবগা থংনবা, মথংদা নোংদালাইরেল পাথংবা অমসুং অতোমগী নিংথৌ পুরৈ-রোম্বা মচিল মনাও অনিনা কংলৈগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী কংলা কথাল মুম্ববা ( নিংথৌ খুভম মুম্ববা ), খুবাই নোংচেনবাগী মথক্তা অহানবা লান্তাংকুপাদা, খুবাই

নোংচেনবানা পুরৈরোম্বাবু তেন্না কাপ্পা ( হুমিং কাপ্পা ) গী মতাং, মথংদা পান্থোইরবীনা কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী মচা হুপা তরম থোইহুচাদা ওংলিঙৈ, পান্থোইবীনা ঙা কাবা চংপা, নোংপোক্তা উনবা অমদি পান্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌ-দা চেনখিবগী মতাং, মতুংদা-- কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবানা অরোইবা য়াহিপ তানখিবা, খুবাই নোংচেনবা মথন্তগা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং চাউপা সোৌপোল ঙাং মখোই অনিগা শোক্নখিবা অকোনবা হুংচেং ময়াগী লানফম, ওয়মক অসি মংং মনাও কাইদনা উংলি ।

মতাং অসি মথক্তা নৈনথিবশিং অতুগাম্বু চানারবা ৱাফম ওইবতা নত্তনা, য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিল মনাওনা তুতেংবগীনা মতুং, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাওনা খুবাই নোংচেনবাগী মথক্তা নিংথৌ খুভম মুন্নবা অহানবা লান তারকৃপাগীনা মমাংদা, মরক্তা, য়োইমোংবানা য়ুমচাউ শাখি, মথংদা য়োইমোংবানা মচল মেন্থু লৈতববু মচল মেন্থু শাবদা সোরারেলগা, য়োইমোংবাগা মখোই অনিগী ৱা-থোক ওইখি হায়বা থোদোক অতুম্বু থোকখি, খঙ,হল্লি ।

---

**মরমশিং অসি লৈবনা (মথকতা নৈনখিবাশিং অসিগী মতুংইনন), খুবাই নোংচেনবাগী পুন্সিবা থোকখিবা, থেংনখিবা, মরুওইবা থোদোক-ৱাথোক অমসুং শা-লাল অসি, মথাগী অসিনি -**

লাংবা-চক্তা-লোল্লাং পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা পাল্লিঙৈ মতমদা— লোল্লাং পাখংবগী তালোই, লৈমারেল ফমথোল কারিবী লাইসনানা মপুক-চেল্ শেংলক্কবদগী মচা হুপা নৌরিবা মপুকচেল লেপতরিবা, লৌশিং মপুং ফাদরিবা খুবাই নোংচেনবদা ইন্‌শিন্দুনা, খুবাই নোংচেনবনা মপাবুং লোল্লাং পাখংবাবু হাংখি ।

মপাবুং লোল্লাং পাখংবগী মথংদা খুবাই নোংচেনবানা কংলৈপুং ময়ো-নগী নিংথৌ ওইখি । মহাক্তা নোংমাইন্থবু লৌখি । খুবাই নোংচেনবা অম-সুং নোংমাইন্থ অনিনা ইম্ফাল কংলা, কংলৈপুং অসিদা লৈমা নিংথৌ ওইনা পানখি ।

খুবাই নোংচেনবানা কংলৈপুংগী নিংথৌ ওইনা পাল্লিভেগী অহানবা তাক্তিন্‌দা, য়োইমোংবনা য়ুমজাও অমা পাখি । মথংদা য়োইমোংবনা মচল মেমু লৈতবমু মচল, মেমু শাবদা—সোরারেলগা, য়োইমোংবগা অনিগী বাথোক ওইখি ।

মথংদা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মচিন-মনাও অনিনা ইম্ফাল তুরেল অমসুং ইরিল তুরেল তু-তেংখি ।

অদুগা খুবাই নোংচেনবাবু পোকপি লাইসনামু, নোংপোক নিংথৌগী মচা, হুইগু লৈমনা পোকপা, নোংদালাইরেল পাখংবদা ওংখি ( ময়ুম পানখি) ।

মতুংদা—নোংপোক নিংথৌগী মচা, হুইমু লৈমনা পোকপা, লংমাই-চিঙ্‌গী নিংথৌ পুরৈরোম্বা অমসুং মনাও মুপা নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনিনা, কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী মথক্তা, নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবগীদমক লাম্বারকখি । লালফম অসিদা, মতিক চাওবা, কংলৈ-পুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেন,বাগা, লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরো-ম্বগা অনিগী অকনবা লালফমদা—পুরৈরোম্বানা খাঙ্‌বা ঙমকত্রহুনা চেন-বাদগী, খুবাই নোংচেনবনা পুরৈরোম্বাগী ময়াংলেন্দা তেম্না কাপখি ! অসুম্না পুরৈরোম্বা মাইথিবা ফংহুনা চেনখি ।

মরুওইনা লালফম অসিদা—কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোং-চেনবানা মহাক্কী মপাতোল ওইরিবা নোংদালাইরেল পাখংবাবু, লান্দা মাই-থিবা পীবদা নত্তনা, মপাতোল নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং অপোকপি মমা লাইসনা মখোই অনিবু য়াম্না ঙম,থিবা মওংদা ওৎ-নৈবা, মখোইগী মপা মপু চেম্থানবা ওইবা, শিবগা মান্নবা চোঁপপা নংবা ফংহনখি ।

মতুংদা লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বা, মনাও মুপা নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লাইসনা মখোই অহুম্মক্‌ মোইরাংগী লোইরেল খুলপি-লোক্তা লোত্তুম্না নাথৈহুনা লৈখি ।

মোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরৈরোম্বা মখোই অহুম্না মোইরাংদা লোত্তনা লৈরিঙৈগী মতুং, মতম অচুদা—

কংলৈপাক ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবা ( খাবা কংলৈ লৈপাক মপা ) গী মচা মুপা তরম খোইনুচা পোকপা; তরম খোইনুচানা, পাখং, ফাররক্লতুনা পাম্থোইবীগা লুহোংবা, অমদি-তরম খোইনুচাগী মুপি (তালোই) পাম্থোইবীনা, খাবা তরম খোইনুচাবু থাদোক্লমতুনা নোংপোক নিংথৌদা চেনখিবা, মযুম পানখিবা অসিনচিংবা থৌদোক কয়া থোকখি ।

অচুগা নোংদালাইরেল পাখংবা, লাইসনা অমসুং পুরৈরোম্বা মখোই অহুম্না মোইরাংদা লৈরম্বা অসি, নোংদালাইরেল পাখংবগী মচা মুংয়াং চাউবা অমসুং তাঙকারুম লুময়িবা অনি পোক্লগা, মচা মুপা অহল মুংয়াং চাউবনা মযুম-মকৈ পানবা ফাওবা মোইরাংদা লৈরম্মী ।

মতুংদা-নিংথৌ পোংবা তরা হায়বদি—লংমাইচীংদা পাল্লবা নিংথৌ পুরৈরোম্বাগী কম্মাইবা লুচিংবশিংগী খুজিন থৌরাংনা, পাম্থোইবীসু যাংনা শিন্দুনা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা লুচিংতুনা, কাংলুপ কয়াগা লোইননা, কংলৈপাক ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী (খাবা কংলৈ লৈপাক মপাগী) মথক্তা অমুক হন্না লান্দারকখি ।

লালফম অসিদা—ইম্ফাল কংলাগী, মুংচেং পাত্রি মপান্দা, মাইয়োক্লবা লালফমদা, খুবাই নোংচেনবাবু নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং কে কে চাউবা মেল্লেবা, সৌপোল সানৌবা মখোই অনি চংতুনা হাংখি ।

মসিনি—খুবাই নোংচেনবাগী পান্সিদা থোকখিবা, থেংনখিবা, মরু-ওইবা থৌদোক-বাথোক অমসুং শা-লাল ।।



য়েংগদবা:—

লাংবা-চক্লা কংলৈপুং ময়োন্দা খাবা সোকচোংপা কংলৈ লৈপাক মপা ( খুবাই নোংচেনবা ) না পাল্লিঙৈ মতম অচুদা, নিংথৌ সাপাইবানা মশামক্তী লৈম্না ( তালোয় )

ওইনবগীদমক, লাইরেল ভাউরোইনাইগী ( কৌপাক্কী ) মচাম্নুপী; লাই নামুংপী, মা-লেম ভম্পাক লৈরেল হনবী ( লৈমা লাইরোক্ লেনপী ) না পোক্খি। পাম্হোইবীবু হায়ক্কনবা, মনাই লৈচোল হাওরাবা থারমই। অদুবু পাম্হোইবীনা য়াম্বদগী ভোরখি।

মতুংদা কংলৈগী নিংথৌ খাবা সোকচ্রাংপা ( খুবাই নোংচেনবা ) কংলৈ লৈপাক মপানা মচাম্নুপা অরম খোইম্নুচাগীদমক পাম্হোইবীবু হায়ক্কনবা মতাইরেম লোইয়ম হং-নেমপীচা মৈনম অভোনপা, অভে লৌথামপাপু, পাম্হোইবীবু পোকপা পালেম পৰৌগী মকমদা থারুই। হায়না-শিংনবা অদুদা য়ানরদুনা, মপা কৌপাক্ ( লাইরেল ভাউরোই-নাই ) অমসুং মমা লাইরোক লেনপী ( লাই নামুংপী ) না মচাম্নুপী পাম্হোইবীবু কংলৈ-পুং ময়োনগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবাগী ( খাবা সোকচ্রাংপাগী ) মচা মুপা অরম খোইম্নুচাদা থাজখি, লুহোংখোংদোংখি।

মতুংদা-পাম্হোইবীনা খাবাগী য়ুমদা মতম থরা লৈরল্পা নোংপোক্কা চেনখি; নোং-পোক্কী ভালোয় ওইনা লংমাইচীংদা লৈখি।

পাম্হোইবী অমসুং নোংপোক্পা লংমাইচীংদা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা পান্নবা মতম অদুদা মথোই অনিনা হারাও মথোই কানা, লহাননোং লৈহৌ - নোংহৌ, লৈশেম-খুন-শেমচংগী বারি লিখুন নিঙ্শিংনা মুংঙাই মরাং হৌনা শান্নখি। মাদুগী মওং লৌদুনা ঙসি ক্বাওবদা লৈপাক্পা "লাই হরাউবা" হায়না খুন-খুন্দা মাগী-মাগী লাইকম-লাইকমদা হারাউনরি। [ পাম্হোইবী খোঙকুল ]

॥ নৈনবা ॥

"লাইরেল ভাউরোইনাই" হায়রিবা অসি, কৌপাক্কী অভোম্মা মমিং অমানি। অদুগা লাইনামুংপী মালেম ভম্পাক লৈরেলহনবী হায়রিবা অসিনা, লৈমা লাইরোকলে-নপীগী অভোম্মা মমিং অমানি।

মরমদিঃ—

( ১ ) লাইরিক অসিদা পাম্হোইবীনা ময়ুমদা লৈরিঙৈ, ময়ুম পাল্লিরিঙৈদা, অহিং তুমগী মতাং শৈথারকপাদা অসুম্না ইরি—

"অমপা হেকঙাই মীচুংওল্ নঙ্না, অচাউ লেপ্ক্লা, শাংত নময়মলক, রাংঙম চমরৈ নীকতমলক, মাল্লাও নাকতম হৌরকঙৈভো, নপল মুংকা নোংলুম পাল, নতু মাখোঙ চায়েম পানকি, খুয়া ঈচোংতা, খুতোল নাহাইভানা, খোংপা থাঙ্তা নিংভোল

কাঅ, তমপা নতোক য়াতা হানপী, লৈমা লাইরোক-লেনপী লাইকম লাংপী, লাইকম চোংপী, মেংপী লাইপী, মচা য়াতাতারিঙৈ, তমপা চুপ্ পোক্লি মাংতম লাকপুরাংনা, নতু থাঙ্জ্ঞ নিংতোল কাঅ য়োয়প্‌ নত্রোম য়াতা, কমা য়াওজনা য়াহীপী, ”

অহুমা পল্লিবা অসিদা—লৈমা লাইরোকলেনপীনা য়াতাতারিঙৈদা ( হিপাতরিঙৈদা ) তমপা বাংতমলোক পান্থোইবীনা নতু থাঙ্জা নিংতোল কাঅ য়াতানা য়াহীপ্‌ই হায়রিবনিনা—লৈমা লাইরোক্‌লেনবী অমসুং পান্থোইবী, হমুং অমতাগী মীনি হায়বা অসি মশাগা তারি ।

( ২ )—অতুগা লৈমা লাইরোকলেনবীগী মপুয়োইবদি কোপারুনি । কোপারু চীঙ্গী মথোনি ।

( ৩ )—মরম অমনা—পান্থোইবীনা য়োইমোংবদা ঈতু লাইরেল ভাংভোই য়োইমোংবা হায়না মিংকৌনৈ । অতুগা য়োইমোংবনা পান্থোইবীদা—ঈমোম তমপা বাংমেলোন হায়না মিংকৌনৈ । [ পান্থোইবী খোঙ্‌কুল ]

বাকম অসিনা খঙ্‌হল্লিবদি—য়োইমোংবা অমসুং পান্থোইবী মচিল মোপর'নি । ঈতু, ঈমোম কৌনবদি ( হায়নবদি )—মচিল মোপবা ওইবগী কৌনবনি ।

( ৪ )—অতুগা য়োইমোংবা অমসুং পান্থোইবী মচিল মোপবা হমুং অমতদা লৈমিন্নৈ হায়বা অসিসু "পাখংবা লাইহুই" কৌবা লাইরিকনা খঙ্‌হল্লি ।

বারোল্দিঃ—

"ভাংভোই য়োইমোংপাতি মোংপা মমৈশুংলা চংনা, লাইরেল মতে-হৈপু শালথপখিয়ে । লাইরেল য়োইমোংপাতা মোংপা য়িম্‌তংশাংপু কালেল তরা শুনা তাওখংলে । ফম্‌মোই মীংকম ফমলাং হেংলে । মমোম তম !! বাঙমলোলসুং মোংপা খাংসোক ( মাংসোক ) কাচাও য়ারে ।"

অহুমা ইল্লিবা অসিদা—য়োইমোংবগী মতমদা, য়োইমোংবনা য়ুম কা তরা শুনা শারে । য়ুম অতুদা-মমোম তমপা বাঙম লোম্না ( পান্থোইবীনা ) খাংসোক ( মাংসোক কাদা লৈরে উৎলি । হায়বদি—মচিল মোপবা য়ুম অতুদা পুম্না লৈমিন্নৈ হায়বা খঙ্‌হল্লি ।

( ৫ )—য়োইমোংবা কোপারুগী মচানি, লাইসনাবা পোক্লমি । মপা কোপারুনা য়োকখি । ( মথক্তা লৈনখ্রে )

(৬) —য়োইমোংববু পোকপি লাইসনানা ইকোন-কোয়া ওংথিবা, নোংদালাইরেল পাং-থংবদা, পাম্বোইবীনা "ইপন তুবী অঙনবা" হায়না হায়রি ।

মতাং অসি "মুমিৎ কাপপা" কৌবা লাইরিক্তা অস্থুম্না ইরি—

"তমপা বাঙমলোয়া পাওমেনখিএ । ঐবু সনা খোম্মদোনবু পাওথেমলু হায়রবদি— পাগী পারম তাবনা পাথোম মঙা থোমমো, মুগী মুরম তাবনা পাথোম তরুক থোমও । পারৈপনা পরৈও, থাং থোংবনা থাং থোংও । লাক শাবনা লাক শাও, মাপেম লোইবী তরেৎ শেম্মো । ইপন তুবী অঙনববু পুনেম্বা, ফৈরোই মংদাক্কা, চেংঙৌ কাহাপনা, য়েরুম কাংখিয়া, ফিমু লৈরুম কুপপি-ও ।"

মতাং অসিদা ইরিবা—পাম্বোইবীনা "মপন তুবী অঙনবা" হায়না হায়রিবা অসি য়োইমযাই মুমিৎ সনা খোম্মদোনবুনি, হায়বদি—নোংদালাইরেল পাখংবাবুনি ।

মুমিৎ অনি হায়বদি—পুরৈরোম্বা অমম্বুং নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনিবুনি হায়বা মথক্কী নৈনবদা উংখে । নোংদালাইরেল পাখংবনা মনাওনি । মতাং অসিদা পানথোইবীনা "ইপন তুবী অঙনবা" হায়রিবা অসি নোংদালাইরেল পাখংবাবু হায়বনি ।

য়োইমোংবা অমম্বুং পাম্বোইবী মচিল মৌপব্রা ওইবা মরমনা, য়োইমোংববু পোকপী লাইসনাগী অকোনবা মপুরোইবা নোংদালাইরেল পাখংবদা পাম্বোইবীনা মপা থোকপগী, ইপন তুবী অঙনবা হায়না হায়বনি ।

মথক্কী নৈনথ্রিবশিং অসিদা—

অহানবদা—লৈমা লাইরোকলেনপী অমম্বুং পাম্বোইরী ইমুং অমতগী মী ঙাক্তনি, উংলে । অতুগা লৈমা লাইরোক লেনবীগী মপুরোইবদি কৌপারুনি । কৌপারু চীংগী নিংথৌনি, হায়বম্ব লৈরে ।

মথংদা- য়োইমোংবা অমম্বুং পাম্বোইবী মচিল মৌপব্রানি; অতুগা মচিল মৌপব্রা য়ুম অমতাদা পুম্না লৈমিন্নরম্মী হায়বম্ব খঙ লে ।

মথংদা য়োইমোংবা কৌপারুগী মচানি, লাইসনানা পোকপানি, মপা কৌপারুনা য়োকখি, হায়বম্ব লৈখে ।

মথংদা—য়োইমোংবাবু পোকপি লাইসনানা ইকোন কোয়া ওংথিবা নোংদালাইরেল পাখংবাবু পন্‌বদা, পাম্বোইবীনা মপা খোকপগী "ইপন তুবী অঙনবা" হায়রিঃ উৎখে ।

অতুগা "পাম্বোইপী খোঙ্‌কুল" কৌবা লাইরিক্তা পাম্বোইবীবু মমা মপানা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদা য়োক্‌হনখিবস্থ লৈতে ।

মরমশিং অসি লৈবনা—

য়োইমোংবগী অপোকপা মপা কৌপারু, পাম্বোবীগীস্থ অপোকপা মপানি। পা-ম্বোইবীগী অপোকপী মমানা লৈমা লাইরোকলেনপীনি। মখোই পুম্নমক ইমুং অমতগী মীওই ওাক্তনি।

পাম্বোইবীগী অপোকপা মপা কৌপারু, কৌপারু চীংগী নিংথৌনি, অপোকপী মমা-লৈমা লাইরোকলেনপী কৌপারুচীংগী লৈমা, লৈরেল কম্‌থোল কারিবিনি।

মরম অসিনা—"পাম্বোইপী খোঙ্‌কুল" কৌবা লাইরিক্তা- পাম্বোইবীগী মপা "লাইরেল তাউরোইনাই" হায়রিবা অসি কৌপারুমক্তি, কৌপারুগী অতোপ্পা মমিং অমা ওইগনি।

অতুগা পাম্বোইবীগী মমা "লাই নামুংপী, মালেম তম্পাক লৈরেল হনবী" হায়-রিবা অসিনা লৈমা লাইরোকলেনপীমক্তি, লৈমা লাইরোক লেনপীগী অতোপ্পা মমিং অমা ওইগনি। মসি মশানা তাবা ৱাকমনি।

মরম অমনা—

পাম্বোইবী, নোংপোক অনিগুরি। মথক্তা লৈনখিবা -কৌপারুগী মচানুপী, লৈমা লাইরোক্‌লেনপীনা পোকপী পাম্বোইবী অমস্থং লংমাইচীংদা পাল্লদা নোংপোক নিংথৌ নত্তবা ইতোপ-তোপ্পা পাম্বোইবী অমস্থং নোংপোক লৈরি। মতাং অসি "থিরেল মৈরম লীবা" কৌবা লাইরিকতা মথাগী ৱাফম অসি ইরি—

"অত্যা সিদবনা মসক অনি ওইহনা, লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবা কৌনা লাংখংলক্লে। লংমাইবা মহাক্তি পাম্বোইবীগা, নোংপোক্তা অনিমনা লাই অনিমাবু ওইনা তরংচীং অতুগী মথক্তা তোংহনা অমম্বদা লৈপাক সে-মগে হায়হনা ফাওরক্লে। অতুগীদমক ৱাগী মরিবু হৌদোক্লে হায়বগী লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মইাবা কৌএ।

লয়হৌ মাইবীগা লয়হৌ মাইবগা অমত্তা ওইনা তিনর্সিনলে হায়বদি দমক হিচিনথৌ হিয়াথৌ কৌএ। অমা ওইনা তিনসিনদুনা অত্যা সিদবা মসক ওইনা অসিবা লাইদা লাইসোন তাকপিদুনা লৈপাক সেমও তাকপিরে।"

অপুন্না অত্যা সিদবনা (অতিয়া সিদবনা) মশক অমি ওইদুনা, লয়হৌ মাইবী, লয়হৌ মাইবা কৌরিবা অমসুং পাম্হোইবী. নোংপোক হায়না খঙ নরিবা খোঙ্চুম খোই-মোম অনি অসিনা ইতোপ তোপ্পা পাম্হোইবী অমসুং নোংপোকনি। বারোল অসিদি তেংবানবা অসি শেম্নকৈগী বাকমনি হায়বসু উৎলি।

"ইরেংবা পুবারি লৈসেমলোল" কৌবা লাইরিক্তা, অতিয়া সিদবগী (অত্যা সিদবগী) মতাংদা—মখাগী বারোল অসি ইরি—

"অতিংকোক সিদবগী সিম্হোঙ, ওইমবতি॥ অতিয়া সিদবনে॥ অতিয়া সিদবা মহাকত্তি লৈচিল্লনে॥"

মরম অসি লৈবনা—ঐখোইনা পোৎশক্তা পন্বা তারথদি—লয়হৌ মাইবী, লয়হৌ মাইবা (পাম্হোইবী, নোংপোক) হায়বদি—করিগুম্বা পোৎশক অনি তিন্নরগা (পুন্সিল্লগা) লৈচিল (অতিয়া) ওইবা, অদুগুম্বা পোৎশক অনি অদুবু পাম্হোইবী, নোংপোক হায়বনি। হায়বদি—

অতিয়া= লয়হৌ মাইবী (পাম্হোইবী)+লয়হৌ মাইবা (নোংপোক) =লৈচিল।

মসি, তাইরংপানবা অসিদা তাইবং মীগী শক্লোল লৌদুনা লৈরবগী বাকম নত্তে। বাকম অসিনা অমনি।

অদুবু অসিগুম্বা, লৈশেম্বদা ওইখিবা—পাম্হোইবী, নোংপোক অনি অসিনু, লাংবা চক্কী লোইরমদাইদগী কোম্ম—চক চংলকপা মতম কাওবা লৈরম্বা, কৌপাকগী মচা নুপী পাম্হোইবী অমসুং লংমাইচীঙ্দা পাল্লম্বা নোংপোক নিংথৌ অনিমক কুম্না, মরি লৈনবা লাইরিকশিংদা (পাম্হোইবী, নোংপোক অনিগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংদা) অয়িব-শিংনা উৎলি।

অমম্না কৌপাকগী মচানুপী, লৈমা লাইরেম্বি লেনপীনা পোকপী পাম্হোইবী অমসুং লংমাইচীঙ্দা পাল্লবা নোংপোক নিংথৌ অনিবুসু লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবা অদুন হায়ই।

## কৌপাক্লুগী মচানুপী পাম্থোইবী অমসুং লংমাইচীংদা পাক্লবা নোংপোক নিংথৌ অনিগী চাদা নাওদা—

তাউরোইনাইগা লাইরেম্মা নামুংবীগনা ( কৌপাক্লগা লৈমা লাইরোকলেনপীগনা ) পোকপি পাম্থোইবী অসিগী বারি লিখুন ইথরকপদা "থিরেল মৈরম লীবা" কৌবা লাই-রিক্তা মথাগী ৱাকম অসি ইরি —

"—...— লুবাং লংমাইবা, লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবগী সাগৈ মচিন মনাও ওইডুনা য়িমনাক অনি ওইনা লেপ্লে । লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবগী হিজম্মা হল্লে । সনয়ামবমনা মনাওনে ।"

আস্নম্মা পিরিবা অসিদা ( অসিগী মন্নংদা ) "লয়হৌ মাইবী লয়হৌ মাইবগী হিজম্মা হল্লে । সনয়াম্বমনা মনাওনে ।" হায়রিবা অসিনা উৎলিবদি—

লয়হৌ মাইবী, লয়হৌ মাইবনা হায়বদি—পাম্থোইবী, নোংপোক্তা মচা মুপা অনি পোকখি । মচা মুপা অহনগী চাদা নাওদা-না হিজম হায়বা য়ুম্নাক অসি ওইরকখি । মচা অতোনবগী ঈ ( চাদা নাওদা ) না সনয়াম্বম হায়বা য়ুমনাক অসি ওইখি; অসিনি উৎলিবা ।

ৱাকম ১না —

পাম্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌদা চেল্লকপা মতমদা থাবা তরম থোইহুচাগী ঈ, না-উপুডুনা লাকখি । অডুগী খুদমদি —

"থিরেল মৈরম লীবা" কৌবা লাইরিক্তা, মখোইনা চেল্লকপগী মতাংদা মথাগী ৱারোল অসি ইরি—

"অসুম তৌনা পাম্থোইবীবু পোংচুপ লমদগী নোংপোক্তা পুরক্পদা লুবাং পুনসিবগী সোয়, লাগী লাথ্‌পেতা পাম্থোইবী লোৎলমএ । অডুগা নাকাদা নোংপোকতা উনডুনা লংমায়চীংদা কামম্নথিরে ।

পাম্থোইবীনা থ্‌পেলম্বা লাথ্‌পে অডুদগী মঙাল চাউবা মসক ওম্থোকপা ওইডুনা লৈরে । লুবাং পুনসিবগী থৌজান অনোনবনা লৈমা নিঙথিবীবু ওইরক্লে । লাইরৈমা অডুবু লুবাং লংমাইবনা য়োক্লডুনা খংহন উহন্দনা

লৈরবদা সরারেম্না লাক্লুনা মচা নিপা অনি পোক্লে। মপা লৈতবগীদমক পুরৈরোম্ববু তাম্নরকপদা সংঙাই কোয় ময়ুংগী মসক ওইনা চেল্লহুনা, খোইদোম, মান্দোম অনিমনা লী, তেন য়াওনা তাল্লে।

পুরৈরোম্বনা লয়য়োন পাৎতা ওনলে। লুবাং লংমাইবনা খোইদোম, মান্দোমবু খামলমএ। সা, নৎতে লাইনে হায়রবদা। পুরৈরোম্বনা অঙাং অপিসক্কী মসক ওল্লে।

লুবাং লংমাইবনা ফৈরা তান্দা থোংনা তাইরেন লোংমা লৌনা লাইজ থিক্‌ফেম্নমা মকোক্তা ঈশিং খিল্লবদা পুরৈরোম্বনা অঙক, অঙাউবা হৌরম্বা অহুবু মরোন মরি থোক্লহুনা নোংথৌ লৈপাক্কী সরারেনগী কম্বান তোংলে।"

মতাং অসিদা পল্লিবা—

"পান্থোইবীনা থৎপগম্বা লাথুপ অহুদগী মঙান চাউবা মসক ওন্থোকপা ওইহুনা লৈরে। লুবাং পুনসিবগী থৌজান অনোনবনা লৈমা নিঙথিবীবু ওইরক্লে।"

হায়রিবা ৱাক্ম অসিনা—পান্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌদা চেল্লকপা মতমদা, পান্থোইবী অসি -থাবা তরম পোইন্নচাগী ঈ-নাউপুহুনা চেল্লকপদগী, থাশিং গুজিল্লক্লুনা, লুবাং পুন্সিবগী সোয়, লাগী লাথুপতা মচা ম্নুপী অমা পোক্লগা লুবাং পুন্সিবদা য়োকহল্লম্মী, খঙ হল্লি।

অহুগা মধা তারকপদা হায়রিবা—"লাইরৈমা অহুবু লুবাং লংমাইবনা য়োক্লহুনা খৎহন উহন্দনা লৈরবদা সরারেম্না লাক্লুনা মচা অনি পোক্লে। মপা লৈতবগীদমক পুরৈরোম্ববু তাম্নরকপদা সংঙাই কোয়ময়ুংগী মসক ওইনা চেল্লহুনা, খোইদোম, মান্দোম অনিমনা লী, তেন য়াউনা তাল্লে।"

—— —— লুবাং লংমাইবনা চেকশিন্না ...ংলিবা—পান্থোইবীগী মচাম্নুপী অহুব লুবাং লংমাইবনা চেকশিন্না

মঙ্গা অমুকস্থু শমথরক্লিবা—

"পুরৈরোম্বনা লয়য়োন পাৎতা ওনলে । লুৱাং লংমাইবনা খোইদোম, মান্দোম্ব খায়মএ । সা, নংতে লাইনে হায়রবদা । পুরৈরোম্বনা অঙাং অপিসক্কী মসক ওল্লে । লুৱাং লংমাইবনা ফৈরা তান্দা থোংনা তাইরেন লোংমা সোনা লাইজ খিকফেন্ননা মকোক্তা ঈশিং খিল্লবদা পুরৈরোম্বনা অঙক অঙাউবা হৌরম্বা অতুবু মরোন মরি থোক্লদুনা নোংথৌ লৈপাক্কী সরারেনগী ফম্বাল তোংলে ।" মতাং অসিনা উৎলিবদি—

পুরৈরোম্ববু লুৱাংশিংনা খুতুম চল্লে, ফারে । লুৱাং লংমাইবনা খোইদোম, মান্দোম অনিবু খায়মএ । লুৱাং লংমাইবনা খোইদোম, মান্দোম অনিদা—পুরৈরোম্বা হায়বশি শামক নংতে, অচুম্বা-অতাবী থোরকখিগনি হায়বগী মওংদা, থেম্লমই । পুরৈরোম্বনা তৌকম খঙ্দনা, অঙাং পিশক্কী মওংদা তুশোন মাশোয়া লৈরে । লুৱাং লংমাইবনা মুংশি মুংওয়া, নিংখিনা পুরৈরোম্বদা হায়ফম থোকপা হায়রবদা, পুরৈরোম্বনা মরোন মরি থোক্লদুনা, হায়বদি –মতুবু মতুনি, খোইদোম মান্দোম অনিবু মচানি হায়দোক্লে । মতুংদা পুরৈরোম্বনা লংমাইচীংগী সরারেনগী ফম্বাল তোংখি । অসিনি উৎলিবা ইচেল ।

মরমশিং অসি লৈবনা – পান্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌদা চেল্লকপা মতমদা, পান্থোইবী-তরম খোইমুচাগী ঈ-নাউপুদুনা লাকখি হায়বা অসি মশানা তাবা ৱাফমনি ।

ৱারোল ১না—

মথক্তা পনখ্রিবা—পানথোইবীগী মচা মুপী, পুরৈরোম্বগী তালোয়, খোইদোম, মান্দোম অনিবু পোক্লিবি অসিগী মমিং লিক্লা পিচা নোংতংমু কৌই ।

"শাগৈ শলাইরোল" কৌবা "মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, ইম্ফাল" না ১৯৮২ ইংদা ফোংখিবা লাইরিক্তা —অঙোমগী মতাংদা মখাগী অস্তুম্না ইরি –

"চীংৱাংলক্কী পুরৈরোম্বনা লিক্লা পিচা নোংতংমু ( লিক্লাবিচা নোংদংমু ) পায়দুনা খোইদোম, মান্দোম পোকএ । মান্দোমদি লুৱাং ওইখে । খোইদোমগী ঈনা কবাম, অকোইজম, নিংথোম্বম, লাইতোঞ্জম, মুইরেম অমসুং অয়েকপম য়ুম্নাক তক্ক অসি ওইখি ।

অতুগা লুৱাং শলাইগী মতাংদা মখাগী অস্তুম্না উৎলি –

লুৱাং পুনশিবগী ওজবা মুপী হাউসিয়াং পুয়াংব চম্বনা লিক্লা পিচা নোংতংমুবু য়োকই । লিক্লা পিচা নোংতংমুনা মান্দোম, খোইদোম পোকই । খোইদোম্না অঙোম ওইখে । মান্দোম্না লুৱাং ওইদুনা মাগী ঈনা খোইবম, শম্বান্দ্রাম য়ুম্নাক অনি অসি ওইখি ।

বাকম অনি অসিনা—খাবা তরম খোইহুচাগী মচা মুপী, পাম্নোইবীনা পোকপী খোইদোম, মান্দোমগী মমা অসিগী মমিং "লিক্লা পিচা নোংতংমু" কৌই হায়বা অসি খঙ্‌হল্লি। অসি মশানা তাপা বাকমনি।

বাকম ১নং—

মমাংগী নৈনবদা পাম্নোইবীগী মতম উৎলিবা অদুগা হৌজিক নৈনয়িবশিং অসিগা বাকম অনি অসিনা উৎলিবদি—

লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনিনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ খুবাই নোংচেনবা (খাবা কংলৈ লৈপাকপা) গী মথক্তা কংলৈ ফম্বাল মুম্ববা নিংথৌ খুভম মুম্ববা) লান্দারুবদা মাইথিবদগী মোইরাংগী লোই-রেল খুনপিরোক্তা লোংতুনা নাথৈতুনা লৈথিৰ্ৰে, মতম অদুগী মতুংদা—

লাংবা-চক্কী লোইরমদাইদা, কংলৈ পুংগী নিংথৌ খাবা খুবাই নোংচেনবনা মচা মুপা তরম খোইহুচাগীদমক, পাম্নোইবীবু হায়রুনবা, মতাইরেম লোইয়ম হংলেমপীচা, মৈনম অতোনপা, অতে লৌখামপাপু, পাম্নোইবীবু পোকপা পলেম,পম্নৌ-লৈমা লাইরোকলে-নবী অমসুং কৌপারু অনিগী মফমদা থারুই। হায়না-শিংনবা অদুদা য়ানরতুনা, মপা কৌপারু অমসুং মমা লাইরোকলেনপী অনিনা মচা মুপী পাম্নোইবীবু, কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খাবা খুবাই নোংচেনবা (খাবা শোকচ্রোংপা) গী মচামুপা তরম খোইহুচাদা থাজগিং পাম্নোইবী অমসুং তরম খোইহুচা লুহোংথি।

মতুংদা পাম্নোইবীনা তরম খোইহুচাগী য়ুমদা মতম থরা লৈরম্লগা, নোংপোক নিং-থৌদা চেনখি।

পাম্নোইবীনা নোংপোক নিংথৌদা চেল্লকপা মতম অদু, পাম্নোইবীদি মশা বাইশং-দবী, থাশিং শুবরী ওইবনা লুবাং পুম্সিবগী সোয় য়ৌরকপদা, মফম অদুদা, লাগী লাথ্রপ্তা পাম্নোইবীনা মচামুপী লিক্লাপিচা নোংতংমু পোকখি। পাম্নোইবীনা লিক্লাপিচা নোং-তংমু পোক্লবগা নোংপোক নিংথৌগা লোইননা লংমাইচীংদা চংখি, লৈখি।

তরম খোইহুচাগী মচা মুপী ওইবী, পাম্নোইবীনা পোকপি লিক্লা পিচা নোংতংমু, লুবাং নিংথৌ পুম্সিবনা য়োকহৌখি।

মতুংদা—নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাওনা অমুক হন্না কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ খাবা খুবাই নোংচেনবগী মথক্তা লাল তাররুবা শিনখিবা থৌ-শিন্দা, পাম্নোইবীসু অচোবা থৌদাং লৌখি।

নো'পোক নিংথৌ অমসুং পাম্বোইবী অনিগী চাদা-নাওদানা হিজম অমসুং সন্-য়াম্বম হায়বা যুম্নাক অনি অসি ওইখি।

পাম্বোইবীনা পোকপী, লিক্লাপিচা নোংতংম্নুনা অঙোমগী পুকোক ওইরিবা পুরেং-রোম্বদা ওংহুনা খোইদোম অমসুং মান্দোম পোকখি।

খোইদোমগী ঈ (চাদা-নাওদা) না মম্বাম, অকোইজম, নিংথোহম, লাইতোঙ্গম, হুইরেম অমসুং অয়েকপম যুম্নাম তরুক অসি ওইখি। (অঙোম)

মান্দোম্না লুবাং ওইখি। মান্দোমগী ঈ (চাদা-নাওদা) না—খোইবম অমসুং শগোন্দুরাম যুম্নাক অনি অসি ওইখি।

পাম্বোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌনা লংমাইচীংদা লৈমা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লগা মতম অদুদা, মখোই অনিনা হারাউ মখোই কানা—লহাননোং লৈহৌ-নোংহৌ, লৈশেং খুনশেমঙৈগী বারি লিখুন শিংশিংনা, মুংঙাই মরাং হৌনা শান্নখি। মাদুগী মওং লৌদুনা ঙসি ফাওবদা লৈপাক্লা! লৈবাক অসিগী মীশিংনা) "লাই হরাউবা" হায়না, খুল-খুন্দা, মাগী-মাগী, লাইফম-লাইফমদা হরাউনরি, অসিনি'

---- —০- ----

।। মরিগুবা পন্দুপ ।।

## থাবা কাংলুপ্পা লৈখা তাবা, নোংদালাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইবা—

লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বগী ক্ষমথৌ-নিংথৌ পোংবা তরা, লৈমা তরা অমদি থাবা খুবাই নোংচেনবগী মমৌ হুপী ওইরম্বী পাম্বোইবী, মথোই ময়ামগী খুজিন-থৌরাং-না. হায়বদি—লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বগী ক্ষমথৌ কম্নুপ লূচিংবশিং, লূচিংবীশিং অমদি-থাবা নোংচেনগী মমৌ ওইরম্বী পাম্বোইবীমক য়াওনা, মথোই ময়ামগী খুজিন থৌরাংনা, মোইরাংগী লোইরেল খুলপিরোক্পা লোংতুনা লৈরম্বা, লংমাইচীংগী নিংথৌ পুরৈরোম্বা অমস্তুং নোংদালাইরেল পাখংবা মচিল মনাও অনিনা লূচিংতুনা, অমুক হন্না কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ থাবা খুবাই নোংচেনবগী মথক্তা লান্দাখিবা লান্ফম অতুদা, নোংদালাইরেল পাখংবা অমস্তুং কেগে চাউবা সৌপোল ঙম্বা মেল্লৈবা অনিনা থাবা খুবাইনোংচেনববু কংলাগী হুংচেং পুকখি, মপান্দা হাংখিবা, অতুগুম্বা লানফম অতুদা, থাবা কাংলুপকী য়াম্না খুদোংথিবা, অমুক লিখংপা ঙমহন্দবগী ফিভমদা থমখি। মতাং অসি "চকপা খুন্তা খুম্হোক" কৌবা লাইরিক্তা হায়রিবা—

"থাপা লৈখোঙ্ কাইলে, য়াংপা মখৈ ফংনা তুমহল্লপতা,
থাপা মরুপ অমতি অঙৌপা পুরৈরোমপাতা চেনচিনখিরে।
থাপ্পা মরুপ অমতি তাংখুল মচিপাপু ওইখিরে। থাপা মরুপ
অমতি নোংচুপ লম চেনখিতুনা কপুই হুংনাং ওইখিরে।
থাপা মচেং অমতি মখা লমতা চেনখিতুনা মাহৌ লোনতাই
ওইখিরে। থাপা মচেং অমতি অবাং লমতা চেনখিপাতা
কৌপাক্ক লাইখাতা থাপা উনলেল ওইখিরে। থাপা নোংঙা-
ন্পন্তি লাইয়িংথৌকি (নোংদালাইরেল পাখংবগী) ফান-
খোঙতা চেনচিনতুনা কনপিরে।"

অম্বুরা অতুগুম্বা লান্ফম অতুদা—থাবা কাংলুপকী লৈখা তাবা, য়াম্না খুদোংথিবা, অতুক লিখংপা ঙমদবগী ফিভমদা লৈখিঃ

অতুগুম্বা লান্ফম অতুগী মতুংদা, পুরৈরোম্বা অমসুং নোংদালাইরেল পাখংবা

মচিল মনাও অনিমক কংলৈপুং ময়োনগী নিংথৌ ওইনবা হোৎনখি ।

মমৈথংদা- কংলৈপুংগী নিংথৌ ওইকম থোকপা পুরৈরোম্বনা, কংলৈপুংগী নিংথৌ ওইবা ফংখিদে; মরোম্শিংনা মনাও যুপা নোংদালাইরেল পাখংবনা, কোম্নচক কৌবা চক্কা-কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইপি; নিংথৌগী লৈমা অহেনবী ফমথোল কাবীনা, লাইসনানা ওইখি ।

# ॥ ফম্বাল তোংবা ॥

নিংথৌশিংনা "ফম্বাল তোংবা" হায়বা অমা চৎনরম্মীবা অসিগী মমি লাংবা-চক্কা পানখিবা নিংথৌ লোল্লাং পাখংবগী মতমদস্থু তারে । খুদমদিঃ—

পোইরৈতোম্না খুম্নোক্লকপদা—লোল্লাং পাখংবনা, পোইরৈতোনগা লোইনরকপা মীশিং, মপোৎ-মচৈ, ফম্বাল পোৎনচিংবা থোমখি হায়বা মথক্কী নৈনবদা য়াওখ্রে । মরম অসিনা – লোল্লাং পাখংবগী মতমদস্থু নিংথৌ ওইবনা "ফম্বাল তোংবা" চৎনরম্লে হায়বা অসি থঙ্‌হল্লি । অতুবু মতম অতুগী নিংথৌশিং অতুনা অস্থম তৌনা ফম্বাল তোং-খি, নিংথৌ অদু-অদু ফম্বাল তোংখি, হায়বা বারি লিখুন্দি ফংদে ।

অতুগা কোম্না-চক্কা পানখিবা-নোংদালাইরেল পাখংবা, সনা চাক্কৃতগীদি—নিং-থৌরেল মগামক, মতুংদা পানখিবা নিংথৌ কয়া, নিংথৌরেল কয়া ফম্বাল তোংখি ।

নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং লাইসনা, লৈমা-নিংথৌ অনিনা বংলা মমুংগী লাংসঙদা ফম্বাল তোংখি । [ পাখংপা ফম্পাল লোল, ]

য়েংগদবাঃ—

মতাং নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা তারবদি—অতোম নিংথৌনা হাম্না ফম্বাল তোংবা চৎনৈ ।

"ফম্বাল তোংবা" হায়বা থৌরম অসি-নিংথৌ -লৈমা অনিগা, লৈ-বাক্কী অঙম-অখোশিং অমসুং লৈবাক মীয়ামগা, মুংশিননা, চান-চিন্না, লৈমিন্নবা শিনবা থৌরমনি ।

মতাং অসি "পাখংপা ফম্পাল লোল" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বাকম অসি ইরি—

"নিংথৌনা ফমপাল কায়পাতা অসিনে"॥

লৈপাককি লাই অয়ামপা ।। উমঙলাই পুন্নমক্তা
হৈরা ।। পালনা কা ।। মাকি-মাকি থোকপা কৎলে ।।"

বাহস্লোক—

হৌনবী মতুং ইন্না—অখণ্ড-অহৈশিংনা ক্ষ্বাল লাংচুনা ( শেম-শাদুনা ), হৈথা-পোংথা শুনা থারগা, লৈমা নিংথৌ অনিনা, হৌনবী কিজেং-লৈতেংগা ক্ষ্বাল কারবদা—"লৈপাককি লাই অয়ামপা", হায়বদি—লৈবাক্কী অহল-নমলশিং অয়াদা; "উমঙলাই পুন্নমক্তা", হায়বদি - লৈবাক্কী কমণ্ডলুপ লুচিংদা ৯ ( মাপল ) দা-হৈরা, পালনা কা মাগী মাগী মপা-চাবা ( মতিক চাবা ) কৎলে; অসিনি ।

থৌরম অসি—লৈবাক মীয়ামগা, লৈবাককী চুপলি পাইরিবা অঙম অথৌ-লুচিংথ-শিংগা অমসুং নিংথৌ-লৈমা অনিগা মুংশিননা চান্নবা-চিন্নবা লৈনবা শিনবা থৌরমনি হায়বা, থৌদোক অসিনা উৎলি ।

মরম অসিনা—"ক্ষ্বাল তোংবা হায়বা থৌরম অসি - নিংথৌ-লৈমা অনিগা, লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংগা অমসুং লৈবাক মীয়ামগা মুংশিননা, চান্ন-চিন্নবা লৈনবা শিনবা থৌরমনি, অসিনি ।

## ।। নিংথৌ অসিগী মতমদা চৎনরম্বা চহি হৌবগী কাংলোল ।।

নোংদালাইরেল পাখংবগী মতমদা, মহাকথক্তা-শজিফু নোংমা পানবদা-চহি হৌবা, থারোয়বা ( মলমাস ) লৈবা চহি [ থাগী চহিনা চহি অতম-অহমগী মতুংদা থা ১ ফাই-জিন্নগা, থারোয়বগা মুমিংকী চহীগা মান্নবা শেন্না কাংলোনগী চহি ] চৎনবা, মৈত্রাবাক অসিদা হৌদোকখি ( চৎনখি ) ।

# ॥ চৈরাওবা ॥

চৈরাওবগী মতাং অসি—"কৎলৈ নিংথৌ চহি" অমসুং "শজিফু চৈরাওবা" কৌবা লাইরিক অনিদা—মথাগী বারোল ইসি ইরি—

"চৈরাওবা মুমিং অসিদা লৈকাইরাকপা মরিনা খুরাই পানা, বাংথৈ পানা, খাই পানা অমসুং য়াইস্কুল পানা মাগী-মাগী পানগী কি মচুশিং অহ্ন কায়দনা শেৎতুনা মাইকৈ মরিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংনা খংনবা শগোল-

তোংহুনা চৈ মতোন্দা শরিক য়াল্লগা ঙসিদগী হৌনা অনৌবা চহি অমা হোরে হায়না লাউই । অমুম্না লাউই হায়বগীদমক্তা কুমজাগী অনৌবা হৌবা অরিবা চহিনা লোইখিবা মুমিৎ অসিবু কুমজা তেকহৌনবা থাক নৌহৌনবা শজিফু লাকয়েল তাইবা হায়নৈ ।

হায়রিবা থোরম অসি শজিবু থা অহানবা হৌগৎলকপদা তৌই । পানথৎলকপা ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং কাৎপগী থোরম শজিফু লৈখুন ফুনবগী থৌনিরোল অসি কায়দনা হৌজিক কাওবদা তৌনরি । হায়রিবা থৌনিরোল অসি চৈরাওবগা থাদোকনবা য়াত্রবা কায়ফত্রবা থোরমনি ।"

মতাং অসিদা— চৈরাওবা হায়বা অসি, অসিবু কৌই তাকপগা লোয়ননা মথাগী লোইশিন্নকপগী বারোল —

"হায়রিবা থোরম অসি শজিবু থা অহানবা হৌগৎলকপদা তৌই । পানথৎলকপা ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং কাৎপগী থোরম শজিবু লৈখুন ফুনবগী থৌনিরোল অসি কায়দনা হৌজিক কাওবদা তৌনরি । হায়রিবা থৌনিরোল অসি চৈরাওবগা থাদোকনবা য়াত্রবা কায়ফত্রবা থোরমনি ।" হায়বদি—হায়রিবা থোরম অসি শজিবু থা অহানবা হৌগৎলকপদা ( শজিবু নোংমা পানবদা ) তৌই । পানথৎলকপা ৭নি পানবদা ( শজিবুগী ৭নি পানবদা ) কোংবা লৈথোং কাৎপগী থোরম, শজিবু লৈখুন ফুনবগী থৌনিরোল অসি কায়দনা হৌজিক কাওবা তৌনরি । হায়রিবা থৌনিরোল অসি চৈরাওবগা ( শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা অসিগা ) থাদোকনবা য়াত্রবা কায়ফত্রবা থোরমনি, খঙ্হল্লি ।

বাফম ১না—

শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবগা, শজিফু ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং কাৎপগা—থোরম অনি অসি থাদোকনবা য়াত্রবা কায়ফত্রবা থোরমনি হায়রিবনিনা, শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা চৎনরকপাদগী, শজিবু ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং কাৎপা অসিসু চৎনবা হৌখিবা, লিপকনা লাকপা, মথি লৈনবা থাদোকনবা য়াত্রবা কায়ফত্রবা থোরমনি হায়বসু খঙ্হল্লি ।

বারোল ১না—

শজিবু নোংমা পানবদা "চৈরাওবা" হায়তুনা চহি হৌবগী থোরম চৎনরমল্লিবা অমদি শজিবুগী ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং কাৎপা, শজিবু

**লৈথুন ফুনবা হায়দুনা চংমরমলিবা অসি মৈদিংঙু নোংদালাইরেল পাখংবগী মতমদগী চংনরকপা হৌখিবনি। নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মচিল মনাও অনিনা হৌদোক্লম্বা থৌরমনি—**

মতাং অসি কোংবা লৈথোং ফাংপা, শজিবু লৈথুন ফুনবগী মতাংদা বারোল অসি ইরি—

"কোংবা লৈথোং ফাংপা। **শজিবু লৈথুন ফুনবা হায়রিবা থৌনিরোল অসিনা মীওইববু চহি অতুগী অফ-ফত্ত, কুমচং থাজংকী অবা মুংঙাইগী পাউত্তাক কয়ামরুম থাজনা লৌনৈ।**

হায়রিবা থৌনিরোল অসি চহি খুদিংগী মফম অমতদা লেংদনা থৌনিরিবা **মফম লাইফমদি ইরিল** তুরেলগীনা নোংচুপথংবা, কোংবা তুরেলগীনা নোংপোক থংবা মফম অসিদা অঙোম পোকপা লাইফম, নিংথেম পোকপা লাইফম হায়না মফম অনি অসি য়াম্না নক্লনা নোংচুপ নোংপোক ওইনা মাই মথা ওন্না লৈরিবা মফম অসিদা মাইবা লোইশংনা থৌনিদুনা শজিবু থাগী ৭নি পানবদা কায়দনা থৌনিদুনা মফম মফম অতুদা লৈপাক তৌদুনা লৈবাক নিংথৌগী অফ ফত্ত খুদম য়েংলিবা মফম অসিগী শম্পপা বারোলদি—

নোংদালাইরেল পাখংবগা, অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বগা চিংঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুম শাবু মথং-মথং নিংথৌরোল খুদিংদা কায়দনা চংথরিবা অতুগুম্বা লাইফমনি। নোংদালাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা, পাখংবা লৈন্নুং লোপ্পা অরিবনা পলেম পন্থৌ অনিনা য়াংদৌবী য়াংদৌবা কৌনা কুমজা থাজা শাখিবগী লৈথোং ফাংফমদি কংলা লৈথোংদা ফাংতুনা থৌনিরমই। মথংদা কুমশিংবু কুমলোম্নরে। থাজবু থারোম্নরে হায়বগীদমক্তা তোকখিদুনা কোংবা লৈথোং ফাংখিয়ে।"

অকোনবগী বারোল—"নোংদালাইরেল পাখংবগা, অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বগা চিংঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুম শাবু মথং মথং নিংথৌরেল খুদিংদা কায়দনা চংথরিবা অতুগুম্বা লাইফমনি। নোংদালাইরেল

পাখংবগী মথক্তা পানখিবা পাখংবা লৈন্নুং লোঞ্জা অরিবনা পলেম পম্থৌ অনিনা য়াংদোবী য়াংদোবা কোনা কুমক্তা থাজা শাখিবগী লৈথোং ফাংফমদি কংলা লৈথোংদা ফাৎতুনা থৌনিরমই। মথংদা কুমশিংবু কুমলোম্নরে। থাজবু থারোম্নরে হায়বগীদমক্তা তোকখিহুনা কোংবা লৈথোং ফাংখিয়ে।।"

হায়বদি—নোংদালাইরেল পাখংবগা, অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বগা ( পুরৈরোম্বগা ) চিংঙ্ অনিমক্কী লোইদাম মকুম শাবু হায়বদি মখোয় অনিগী থা, মখোয় ২গী চহি শাববু ( মখোয় ২না পুথোক্লম্বা চংনরম্বা থা, চহি শাবগী কাংলোনবু ) মথং মথং নিংথৌরেল কয়ানা কায়দনা চৎথরিবা অতুগুম্বা থৌরমগা মরি লৈনবা কোংবা লৈথোং ফাংফমনি।

নোংদালাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা, পাখংবা লৈন্নুং লোঞ্জা অরিবনা ( লোল্লাং পাখংবনা ) চহি, থা শাখিবগী লৈথোং ফাংফম, কংলা লৈথোংদা ফাৎতুনা থৌনিরমই।

মথংদা কুমশিংবু কুমলোম্নরে থাবু থারোম্নরে হায়তুনা তোকথোক্লম্বা মৈদিংঙ্ নোংদালাইরেল পাখংবা অমসুং অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বা ( পুরৈরোম্বা ) অনিনা অমুক নৌনা থা-শা কুমশাহুনা চৎনখি অমসু কোংবা লৈথোং ফাংখি অসিনি।

নৈনরিবা মতাং অসিগী শম্নপা বারোম্দি—

নোংদালাইরেল পাখংবগী মথক্তা পানখিবা, পাখংবা লৈন্নুং লোঞ্জা অরিবনা ( লোল্লাং পাখংবনা ) চহি, থা শাখিবগী লৈথোং ফাংফম কংলা লৈথোংদা ফাৎতুনা থৌনিরমই।

মথংদা কুমশিংবু কুমলোম্নরে থাবু থারোম্নরে হায়তুনা তোকথোক্লগা মৈদিংঙ্ নোংদালাইরেল অমসুং অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বা ( পুরৈরোম্বা ) অনিনা অমুক নৌনা থাশা কুমশাহুনা চৎনখি অমসুং কোংবা লৈথোং ফাংখি। অতুম্বা মথং-মথং নিংথৌরোল কয়ানা কায়দনা চৎথরম্লীবা অতুগুম্বা থৌরমগা মরি লৈনবা কোংবা লৈথোং ফাংফম লাইফমনি, অসিনি।

থারোল ১না – মথক্কী মৈনখিবদা, শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা চংনরক,পদগী, শজিবু ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং ফাংপা অসিন্থ চংনবা হৌখিবা, লিপরুনা লাকপা, মরি লৈনবা, থাদোক্লবা য়াদবা কান্নক্রবা থৌরমনি হায়বা উৎশ্রে ।

মরম অসিনা – শজিবু নোংমা পানবদা "চৈরাওবা" হায়তুনা, চহি হৌবগী থৌরম চংনরমলিবা অমদি শজিবুগী ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং ফাংপা, শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়তুনা চংনরমলিবা অসি; মৈদিংগু নোংদা-লাইরেল পাখংবগী মতমদগী চংনরকপা হৌখিবনি । নোংদালাইরেল পা-খংবা অমসুং পুরৈরোম্বা মটিল মনাও অনিনা হৌদোক্লম্বা থৌরমনি, অসিনি ।

থালম ১না—

শজিবু নোংম্বা পানবদা "চৈরাওবা" হায়তুনা চংনরম্মীবা চহি অসি থারোম্নবা ( মলমাস ) লৈবা চহি [ থাগী চহিদা চহি অহুম-অহুমগী মনুংদা থা অমা ফাইজিল্লগা, থারোম্নরগা মুমিৎকী চহিগা শান্নবা শেম্বা কাংলো-নগী চহি ] নি ।

মতাং অসি "লাইসনা কম্পাল লোল" কৌপা লাইরিক্তা মথাগী থা-রোল অসি ইরি —

কমথৌ ফমলুপনা পুংলুপ পুপাকি থা হায়কে ।। পুং ৭২মক হায়পতি পুপ্রলপা নোংথোলপা ।। লৈকাইলাকপা ৪মক ।। ৬মক্লা পুং ৬ লুপ পুখরে ।। পুং ৬৬না নঙাইরে । ফমথৌ অপালপা লাই ৫মক্লা অমরক পুংলুপ পুখরে ।। হৌজিক মপালদা পুং ৬১মক থোইমা মপালদা (হৌজিক পুং ৬১না মপান্দা) চংনরিপনে ।। অসিনা সারোই ৬১ কৌএ ।। পুং ৬৪না নোংমা সাবগী ।। ফমথৌ ৬৪ হায়পনে ।। তিললাই তৌপতি য়াতে ( তিল লাইগী থবক তৌ-বদি য়াদে ) ।। পুং ৭২ অসিকি ।। মনুংদা লাইনা পুতনা পুং য়ৈরিয়ে ।। পং ৭২মক্লা লাইসোল ওইনা সোলনারয়ে ।। মী পোঙকি পুং চংনা অমনে ।। তিল লাইকি পং চংনা অমনা মনুংদা লুপপা পুংতি থঙতে ।।

মপাঙতকি পং ৬৪ মক্না চৎতনা থা ১২ মক্তি কাইতে ।। অসিনা চহি ৩-৩তা থা অমমম হেল্লহল্লপনে ।। হুমিং থাতি লেংতেয়ে । চপলেপপনে ।।”

থক্কী বাকম অসিদা—চহি অহুম, অহুম থুদিংদা থা অমম্ম হেল্লকএ হায়রিবনিনা, থক্কী মীরোন্দা (নোংদালাইরেল পাখংবগী মতমদা) “গৈরাওবা” চহি হৌবা হায়তুনা চৎনরম্মীবা অসি থারোম্নবা ( মলমাস ) লৈবা চহি হায়বদি—থাগী চহিদা চহি অহুম, অহুমগী মমুংদা থা অমা কাইজিল্লগা, থারোম্নরগা হুমিংকী চহিগা মাম্নবা শেম্বা কাংলোনগী চহি চৎনরম্মী হায়বা অসি লেঙবা মাদবা থুদম ওইরে ।

বাকম অমসু লৈরিং—মৈত্রাবাক্কী মৈতৈশিংনা ফাইরেনগী মঙাসি পানবদা লৌতাবা চৎনরমলিবা অসিনা থারোম্নবা চহি [ থাগী চহিদা-চহি ৩'৩গী মমুংদা থা ১ কাইজিল্লগা, থারোম্নরগা হুমিংকী চহিগা মাম্নবা শেম্বা কাংলোনগী চহি ] চৎনৈ হায়বগী লেঙত্রবা থুদমনি ।

থাগী খোঙ,চৎতা চৎঙম্নবদি অয়িং-অশা হোংলকপদগী তোইনা লৌতাবা মতম হোংলমগদবনি ।

অসিদসু নত্তনা থা অতৈগীসু মতু মঙাই । মশানা হোংলকপা তাবনি, অদুবু হোংত্রিবা অসিনি ।

শজিবু থাদদি হুমিংকী মৈশা অসি ফনা নিংথিনা শাগৎলক্লে, কালেন্দনা অমুক হেন্না শাই; ইঙা, ইঙেন থা অনিমক্তা নোং মরাং কায়না তাই, বাচিং থাকচিং থা অসি ফনা নিংথিনা ঈংই অসিন'চংবা থঙ,নরিবা অসি, থারোম্নবা ( মলমাস ) লৈবা চহি [ থাগী চহিদা চহি ৩/৩গী মমুংদা থা ১ কাইজিল্লগা, থারোম্নরগা হুমিংকী চহিগা মাম্নবা শেম্বা চহি ] চৎনৈ হায়বগী থুদমনি ।

মরমশিং অসি লৈবনা—নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা, মহাকথক্কা শজিবু ( শজিবু ) নোংমা পানবদা, চহি হৌবা, থারোম্নবা (মলমাস) লৈবা

চহি [থাগী চহিদা চহি অহুম-অহুমগী মহুংদা থা অমা কাইজিল্লগা, থাহ্রো-ম্নরগা মুমিংকী চহিগা মান্নবা শেন্মা কাংলোননবা চহি) চংনবা, মৈত্রাবাক অসিদা হৌদোকখি হায়বা খঙহল্লি।

**নোংদালাইরেল পাখংবগী মন্তমগী চাকচা-ফিজেৎ, লাইনিং অমসুং শিবগী থৌরম—**

চাকচা—

অয়াম্বা চিঞ্জাক মরম খঙনা শিজিন্নরক্লে।

ফিজেৎতি—

মৈমু তোমসোন, নোইজিংথোই, খাওনফুরিৎ, চিনফি ফানিক, কুমসং ফানিক, লংলা খোথাং, সমপারেৎনচিংবা ফিজেৎ লৈতেং অয়াম্বা মনা-মায়া মরাং কায়না শিজিন্নরক্লে। - [সাকোক লমলেল অহানবা]
নিংথৌ, লৈমা অনিনা ফম্বাল তোংবদা শেৎখিবা ফিজেৎ

নিংথৌগী ফিজেৎ—

ফিঙাং কৈজোম মরাক তাইবা অমা, কোকসা পাক্লোই, তোল্লোং সম্পারেৎ, সনা লৈখাম, লাংমৈ পুংলেল, চারি নিংখম, কোনখা ফুরিৎ অমসুং লোক্তাকফি ইন্নফি লংতোম অসিনি।

লৈমাগী ফিজেৎ-

কুমসং ফনেক, কপারং কানক, খ্বাংলিখাং, খুৎসি-নাসি অমসুং সারোং লমথাং অসিনি। (পাখংপা ফম্পাল লোল)

লাইনিঙ—

লাইনিঙদি—নোংদালাইরেল পাখংবা মশামক্তা পথোকপা, হৌদোকখিবা "পাখংবা লাইনিঙ" চংখি।

য়েংগদবা :—

( ওয়িথৈ মতমগী লাইনিং )

।। হয়িচক ।।

(১)- "নিংথৌ কাঙপা-য়াল পুংলোল পুয়া মৈহৌবা" কৌবা লাইরিক্তা — হয়ি-চক্কী মতাংদা, নিঙ্‌লবা লাইশী মতাংদা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"নিংথৌ মাহাক্না ( কাঙপা নিংথৌনা ) লৈপাক মিয়াম
নিংনারমপা লাইতি মা মহিরেনপু নিংচই ।
মাহাক খঙ্‌পা, মাসা খঙপা, লাইনিং অয়েঙ্গা
বাঙাঙ্‌না চংনরময়ে । ...................................... ।"

(২)- "সাকোক লয়েন অহানবা" কৌবা লাইরিক্তা, হয়িচক্তা—নিঙ্‌লবা লাইগী মতাংদা, মথাগী বারোল অসি ইরি—

"লাইপু নিঙ্‌পা লমচংতি অয়েঙ্গাপু লাইনিং ওইনৈয়ে ॥
লাইতি সনামহিনে ॥ অয়েঙ্গা হায়পাতি
মাহাক খংপাপু কৌয়ে ॥ অয়েঙ্গানা লাইয়ে ॥"

শয়া হায়রবদা — থক্তী বারোল অনি অসিগী বাথল্লোল অসি থোইনা থেয়েদে । অহুপা বাকম অমনা-হরিক্তা মৈত্রাবাকী পাথাং-কোক, পুথাং-কোকশিংনা সনা মহি চিঙ্গলমী, সনা মহিরেন নিঙলমী, উংলি ।

।। খুনুংচক ( হয়ালাংবা-চক ) ।।

খুনুং-চক্তা — নিঙলবা লাইশী মতাংদা, "সাকোক লয়েন অহানবা" কৌবা লাইরিক্তা, বারোল অসি ইরি—

"লাইনিং লমচংতি অচেপানে ॥ অচুমপানে ॥
অচুমপা কৌপাতি থাবাই খঙ্‌পাপু কৌয়ে ॥
লাইতি সোরারেন অচিপানে ॥ ..................... ॥"

বারোল অসিনা খুনুং-চক্তা "সোরারেন অচিপা" কৌবা লাইবু, মৈত্রাবাকী মীওইশিংনা নিঙ্‌লমী, উংলি ।

## ।। লাংবা-চক ।।

লাংবা-চক্তা — মৈত্রাবাকী অতল লমলশিং অদুনা নিঙ্‌লবা লাইগী মতাংদা, "লাকোক লম্রেল অহানবা" কৌবা লাইরিক অসিদা "লাইতি কৌপ্রনে" হায়না ইরি।

হায়বদি — লাংবা-চক্তা মৈত্রাবাকী পাথাংকোক, পুথাংকোকশিংনা কৌপারদু অথোইবা লাইনি হায়না নিংলম্মী, অসিনি।

মথক্তা নৈনখ্রিবা বাক্যশিং অসিনা উৎলিবদি—

(ক) - হয়ি-চক্তা — সনামহি নিঙ্‌লম্মী, সনা মহিরেল নিঙ্‌লম্মী।

(খ) - খুনুং-চক্তা — সোরারেল অচিপা নিঙলম্মী।

(গ) - লাংবা-চক্তা — কৌপারু নিঙ্‌লম্মী ; অসিনি।

মৈত্রাবাকী পাথাং-কোক, পুথাং-কোকশিং অদুগী লাইনিঙ্‌গী মমিং—

হয়ি-চক্তা — "সনা মহি লাইনিঙ", "সনা মহিরেল লাইনিঙ" ;

খুনুং-চক্তা — "সোরারেল অচিপা লাইনিঙ" ;

লাংবা-চক্তা — "কৌপারু লাইনিঙ" কৌরম্বগী বাক্য নত্তে।

## ।। নৈনবা ।।

(১) - মথক্কী নৈনখ্রবা বাক্যশিং অসিগা য়াম্না নক্লবা, মরি লৈনবা বাক্য অমা "থিরেল লায়াং" কৌবা লাইরিক্কী খুনুং-চক্কী মতাংদা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"মিরেল পোঙ্‌লোল থোকে হায়বগী মমৈ মনা
কাঙ্‌লক্‌লে। লাংবা-চক্তাদি মিরেন থোক্লে।"

(খুনুং-চক্তা — মীরোল পোঙলোল থোকে হায়বগী ; মমৈদা থোক্লবা মীরোম্না মমিং মনাশিংনা লৈরক্লে। লাংবা-চক্তদি মীওইবশিং অদু মীরোল থোক্লে)।

বাক্য অসিনা খঙ্‌হল্লিবদি — হয়িচক, খুনুং-চক, লাংবা-চক অমসুং কোর-চক হায়রুনা লৈরিবা চক মরি অসিগী মনুংদা — খুনুং-চক্তা মীওইবশিংনা মরোল-মরি থোক্লবা হোৎনরক্লে ; লাংবা-চক্তদি মীওইবনা মীরোল থোকলে হায়রিবনিনা, অহানবা চক-হয়ি-চক হায়রিবা চক অসিদি মীওইবনা মীরোল থোকম্রি, খঙ্‌হল্লি।

নৈনরক্লিবা অসিগী মতুং ইন্না, হায়রবদি — মীওইবনা মীরোল থোক্লি ভৈগী মতম ওইরিবা হয়ি-চক্তা — সনা মহি, সনা মহিরেল কৌবা লাই অমা নিঙলখী হায়রবা, বাক্ম অসি ওইথোক্লিংঙাই ওইদে। মসি মশানা তাবা বাকমনি।

মরমশিং অসি নৈবনা "নিংথৌ কাঙপারোল" অমসুং "সাকোক লয়েল অহানবা" কৌবা লাইরিক অনি অসিদা ইরিবা হয়িচক্তা সনা মহি, সনা মহিরেল নিঙলখী হায়বা বাকম অসি ওইথোক্নিংঙাই ওইদে।

(২) — বাকম অমনা — "সনা মহি" গী মতাংদা, "লোয়ন শিন্লোন্" কৌবা লাই-রিক্তা মথাগী য়ারোল অসি ইরি—

"মৈতৈ লৈমানা পোকপা শিজ অতুনা খুরাই লৈমা
ওইরবা, খুরাই লৈমা অতুনা পোকপা অঙোম শিজ
অতুনা অমুরক মৈতৈ লৈমা ওইরগা পোক্লকপা
মৈদিংঙু নাউদাবু মুপাদি সনা মহি কৌগনি।
মুপী ওইরগা তমফা কৌগনি। অয়াম্বদি কৌফরোইয়ে।"

হায়রিবা বাকম অসি রেংলবদি — "সনা মহি" হায়রিবা মমিং অসি তোঙানবা অতোপ্পা অমদা শিজিন্নবা য়াদে,—

"মৈতৈ লৈমানা পোকপা শিজ অতুনা খুরাই লৈমা ওইরবা, খুরাই লৈমা অতুনা পোকপা অঙোম শিজ অতুনা অমুরক মৈতৈ লৈমা ওইরগা পোক্লকপা মৈদিংঙু নাউদাবু ( মঙাং নিংথৌগী মচাবু ) মুপাদি সনা মহি কৌগনি। অয়াম্বদি কৌফরোইয়ে", উৎলি।

বাকম অসি নৈবনা "সনা মহি" হায়না শঙনবা লাই অমা মতম অতুদা ( মঙাং নিংথৌগী মচা মুপাদা "সনা মহি" কৌনবা মতম অতুগী মমাংগী মতমদা ) লৈরে হায়বা য়ারোই, উৎলি, য়াদ্রি।

(৩) — বাকম মতিংঙী মরুবা — "লৈথক লৈখারোল", "থমাংপা পুরাসি তথবা, ইরোংপা পুরারি", "পুতিল" নচিংবা লৈশেম্রোল লাইরিকশিংদা "সনা মহি" কৌবা থোইদুম লাই অমা লৈরবগী মরম ইরে।

(৪) — বাকম অসিগী নক্লবদা — কংলা লাইকমগী থৌনিরোল হৌবা লাইরিক্তা, য়ুমগী কায়াংকী লাইকম ত্তরুকপদা মথাগী অসি হৈরি—




অম্থুয়া য়ুম অমগী কায়াৎ পিরক্পদা য়ায়া মক্ক ওইরিবা। হৌজিক্কী মতমদা সনা মহিগী খুভম য়ারিবা মক্কম অসিদা "অসিবা" লাইগী খুভম ওইরি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা, য়ুমগী কায়াৎ "অসিবা" লাইগী লাইকম ( খুভম ) ওইরিবা অসিবু সনা মহিগী খুভমনি হায়না থম্মরিবনিনা, মথক্তা নৈনথি্ৰবা বাকমশিং য়েংলগা, বাকম অসিদগী ফংলিবদি—

লহাননোং, অঙলবা মতমদা "অসিবা" হায়না থঙ্নরম্বা থোইয়ুম লাই অলিয়, অথেংবা মতম, হৌজিক্কগীদি-মীয়োল শরাগী মমাংদা, "সনা মহি" হায়না থঙ্নখিবা, চংনখিবা ওইগনি, অসিনি।

য়েংগদবা :— "সনা মহি" হায়বা অসিদগী "সনা মহিরেন" হায়বা অসি লাকপনি, শিজিন্নরক্পনি।

মথক্তা নৈনথ্রিবশিং অসিগী শুপ,চন্নকপগী মচিদি—

অঙনবা মতমদা সনা মহি কৌবা থোইয়ুম লাই অমা লৈরমদে। কাইনথংদা, মীয়োল থরাগীদি মমাংদা, মঙাং নিংথৌগী মচা হুপা, মথক্তা-"জোয়ন-শিন্লোন "কৌবা লাইরিক্লা হায়রিবা —" মৈতৈ লৈমানা পোকপা শিজ অহুনা থুরাই লৈমা ওইরবা, থুরাই লৈমা অহুনা পোকপা অঙোম শিজ অহুনা অমুরক মৈতৈ লৈমা ওইরগা পোক্লকপা মৈদিংঙু নাউদাবু ( মঙাং নিংথৌগী মচাবু ) হুপাদি সনা মহি কৌগনি।

বাকম অসিদগী কংলিবদি – কোম্না-চক্কা নোংদা-লাইরেল পাখংবনা চংলম্বা, পুখোম্লম্বা লাইনিঙ্ লমচং অহু চংননবা, মতম অদুগী (নোংদা লাইরেল লৈরিবৈ মতমগী) লৈবাক মীয়াম্না নিঙ্নরক্লে (থন্নরক্লে) অসিনি।

থক্কী বাকম অসিগা মরি লৈনবদা "সাকোক লমলেল অহানবা" কৌবা লাইরিক্তা কোম্না-চক্কী মতাংদা, মখাগী বারোল অসি ইরি—

"লাইয়িংথৌ অপানপাক্তি মমিং ক-সনা পাখঙ্পা কৌনা" মিস্নুং লাইস্নুং ওইনা লৈপাক্কী মাপু ফমপানগী চাকচানা লোইরেল লোক্তা য়াকাররে ॥ ... ... ... ... ... ॥ ... ... ... ॥ কোম্না-চক অসিতা অপানবানা নিংথৌ ওইরবতা — ... ... ॥ ... ... ... ... ॥

লাইনিংতি পাখঙ্ববু নিংয়ে ॥ পাখঙ্বা লাইনিং হায়বক্তি ॥ মহাক খঙ্বা ॥ থবাই খঙবা ॥ কুরুলাই খঙ্বা ॥ মপা খঙ্বা ॥ মমা খঙবা ॥ মহক সেংবা ॥ চাকচা ঙৌখিবা ॥ ময়ুম সেংবা হৈবা ॥ অস্নুমববু কৌয়ে ॥ — — ... ... ॥ ... — — ॥ ... ... — — — ॥ — ... ... — .. — ... ॥

খাগেম্বা নিংথৌগী মতমদস্মু "পাখঙপা লাই লাইনিং" হায়না শিজিন্নৈ। বারোলদি মখাগী অসি ইরি—

"পাখঙ্পা লাইনিং হায়পতি — থবাই খঙ্পা ॥ মহাক্কী হকসাংবু উননা লৈবা অহু ঙমপা ॥ অমম্বদা ইকাইপা খঙপা ॥ ময়ুমপু থাদোক্তরপা ॥ থবাই হকচাং অনিমপু পামুবা লৈতরপা ॥ মপা খঙপা ॥ লাই কুরু য়াথংবু লৈতাহনদরপা ॥ লমচং খঙপা ॥ ঐনা চংপা নিংচেনপু থবাই ওইরিপা খিপিক্লা য়াপিরপা অসিকুমপাপু নাপুথৌ পাখঙ্পানা হরাওয়ে।"

[সাকোক লমলেল অহানবা]

মথক্কী "সাকোক্ লম্লেল অহানবা" গী বাকম, কোম্না-চক্কা পানখি হায়রিবা – ক-সনা পাখঙপা কৌবা, অপানবস্মু কৌবা নিংথৌ অহু, নোংদা লাইরেল পাখঙবা হায়না খঙ্নবা নিংথৌ অহুমক্নি। মরমদি—

"মিয়াৎ" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা — "লাংবা-চক্কা লোল্লাং পাখঙ-বনা নিংথৌ ওইয়ে ।। কোম্না-চক্তা নোংদ্রেন পাখঙবনা ( নোংদা লাইরেল পাখঙবনা ) নিংথৌ ওইএ ।।" হায়রি ।

কোম্না-চক্কা পানখিবা "পাখঙবা" মিংথোল কংবা নিংথৌদি অমত্তনি, মতু নোং-দা লাইরেল পাখঙ্বা হায়না হায়রিবা নিংথৌ অতুমক্কি ।

মরম অসিনা - কোম্না-চক্কা পানখিবা ক-সনা পাখঙ্বা হায়না কৌবা অপানবা হায়নসু কৌরিবা নিংথৌ অতু নোংদা লাইরেল পাখঙ্বা অতুমক্কি, অসিনি ।

নোংদা লাইরেল পাংংবা ( পাখঙবা ) হায়রিবা মিং অসি নিংথৌ ওইরগা ক্যাল তোংবদা থোনবা মমিংনি । মতাং অসি "কংলা লায়াং" কৌবা লাইরিকতা মথাগী অসি ইরি -

"লৈনুং থাক্কক অশৈবনা তুবীয়োই নোংদা — নোংদা-লাইরেল
পাখঙ্বা মিংথোল্লে ।। ক্যাল মিংচুল্লে ।।"

হায়রিবা বাকম অসি "পাখঙ্বা লাইহুই" কৌবা লাইরিক্তসু হায়রি ।

নোংদা লাইরেল পাখংবা অসি নিংথৌ ওইত্রিঙৈ, ক্যাল তোংদ্রিঙৈদা - চিংথোং কৌয়মই, কুপত্রেং হায়নসু কৌরমই । [ "পাখঙপা লাইহুই" ১সুং "খিরেল নানমপা" ]

মথক্কী "সাকোক লম্লেল অহানবা" গী কোম্না-চক্কী বাকমঃ- "লাইনিংতি পাখঙ্ববু নিংয়ে ।। পাখঙ্বা লাইনিং হায়পাতি । ........................ ।।" হায়না ইরিবা অসিদা—

"লাইনিংতি পাখঙ্ববু নিংয়ে" হায়রিবা অসিদি, মতম অতুগী লাইনিঙ্গী মরু ওইনা নিংলবা লাইদি পাখঙ্ববু ( তেংবানবা মপুবু ) নিঙ্লমী হায়বনি ।

"পাখঙ্বা" হায়বা অসি কদাইবু কৌবগে হায়বা খঙ্ননবগী মরম তাকপা "খুমুংলোল সিংখাই" কৌবা লাইরিক্তা ইবা মথল অনিদং মথাদা ইজরি মতুদি :—

(১) — "তাইপঙ্পালপা অসিতা লৈলিপা ।। মী পোং ।। শা ।। ঙা ।।

তিন ।। লাই ।। অসি খৈপিক্লা মপা খঙ্‌পাপ্পু ।। মপা খঙ্‌হল্লে ।। হায়পাকি ।। পাখঙ্‌পা কৌয়ে ।। ০ ।।"

ৱাফম অসিনা উৎলিবদি :—

ভাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা মীপোং, শা, ঙা, তিল, লাই অসি খৈবিক্লা মপা খঙ্‌বাবু পাখঙ্‌বা কৌই ; লোয়ননা মপা খঙহল্লিবা মপু (ভেংপানবা মপু) অদুবুসু পাখঙ্‌বা (পাখংবা) কৌই, হায়বনি ।

য়েংগদবা :—

লৈশেম্লোল ইবা লাইরিকশিংদা— "মপা খঙববু পাখঙ্‌বা (পাখংবা) কৌই", ইরি ।

(২) — "সিতপা মপুতি ।। চাউলকপা ।। সাংলকপাস্সুং ।। লৈতে ।। অহল ওইখিপাস্সুং নাইতে ।। পাখঙ নিংথিপা ওইনা ।। মালৈ হায়পাকি পাখঙ্‌পা কৌএ ।।"

মথক্কী নৈনবদা নোংদা লাইরেল পাখঙ্‌পা হায়বা অমা য়াওখিৃবা অদু ১বা মশিংগী পাখঙ্‌বা অসিনি ।

অদুগা "লাইনিংতি পাখঙ্‌ববু নিংয়ে" হায়রিবা অসিদা য়াওরিবা পাখঙ্‌বা অসিনা ২ সুবা মশিংগী পাখঙ্‌বা (ভেংবানবা মপু) অসিনি ।

মথংদা কোন্না-চক্রা পানখিবা নোংদা লাইরেল পাখঙ্‌বগী মতমদা, লাইনিঙ্‌গী মতাং ইরকপদা ইরিবা—

"পাখঙবা লাইনিং হায়পাত্তি" হায়না হোৎবা ৱাফম অসিদগী মৈতৈ ইপা-ইপুশিংগী লাইনিঙ্‌গী মমিং নোংদা লাইরেলগী মতমদা "পাখঙবা লাইনিঙ্‌" কৌরম্মী হায়বা অসি খঙ্‌হল্লি ।

পাখঙবা লাইনিং হায়বদি, পাখঙ্‌বনা হোদোকপা (পুথোকপা) লাইনিঙবু "পাখঙ্‌বা লাইনিঙ" হায়বনি ।

লাইনিঙ লমচং হায়বা অসি মীনা পুথোকপনি । মতাং অসিদা পল্লিবা পাখঙবা অসি নোংদা লাইরেল পাখঙবনি, মহাক্কী মতমনি ।

অমরোমদা, মথক্কী অহানবা নৈনরকপদা — নোংদালাইরেল পাখঙবনা লাইনিং লমচৎ পুথোকখি হায়বস্নু লৈখ্রে।

মরম অসিনা "পাখঙবা লাইনিং" হায়বা লাইনিং লমচৎ অসি কোন্না-চক্কা, কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌরেল ওইনা পানখিবা নোংদা লাইরেল পাখঙবনা পুথোক্লম্বনি, অসিনি।

থাগেম্বা নিংথৌগী মতমদা পাখঙবা লাইনিং অসি অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহনখি হায়বা অসি "সাকোক লম্লেল অহানবা" কৌবা লাইরিক্কা থগহল্লি। (মথক্তস্নু য়াংগে)

হৌজিক-হৌজিক মৈতৈ ইপা-ইপুগী লাইনিং লিচৎ-চৎপা, কাংলুপ কয়ানা চৎলিবা লাইনিং অসি "পাখঙবা লাইনিং" হায়রিবা অসিনি।

মরম অসিনা - পাখঙবা লাইনিং ইরবৎপগী অহানবা রামাং য়ানবদা "মৈত্রাবাক্কী পাথাং-কোক, পুথাং-কোকশিংনা চৎনরম্বা, মতম থরস্নু কাউথোক্লাবগুম তৌরুরবা, হৌজিক হৌজিক্ মক্তি মনাৎপু হুংশিজবা কাংলুপ কয়ানা চৎনরিবা লাইনিংবু "পাখঙবা লাইনিং" কৌই। "পাখঙবা লাইনিং" হায়বা অসি কোন্না-চক্কা - কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌরেল ওইনা পানখিবা নোংদা লাইরেল পাখঙবগী সনা হাক্তক্কা নিংথৌ মশামক্না পুথোক্লম্বা "লাইনিং" নি হায়জবনি।

---

# ॥ শিবগী থৌরম ॥

নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদা — শিরগথ (থবাইগা হকচাংগা খায়নরগা) মচা-নপু, সাগৈ-নাতৈ, মরূপ-মপাংশিংনা পোৎলোই হিথাবা তৌরম্মী।

ৱাফম অমনা — পোৎলোইবা মখল মরি হায়বদি – মুংশিৎ পোৎ-লোই, ঈশিংগী পোৎলোই, লৈপাক্কী পোৎলোই অমসুং মৈগী পোৎলোই ; পোৎলোইবা মখল মরিগী মনুংদা – মুংশিৎকী পোৎলোইগা, ঈশিংগী পোৎলোইগা, লৈপাক্কী পোৎলোইগা অহুম মক্তি সিথিল্লো ( চৎনরম্নু ) ; অদুগা মৈগী পোৎলোই সিথিল ফারোই ( চৎনৌ ) হায়রম্মী, চৎনরম্মী।

মৈগী পোৎলোইদা— অশিববু মৈ কোইরম্মী। নিপানা মঙারক কোইরম্মী। নুপিনা তরুকলক্ কোইরম্মী। অশিবদি ওইরম থম্না কোইরম্মী। মৈদি – মৈবা চিংলগা শিজিন্নরম্মী। অসুম্না পোৎলোইরম্মী।

নুমিৎ তরানি শুরবগা, লুৱাং পাৎচা হন্বানা সাকৈ মহাক তরেং মাগী, থেলপুং পুঙ্খোং খঙ্না, মরোং চৈকা তম্না, অতাই ইরাৎলবগা য়ুংশেং নাহৈরম্মী। লাইদি-পাখঙবদা ( তেংবানবা মপুদা ) তিনশিল্লমই। সিংপাক পাউহন্দুনা খুম্নং পাউতাক্লম্মী। য়াইথোং সাহুল্লম্মী। পুরৈ লৈ-কোইরম্মী। মথৌ য়াংকেল্লম্মী।

থৌরম অদু লোম্নবগা, লুৱাং পাৎচা হন্বগা, উসং অশৈবগা অনি মাদা – থংফু অমা, চেং লুক মাপল শুনা শেম্নবগা, ফিরোই – সেৎনা চানরিবা মশিং শুনা, খুৎসু সল অমা য়াওনা কৎনরম্মী।

কোরৌ মনোংথোদা কাসা পাও তাক্লরম্মে। কোরৌ মনোংথৌনা থৌজাল পুক্লিং পোকপিরবাগা, হয়ি মিংলেল শোন্দুনা, হি মরু, য়াই মরুগী ফম্বী অথোইবদা থিম্না কৎপিরম্মে। অসুম তৌনা থৌৱাই ( থৱাই ) অয়াম্বাবু লান্নরম্মী। [ সাকোক লম্লেল অহানবা ]

## ॥ লৈঙাক লোনগী ফমথৌ ফমলুপ ॥

নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফমথৌ ফম্লুপ ৩৬০ হাপ্লম্মী ; ফম্লুপ লুচিংবনা ৬৪ নি। মরমদি :—

নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফম্লকি মতাংদা "খিরেল নানমপা" কৌবা লাইরিক্তা ইরিবা—

"খমচিংকোলনা লৈপাক ঙাকপা লাই চাহুম
হুমফু-মাপু কৌথোক্লে ।। লাই অয়ামপা বা তান্নারে ।।
লাই লুচিংপাতি ৬৪ ( হুমফুমরি ) নে ।।" ইন্নি ।

হায়বদি — নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফম্নথৌ ফমলুপ অসি, খমচিংকোম্না লৈবাক ঙাক্লবা মফ ওইবা মীওই ৩৬০ (চহুম হুমফু ) ফম হাপখি ।

মখোয় ময়াম তান্নহনা লুচিংবা ৬৪ ( হুমফু মরি ) খনখি হাপখি ; অসিনি ।

## ।। খোংলুপ ।।

নোংদা লাইরেল পাখংবগী খোংলুপতি — পুখ্রাম্বা, নোংথোলবা, কৈরুংবা অমসুং সেলুংবা মরি অসিনে । পুখ্রাম্বাদি লাইফমনে, নোংথোলবদি খাবমনে ।

## ।। ফম্লোল ।।

হঙ্গবা ফম্দাগী ফৈদা হঙ্গবানা হল্লে । থোংঙারেলগী ফমনে । পাখং লাকপাদি - লোইরেলদা পাখংবনা য়াকৈঙেগী ফমনে । সিংস্লবদি, পাখংবনা কুচুদা ফম্নবদা পুরৈরোম্বনা সিংথায়ে, অতুদগী থোক্লক্লে । পুরৈরোম্বাগী ফমপিনে । হিরুহনবা, হিনাউহনবা অনিমক্তি য়োইমোংবা, তাউথিংমাং অনিমকী ফম্লপনে ।

## ।। ফম্ফম্গী মওং ।।

লাইনিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী ফম্লপ পল্লে অহানবদি - অহল্লপ লাইফম, নহালুপ থাফম অনিমক্তি—

নিংথৌনা ফম্বৈ ফম্বাল ফম্নবদা - অঙোম নিংথৌনা ( পুরৈরোম্বনা ) লাংচৈ ফমএ ।

**য়েংতা** – অহল্লপ লাইফমগী ফম্ল্প পরেং — পুখ্রাম্বা, খুরাই লাকপা, খুরাই লাকপা, হিয়াংলোই হঞ্জবা, মংলেল লাকপা, থাংসু হল্বা; তেলসু হলবা, লম্লৈ লাক্পা, য়েলত্রেল হল্পা, লৈচোল লাকপা, খুন্দোং লাকপা, লাইরেল লাকপা, অচাচ্লপা, ইরম লাকপা, ওক্কারল হঞ্জবা, য়োইলেল হনজবা অশৈবা হলপা, ফমথক্চা, সিনাইবা হল্বা, শগোল হঞ্জবা, থাংসা হলপা, খুংহৈবা হঞ্জবা, অমেংপা হঞ্জবা, দলাইরোই হঞ্জবা অসিনচিংবা ফুম্লপশিং অসিনা ফম্লম্মী।

**ওইদা** —

নহালুপ খাফমগী ফম্ল্প পরেং — নোংথোলপা, ৱাংখৈ লাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, চোংখালবা হঞ্জবা, নহারুপ সংলেল লাকপা, চুঙসু হল্বা, উমু খুল্লাকপা, হুইত্রাই হলপা, কৈকারল হল্পা, নাকপ, লাকপা, ইরোই হনজবা, অচারলপ্পী, মাইপা হলপা, শামু হনজবা, শগোল হনজবা, হিজবা হনজবা, নাইফা লাকপা, ফিসাপা হনজবা অসিনচিংবা ফম্লপশিং অসি ফম্লম্মী। [লাই সনা কম্পাল লোল]

অসুম্না নোংদা লাইরেল পাখংবনা ফমথৌ ফম্ল্প ৩৬৪ (চাহুম হুমফু মরি) শেমহনা, লুচিংবা ৬৪ (হুম্ফু মরি) হাপতুনা, ফমথৌ ফম্লপশিং অসিগা লোইননা লৈবাকপু ঙাক্‌-শেল্লম্মী অমসুং ৱায়েন থোঁদা তৌরম্মী।

অসুম্না কোন্না-চক চংলক্পদা - নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা মৈত্রাবাক্কী (মণিপুরগী) নিংথৌরেল ওইনা চহি তরানিথোই পাল্লম্লগা মশাগী পুন্সি চেংজেল লোমহনা নোঙ্গাখি (শিখি)।

[চহিগী মতাংদি মথক্তা নৈনগ্রে]

## ।। তাওহিংমাংনা নিংথৌ ওইবা ।।

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথংদা — কৌপাক্কী মচা, লাইসনা

পোকপা তাউথিংমাংনা কংলৈপুং ময়োলগী নিংথৌ ওইখি, নিংথৌগী লৈমা ফমথোল কাবীনা হাউরুখু (হাউনুবী) না ওইখি।

নিংথৌ তাউথিংমাংগী মতমদা — লৈঙাক্লোন্দা, অপোক-অশি থৌরম্‌দা, চহি হৌবা ১সুং চহি হৌবগী থৌরমদা, লাইনিঙ লাইশোন্দা, হারনা-শিংবা অমসুং লুহোং-থোংবোংদা, ফিজেৎ-চাকচাদা, থবক থৌরম খুদিং-মক্তা, নোংদালাইরেল পাখংবগী মতমদা চৎনরম্মদগী থোইদোকপা হোংদোকপা লৈখিদে।

অমুক্না তাউথিংমাংনা লৈমা হাউনুখুগা লোইননা লৈমা নিংথৌ ওইনা চহি ১০০ (চামা) পাল্লমগা মশাগী পুন্সি চেংজেল লোইহুনা নোঙ্গাখি (শিখি)।

য়েংগদবা :—

"শাগৈ শলাইরোল" কৌবা "মণিপুর ষ্টেটকলা একাদমি, ইম্ফাল" না ফোংবা লাইরিক্তা তাউথিংমাং নিংথৌগী মুপীগী মমিং "হাউনুখু" কৌই।

অদুগা "সলাই য়ুমচংবা হাথরোন" কৌবা "পোইরৈ ঈনাৎ শিন্দম শঙ্" না ফোংবা লাইরিক্তা "হাউনুবী" হায়না ইরি।

— 0 —

য়েংগদবা :—

হৌজিক লুরিবদি — নোংদা লাইরেল পাখংবনা কংলৈপুং ময়োন্দা নিংথৌ ওইবদগীনা, হৌজিক ফাওবদা, চহি কয়া গুরে হায়বা পুথোকপা লুরি। মরমদি :—

চহি কুমশিং য়াওনা ইবা লাইরিকশিংগী মহুংদা, থবাইদগী মরু ওইবা, য়ুম্ফম

ওইবা লাইরিক্কি হায়না লৌনরিবা লাইরিক্কি "চৈথারোল কুম্বাবা" নি হায়না মীয়াম্না লৌনরি।

মতাং অশিদা "চৈথারোল কুম্বাবা" অসি চাওরাকপা অমা নৈনদুনা য়েংশি—

"চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা লাইরিক অসি অনি শুরি— অমনা কিয়াম্বা নিংথৌগী মপাবুং, নিংথৌখোম্বা সনা হাক্তক্তাগী "চৈথারোল কুম্বাবা" ইবা হৌই।

অদুগা অমনা নোংদা লাইরেল পাখংবা সনা হাক্তক্তাগী "চৈথারোল কুম্বাবা" ইবা হৌরি।

নৈনবা—

## ।। চৈথাবা ।।

"নিংথৌ চহী" অমসুং "শজিফু চৈরাওবা" কৌবা লাইরিক অনিদা চৈথাবগী মতাংদা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"লৈশেমঙৈদগী লৈনুং লোনজা পাখংবগী মতমদগীনা হৌনরকপা মওংদগী লৈদিঙৈ নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা মওং খরা অমা মফমনচিংবা হোংদুনা চৎনরকপুনা মতুংদা মৈদিঙৈ কিয়াম্বা ইনিংথৌগী সনা হাক্তক্তা ১৪০৬ তগী হান্নগী চৎনরকপা খৌরমনা লাইরোল ওইনা হায়রগা নিপা ৪না পুরম্বা চহিগী মশিল অসি তশেংনা নুপা অমতদা পুহল্লসি, মাগীদমক্তা থৌগাইবিরসি হায়না সনায়াথং তাকপিদুনা লোইশং পুন্নমক্না থন্নদুনা, সনায়াথং লৈপাক তাইন্দনা লৈবাক কোয়বা অঙম্বশিং পুন্নমক্না লিক্লাই নিংথৌরেলগী সনায়াথংবু কায়দনা চহি অসিদগী হিয়াংলোই পোইরৈচা কৌবা মদাইরেম্মা অথৌ অয়াংকোনববু, লৈবাক্কী নিংথৌগী উশিল ওইনা খৌপিপিশিখিএ, মদাইরেম হিয়াংলোই অথৌববু লৈবাক নিংথৌগী থৌকায়বিদুনা নহাল নোংগী চৈপায়দুনা [illegible]উরম্বা চৈ অদুবু থাদোবখ্রো (থাদোকথ্রে) হায়বগীদমকপু পোইরৈচা হিয়াংলোইবু চৈথাবা-ও কৌদুনা কৌরঙৈনে।

অতুস্থ মদোমদে ৱাঙম শুদোন তানা লাংহৈ কুমশিং খুদিংগী কুমজা লাকয়েল তাইবা খুদিংগীবু পোইরৈ ইদাইরেমশিংনা ৱাত্তনা চৈথাবা-ও কৌনা থৌ পুহৌরম্নুনো হায়না লিক্লাই কোলোই ময়াথং অথুম্বনা পোইরৈ মীপুম তানা নিংথৌ সনা ময়াথংবু হায়দোকপিখিয়ে হায়দবরা।

অম্নমা চৈরাওবগী থৌরম অসি মৈদিঙঙ্ কিয়াম্বগী সনা হাক্তক্ত-গীনা অমুক চৈথাবা কৌবা মিংথোল পিবিত্নুনা মুপা অনমম্না চহি-চহিগী চৈথাবা হৌগ্রে।"

ৱাফম অসি লৈবনা, "চৈথারোল কুম্বাবা" হায়বা লাইরিক অসি, চহি হৌবগী থৌরম্ "চৈরাওবা" কৌনা পাংথোক্লম্বদগী, মথংদা শকাব্দ ১৪০৬ তা, কিয়াম্বা নিংথৌগী সনা হাক্তক্তা, চহি হৌবগী থৌরম্ "চৈথাবা" কৌনা চংথখিবা মুমিং অদুদগী ইবা হৌকম থোকই।

হায়বদি — "চৈথারোল কুম্বাবা" হায়বা লাইরিক অসি, শজিফু নোংমা পানবদা, চহি হৌবগী থৌরম্ "চৈরাওবা" কৌনা পাংথোক্লম্বদগী, মথংদা কিয়াম্বা নিংথৌগী সনা হাক্তক, শকাব্দ ১৪০৬, শচিফুগী নোংমা পানবদা, চহি হৌবগী থৌরম্ "চৈথাবা" কৌনা চংথখিবা মুমিং অদুমক্তগী ইবা হৌরগা, মথং মথং ইথখিবা ওইকম থোকই। মসি মশানা তাবা ৱাফমনি।

[ শজিফুগী নোংমা পানবদা "চৈরাওবা" গী চহি হৌই হায়বসিদি -মথক্তা নৈনথে।]

"চৈথারোল কুম্বাবা" অনি লৈরিবা অসিগী মতুংদা নিংথৌখোম্বদগী ইবা হৌরিবা "চৈথারোল কুম্বাবা" অসিনা শকাব্দ ১৪০৬, শচিফু নোংমা পানবদগী ইবা হৌখিবা "চৈথারোল কুম্বাবা" অদু ওইগনি ; হায়বদি — কিয়াম্বা নিংথৌগী মপাবুং নিংথৌপোম্বা নিংথৌগী শরুক থরগা, কিয়াম্বা নিংথৌগী "চৈথাবা" মমাংগী শরুক থরগা হেক্তিরা, নিংথৌ কিয়াম্বগী সনা হাক্তক্তা শকাব্দ ১৪০৬, শজিফু নোংমা পানবদা, "চৈথারোল কুম্বাবা" অসি ইবা হৌখিবা ওইগনি, অসিনি।

## নোংদা লাইরেল পাথংবদগী ইবা হৌবা "চৈথারোল কুম্বাবা"—

নোংদালাইরেল পাথংবদগী ইবা হৌবা, "মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল"না কোংবা "চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী ৱারোল অসি ইরি—

"তখেন রামচরনগী কুম শকাব্দ ১৭০২ অসিদা শ্রী শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাঞ্চিপুরদা লৈরিঙৈ, মতোংদা ইবুংঙো আনন্তশায়ী খাইরাকপদা হায়দোকখিনা চৈথারোল মাংথবব অমুবক হিংহোঁএ। লাইরিক অসি ইরদি চিরোম শ্যামরায়, ওইনাম আনন্দরাম অনিমক্না ইহললে।"

[ "চৈথারোল কুম্বাবা" লমাই—৯ ]

**বারুম অসিনা খঙহল্লিবদি—**

মথক্কী নিংথৌখোম্বদগী ইবা হোৌবা "চৈথারোল কুম্বাবা" গী নৈনখ্রিবা অসিগা মরি লৈননা য়েংবদা নোংদালাইরেল পাখংবদগী ইবা হোৌরিবা "চৈথারোল কুম্বাবা" অসি, "চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা লাইরিক অসি শাঙখিবগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনা হাক্তকা, শকাব্দ ১৭০২ দা, নিংথৌগী মনা য়াথংনা ইহনখিবা নিংথৌখোম্বা নিংথৌগী মনাংগী মিংথৌ, নিংথৌপুন্সিবদগীমা নোংদালাইরেল পাখংবা লাওবা অসি, অমুক নৌহোনা হাপ চিন্দুনা ইখিবা ওইগনি। অসি য়দানা তাবা বাকমনি।

## হাপচিল্লক্লিবা নিংথৌরোলশিং অসি চুমলবরা অমুক য়েংশি—

(ক)— মথক্কী নৈনবদা - নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা থুয়োই তোমপোক কৌবা নিংথৌ অমা কংলেপুং য়রোল অসিদা পানখিবা টলভেও নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা পানখিবা নিংথৌদি কোঁপারুম্বী মচাক্নপা, লাইলান্না পোকপা তাউথিংমাখনি হায়বা উৎখ্রে।

মরম অসিনা — নোংদালাইরেল পাখংবদগী ইবা হোৌবা "চৈথারোল কুম্বাবা" দা, লোইননা নিংথৌরোল ইবা লাইরিক অয়াম্বদা নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা থুয়োই তোম্পোক কৌবা নিংথৌ অমা পানখি হায়রিবা অসি চুমদে। (ওইথোক্লিংঙাই ওইদে)।

(খ)— নোংদালাইরেল পাখংবদগী ইবা হোৌবা "চৈথারোল কুম্বাবা" অসিদা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"শকাব্দ ৩৩৩ দা নাওথম্বনা নিংথৌ ৱোইএ। চহি ১৭ পাল্লমএ। মাখোই লাই ৱোইএ। মাখোই তরেৎ অসিদি মাংখিবা শিখিবা মফম থংদে।"

বারোল অসিনা উৎলিবদি—

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা, (১) - নোংদালাইরেল পাখংবা, (২) - খুরোই তোম্পোক, (৩) - তাউথিংমাং, (৪) - খুই নিংতোনবা, (৫) - পেংসিবা, (৬) - কাওখংবা অমসুং (৭) - নাওথবা হায়রিবা নিংথৌ তরেৎ অসিদি লাইমি। মথোয় তরেৎ অসিদি - মাঙথিবা - শিথিবা মকম খঙদে, অসিনি।

লাইরিক থরদসু হায়রিবা নিংথৌ তরেৎ অসি লাইরূপ চিংই হায়না ইবা থেংনৈ।

নৈনবা—

মতাং অসিদা — মথক্কী (ক) দা নৈনথিব্রা হায়বদি - নোংদালাইরেল পাখংবগী মথংদা তাউথিংমাংনা নিংথৌ ওইখি হায়বা মিৎয়েংদা থয়গা বাহদোক তৌবদা - নোংদালাইরেল পাখংবদগী নিংথৌ তরেৎতি লাইনি, লাইরূপ চিংই হায়রিবা অসিদি, মতম অতৈগী অথঙ-অহৈ ওইরিবা অয়িবশিং অচুনা খিজিনবদা লংজিন কংলক্ত্রবদগী, নিংথৌ তরেৎ অসিদি লাইনি, লাইরূপ চিংই হায়না ফুমদুনা থয়বা ওইগনি (থম্নবানি), উৎলি।

(গ) — নোংদালাইরেল পাখংবদগী হৌনা ইবা "চৈথারোল কুম্বাবা" দা কংলৈগী নিংথৌ নাওফংবনা পায়বা মতম অসি শকাব্দ ৩৫০ দগীনা, শকাব্দ ৪৪০ ( খৃঃ ৪২৮ - খৃঃ ৫৩৮ ) কাওবা চহি ৯০ পানখি হায়রিবা অসিসু চুমনিংঙাই ওইদে।

থরমদি : —

"সাকোক লমলেন" কৌবা লাইরিক্তা মথাগী বারোল অসি ইরি—

"লাইরেল নাউফঙপাকি ( নাওফংবাগী ) হাকথক্তা।। নোংচুপ লমকি পাঙল, মসামালকি ( মুসলমানগী ) ।। শুরু ১ কাওয়কএ ।।" হায়না ইরি।

নৈনবা—

ইসলাম ধর্ম ( মাহোমডন ধর্ম ) চৎপা মীওইশিংবু মুসলিম ( মুসলমান ) কৌই।

## Who is a Muslim ?

Any person who professes Islam or the Mahomedan religion is a Muslim. Islam means peace, a religion of peace established by Allah himself for the people. The profession of one's faith in Islam implies that there is belief in the unity of God and the prohethood of Mohammad. These being the two fundamental principles of the Mahomedan religion, their observance in faith by a person will enable him to be considered a Muslim. A Muslim is one who declares and believes in "La Illaha-Illallah, Mohammadur Rasoolullah", i. e., there is no God but Allah, Mohammad is his messenger. It is not necessasy that such person should observe any particular rites, ceremonies, or be an orthodox believer in that religion for the court cannot possibly gauge or test the sincerity of religious belief. It is sufficient to believe that religion.

A person may be Muslim by birth or conversion.

A person born a Mahomedan continues to be a Mahomedan until he renounces Islam. The mere adoption of some Hindu forms of worship does not amount to such a renunciation. [ Mohemdan Law.]

---

*ইসলাম ধর্মর [illegible], ইসলাম ধর্মী ওক হজরত মাহোমদ চাওরাঙ্কা খৃ: ৫৭০ ( চামঙা হমত্রা ) অহুবাইদা মকাদা পোকথি ।

মশাগী চহি ৪০ গুবদা মাহোমদনা "অচুম্বা লম্বী" ...খঙ্খা ভমখি।

ধর্ম শব্দোকপদা অম্না অনা কয়া লেখনরকা মতুংদা, হজরত মহোমদনা আরব লৈপাক অপুনবগী ধর্ম গুরু ওইখি. ইসলাম ধর্ম লম্বোয়খিরা ? মুহাক খৃঃ ৬৩২ দা শিখি।

ইসলাম ধর্মনা ভারত লৌরকপা—

"মোহামডন লান্দাবশিংনা ভারত্তা মখোয়গী ধর্ম (Islam) পুরকখি। ভারতী মতমগী ভারত্তা লান্দাবা মোহামডনশিং অমু হানাকিশিং ওইরম্মী।
[ Mohemdan Low ]

আরবশিংনা ( মোহামডন লান্দাবশিংনা ) সিন্ধু প্রদেশকী নিংথৌবু মায়থীবা পীরুনা খৃঃ ৭১২ দা সিন্ধু প্রদেশ মখোয়গী সম্রাজ্যদা তিনশিনখিবা অসিনা ভারত্তা মুসলমানশিংনা লৈরবগী ( চংলকপগী ) অহানবা থোঙ্গংনি। মণিপুরদি, খৃঃ ৭১২ গী মতুং কাইনথং, চহি কয়া মরমগী মতুংদা লৌরকখনি।

মরম অসি লৈবনা - নিংথৌ নাওকংবনা — নিংথৌ ওইরিবৈগী মতম, নিংথৌ অসিগী সনা হাকক্তা পাঙল মুসলমানগী গুরু ( ইসলাম ধর্মগী গুরু ) অমা লাকইবা, অসিগুম্বা নিংথৌ অসিবু খৃঃ ৪২৮ দগী খৃঃ ৫৬৮ ফাওবা পানখি হায়রিবা "চৈথারোল কুম্বাবা" গী পীরিবা চহি অসিমি, মায়া খাথিমা লাক্ষমনি ফাকরিবা মতম অসিদি— ইসলাম ধর্মবু পুথোরবা, ইসলাম ধর্মগী গুরু হজরত মহোমদ মক পোক্তি। মরম অসিনা হায়া লৈরবা "চৈথারোল কুম্বাবা" গী শরুক নংঙবা, হাপচিল্লিবা নিংথৌ খোংদা নিংথৌগী মমাংগী নিংথৌশিং — নিংথৌ পুনশিবকনীনা, নোংদালাইরেন পাখংবা ফাওবগী, নিংথৌশিং অসিনা পানখিবা চহি মশিং পীরম্মীবা অসিদি অচুম্বা ওইদ্রে। মসি মশানা ভাবা ৱাকমনি।

পুখংচরিবা ৱাকমদি—

(১) — মথকী (ক) গী নৈনবদা - "চৈথারোল কুম্বাবা" অমমতুং লাইরিক ক্রয়াদা, নোংদালাইরেন পাখংবগী মথংদা, নোংদালাইরেন পাখংবগী মচা খুরোই তোম্পোক্ কৌবা নিংথৌ অমা পানখি, হায়রিবা অসি চুমদে ; নোংদালাইরেন পাখংবগী মথংদা পানখিবা নিংথৌদি কৌপাবগী মচা মুপা, মাই সনানা থোকপা তাউখিং-মাংনি, উথখে।

(২) — মথক্কী (খ) গী নৈনবদা — "চৈথারোল কুম্বাবা" অমস্তুং লাইরিক কয়াদা য়াওরিবা নোংদালাইরেল পাথংবাদগীনা নিংথৌ নাওখম্বা ফাওবা, নিংথৌ তরেৎ য়াওরিবা অসি "লাইনি", "লাইরূপ চিংই" হায়না ইরম্মীবা অসিদি, ইরম্মীবা অয়িবশিং অতুনা মুন্না খঙ্ত্রবদগী ফুমতুনা থম্বা ৱাহৈশিংনি, হায়বস্মু উৎথে ।

(৩) — লোইননা মথক্কী (গ) গী নৈনবদা - হান্না লৈরম্বা "চৈথারোল কুম্বাবা" গী শরুক নত্তনা, কোন্না হাপচিন্নক্লিবা, নিংথৌখোম্বা নিংথৌগী মমাংগী নিংথৌশিং — নিংথৌ পুনশিবাদগীনা নোংদালাইরেল পাথংবা ফাওবগী, নিংথৌশিং অসিনা পানখিবা চহি মশিং পীরম্মীবা অসিদি অচুম্বা ওইদে, লাল্লে হায়বস্মু উৎথে ।

মরমশিং অসি লৈবনা — নোংদালাইরেল পাথংবনা কংলৈ পুংময়োন্দা নিংথৌ ওইবদগীনা হৌজিক ফাওবদা চহি কয়া শুরে হায়বা পুথোকপা লুরি, অসিনি ।

ৱাফম ১না —

নিংথৌরোল মথং-মথং ইথবা, চিংঙু খোংনাং থাবনা স্নবনে ( শিজিন্নবনে ) হায়বা "নিংথৌকি পোকপা মুমিং" কৌবা. মন্নবা. শুন্না মহুং-মহুং হুংলবা লাইরিক্তা, নিংথৌরোল মথং-মথং ইথরকপদা, নাওকংবা নিংথৌদগী ইবা হৌরি । মরম অসি লৈবনা "নিংথৌকি পোকপা মুমিং" কৌবা লাইরিক অসি, ইবা মতম ফাওবদি- নিংথৌরোল্ ইবদা নাওকংবা নিংথৌদগীহৌনা নিংথৌরোল মথং-মথং ইনরম্মীঃ লোইননা "নিংথৌকি পোকপা মুমিং" কৌবা লাইরিক অসি খোংনাংথাবনা "স্নবনে" হায়রিবনিনা, খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দীগী, তংখাই চল্লমদাই ফাওবা, মৈত্রাবাক্কী মাইচৌ পুরেল ওইরম্বা, চিংঙু খোংনাংথাবা ফাওবগী মতম ফাওবাদস্মু নিংথৌরোল ইরম্বা খুদিংমক, নিংথৌ নাওকংবাদগী হৌনা মথং-মথং ইরম্বা মক্তা ওইকম থোকই, ওইরি, অসিনি । অতুগা মথক্তা নৈনখিবশিং অতুগাস্মু চানারবা ৱাফমনি ।

"নিংথৌকি পোকপা মুমিং" কৌবা লাইরিক্তি মথাগী অসিনি—

## ॥ নিংথৌকি পোকপা মুমিংনে ॥

ম স তা ফংপা পুয়াসে ম না হৌপাতা থম্মো ॥ স তা থম্নো পুনসিরোই ॥ পুয়া ২ মাকিনে লাইকানো ॥ খোংনাংথাপানা মুপানে ॥ থাচাতাপা মীতো সিয়ু ॥ থুক থাংমৈ য়াওনা পাও ॥

লাইয়িংথৌ নাউফঙ্পাতাকি ।। হৌনা নিংথৌ ওইপা চাহৈ হায়রক্কে ।। য়ুমিৎসুং থাসুং হায়কে ।। লাইয়িংথৌ নাউফঙপাকি য়ুমিৎতি সাকোনসেলনে ।। থাতি মেন্নানে ।। ০ ।। কুমতি ৱাকপালিকিনে ।।

সামৈরাংকি য়ুমিৎ লৈপাকপানে ।। থাতি লমতা থানে ।। কুমতি তোল্লাংকি কুমনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ কোন্থৌপাকি য়ুমিৎতি ইলাইনে ।। থাতি লাংপল থানে ।। কুমতি কাঙ্পাচমকি কুমনে ।। চাহৈতি ১২ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ হোঙ্নেম য়োইথুলচাউকি য়ুমিৎতি ।। সাকোন্সেলনে ।। থাতি ইঙেল থানে ।। কুমতি কামকি কুমনে ।।

লাইয়িংথৌ খোঙ্তেকচাকি য়ুমিৎতি লংমাইচিঙ্নে ।। থাতি ৱাকচিঙ্ থানে ।। কুমতি চিঙ্পুকি কুমনে ।। চাহৈ ৭ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ কৈরেলচাকি য়ুমিৎতি লৈপাকপোকপানে ।। থাতি পোইন্নে ।। কুমতি কোইলেংকি কুমনে ।। চাহৈতি ৯ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ য়ায়াপাকি য়ুমিৎতি থাঙ্সানে ।। থাতি থাৱাল থানে ।। কুমতি চিঙলাইকি কুমনে ।। চাহৈ ১০ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ আয়াঙপাকি য়ুমিৎতি ইলাইনে ।। থাতি কালেলনে ।। কুমতি সোংপুকি কুমনে ।। চাহৈ ১৫ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ নিংথৌচেংকি য়ুমিৎতি লংমাইচিঙানে ।। থাতি লাঙ্কা ফাইলেল্ থানে ।। কুমতি তেকচমকি কুমনে ।। চাহৈ ৯ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ চিংলৈ ইপাল লালথাপাকি য়ুমিত্তি য়ুমসাকৈসানে ।। থাতি লমতা থানে ।। কুমতি হাউচোঙ্কি কুমনে ।। চাহৈ ৬ কি নিংথৌনে ।। ০ ।।

লাইয়িংথৌ য়ালৌকৈফাপাকি য়ুমিৎতি নিংথৌকাপানে ।। থাতি ইঙেল থানে ।। কুমতি কোনথৌকি কুমনে ।। চাহৈ ১১ কি কুমনিং-

পৌনে ॥ ০ ॥ থাকি লিতু লৈয়ে হায়তানা ফমপালতা বাথোক্এ বাকোংএ ॥ ০ ॥

লাইয়িংথৌ ইরেংপাকিনু মিংতি ইলাইনে ॥ লমতা থানে ॥ কুমতি লোক্‌তোল,পমকি কুমনে ॥ ফমপাল বা লৈ হায়পা তারাতানা থিপা খঙ্‌তারে ॥ চাহি ১৭ কি নিংথৌনে ॥ ০ ॥

লাইয়িংথৌ লোইয়মপাকি নুমিংতি ইম্‌সাকৈসানে ॥ থাতি লাংপল-নে ॥ কুমতি কিয়ামপাকি কুমনে ॥ চাহি ১৪ কি নিংথৌনে ॥ ফমপাল তোংপাতাকি ॥ ফমপাল্ মাথক্তাকি ওন্না তায়ে ॥ হায়তানা মানাই ২ পিথারে ॥ অমালক নুমিং থা তম্‌তানা ॥ অমালক্ ফমপাল কাহল্লে ॥ চাহি ৭ কি ফমপাল ওইরে ॥ ফমপাল,তা তন্না সিএ ॥ ০ ॥ ১৩ ॥

লাইয়িংথৌ লোইতোংপাকি নুমিংতি লৈপাকপোকপানে ॥ থাতি ইঙেল থানে ॥ কুমতি পোরৌকি কুমনে ॥ চাহি ১৮ কি নিংথৌনে ॥ ০ ॥ ২৪ ॥

... ... [ অঙোম য়োইরেম্বা য়াওদে ] ... ... ॥

লাইয়িংথৌ ইবালথাপাকি নুমিংতি নিংথৌকাপাংন ॥ থাতি লনতা থানে ॥ কুমতি থিয়ামকি কুমনে ॥ চাহি ১৩ কি নিংথৌনে ॥ ০ ॥ ১৫ ॥

লাইয়িংথৌ থৌবালথাপাকি নুমিংতি সাকোনসেলনে ॥ থাতি কাংললনে ॥ কুমতি থাপাকি কুমনে ॥ চাহি ১০ কি নিংথৌনে ॥ ফমপাল অনিলক কায়ে ॥ চাহি ৩২ কি নিংথৌনে ॥ ০ ॥ ১৬ ॥

লাইয়িংথৌ চিঙ্‌থাং লাল্‌থাপাকি নুমিংতি নিংথৌকাপানে ॥ থাতি সাচিপোই থানে ॥ কুমতি চিঙ্‌সোংকি কুমনে ॥ চাহি ১৭ কি নিং-থৌনে ॥ ০ ॥ ১৭ ॥

... ... [ খিংবাই শেলহোংবা য়াওদে ] ... ... ॥

লাইয়িংথৌ পুলানথাপাকি নুমিংতি থাঙসানে ॥ থাতি ইঙা থানে ॥

কুম ............................................ ।। ........................................... ।।

............................................ ।। ............... ...... .................... ।।

................................ ।। [ লাইরিক অসিগী মথাগী শরুক মখৈদি লৈর-মদ্রে, মাঙ্খ্রে ] ।

লাইরিক অসিদা ইরিবা নিংথৌশিং অসিনা পানখিবা চহি মশিং অসি অথাম্না শাংনা পান্দে। নিংথৌ অমা থক্তুংদি চহি ৩২ পানখি। অপুনবগী চাংচংতা য়েংলবদি, নিংথৌ অমমম্না চহি ১৩/১৭ পানখি।

লাইরিক অসিনা য়ুমফম ওইরগা নিংথৌ নাওফংবনা ( নাউফঙ্বনা ) পানখিবা মতম ( চহি, কুমশিং ) পুখোক্লবদি — নিংথৌ নাওফংবগী সনা হাকক্তা লোইচুপ লমগী পাঙল্ মুসলমানগী গুরু অমা লাকখি হায়রিবা অতুগী চানবা চুপবা চহি ওইরগনি। অতুগা মসিনা ৱারি-লিখল অচুম্বাস্নু ওইনি।

অমরোমদা — নোংদালাইরেল পাখংবনা পানখি মওংমনি হায়রিবা 33/34 A. D. অসি চুমলে হায়না লৌবা য়াদে হায়বস্নু ৱাফম অসিনচ ংহৌরি।

**মথক্কী লমাই ১৭৭ তা-নৈনবদা শিজিন্নখিবা "নিংথৌকি পোকপা নুমিৎ" কৌবা লাইরিক্কী, অরিবগী শক্তম -**

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লামাই মশিং | পরেং মশিং |
|---|---|---|---|
| ১। করৌরক্কী | কোরৌরক্কী | ১ | ১৪ |
| ২। (অসিনা কৌবা লাই) | (অসিবা কৌবা লাই) | ৭ | ১৫ |
| ৩। (ময়াইকান) | (ময়াইকানা) | ৭ | ২০ |
| ৪। (লখ) | (লাখ) | ৭ | ২০ |
| ৫। লাখা | লাখ | ৭ | ২৫ |
| ৬। খু খুবা | খু-খুবা | ৮ | ১২ |
| ৭। রার-লাইবা | রায়-লাইবা | ৮ | ১২ |
| ৮। ম্বকোক | মকোক | ১১ | ১৪ |
| ৯। লৌন্নরিবা | লোন্নরিবা | ১১ | ১৭ |
| ১০। তাউরিরোইনাইনা | তাউবিরোইনাইনা | ১২ | ৭ |
| ১১। সিরাবা | মিরবা | ১৫ | ২৫ |
| ১২। ঙাংনিংসি (ঙাঙ,-নিঙ,বা + সি (শীবা,-হাপচিনবা) | ঙাংনিংসি { ঙাঙ,নিঙ,বা + সি (শীবা-হাপচিনবা) | ১৭ | ৮ |
| ১৩। লৈয়পুবা | লয়পুবা | ২১ | ৬ |
| ১৪। মীওইপিং | মীওইশিং | ২২ | ৯ |
| ১৫। মথং মথা | মথং মথং | ২২ | ৯ |
| ১৬। নিংথে | নিংথৌ | ২৯ | ১৬ |
| ১৭। জমম্বা | অমম্বা | ২৯ | ১৬ |
| ১৮। খাকা | খানা | ৩১ | ২৬ |
| ১৯। ওইবীরা | ওইবীনা | ৩২ | ১২ |
| ২০। চেক্থরবা | চোক্থরবা | ৩২ | ১৯ |
| ২১। ংগদবা | য়েংগদবা | ২২ | ২০ |

| অরানবা | অচুম্বা | লামাই মশিং | পরেং মশিং |
|---|---|---|---|
| ২২। বি, (পি) বা | বি (পি) বা, | ৩৫ | ৭ |
| ২৩। (গা | (গ) | ৩৭ | ১৯ |
| ২৪। অতিয়া | অত্তিয়ানা | ৪২ | ২০ |
| ২৫। লৈশৈশ্বদা | লৈশেম্বদা | ৪২ | ২৫ |
| ২৬। মফন | মফম | ৪৩ | ৬ |
| ২৭। থমছিংচি | থমহিংচি | ৪৭ | ৫ |
| ২৮। লৈতনবা | লৈতনবা | ৪৯ | ২০ |
| ২৯। পোইরৈমোম্না | পোইরৈতোম্না | ৫২ | ৯ |
| ৩০। পোইপেতোম্না | পোইরৈতোম্না | ৫২ | ১২ |
| ৩১। করিফিনে | করিকিনো | ৫২ | ১৫ |
| ৩২। কুরুবা | কুরুকা | ৫২ | ২৫ |
| ৩৩। লংবা-চক্লা | লাংবা-চক্লা | ৫৩ | ২১ |
| ৩৪। লাযা-চক্লা | লাংবা-চক্লা | ৫৪ | ১০ |
| ৩৫। নিঙথৌ | নিংথৌ | ৫৪ | ২২ |
| ৩৬। তোঙদ্রিভৈদা | তোংদ্রিভৈদা | ৫৪ | ২৩ |
| ৩৭। লাংবাংচক্লা | লাংবা-চক্লা | ৫৭ | ৭ |
| ৩৮। তোম্পোক্রি | তোম্পোক্রি | ৫৯ | ১৮ |
| ৩৯। পানবা | পানম্ | ৬১ | ১১ |
| ৪০। ময়া কায়না | ময়া কানা | ৬৭ | ২৯ |
| ৪১। হয়ি নাংবা | হয়িলাংবা | ৬৭ | ৮ |
| ৪২। শাগোল | শগোল | ৭৫ | ২ |
| ৪৩। তনগী | তানগী | ৭৯ | ১০ |
| ৪৪। কালেন | কাকলেম | ৮৮ | ২০ |
| ৪৫। লাহ রিক | লাইরিক | ৯০ | ৪ |
| ৪৬। আনবু | অনিবু | ৯৩ | ৬ |

| অরানবা | অচুম্বা | লামাই মশিং | পরেং মশিং |
|---|---|---|---|
| ৪৭। মপামা | মপানা | ১০৩ | ২০ |
| ৪৮। ভজুদগী | অজুদগী | ১০৩ | ২৪ |
| ৪৯। লেন্নুং | লৈন্নুং | ১১০ | ১৯ |
| ৫০। ইরিগা | ইরগা | ১১৪ | ১১ |
| ৫১। কাপপজি | বাপ,পদি | ১১৫ | ২৬ |
| ৫২। হায়রিরা | হায়রিবা | ১১৭ | ১৬ |
| ৫৩। খোমাচোনবু | খোমাতোনবু | ১১৭ | ২৩ |
| ৫৪। চম্বা | চেম্বা | ১১৮ | ৬ |
| ৫৫। নোংদালাারেল | নোংদালাইরেল | ১২৫ | ৬ |
| ৫৬। মরমিদি | মরমদি | ১২৬ | ২৪ |
| ৫৭। লৈরেল | লৈমরেল | ১৪২ | ১১ |
| ৫৮। মইবা | মাইবা | ১৪২ | ২৭ |
| ৫৯। থাকচিং | × | ১৫৬ | ২১ |
| ৬০। কাঙপা-রাল | কাঙপারোল | ১৫৮ | ৫ |
| ৬১। অচেপানে | অচেৎপানে | ১৫৮ | ২২ |
| ৬২। ৩৬৭ | ৩৬০ | ১৬৯ | ১৬ |
| ৬৩। অশিদা | অসিদা | ১৭১ | ৪ |
| ৬৪। অতোম | অতোম | ১৭৯ | ১৫ |
| ৬৫। কাংললনে | কালেলনে | ১৭৯ | ১৯ |
| ৬৬। নিংথেশিং | নিংথৌশিং | ১৮০ | ৮ |

লাইরিক অসি বনানগী মতাংদা লানবা মন্না ঃ মামা ব্রাওরে। চুমথোক্চবা অসিদসু নত্তনা থরগসু য়াওরমগনি চিংনজে ; পাবিরিবশিংনা ছাকপিগনি।